মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেংনা [illegible]

মৈতৈরোন অরিবগী

# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ, বি-কম্ না
সম্পাদনা তৌবা।

মমল রুঃ ১২৲৭৫

স্বর্গীয় পণ্ডিত বঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণতীর্থ

অমসুং

স্বর্গীয় পণ্ডিত ললিতমাধব শর্ম্মা

পণ্ডিত অনিগী

স্মৃতিদা

## গীতা মহাত্ম্যম্

গীতা সুগীতা কর্তব্যা কিমন্যৈঃ শাস্ত্রসংগ্রহৈঃ।
যা স্বয়ং পদ্মনাভস্য মুখপদ্মাদ্ বিনিঃসৃতা॥
সর্বশাস্ত্রময়ী গীতা সর্বদেবময়ো হরিঃ।
সর্বতীর্থময়ী গঙ্গা সর্ববেদময়ো মনুঃ॥
গীতা গঙ্গা চ গায়ত্রী গোবিন্দেতি হৃদিস্থিতে।
চতুর্গকার সংযুক্তে পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে॥

—মহাভারত ভীষ্মপর্ব

# ৱাহৌশোক

শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা হায়বসি শ্রীকৃষ্ণগী বাণীরূপা শক্তিনি। মত্থু লৈরিবা খিবিকী মনুংদা শ্রীভগবানগী চিনবানথোংদগী শিল্পরূপা গীতা হায়বসি রত্নামৃতনি। অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অসিবু শ্রীযুৎ চৌরজিৎ মহারাজ (১৮০৩ ইং—১৮১৩ ইং) সনা হাকথক্লা শক ১৭৩২ (১৮১০ ইং)গী মাঘগী শগোলশেন নুমিৎ অমদা গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা ইরবা লাইরিকগী নোংয়াই ওইনাম চানা মৈতেরোন অরিবদা ইথোক্লমখনি। ইং কুমজা ১৮১৯ দা শ্রীযুৎ মারজিৎ মহারাজ সনা হাকথক্লা ওৱানা মণিপুর চাইখাইরদুনা চহী তরেৎ খুন্তাকখি। হন্দকী ওৱা লানগায়নবা অসিদা ওৱানা মৈতৈ য়াম্না খোমদুনা ওৱা লৈবাক ব্রহ্মদেশতা পুখি। ঐহাক্না সম্পাদন তৌজরিবা লাইরিক অসি ওৱা লৈবাক তানা ফাদুনা পুখিবা মৈতৈ অকন-লমনশিং অদুগী লুবাক্তা মতম কুইনা তাদুনা লৈরুরবনি। পণ্ডিত ৺বঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণতীর্থ অমসুং পণ্ডিত ৺ললিতমাধব শর্ম্মা (রাজ্যসভাগী এম, পি ওইরম্বা) অনিনা ব্রহ্মদেশগী মণ্ডলেদা কমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অধিবেসন য়াওবা লেণ্ডবদা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা ওৱা লানগায়নবদা মণিপুরদগী পুখিবা মৈতৈ পুরাণ কয়ামরুম পুথোকপিরকই। পুরাণশিং অদুগী মনুংদা অধ্যায় ভরানা শাবা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অসিসু অমনি। লাইরিক অসি ইবা চহীদগী চহী ১৬৩ মতুংদা ছাপা তৌদুনা লাইরিক অসি লাপ্থোকচরি। লাইরিক অসি তরামাপলগুবা শতাব্দীগী মণিপুরী সাহিত্যগী তাণ্ডলবা মচাক অমনি খল্লদুনা ঐহাক্না সম্পাদন তৌজে। লাইরিক অসি ঐহাক্না সম্পাদন তৌজবদা ঐগী মরূপ পণ্ডিত শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা

য়াম্না মতেং পাংবিখি। য়ম্মিগীদমক্তা ঐহাক্না মরূপ অসিগী মকমদা ভৌবিমল থঙবা উচ্চরি। মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষনা অকোঙবদা শেনগী মতেং পাংবিরক্তু্রবদি লাইরিক অসি হৌজিক কাওবা লৈবাক মাঙদা পুথোকচবা ঙমজখিরোইদবনি। মসিগীদমক্তা শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষগী মকমদা লম্মন তোঞ্জরবনি।

থাংমৈবন্দ,
ইম্ফাল।

রাজকুমার শ্রীম্নাহল সিংহ

তাং ১।১।১৯৭৩ ইং

# হীরম-লামায়



---

# মৈতৈরোন অহিংবগী

# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## অহানবা অধ্যায়

শ্রীগুরুবে নমঃ ॥ শ্রীগুরু ইবুংঙো! থৌজাল সংক্রৃং ঈরেন পুঙগু হ্নগী মতীক তরুববু করানা হায়ুঙমগবনো? মহা-পাতাল লম্‌খান্নুংদগী হৌনা [1]রেদান, [2]সুদান, [3]বেদান, [4]পাতাল, [5]রসদান, [6]পিদান মালেম লয়্‌রোন ৭ মানাচিংনা তাইবঙ মিংলম থম্না লৈরিবা তলা উরা নাপী শীঙ্‌বী চীঙমূ-চীংজাউ অহেৎ-চঙ পুন্নমা-নচিংনা তাইবং মঙ্গুংমপাল নাইদনা লৈরিবা মরম অসি খৈদিক্তা গুরু অক্ষর ময়েক অনিম'না চঙনা লৈরিবা মশেনবনে। চৌদ্দ ভূবণ মরোল তরামরিমাদা জয় মঙ্গল য়াইফববু পীনরিবসুং গুরু ঈশ্বর মপূরেননে। অদুগুম্বা গুরু গোষাই ইবুংঙোগী পাদপদ্ম নিঙথিবা মমল মতিক লৈতবা খুয়া থম্বাল লৈবা অনৌবা অনিমাবু রেণু-তেণু পরমাণু মাণু অহুমমাবু হেন্না থরাই থৈনা পিক্রিবা মুথ পায়মা তাম্বনা প্রথম অহানবদা তয়ম তাঙজা কোক্তা থোংনা হরা হন্না পুরুমজয়কে।

মরম অনিগুবদা ভক্ত বৈষ্ণব অথোইবগী মতিক অরুববু কনানা হায়ঙমগবনো? সত্ব, রজ, তম গুণ অহুম্মানা কংঙমদবা নির্গুণ চিন্তামণিগী মতিক অরুবা তরঙবাংঙানী হায়ফদবা ভক্ত লেংনা তিনবগী

---

১ অতল, ২ সুতল, ৩ বিতল ৪ পাতাল, ৫ রসাতল, ৬ পিতল।

থম্মোই থম্বাল ময়ায়দা শামন লৈহু শঙ্‌গুম য়াইবি তোয়ৌ লিয়েৎনা অহিং নোংথিল নাইদনা থয়াই য়াকা-নয়িয়ে। অদুগুম্বা বৈষ্ণব ইবুংঙোবু সাধু-সঙ্গ তৌরবগা দাস্য, সাখ্য, বাৎসল্য, শৃঙ্গার ভাবনচিংনা ভক্তি তৌবনা মরম মথিমাবু বৈষ্ণব ইবুংঙোনা পাউজাকপিরবগা চীংঙ্‌ পলেম পিরৈত পঙ্গৌ ইপা নাউকোন্দরবনিগীনা খোইরম কৃষ্ণ অখোইবগী ছায়া উরুম অচৌকপদা থয়াই পুম্নমাবু উরুম পোথানরিবা বৈষ্ণব অখোই-বগী মতিক অরূববু কনানা হায়ঙমগবনো ? অসিমূং মদোমদে। চীংঙ্‌ খোইরম শিববগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈখোংখাদগী য়োইবু মদোম শাৎলিবী জগৎমাতা লাইরৈমা পলেম গঙ্গা অখোইবীবু থয়াই অয়াম্বনা তানফংজরুরবা অয়াম্ববু কোয়া পুণ্য য়াইক-ধর্ম্ম ওখোইবগী মহম্‌ মাঙ্‌ফদববু তানকংজেয়ে। অমুম্না গঙ্গা হায়বী অখোইবীদো তাইবং নমু পোংবচানচিংনা য়াকস হিংচাবা য়াউরৌ-শা উচেক তীনবা তীস্থোক ককচেং খোইয়া জীবজন্তু থয়াই নিংশা পাল্লিবা পুম্নমা মদিং কোটি থিঙমদববু য়োইবু শমু মহকশাংদা পক্না লৈরিয়ে। অসিগুম্বা তাইবং নোংশাপানগী ভক্ত বৈষ্ণব অখোইবা অমত্তনা য়োইবু গঙ্গা লাইরৈমগী ঈরিক্লাইনা ইরু শান্দেংলবগা বৈষ্ণব ইবুংঙোগী পদধূলি নিঙথিবা উফ্‌ল, সনা হকচাং তৈ, গঙ্গা লাইজা ঈপাকথক্তা তারুরবগী জগৎদেবী লাইরৈমা গঙ্গা মাতাগী খৌজাল অখোইবনা চেংলৌ মিৎকুপ-মরমদা কোরুখিরে। অদুগুম্বা বৈষ্ণব ইবুংঙোগী সনা খুয়া থম্বাল লৈখোংখাদা হয়া হয়া পুরুমজরমগে। মাখোয় ৩ শুবদা শ্রীদীনবন্ধু খোইয়ম লাইমরু নরহরি ইবুংঙো কৃষ্ণশ্যাম অহেনবা চীংঙ্‌ নতিক অরূববু কনানা হায়ঙমগবনো ? চতুর্ম্মুখ মচিন ৪ পানবা ব্রহ্মা লাই-মরুনচিংবা চীংঙ্‌ ইন্দ্র সয়ারেন কোয়ৌ নোংমাই মপু নিংথৌহুং পাতাল লয়্‌খাঙ্গুংদগী পানগনবা তাংজা লিননিংথৌ অনন্ত বাসু তোক্লেন লিশিং পান্‌বগী লৈতোন লিশিং থোকঙবা অনন্ত বাসুকীমুং ইবুংঙো চীংঙ্‌ কৃষ্ণ অহেনবগী গুণ মতিক অরূবদগী খোকহল্লববু তয়ম য়াকমানা লৈশি লৈখোক্কঙ্গদে। হে প্রভু ইবুংঙো। কমল লোচন অহেনবা! মিৎতয়েং সা

য়োইখব্রাল মিৎলোং খব্রাল মালবদা চীংঙু নতিক অরুববু থব্রাই তীনগী পান্দমগুম পায়মা লিন্না লোম্বনা শিংলেন লৈশি লৈথোক্ত-ঙল্লোইয়ে। লম্বোন নোংলোন পুম্নমাগী মচি ললমরুবু ওইনরিবা নোংথোথকী মপুন্নেন জগন্নাথ ইবুংঙো হে খোইয়ম শিদবা চীংঙু সনা নখোং-খা মমল মতিক লৈতববু তয়ম তাঙজা কোক্তা থোংনা দণ্ডবৎ প্রণাম মশীংঙুনা হয়। হন্না পুরুমজরম্বনে।

খৌরম অসি মতুংদা ভক্ত বৈষ্ণব মপুন্নেন চীংঙু নারায়ণ শিদবগী মতিক অরুববু কনানা হায়ঙমগবনো? চীংঙু খোইয়ম শিদবগী সনা হকশাং পুম্বদা ধিরোই লৈতেং থৈবিক্লা দিব্য অঙ্গ মক্তবা কোয়ৌ মশেক লখা তন্না হেনবনা মাইকৈ মথোং খঙদনা ঙান্না নিংথিরিয়ে। মমল মতিক লৈতবা হীরা থাঙগুম্বহুনা উনবি পুক্লিং শুমথিয়ে। চীংঙু নঙগী খুয়া থম্মাল অনৌবা অনিমাবু তয়ম তাঙজা কোক্তা থোংনা পুকমজরময়ে। খোইয়ম নারায়ণ চীংঙু নিরঞ্জন শিদবা শ্রীহরি শিদবা ইবুংঙগী চীংঙু শমু মহকশাংদগী মদোম হান্না য়াথোক্লকপী শক্তি অহানবী গঙ্গা লাইরৈমানা তাইবং নোংশাপান চৌদ্দ ভুবন মরোল তন্নামন্নিমাগী পলেম মমা মহাক্নে। য়োইবু মাগী খুয়াদা ব্রহ্মা মচিন ৪ পানবনচিংনা চীংঙু ইন্দ্র সরারেম্নচিংনা দেব লাই পুম্নমানা হে জগৎমাতা অথোইবি। সিংহ নোংশা তোংবী পাম্বোম তন্না পানবী খুৎশু তন্না শুনা পায়রিবী নিঙথিবী লুহুপ নায়ান ২মাগী তেজ মঙাল অরাবনা চেংলৌ মিৎপু মিৎয়েং শানথৈ ঙমহন্দবী তাইবং নোংশাপানগী জীব অচৎ-চত্ত পুম্নমাবু পলেম লাইরৈমা নঙনা অপোক-অশি তক্কন্না খোমলেন তুমকন তালহল্লিবস্থং নঙনে। তাইবং মনুং মপাল পুম্নমাবু হে জগৎমাতা লাইরৈমা নহাক্না কার্ত্ত রায়েল্লিবস্থং নহাক্না ওইবি হাৎবগীবু হে মঙ্গলদেবী য়াইকবী উগ্রচণ্ডী কৌবিস্থং পলেম লাইরৈমা নহাকনে। হে পলেম ইমা জগৎমাতা ওইরিবী নহাক্কী নতিক নগুন্না তাইবং নোংশা-পান্দা শন্দোকখিববু সিমা ঙমথৈ কংনা শিংলেন লৈশি লৈথোক্লঙমদে। অমুম ওইবা চীংঙু কৃষ্ণ সনা চিনবাম্বোংদগী চেম্বুরকপা নাম মহি

থুমথোইববু লাইরিক শৈরেংজবদা পুক্লিং পান্দম লোম্বগী লেপ্পা লন-কুবি-ও হায়বগী পলেম সনা নখো'খাবু হয়া হয়া পুরুমজরবনে।

থৌরম অসি মতুংদা চীংগু্ ঙমগুণ লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাদেব ভূতনাথ অথোইব ও। চীংগু নঙগী নত্তিক অরুববুসুং কনানা হায়-ঙমগবনো? চৌদ্দ ভূবণ মরোল ভরামরিমাগী দেব লাই খৈবিকপু চীংগু নঙনা হেনথোইয়ে হায়বগী খোইয়ম কোলোয় নমিংথোংবু মহাদেব হায়না কোলোয় অসুম মিঙ্গৌনরিবসিসুং নঙনে। খোইয়ম মশাগী ফিশেৎননা ভুমর য়াইওইবব্ শমু খুৎনা পাংয়ে। শম্লাং জটাসুংদা গঙ্গা লাইজা য়িপুরিয়ে হায়বগী গঙ্গাধর কৌবিবসুং নহাক্নে। লাইবক নঙগী খেনলাইথোংদা লোইদাম থাজ পাখংবনসুং ঙাম্নরিয়ে। চীংগু নঙনা শ্রীহরি ইবুংঙোগী উরুম অচীকপদা কপ্পি নফম ওইনা লৈরবগী বিষ হুগী মপু ওইনা লৈরবগী খোইয়ম বিষধর হায়না কোলোয় নমিংথোংব্ মিংথোংনরিয়ে। চীংগু নঙগী নখিশেৎনা পানবা কৈউন শেৎনা ইনবা, শমু নখুৎশূবু টারোং অহুম ফাংবা টাজিন মৈরী থোকপব্ খুৎশূনবা হে উমা! কোরৌ নোংখৌ খোইয়ম শিদবা নঙব্ শমু ইখুৎ লোম্না পুরুমজরবনে।

থৌরম অসি মতুংদা য়োইব্ গৌরীদেবী অথোইবী গর্ভ পিব্ কনুংগী শানফোংলকপা চক্র হীরা থাঙগুম্না পানগল থেংইনা লমকেৎপা গণেশ লাম্নোই তাঙজা লুরেন হাপ্পব্ উনবি পুক্লিং পিনা পুরুম্নমগে।

থৌরম অসি মতুংদা মাইকৈ ভরামাদগী দেবদেবং লাইগী লাই খোইখোইবনচিংনা তোংলেং শিদবা মালং অন্নাঙবা শূণ্য অতিংঙা লাইজ ঈরিক্লাই মালেম লয়্ময়োন মরম অসি খৈবিকপু মতম অমত্তদা পুরুমজরময়ে।

অসি মতুংদি গীতা পুরাণসুংগী ব্রহ্মজ্ঞান য়ারী সুংঙাইববু পুক্লিং চঙনা অচোং য়িমলেনবা মপু থাঙয়ি ঙাউপুং খোংদৌবা লারাই মানশারিক লমলোই ভানবা মপারী, য়োইথামু কামু অতোনবা চোয়নৌ সনা ঈগী চীরৌ কবা মপল পলেম মম্মা রাঙমলোন মৈদিংগু চন্দ্র পায়মা

উনকোইগী মপাৱী পশুৱাম লৌশিং তুমুং লংলা পুনগুম উনবি পুকশোং হা'বনা মশানৌ পলেম পিথাং শিনবী মধু লাইহৌৱেন মৈদিঙ্গু কাকশা থৱাম্বাবা চায়নৌ সনা ঈগী শিঙ্গৱকপম চমু ৱাঙমলোন বৃন্দাৱাণী পায়ৱা লৌশিং তাম্বা উনবি মচাক কৌবনা ৱাথং পাউমেল্লকয়ে। হে' শানৌ সুংচানবি-ও নঙবু নশাবি ঐগী চিনকোয় ইৱাথংবু উনবী পুক্লিং তপনা নাত্তাউ-ও! লহান লাংগুন খুদিংগী ভোজ লন্ওন্, মহয়না নমু মীপোক ফংঙমদবু তানফংজরুৱবগী শানৌ ইকৈ-ইনাউব্ হৌজিক লাংগুন অসিদা পম্মৌ পাওইনা পলেম পিওইনা তাইবং নমু পোংওইবা ঐথোয়বু হকচাং ফোনলাংগুম লৈৱাং অতিংঙা অৱেম্বনে। চেংলৌ মিৎকূপ মৱমদা কোংকোন লাইজা ইমায় ওনখিৱবব্ থৱাই কনাগুম্বনা পুক্লিং থোথাম ঙমদে। মৱম অসি পুম্নামাবু কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী থোইৱম চিন সনা চিনবাম্মোংগী শিঙ্গৱকপা গীতা পূৱাণ ৱাৱী সুংঙাইববু উনবি পুকনিং চোংনা পূকনিং থোইনা পামজৱে। তাইবং নোংশাপান অসিবু চেংলৌ মিৎকূপ মৱমদা সুমিৎ ময়িম চঙনঙৈনে। অসিগুম তাইবং নমু পোংবচাশিংনা অৱা হকচোক-লাং পুমুং মতম অথোকপদা চীংঙু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা হন্ন কোঙোয় থুখিৱবগী অহিং থোমলেন তুমকনবব্ কাউবি ঙমলোই ওইনা নমু মীওইবা ঐথোয়বু পুনশি মতোন লোম্নদৱিবা মশেৱে। তাইবং নোংশাপানগী পলেম পম্মৌ অনিমানচিংনা শাগৈ কোৱৌ মনোংথৌ, মোমমু তালোয় মৱুম্বি মপাৱী মমোমলোন মনোংয়াই নাকলৌশিনবা শাগৈ ঙাইৱি অচেৎপা মৱম অসি খৈবিকপু অহল গুরুজন থোইৱম লাইব্ নীংবশিংনা ৱাহম্নৱিয়ে। তাইবং পুম্নমা অসিবু ফম্বি মক্ষম অৱেপ্পবু নত্তে। চেংলৌ মিৎকূপ মৱমদগী শিংলেন লৈগুম কেম্নৱবনে। ফম্বি মশক অৱেপ্পবু নত্তবনে। মৱম অসি খৈবিকপু শাবি পায়মা উনকোমসুংদা উনবি ঙক্না নীংশিং-জরুবগা নোংপোক হাউসু সুৱাবী শম্বুবিনা তুংওই হন্নাম্নমদুনা থোইৱম ঈশ্বৱ মপূৱেন যদুপতি ইবুংঙো ভগবন্ত কৃষ্ণ শিদবগী প্যাদ পঙ্কজ লিঙ্থিবা খুৱা থম্বাল লৈথোংথাদা তয়ম ঐবু শিঙলেন অয়েম্বনে

লৈবাং অতোনবনে থবাই পোনবী পান্দমনে। পোনচেংবুংগী থবাই পোনবীনা পাইখিবগা চেক্রা অমরক হল্লক্তে। থৌরম অসি শঙ্গনা হে শানৌ মুংচানবি-ও। নওব হন্দক লাংওন অসিদা অক-মথোক্ত তোংনবা শঙলৌ করম্বব পুকনিং থৌরাংজরমসিবনো নশাবী ঐগী পায়মা উন-কোইমুংদা পুকনিং লনপামজবদি ভাইবং লৈরোন নোংলোন ও মাগী মবুংঙো দ্বারকানাথ মপুরেন যদুবংশ শাগেগী চন্দন লৈব ওইনবা কমল লোচন ইবুংঙো খিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মাল্লিবা কৃষ্ণশ্যাম অহেনবগী মুখামৃত থুমখোইবা চিনসনা চিনবাম্থোং খোইরাঙবী মহেনগুম্বা লাইজ ঙচেম্থরকপা মমল মতিক লৈনা গীতা ভাগবত অরুবা স্বধর্মজ্ঞান অহেনবগী রারী মুংভাইবব ময়িম পাঙল লোন্দৈবগী পোইরৈ ইপল্লোন্দব ওইনা শৈওঞ্জরম্লবদি হয়েং পোইরৈ ইপাচা রাঙম ইয়েল্লশিংনা লাইরিক মথেক অখোইবনা চীংঙু কৃষ্ণ অখোইবগী মিংলেন শিদববু শোন্নবা খুদিংদা পুণ্য ঐখোয়গী অখোইববু তানফংজঙৈনে হায়বগী তৌশিকপবু খির্জিক্কা ফংজগবরা থওদে। তাইবং মরোন ও মাগী মবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোন। লেপ্পা থৌজানবীগুনো হায়না অম্লম পুরুমজবনে হায়বগী মথংলেন পশুরাম চিনকোই ময়াথংবু নাতা-রাগী মোমন্থ মশানৌ বৃন্দারাণী উনবি পুক্লিং অতম্লিনা য়াথং পাউ-খুমজখিয়ে। শাবি চিনগোয় নয়াথং য়াথং রাহল্লকপা অসিবু মোমন্থ নশানৌ ঐনা উনবি পুকনিং পিনা পুরুখজরমময়ে। থৌরম অস্রি মভুংদা শাবি ননোংয়াই ওইনামচা, প্রজ্ঞানন্দ মূর্খ অপঙবা লৌশিং তরা চারাংলখদবু রাহমজখিয়ে। ঠাকুর নখৌজান্দগী গীতা ভাগবত পুথি লাইরিক মুংভাইববু নাতাজগে হায়বগী প্রজ্ঞানন্দ মূর্খ পায়মা লিম্না তাম্বনা য়াথং পাউমেল্লকয়ে। হে রাঙমলোন বৃন্দারাণী শানৌ নতৈ-ননাউনা য়াথং রাহল্লকপা অসিবু থৌরম নখোয়গী য়াইফ মথোই তোংবনে। তৌয়িগুম মূর্খ ঐবু পায়মা লিম্না তাম্বগী চীংঙু কৃষ্ণ শিদবা থোইরম মাগী চিনসনা চিনবাম্থোংদগী শিম্থরকপবু পণ্ডিত অহৈমশিংনা ভাগবত অরুববু লেংলময়ে। অতুওম্বা গীতা পুরাণ মুংভাইবগী লাইরিক

পিবুকন্নুংগী রাহে অকুরবু নাতে খন্না লিক্লাং পরেং শীন্‌হুয়োইগনরা মখনবু নিঙজবৈনে। অসিগুম্বা ভাগবত গীতা পুরাণ সুংঙাইবগী মতিক অরূববু লাইরিক শৈদোল লোম্ববু লেপ্না চীংঙ্ কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা কৃপা খোজাল লনকুবিগুনো। খোইয়ম চীংঙ্ শিদবা কৃষ্ণচন্দ্র অহেনবগী মতিকপু তাইবং কনানা হায়ঙমগবনো? সাধু বৈষ্ণব লেংনা তিনবা খৈবিক্লা ভ্রমর খোইমুগী পান্দম লাক্লা শিঙলেম লৈরিকমুংগী লৈহিবু লৌবগুম্না হরি কৃষ্ণ মিংলেন অথোইবগী কৃষ্ণ কৃষ্ণ চিন্দা শোন্না নাতা-বিঙেনে। থোরম অহানবদা চীংঙ্ কৃষ্ণচন্দ্র থোইথোইবগী মতিক অরূববু খিজিক্কং লৈশি লৈথোঙগে। তাইবং লৈরোন নোংলোন ও মাগী মথুংঙোনা ক্ষীরদ সাগর মপাল নাইদ্রবা তরং লাইজা ঈপাকথক্তা আনন্ত তোকলেন লিশিং পানবগী লিলা তাংজা সুরেন্দ্রক্তা মণি যাইরং-চান্না ঙাম্থোইনা মহাবিষ্ণু শিদবা কোনা য়াহিপ্লবগা য়োইবু লক্ষ্মী জগৎমাতা লাইরৈমনা থৌগল্লরিবা হে খোইয়ম ইবুংঙো নতিক নঙল মপা লৈতবা নঙব্ খুরুমজবনে। হৌজিক মতম অসিদা পাপী লিনচেন ফত্তবশিংবু লানবিগে হায়বগী তাইবং নোংশাপান্দা শানফোংলক্লবগী বসুন্ধরী অথোইবী মালেম লৈংয়োন ইমাগী অন্না পোৎলুম পুববু চীংঙ্ নঙনা কোকপিরুও হায়না য়াথং মাখোয় অয়াম্ববু পাউশীরবগী খোইয়ম নোংদম মপুরেন,মহাবিষ্ণু শিদবনা লাকলেন ফিথ্‌প কাড্-লবগী অবতার মপোক লৌনা মালেম তাইবং পানবগী অক্লমমখৈ লৈতববু কোকপিরুগে হায়বগী সনা মথুরাপুর লৈময়োন্দা পাপী লিংজেল ফত্তবা রাজা কংস নিংথৌরেনগী নরক কৈশুমশঙদা বসুদেবগী মপারী দৈবকী পায়মা উনকোইমুংগী বাসুদেব, কৃষ্ণ হায়না শানফোংবিরুবসুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। চীংঙ্ নঙনা নপল অনি মাদা খোইয়ম নতিক অরূবা চতুর্ভূজ পাখোম মরি পান্না বিশ্বরূপ মশক মাঙদববু পিন-রববসুং নঙনে। থৌরম অসি মতুংদা হে দামোদর অহেনবা নঙনা যোগমায়া ভগবতী লাইরৈমাবু য়াথং পাউশীনরবগী মথুরা লৈম-য়োন সুংঙাইববু. শমু নমদা হুম্না ব্রজ সমা লৈবাকপু ইন্দাল্লুবসুং

হে খোইয়ম নোংদম্বা নঙনে। অসিগুম্বা চীংঙ্ নঙগী মতিক মিঙথিনবু শৈঙং নাইত্তে পরেং শীঞ্জবদা লঙজ মথৈ লৈতবব্ হে খোইয়ম নোংদম্বা কোরৌ নোংথোথকী নিংথৌ চীংঙ্ মিৎতরং সনা য়োইখম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। চীংঙ্ সনা নখোঙথাব্ হন্না হন্না পুরুমজবনে। অসি থৌরম মতুংদা কোরেংথকী তারা থরানমিচাকুম মগুলি মাগুবক্সুংদা পরেং ঙমথং শীন্না ফম্ফমলিবা <u>গুরু বৈষ্ণব</u> পুন্নমাগী খুন্না লৈখোং-থাব্ ভক্তি চীগ-লুক্না পুরুমজরমম্লে। অসিগুম্বা চীংঙ্ মতিক অরূবগী রারী পুরাণ নিঙথিবব্ য়াথং চিন্দাই শমঙমদনা ময়েক থোইয়া শম্বা লীলা হায়শোন্নবব্ ভক্ত লেংনা তিনবা থৈবিক্না নোক্নবিগুনো।

শোক কুমশিং রাচুম্বা চহি ১৭৩২ শুরকপা লোইদাম মাঘ রাকচিংনা নিনথৎলকপা কোবৌ সুমিৎ শগোলশেন অয়ুক য়ুথক মতুংগী পুংজা ৪ হেনখিবা অমৃতযোগকী পুংজা অকবা চিত্রা নক্ষত্র। পাল্লিনেং শুভযোগ চঙখোনবদা অদোন নোংয়াই ঙইনামচা গোবিন্দ নন্দ ঠাকুর মপারী লাংচেং মথোকলকপনা খুড়া, মপল পন্থৌ অথূবা প্রজ্ঞানন্দ মুখ অপঙবগী য়াথং চিন্দাই ইন্না শৈশেমজবনে। হে ইবুংঙো সভা লেংনা তিনবা চীংঙ্ লাইবু নিঙবশিংও! নঙখোয়বু উনবি পূকনিং পিনা হরি খোম্না নাতাবিয়ো।

থাইনা লহাননোং দেব লাইয়াম পুন্নমানা অরা লৈথৈ তারবদা চীংঙ্ শিদবা নহাক্না হাউশী ঙমগা-চিংনা লানবিখিবা পুম্বন্ চীংঙ্ নঙনে। লহাননোং নন্দরাজা নিংথে রেনগী পলেম মমা যশোদা অনি-মাবু উনবি পুকনিং পেন্নবা হরা-মথোই তোংহনবস্নুং হে উপেন্দ্র লাইমরু শিদবা নঙনে। নপল নন্দ ঘর মরানয়াইদা হরাউ নাউশুম মথক্তা নারা অপিশাব্ ওইরিঙৈ পাপী লিংজেল ফত্তবী পুতনা হিংচাবীগী থরাই তারবব্ খুনথৎপিরম্বস্নুং হে চক্রপাণী লাইমরু শিদবা নঙনে। চীংঙ্ নঙগী লীলা নশান-ওন খেলা নপাউতোমদি থৌরম অসি মতুংদা পলেম মমা যশোদা লৈমরেনব্ চীংঙ্ নঙগী মায়ানা ওক্সৎলবগী ইপারী অনিব্ অহল রারক-থোনব্ ইনবিদা, পলেম মমা থৌশামথোনব্ নাচুংফনা

নাহা খোইনা মরু থিগুয়ে হায়না শ্রীগোপাল ইবুংঙোগী নাহা কন্তি মখাং অচেংবদা মনা ফিগে রানা মানবনা চোঙ্গুল থুংলকী লোয়া দন্তি য়াহকলু- হৈগীবু অর্জুন বৃক্ষ উপাল অচৌবগী কারকল্লুংদা পুল্লবগা পলেম হমা লৈমরেমা কোলোয় শজাইনুংদা য়াচংখিয়ে। মতৌ অদুম তৌগ্রিবা চীংঙু নাহা অপিশানা গুম্বল খোঙ্গী কিনা লৈতন্বা উপাল ওইনা হৌরিবা মুনি মীচৈখোংগী তলা উপাল ওইরিবা অর্জুন বৃক্ষ ২ মাবুসু চীংঙু দিব্যঅঙ্গ মক্তবনা তলা পামেল কুক্লা চীংঙু নখোজান্দগী কোকহনবিবস্তুং নঙনে।

হে প্রভু ইবুংঙো! ক ল লে চন অহেনবা! খোইয়ম নঙনা নাহা লাংচেং মথোক্লকপদা রাজা কংস নিংথৌ হিংচাবনা মলযুদ্ধ পানবোম ল নখোক্লবগী কুটৈম সুংঙাতবৰু মিংয়েং শানথৈনিংয়ে হায়না মধুপুরী লৈময়োন্দগী অক্রুর মুনিরেনবু পাউকোহল্লুরবগা নশাবী বলরাম পাজনবৰু শমু ঙাইরোইননা সনা মথুরা লৈপাকপু ইন্দাল্লক্লবগা কংস নিংথৌ হিংচা- বগী সিংহদ্বার নিংথৌ সনথোংদা চীংঙু থরাই লৌগে হায়না ঙাইথমগুবা নিংথৌ য়াইশা মথুনেৎ কুবলয় শামু য়াইশা লুহাংহবু হে ইবুংঙো গাপাল অহেনবা চীংঙু সনা নখুৎপাক্তা লৌথৎলম্বস্তুং নঙনে। জানুর মুষ্টিক ২ মাবু কংস নিংথৌ মাঙদা চীংঙু নশাবী বলরাম নচিন্নরনাউনা লৌথৎ- পিরুবস্তুং হে খোইয়ম শিদবা নংনে। সনা লঙ্কা লৈমাবা রাবণ কুম্ভকর্ণ অনিমাগী মশানওন শিশুপাল দন্তবক্র ২ মাগী থরাই তারবৰু লৌথৎপি- রম্বস্তুং নঙনে। পাপী লিংজেল তমথিবা কংস নি থৌ হিংচ বৰু হে খোইয়ম শিদবা নঙনা বিশম্ভর মুর্ত্তি মাঙওইননা লানবিরম্বস্তুং হে মহাবিষ্ণু শিদবা নঙনে। নমু সুক্রসেন অথোইবৰু রাজা নিংথৌ ওইবগী সর্বভোগ চাকচা অথোইবৰু পিনরম্বস্তুং নঙনে। থৌরম অসি মতুংদা হে লোংদম মপুরেন-ও। নঙমা নপল বসুদেব পলেম নমা দৈবকী অহেনবীগা নপল ২ মাবু উনবি পুক্রিং থুংনা হয়াওহল্লমবগা সনা দ্বারকা লৈপাক্তা কোন- লোম য়িমহোংথিবস্তুং হে নীলমাধব শিদবা নঙনে। য়োইবু নশানৌ রুক্মিনী লৈমরেমচিংনা সত্যভামা জম্বুবতি অহেনবি সহস্র রমনী অমাম্বীবু

শ্যামকাহ্নাই ইবুংঙো নহাক্না শম্মু ঙাইখোইননা মধুপুর লৈমরোলগী লৈবাক মীয়াম পুম্নমাক্তুং দ্বারকা পুঙময়োন স্থংঙাইবা বৈকুণ্ঠ নোংদোন লাইরৈবাকী কখি থোইনা স্থংঙাইবদা রাইথুংলুরগা স্থংঙাই মথৈ লৈতনা মাঙোইরুবে।

অদুগুম্বা দ্বারকাপুর পুঙমায়োনগী মতিক অরুববু কনানা হায়-ঙমগবনো ? হীরা মণি মুক্তা রাঙানা কোন্নুং মশক চাইরববু অহিং নোংথিল মাইদনা নোংশারিয়ে। বৈকুণ্ঠ নোংদোন লাইরৈবাকুম্না মতিক পান্দম লৈতেয়ে। অসিগুম্বা সনা দ্বারকাপুর স্থংঙাইবগী সনা য়োই-কোম্নুংদা বীর পাঙ্গল মপা ভাম্ববু চীংঙ, ইন্দ্র সরায়েংমরস্থ পুরিং থোইনা লুক্না লৈনৈয়ে। মাইকৈ ভাবপা লাই অসি খৈবিবস্থুং শমু খুৎথুম চলঙমলিবা মশেম্নে। মতৌ অস্তুম স্থংঙাই মরাঙ কায়না পানঙমলিবা হে নোংদম খোইয়ুম মপুরেন কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোনা সনা দ্বারকা লৈময়োন্দা স্থংঙাই মরাঙ কায়না পালিবা অসিগুম্বা চীংঙ, কৃষ্ণ শিদবা খোইয়ুম চিনসনা চিনবাম্থোংদগী শিস্থরকপা গীতা পুরাণ স্থংঙাইবা সধর্ম্মজ্ঞান অরুবব্ গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিত অহৈবনা সংস্কৃতি ভাষা দেব লাইগী লোন্দগী হন্দোক্লময়ে।

অদুগুম্বা গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিত অহৈবা, গুরু গোষাই ইবুংঙোগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনিমাব্ তাঙজা কোক্কা থোংনা ভক্তি চীগ নোম্না হন্না হন্না পুরুমজৈয়ে।

অদুগুম্বা গুরু গোষাই কৃপা মথৌজান্দগী মহাজ্ঞান অরুবব্ মর্ত্ত্য-লোক তাইবং নমু মীওইবগী থম্মোই ৎম্বাল ময়ায়দা কাউহল্লরবগা অবিদ্যা মায়া পুম্নমাব্ কোকহনবিরবস্থুং গুরু গোষাই ইবুংঙোনে। অবিদ্যা মায়া অয়াম্বব্ কোকখিরবগা মহা সৎ উনবি পুম্নিং শেংখোই-বমু ওইখিয়ে। উনবি থোইনা শেংখোইবা অদুনা হরি ইবুংঙোগী নামামৃত থুমখোইবব্ মুখ চিনবান থম্না শোঙ্গনিংবা থম্মোয় লৈকাম্নুংদা উনবি পরৈ চেৎনা নিঙজনিঙবা মহৈ অনিমা অসিনা শ্রীহরি ইবুংঙোগী খুয়া থম্বাল লৈকা অচীকপদা রতন ঐগী লনদরনে হায়না লোজখিয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা শুক ইবুংঙো অদুনা মহাভাগাবত অথোইবগী রূপ মশাক ওইদুনা তাইবং মমু পোংবচা পুম্নমাগী থরাই লৈবা থৌর্বিকপু রাকৈ হিবু ওইনা সংসার রাংনা লানবিখিয়ে।

হরি গুরু অসিনা মহাভাগবত অথোইববু মতৌ করম ওইরিবনো ক্ষীরদ সমুদ্র মনুংগী ক্ষীরদশাই ইবুংঙো চীংঙু নারায়ণ শিদবগী নাভি খোয়থৈগুংদা সনা থম্বাল নিঙথিবা লৈকা ১৪ শুববু শাংলরুবগা থম্বাল লৈয়েম্নংদা হরি লাই মরু অদুনা ব্রহ্মলোক চঙথোনবা খোইরম লাইরৈবাক নিঙথিবা অমবু শেম্নকয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা চতুর্মুখ মচিন ৪ পানবা খোইরম ব্রহ্মা শিদবা অমগা চীংঙু শমু মহকশাংদগী শুক সনাতোম্নচিংলিবা খোইরম মপারী মঙামবু শাংল লে। থৌরম অসি মতুংদা দেব লাইয়াম পুম্নমান-চিংনা শগোল শামু দুলাই খোঙমী লানমী মনাই নিংথৌ পোংলোই অয়াম্বা অসি ঙম্না শানশেম্নকলে। মতৌ অদুম ওইনা থৌজাল সমুদ্র ঈরেনপুংগুম্বা ইবুংঙোনা চীংঙু শমু মহকশাংদগী পুথোকখিবা খোইরম ব্রহ্মা শিদববু চৌদ্দ ভূবণ মবোল ১৪ মাবু শানশেমহল্লবগা মরোল ১৪ মাগী পাপী অয়োনববু কোক্লবা মহাভাগবত অরুববু পাউতাকপিরম্লগে হায়না খোইরম পায়মা উনকোইগুংদা নিঙথল্লবগা য়াথং য়াহমথরকয়ে।

চীংঙু ঐগী সৃষ্টি মালেম তাইবংপানবা অসিদগী মহাভাগবত অরুবগী মতিক খোইনা চঙথোনববু নাতাজরবদি চীংঙু ঐবু হৈল্লিবা মী মচংনে হায়না পাউতাকপিরবগী পুরাণ লাইরিক অদুবু মচিন ৪ পানবা ব্রহ্মানা লনমরু অচেৎপনে হায়না লৌজবিয়ে। তাইবং পুম্নমাগী লন মরু ওইনরিবা ভাগবত পুরাণ অকাবা অসিবু দেবঋষি অথোইবা নারদ মহামুনিরেন্দা তম্বীখিয়ে। নারদ মহামুনিরেন্না ব্যাস মুনি অথোইবদা তাকপিরময়ে। মহা মুনিরেন্না মপারী শুক মহামুনিরেন্দা তম্বীখিয়ে। শুক গুরু অথোইবদগী সূত মুনিরেন্না তমজখিয়ে। সূত মুনিরেন্না ব্রহ্মঋষি রাজঋষি সভা পুম্নমাবু শমু মাঙদা থানা 'ভাগবত মপা ১২ মাবু পাউতাকপিখিয়ে। থৌরম মতৌ অসিদগী তাইবং

নোংশাপান পুম্নমাগী পাপ লাইজ ঊরেনপুংগুম্বনু শুম্না কোক্লখিরে। থৌরম মতৌ অসিদগী শ্রীহরি গুরু ঈশ্বর মপুরেম্না মহাভাগবত অথোইবগী রূপ মশক অশেংবনু ও'না অসুম রাহম্নরিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা গুরু ইবুংঙো অদুগী য়াথং পাউতাক থোনবু থর ই হকশং তুম্না লৌজরবা মীদো সাধুজন অফব-ও তৌনা কৌয়ে। ভক্ত সাধু অদুদি চীংঙু কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী পাদ পঙ্কজ নিংথিবা খুয়া থম্নল লৈকা অনৌবা অনিমাগী লৈহি থুমখোইবনু অহিং নাংথিল লাইদনা চুপচখিয়ে। মতৌ অসুম ওইন তানফংজখিরবা মীদো জীবজন্তু পুম্নমাবু শ্রীহরি ইবুংঙোগী চীংঙু মশক অরেপ্পনে হায়না লৌজঙময়ে। মতৌ অসুম য়াইবি থরাই ওইরিবা মহাজ্ঞান অথোইবদু পাইতাকপিঙম্বা গুরু ইবুংঙো অদুগী য়াথং পাউতাক নিঙথিবা মমল মতিক লৈতবা অদুবু থরায় হকশাং অহুম্মাবু য়াউনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌনা পুরুমজরমগে।

পুকনিং থোইনা পঙলিবা গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিত পায়মা লৌশিং তাম্লিবা ঐনা হরি ইবুংঙোগী গুণামৃত থুংখোইবা অসিবু লেংজরমগে হায়না নিঙজরিবা অসিবু গুরু মথৌজানগীনে। হে থোইয়ম নোংদম মপুরেন! কোয়ৌ ইনোংথৌ থৌজাল নয়নকুদগী পায়মা ঐগী উনকোই-সুংদা থোইয়ম নঙগী নতিকপু ওইখিরবা মালেম নোংশাপানগী মচি লনমরু ওইনরিবা মহাভাগবত য়ারীবু মুকমু নারিন শোম্না করম ইজসিবনো খঙলোদে। চীংঙু নঙগী নতিক্লা দেব লাইয়াম পুম্নমা মুনি ঋষি অয়াম্বা য়াক্স হিংচাবা য়াহি মুমু ককচেং থোইম্না নাপি শীঙবি জীবজন্তু পুম্নমাবু শেম্নম্বগী নতিক উরুবনু সীমা গুমথৈ ফংনা খঙঙমলুদে। পুম্নমা অসিবু হে থোইয়ম চীংঙু শিদবা নঙনা প্রকৃতি পুরুষ কার্ত্তা ওইদুনা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরনচিংনা শানশেম্নবগা নমু পোংবচা য়াক্স হিংচাবা চলা-চলং অচৎ চত্তবা ময়ম অসি থৈবিকপু শেম্বিরিবম্নুং নঙনে। হে থোইয়ম শিদবা নঙনা মৎস্য, কূর্ম্ম, নরসিংহ, বামন, পরশুরাম, হলিরাম, বরাহনচিংনা মিংলেন ১০ মাবু কৌনা তাইবং নোংশাপানগী অক মথোই তোংনবনু শানকোংবিরবম্নুং নঙনে।

সুরসেনগী মপারী বসুদেব অথোইবগী কোন্নলোয় শরায়সুংদা লাইথুং-লুরবগা পূর্ণব্রহ্ম ভগবন্ত কৌবসুং নগুনে। ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাগী জীবজন্তু লৈবা খৈবিকমাদা থৌজাল পিদ-হৌবু পিনবিবসুং হে খোইরম পিদবা নগুনে। চীংগু নগী খুয়াবু উনবি পুক্লিং পিনা নিংশিংজরবগা পাপ লাইজসুংদা তাখিগদবা খৈবিকপু কোরৌ নোংখৌ লৈবাকপু য়োইনবসুং নগুনে। শ্রীহরি ইবুংঙোগী খুয়া থম্বাল লৈকা অনিমাদা পুক্লিং থৌকাঙ্-দবু লেপ্পা ওইজগদনে। হে সাধুজন লেংনা ভিনবশিং-ও, পুকনিং অতনববু নাইদনা নাত্তাজঙেনে হায়না গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা অসুম লেংলময়ে হায়দবরা ?

থৌরম অসিসুং মদোমদে। থাইনা লহানলোং দেব লাইগী মরূপকা রাক্ষস হিংচাবগী মরূপকা লৌশিং লৌতিন্না লাইজ সমুদ্র ইরেনপুংবু খাবং থোক্লা নৈরবগা সমুদ্র মন্থন-সুংদগী য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমাবু শানফোংলকয়ে হায়না লহানলোং পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা বলি রাজা নিংথৌ কৌববু লৈরময়ে। মহাদেব অথোইবদা খোইরম লাইনিঙ্‌কললে। সত্য রাচুম শুনা দান লনয়েন কৈয়ে। চক্র হীরা থাগুম্না পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা বলি রাজা নিংথৌরেন্দো রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাগী রাজা নিংথৌরেনবু ওইনা লৈঙেনে। অদুগুম্বা বলিরাজা নিংথৌরেম্না চীংগু ইন্দ্র সরারেন পুরন্দর পাখং য়োইরেনবা নোংখাই মপু নিংথৌগা হুয়েল লানশোক ভহুন্নকপু হন্না কোরৌ নোংবু-খোন মালেম লয়্‌বু হুপ্‌ লাল্লম অমম চঙনা শোরবদা চীংগু ইন্দ্র সরারেন নোংখাই মপু নিংথৌদি রাজা বলি নিংথৌরেনগী লানশোক অরূম্বা মৈচাক তমথিববু খাংঙমদরবগী ইন্দ্র মখুনেৎপু হুম্নাম্নবগা দেব লাইয়াম পুম্নমাদি হুয়েল লাম্থোং কায়না চেম্নখিরে।

থরায় লৈবা খৈবিরা পঙনা ভানকুংঙমদরবা মক্ক-চঙথোনবা অমরাপুর লাইরৈবাক সুংঙাইবা অদুদা বলি রাজা নিংথৌরেম্না শমু খুৎথুম চম্না উনবি মনিঙ-থুং সুংঙাই মরাং কায়নবা কোয়ববু লাংহৈ হুমশিং চরি শুনা থৌখিরবদা অসাইকৈগী খোইয়ম্ লাইয়াম পুম্নমাদি

লৈন ফম্বি খঙদনা খোয়মা নাউয়োম্লক্লা য়াকায়রবদা দেব সর্ব্ব পুম্নমাবু ইন্দ্র নোং-নিংথৌনা হাউসি ঙমগা-চিংনা লময়োল নোংলোন ও মাগী মবুংঙো মহাবিষ্ণু অথোইবদা শমু খুৎপু লোয়া পুরুমজখিয়ে।

হে ইবুংঙো চীংঙু শিদবা পরং ব্রহ্মা বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংঙু নারায়ণ অহেনবা খোইয়ম নখোঙখা মমল মতিক লৈতববু নদাইরেম ইন্দ্র থরায় অতোনবা ঐনা পুরুমজবনে।

চতুর্ভুজ পাম্বোম মরি পায়া শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম খুৎশু ৪ মাবু শূনা গড়ুর চেকনিংথৌবু বাহন শাদোংনরিবা খোইয়ম শিদবা নঙবু পুরুমজবনে। চীংঙু নঙনা লাকলেন কিয়ুপ মতম খুদিংদা অবতার নপোক লৌনা কাওবিররবগা মালেম তাইবংপানবগী অরা মথৈ লৈতববু কোকপিবসুং নঙনে।

মৃগেন্দ্র নোংশা থাংদাননা হকশাং নব বনমালা নিঙথিবা শিঙলেন লৈগী পরেংবু খারোন হকয়েংনরিয়ে হায়বগী খোইয়ম কোলোয় নমিং-থোংবু বনমালি উপেন্দ্র হায়না কোলোয় অসুম মিংগৌনরিবসুং নঙনে। চৌদ্দ ভুবন ময়োল ১৪ মাগী থরায় মচং চত্ত পুম্নমাবু নোংদম নোংখাই-বিরিবা হে খোইয়ম শিদবা নঙবু পুরুমজবনে।

পাক্ষিরাজা লমকেৎপা গড়ুর চেকনিংথৌবু বাহন শাদোংনরিয়ে হায়বগী গড়ুরপতি নিলসিংহ হায়না কোলোয় অসুম মিংগৌনরিবসুং নঙনে। চীংঙু অনাদি আদি পুরুষ অহানবসুং নঙনে। মচু শংবাননা কল্পতরু উপাল শিদববু ওইরিবসুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। তাইবং পুম্নমাবু হত্যা মাঙহল্লবগা কার্ত্তা অমরক রায়েন্নিরিবসুং নঙনে। পরংব্রহ্ম চঙখোনবা ঈশ্বর মপুরেন চীংঙু শয়া তুখোং খুদিংদগী ব্রহ্মাণ্ড লক্ষ লক্ষ থিঙমদববু পুথোক্লকপসুং হে নোংদম মপুরেন খোইয়ম শিদবা নঙনে॥ থরাই অপকমা পুম্নমাগী লমহৌকম হে ইবুংঙো মচি লন-মরু নঙবু পুরুমজবনে।

নদাইরেম ইন্দ্র থরায় অতোনবা ঐনা অনাদিবু মাঙহনবা চীংঙু নারায়ণ শিদবা নঙবু পুরুমজবনে। হে প্রভু! ইবুংঙো কমল লোচন

অহেনবা মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। চীংঙ সনা নখোঙথা মমল মতিক লৈতববু হন্না হন্না পুরুমজবনে।

হে খোইয়ম শিদবা চীংঙ, নতিক অরুববু সিমা ঙমখৈ কংনা শিংলেন লৈশি লৈখোঙঙমলোইয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো লোকনাথ মপুরেন-ও। নদাইরেম ঐগী থরায় অরাবা অসিবু চীংঙ, মঙনা খুনগৎপিয়ো। পানগল থোইনা লমকেৎপা বলিরাজা নিংথৌরেনদো লহান মপোক কয়ারক্কী খোইয়ম লাইনিঙ করম্ববু তপস্যা কোরৌ লনশামনগী হৌজিক লাংওন অসিদা চক্র হীরা থাঙগুম্না খোইনা চাউরবনো। বলি নিংথৌরেনগী পাঙ্গল মমাঙ থাংঙমত্রবগী নদাইরেম ঐগী অমরাপুর সুংঙাইবা খোইয়ম লাইরৈবাকপু বলি নিংথৌ পানগনবনা শমু থুৎথুম চনখিরবগী অমুক লৈনা ফম্বি লৈতরবগী শচি লৈমরেমচিংনা ইপারী ইনোংয়াইশিংগা গন্ধর্ব কিন্নর জঙ্গম মরম অসি খৈবিক্কী দেব লাইরুপ অয়াম্বা কোটি কোটি থিঙমদবশিংদো বলি মশান্ কিবগী খোয়মা নারোয়্যুংদা লৈনা ফম্বি থঙদনা কোরৌ অচু-খাঙ রাংবল অশা-লাংনা অরা মখৈ লৈতনা য়াঙ্গোইরিববু লা'হৈ কুমশিং চনি শুখিরে। দেব লাই খৈবিক্কী শক্তি পাঙ্গল অচৌববু ওইবিরিবস্নুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। দেবতা খোইয়ম লাইরুপ অয়াম্বা ঐখোয়না সুংশি লৈখৈ তানা লায়্যংলিবা অসিবু হে খোইয়ম শিদবা চীংঙ, সনা নখোঙ খাদা লন্নিজবনে হায়না অস্নুম ইন্দ্র সরারেনদি দেব সর্ব খোইয়ম লাইয়াম পুম্নমাগা পরংব্রহ্ম বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংঙ, নারায়ণ শিদবা মহাবিষ্ণু অখোইববু হন্না হন্না অস্নুম পুরুমজরবদা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন মহাবিষ্ণু শিদবনা য়াহয়কয়ে।

হে ইন্দ্র নোংথৌ সরারেল-ও। নঙনচিংমা দেব সর্ব লেংনা তিনবা নঙখোয় পুম্নমাস্নুং চীংঙ, ঐগী চিলকোয় ইয়াথংবু ঊনবি পূকনিং তন্না নাতাউ-ও। হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমক্রু ঈরেবপু'দা থরা লৈবা খৈবিকপু অমঙ্গল য়াইথিবা মঙ্গল য়াইকবা মরম অনিমাবু শমু ঙাইরোইননা তাউথনরিবা মশেননে।

থৌরম অসি, খঙনা হে ইন্দ্র নোংনিংথৌ-ও। অর নঙগী য়াইফবু ওইখিল্লক্লবগা অজয় য়াইখিববু চেংলো মিৎকুপ মরুমদা ঙম্মা য়াঙহুন-খিদ্রেনে। হে পুরন্দর পাখং য়োইরেনবা নোংখাই নিংথৌ মপু-ও। পাঙল থোইনা লমকেৎপা বলিরাজা নিংথৌরেনদো তপ্, জপ্, যজ্ঞ দান ধর্ম্ম মরম অসি খৈবিক্তা পাঙল মীপা থোকয়ে। থাইনা লহাননোং মাঙগী থৌরম হোৌখিবদা রাজা বলি নিংথৌ অসিনা মায়কৈ অরাং পাংবরমগী হিমালয় কোবা থাব উনগী চীংবু নাতৈননা চীংঙু তমঙণ লাইখ্রিংথৌ নোংপোক মহাদেব শিদবগী থোইয়ম মশক অঙোওববু ভানফংজগে হায়বগী সং উনবি পুক্রিং লেপ্পা নিঙজখিয়ে।

রাজা বলি নিংথৌরেনদি তরা চাদংদ লাইজা ইয়োংদনা অহিং থোমলেন তুমকন্দ নোংখিল মিৎয়েং শানখৈদনা খোইয়ম লাইনিঙ তমথিববু লাংহৈ কুমশিং চাতরেৎ শুনা নিঙখিরবগী উমাপতি মিংলোং ও পানবা নোংপোক মহাদেব শিদশদি বলিরাজা নিংথৌরেনগী ধ্যান লাইনিঙ তচেৎপনা শমু খুৎথুম চনখিরবগী নোংপোক হকশাং নীক্লা রায়থুংলরে। মতৌ অসুম ওইরিঙৈ থোইয়ম মহদেব শিদবগী ধ্যান লাইনিঙ অরাবনা চেংলো মিৎয়েং পান্দম্লবদা থোইয়ম নোংপোক শিদবা ব্যাঘ্র পানবা কৈউন ইনবনা নমু মীকোক-শিবা ভূত প্রেত অয়াম্বা লমলোং চাবান-চাববু শমু ঙাইরোহননা বলি নিংথৌরেনগী শমু মাঙদা থানা কাওররবদা চীংঙু কোলোয় ময়াথং থোরা রাহম্লকয়ে।

হে বলিরাজা নিংথৌরেন-ও। নঙগী থোইয়ম লাইনিঙ তমথিবনা চীংঙু ঐবু শমু খুৎথুম চনখিরে। পায়মা নঙগী উনকোয়নুংদা পুক্রিং নঙগী অপাম্ববু বর লম্নিজরো হায়না অসুম রাহম্লকপা চীংঙু মহাদেব শিদবগী চিনকোই ময়াথংবু নাতারবদা রাজা বলি নিংথৌরেনদি চেংলো মমিৎ পাঙনা মিৎয়েং শানখৈববু শকর নোংপোক মহাদেব শিদববু নিংথৌ মাঙদা থানা লৈঙম্লবগী পুক্রিং হয়াউ থোইনা শমু মখুৎ-জোন য়াথং অনোনবনা বর লম্নিজখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো। ত্রিলোচন অহেনবা মিৎলোং অহুমকাংনা লোঙব-ও। চীংঙু লনা নথোঙথাবু পুক্রম্লজরে।

খোইরম নখোৱাজাবগী মৈয়োল নোংলোম অহুব-থাপ। দেব লাইনচিংবা রাক্ষস হিংচাব। তাইবং মমু পোংবচা মমব অসি থিথিকপু বলি ঐশী মাইয়োক খাণ্ডবদবা পাজল ইন্দ্রাঙ্গা শমু ঐশী থুংথুম চনবমু হে খোইরম শিবগা মতনা বর অসিতবু লনকুখিয়ো হায়না অসুম পুরুক অরবদা চীংড্ ভমঙ্গ লাইথিংথৌ নোংপোক মহাদেব শিববনা রাথং র বয়কয়ে। হে বলিরাজা নিংথৌরেন-ও। নঙগী ত্রিভুবন মরোল ও থাদা চক্র হীয়া খাণ্ডম পানগল খোইনা লথকেৎ-ও। তাইবং নমু পোংবচা রাক্ষস হিংচাবা দেব লাইনচিংনা লানথোক নঙী নমাও খাওবদবব্ লেপ্পা ওইরগুনো হায়না অসুম বর লনকুখিরয়বগা শঙ্কর নোংপোক মহাদেব শিববদি অন্তর্ধ্যান চেংলৌ শকউংদনা মরোম হজিনখিরে।

মতৌ অসুম ওইনা হে ইন্দ্র নোংনিংথৌ-ও। নোংপোক রাথং মৈবগী থরাই কনাগুম্বা অমত্তনা বলি নিংথৌ পানগলবগী খোয়না মমাও খাওবমলোইয়ে। হে দেব সর্ব্ব অন্তাত্মা। খোইরম লেংনা ভিনবশিংও। পাঙ্গল মথোয়গী নত্তিক অচৌবা অমত্তনা তাইবং পুরনা অসিব্ শমু থুংথুম চল্লিবা মশেনে। মতৌ অসুম ওইরিঙ্গুম বলবন্ত পাঙল খোইনা মপাঙ্গাম্লিবা বলিরাজা নিংথৌরেননে। খোরম কর্দো-ভম্ রোইয়ে।

হে সুরারেন নোংথাই মপু নিংথৌ-ও। নঙগী উনবি পুকনিং পিনা নাত্তাউ-ও। দেব লাইয়াম মথোয় পুরমাব্ বলি নিংথৌরেন পাঙলবগী পুরি মনা য়োইকোয়্ংদা ইন্দ্রানখিয়ো। বলি থাগী ত্তোজ লনওন মহৈশী তপ অকনবা মত্তিক্কা তাইবং নোংশাপানব্ থাণ্ডবদববদি অবতার মনক লৌনা কোকতৌনে হায়না চীংড্ মহাবিষ্ণু শিববগী চিনকোই মরাখংব্ নাতাবদা ইন্দ্র নোংনিংথৌনচিংনা দেব লাইয়াম পুরমাদি খোইরম ঈশ্বর মপুরেনন্ হমা হমা পুরকখররবগা বলি রাজা নিংথৌরেনগী রাজ্য মরৈবাকপু তাঁনা তমা ইন্দ্রায়নকনে। রাজা বলি নিংথৌরেনগী রাজ্য মরৈবাক, লৈবাক্ পুন্না নিংথিকব্ নোংথাল লাইরেমপাকুমজ। পুরি থাগী লোইকোয়াং কোঙ্কু খোইনা কুংথাইবা

রাজা বলি নিংথৌ পাজনবগী ভক্তি নির্মল তৌনা চিংঙ্কেং নিঙথিবা চৌশাং থোইরেল ঐগুম্বনা মাথং পাইকন্জরক্রে। হে চৈংতু ইন্দ্র সরারেন পুরন্দর পাথং য়োইরেনবা লোংখাই মপু নিংথৌ ও। নহাকনা চৌংতু নংোম মক্তনা পুরি ঐগী য়োইকোম্নুং অনিদা থৌরম করি লৈবগী ইশানবিরকপনো? খোইরম পায়মা উমকোইসুংগী থৌরম তয়েপবু পূকনিঙ ঐবু শানকোংহল-ও হায়না অক্ষম পাউহংঙবা বলি চিনঃখাই মপাউহংবু নাতারাগী চৌংতু নোংখাইরেল নামুংবা ইন্দ্র লোংনিংথৌনা মাথং পাউশুমকয়ে, হে বলিরাজা নিংথৌরেল-ও। নত্তবু খোইরম চিনগোই ইয়াথংবু উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাউ-ও।

তাইবং নোংশাপান অসিদা সমভাব পুক্নিং অমত্তবু ওইনা তিমবু হেন্দুনা থন লন অংা লৈতে। থম্নাই কনা অমবু মহত্ করি লৈতে। শ্রীহরি ইবুংঙোগী মায়া সমক্র জরেনপুংদা ইদোম ইদোম তোত মহুরমী পাপ পুণ্য অনিমাবু শমু ডাংরে ইননা লেংমনরিবা মশেনমে। পোনবি উচেক মরূপসুং পামেল উতোম্বক্না পোনবি হুমশারে চেক্লা নূমকোমে। মপারী চাহময়ে মযোম নাউযোকয়ে। তাইবং নমু পোংবচাঙ্গুং মপারী নাউদং মান্না মযোব খোমজিললোলয়ে। থরায় লৈবা থৈবিকপু জিবি তোংতান নত্তে। থরাথ অমত্তনে।

থৌরম অসি থত্তনা হে বলি রাজা নিংথৌরেন-ও! নত্তবু কোমৌ অসি নোংগী মথৈ ঐগা ইবিংতাবু মিত্র লথলোই অচেৎপবু ওইনা থৌজামসে হায়বগী নিংথৌ নত্তগী সনা য়োইকোম্নং অসিদা চৌংতু ঐনা ইশামকপনে। খোইরম চিনগোই ইয়াথং অসিবু ইনগে ইনলোই হায়বস্নং নিংথৌ পায়মা উন-কোইসুংগী থৌরম অয়েঙবু পূকসিং ঐবু শানথত্তহল-ও হায়না অক্ষম রাক্ষকশা ইন্দ্র চিংগোই মতাথংবু নাতারাগী বলিরাজা নিংথৌরেলদি পুক্নি হন্নাউ থোক্তবিথিরে।

থৌরম অসি মতুংদা চৌতু লোংনিংথৌনা মাথং অমরক রায়মকয়ে। হে পাথৌ বলি নিংথৌ পাজনব ও। নত্তবু উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাউ-দু হুবেক্র চোয়লৌ সনা চৌংগী মাইকৈ লোংপোক থংবরম উপক্রমীরি চৌংলৈন

পঙ্কজা অচৌবনা লৈচিল্লবোন ৭ মাবু হেমা হুনথংখিবরগা কোক্কৌ ওয়থংননা লৈরিবে। দক্ষিণ থানা পাংথরম সুমেরু চোয়নৌ মনা চাংবু ৰকথেংবনা হিমালয় কৌবা খাবা উনগী চাংবু কোক্কৌ নোংথোন রাম্‌না লৈরিবে। পশ্চিম নোংচুপ থংবরমদা চন্দ্রালয় গিরি চাংলেম পলংল্লানা কোক্কৌ ওয়থংননা লৈরিবে। অচুম্বা মায়কৈ অবাংপাংক-ৰমদা মন্দার গিরি চাংলেন অচৌবসুং কোক্কৌ ওয়থংননা লৈরিবে। অচুম্বা মন্দার গিরি চাংলেন পলংলা অচৌবনু চাংলেন মপাল ফুকপদা নগান থোওখান থিনগুনো ত্রিভুবন মযোল অহুমাথংগী বীর পাজলগী মপুয় তাম্লিবা রাক্ষস পুর্ববাবু শম্ভু ওাইরোইনরক ও। হায়না ইন্দ্র নোং-নিংথৌদি বিনায় থাকসবগী কোপোয় মাথং লৌনা মরান ওক্কেখিবে।

মতৌ অসুম ওইনা রাজা বলি নিংথৌরেনদি মহাপাতাল লৈথা-সুংদগী হৌনা মালেম লৈবোল ৭ মাদা রাংপোকপিব রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাক্সুং কোক্কৌ নোংলোন ৭ মাদগী হিংচাবা শীংদা চলিবা দেব লাই হিংহাবা পুম্নমাক্সুং সমজ্র লাইজ ঊবোম্‌নদা হিংচাবা মরম থৈবিকসুং তাইবং পনথেরেন চক্র নাড়ি পিবুকসুংদগী রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাক্সুং বলি নিংথৌ মরাৱবকা মায়কৈ মথোং থিংনা কোটি কোটি রাবথুংলরে। রাজা বলি নিংথৌরেনদি মথাইরেম গণকা অহৈবনা থেংনেন মাকৈম থম্মা যাত্রা থোওখাক্লে।

থৌরম অসি মতুংদা চাংঙু, ইন্দ্র মরাক্লেন পুরন্দর পাথং য়োইরেনবা নোংথাই মপু নিংথৌনা পবন নোংখিং নিংথৌদা রাথং রাবমখিবে। হে বরুণ নোংলাই নিংথৌ পাজনবা নওদি থোইরম লাইরাম পুম্নমাবু পাডকোয়-ও। হায়না থৌনীখিবরগী মালং নোংখিং নিংথৌনা ব্রহ্মলোক মতৈবাজগী হৌনা কোক্কৌ নো-লোন ৭ মাদগী দেব লাইরূপ পুম্নমাবু মন্দার চাংলেন অচৌবনু ফুকপা, ওমা পাডকোৎরুবগী বীর থোইনা পাজনবা দেব লাইগী বরুণতি সুমেরু চোয়নৌ চাংদা কোটি কোটি শিক্কনা মায়কৈ মথোং থম্মা রাবথুংলরে। তাইবং পনথেরেন চক্রসার চেকপন অচৌবা মালেম লৈবোন ৭বা সমজ্র লাইজ ঊরিকলাই থোয়না

মায়োম্নক তলা উতোম্বক চীংলেন পলংলা অৱাংবা লোকশুং অশুম্না উমং অকুংবা তুথূন তুরেন অয়াম্বা মরম থৈবিক্তা য়াঙ্গোইরিবা দেবতা খোইরম লাইরুপ অয়াম্বসুং কোটি কোটি অর্বুদ মশিঙ খিঙমদনা য়াইথুংলরে। রাক্ষস হিংচাবগা দেব লাইগী মরূপকা দক্ষ কোটি কোটি খিমমদববু থরাই কনা মশিঙ পাঙম্নরোই। দেব লাইগী মরূপনা, য়াথং পাউহম্নকয়ে। হে ইন্দ্র নোংনিংথৌও। কোরৌ অসি নোংগীবু পাখৌ বলি ইন্দ্র হায়না মিত্র লমলোই অচেৎপবু ওইখিরগুনো হায়না অস্থম রাজা বলি নিংথৌরেম্না পুক্লিং হরাউ থোইনা য়াথং পাউয়াঙম্ববু ইন্দ্র নোংনিংথৌদি পায়মা উনবি য়েম্লিং চোংনা হরাউখিরে।

অমরনাথ মপুরেন নোংথাই মপু নিংথৌনা য়াথং অমরক রাহম্নকয়ে। হে পাখৌ বলিরাজা নিংথৌরেল-ও! নংবু চীংঙ্ নপাতাউ ঐগী চিনকোই ইয়াথংবু উনবি পুক্লিং তপ্না নাতাউ-ও। মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু চীংলেন মপাল ফুক্না লৌরুরবগা লাইজা সমদ্র ময়ায়দা চক্র মরে তম্না নৈরুরবগা তাইবং নাদ-য়েন নমু শিদয়েন অমৃত শিদহীবু তানকং-জরবদি রাক্ষস হিংচাবা দেব লাই ঐখোয় পুম্নমাবু অমর শিদনা 'সুংঙাই মরাঙ কায়না য়াঙ্গোইরঙ্গেনে হায়না অস্থম রাহম্ববু নাতাকবগী 'বলিরাজা নিংথৌরেম্না পুক্লিং হরাউথোইনা য়াথং রাহম্নকয়ে!

পাখৌ ইন্দ্র নোনিংথৌ-ও! চিনকোয় নয়াথংনা য়াথং পাউতাক-লকপা অসিবু থরাই কনা অমনা পুম্না শানথঙঙমদবা য়াবু কোরৌ অসি নোংদা নিংথৌ ঐগী ভাগ্যবন্ত চীংঙ্ লাইবক ফবনা নাতাম্নবনে। ফরে ফরে হে পাখৌ নোংথাই মপু নিংথৌ-ও! বলি নপাতাউ ঐমু লৈয়োন নোংলোন ও মানা লানশোক ঐগী ইমাঙ খাঙঙমদবগী বলি ইনিংতম্না পাম্লিলে অসিদা চিনকোয় নয়াথং য়াথং নপাউতাকপী অমৃত শিদ-হীগী মতিক অম্নববু নাতাকুবদা তাইবং নোংশাপান পুম্নমাদা নিংথৌ ঐগা মাম্নমা চীংঙ্ লাইবক ফববু অনি গুনা লৈতরে হায়না অস্থম বলি পুক্লিং হয়াউববু চেংলৌ মিৎখিংলবদা ইন্দ্র নোংনিংথৌনা মতিক অচৌববু থাগৎপিখিরে। হে পাখৌ মিত্র লমলোই চান্নবা রাজা

বলি নিংথৌরেন-ও! শুণ নঙগী নত্তিকপু তাইরং অকাও পুক্রমলা শানখওলিবনে। নিংথৌরেনগীসু নিংথৌরেন রাজেশ্বর মপুরেন চক্রবর্ত্তী অথোইব-ও। পুম্নি নঙগী য়োইবোমনুং কোন্না চনবা অসিদা য়েংবু নশানৌ কোরৌ নোংমাংপান্দগী নোংদোল লাইরুরাগুমী কাউরেল থিরেন সুংদগী ব জ ম রনিকাগুম্বি লৈমা ২৫০ না শঙ্খাই ২৫০ দা শিনৌ লশিং ঙীনগুম্রা মদোম শাতারবনে। বেণু বীণা সুংওমবা রুমু রুমু খোঙ্গেম্না য়াকৈনবা নিংথৌরেন মনি মানিক থিনবগী উনবি থোইনা পুকহুবা হীরা নোংশা কান্দেংদা নদোম কম্ম স্নিব-ও। মায়থোং মঙাল নাইনা থবাল মিত্তা হেল্লিবী লৈমা ১০০/.০০ মানা সেবা ইথোঙ্গনা থৌগল্লরিবা হে পাখৌ বলি রাজা নিংথৌরল ও! নত্তিক মঙগী অথোইববু থোইরম লাইনা শোয়রিয়ে। নমু পোংনা কিনরিয়ে হায়না অসুম ইন্দ্র নোংনিংথৌদি বলি মত্তিক অচৌববু থাগৎলবগা কোরৌ গুমগৎনদা বল্কন্ত পাঙ্গল মপা তাম্বা মশেনগী শত্তিক অচৌববু থাগওখিরে।

অসি মতুংদা বলিরাজা নিংথৌরেলগী পাম্বোম মথাথারিবা রাক্ষস হিংচাবগী মরূপস্তুং চেংলৌ মখোয়গী মিককোইথোং ২ মারু সরোবর পুক্রি মতম মায়া কোরৌ গুমথং রাংলিবা বীর থোইনা পাঙ্গল মপা তাম্লিবা মশেনে। শমু মখোয়গী খোঙকান অক্রমনা মালেম পৃথি লৈময়োনবু লৈবাক য়ুহারামা মদোম নীব্রবনে। য়ারা মখোয়গী মখোঙ্গেল, খোঙ্গেল মনিল নাইবনা অতিয়া শূন্য মকোয় থনখিরবগা কোরৌ নোংলোন কাওনা নিনখিরে। দেব লাই, রাক্ষস হিংচাবা মরূপ অনিঙ্কানা কৈলাস চোংনৌ সনা চৌংদা গুম্না তিনখিরবগা, চৌংতু ইন্দ্র সন্নারেন বলিরাজা শাজনবা পাখৌ মথিঙানা দেব লাই রাক্ষস হিংচাবা মরূপ অনিমাকী পাঙল মত্তিক অচৌববু চেংলৌ মিনথিল্লুবদা পুক্রিংথোইনা হরাওখিরে। রাজা বলি নিংথৌরেমা য়াথং য়াহমকরে।

হন্দক মতম অসিদা মন্দার চীংলেন পনায়লা, অচৌববু চীংলেক মহাদেব হূক্রা শঙ্কর বস্তুর তোতুনা অমৃত শিন্দবীদু তানফংলবগা দেব লাই রাক্ষস হিংচাবা ঐথোয় পুক্রমনু র্থব্য শিননা য়ারৈরেন।

হে বীর পাঙ্গল লপা তাবশিং-ও। মন্দর চীং'লন মপাল ফুকপদা খোঙ্গদা নখোয়গী মথাঙ্গ লৈগুনো হায়না অস্থুম ৱাহমথিয়ে। থৌরম অসি মতুংদা চীংগু ইন্দ্র সৱায়েন নোংখ ই মপু নিংখৌনা য়াথং ৱাহম-লকয়ে। হে দেবতা লাইরূপ অয়াম্বা নখোয় পুন্নমাবু তাউ-ও। ধনেশ্বর লননিংথৌ কুবের লন-মপা বরুণ নোংলাই পাঙ্গনবা অষ্ট বসু ৮ মা মায়কৈ ভাকপা শিংথাই ৬১ মাদগী দেবতা লাইরূপ অয়াম্বা কোটি কোটি থিমগুদবসিং কোয়ৌ নোংনাংপানগী মরায়বক্তগী থে ইরম লাইয়াম অয়াম্বা দক্ষ কোটি কোটি থিগুমদবসিং খাইরম নখোয় থৈবিক অসিনা মন্দার গিরি চীংলেন পলংদা অসিগী ম য়কৈ অয়াংথংবরম চীংলেন মপান ফুকপদা লয়কম নখোয়গী শরূক ওইখিয়ে। ইন্দ্রলোক ইরৈবারুচিংনা কোয়ৌ নোংলোন ৭ মাদগী খোইরম লাইরূপ অয়াম্বা মরম অসি থৈবিকা নোংপোক মায়কৈ থংবরম চীংগু ঐগী শরূক লয়গুম ওইগুনু হায়না অস্থুম খোইরম লাইগী মরূপপু মায়কৈ মখোও য়েন্নয়ে।

থৌরম অসি মতুংগী ৱাজা বলি নিংথৌরেম্মা য়াথং ৱাহমকয়ে। ব্রহ্মাণ্ড পুম্মা থাম্লিবা চক্রসার চেকপন অচৌবদু কোয়না গুরুং মালেম লৈথুম্নুংদা লৈবাক খুন্দারিবা কোটি লক্ষ অনগা চাতয়েং তয়ামগুা গুবসিং মালেম লৈয়োন ৭ মাদগী হিংচাবা মশীং অয়াম্বসিং নখোয় অসি থৈবিক্কা মন্দার চীংলেন অচৌবগী মায়কৈ থা থংবরম শরূক নখোয়গী লয়গুম ওইখিয়ে। সমক্র ঈশিং মরায়দা লৈবাক খুনাল-লিখা দানব হিংচাবা নিংথৌ লঙ্কা তয়া লিশিং চাংয়েংমাসিং তাইবং নোংপা-পানগী ৱাক্ষস হিংচাবা কোটি মশীং থিগুমদবা মরম অসি থৈবিক্কা হাউরে নোংচুপ পাংবরমদা নিংথৌ শরূক লয়গুম ওইরগুনো হায়না মালেম লয়কম য়েন্নরে। ৱাক্ষস হিংচাবা খোইরম লাইগী মরূপসিং পুক্নিং হৱাউখোইনা তোক্লেম মখোয়গী মথুংদু শীংজগু কেনথিল নাহল পুন্নমাবু শদু থুত্তা পায়না তাওজ্জা মখোয়গী মরৈতোন্দা জয়-জয়, ৱাইকয়ে-ৱাইকয়ে হায়না মালেম লৈবাক-তৌ, তোকদু লয়তেম-কেল মালেম লৈতংখায়

লয়্‌চাক হুনখৎলকপনা লোইদাম বরিষা নো'জুথাগী নোংলেন মখোঙ ফুইনা চুবগুম মায়কৈ মখোঙ থিংনা সুমিৎ মমি লুময়ে। জয় মঙ্গল য়াইফবগী খোঞ্জেল অনিনববু অত্যা শূন্য মায়কৈ থনখিয়ে। বীর পাঙ্গল মপা তাম্বা পুম্নমাগী শমু খোঙথাং অরুম্বনা মালেম লৈবাক নীকয়ে। মহাশূন্য অতিংঙাদগী লৈচিল মরোল ৭ মাবু হেনখৎখিরবগা কোরৌ ঙমথংননা রাংলিবা মন্দার গিরি চীংলেন পলংলা অচৌবগী মায়কৈ ৪ মাবু কোয়না মালেম লয়তৌনরিববু মতিক পান্দম লৈতে। দেব লাইগী মরূপস্নুং শয়েং মখোয়গী মতানবোম চীংশাং নাপোম মায়বশিংদো মালেম লৈকংলাং অতিংঙাদা পাম্বোম শরী থুম্না নমশিনখিরবগা মালেম লয়চাক হোৎথোল্লবপবু মায়কৈ ৪ মাদা গিরি চী'জাউ খিনগুম পৈরিয়ে। মতৌ অম্মম ওইনা অহিং খোয়েন তুমকন্দা নোংথিন মিৎয়েং নাউ-শুমদনা মালেম লয়তৌনরিববু কোরৌ নোংশিং কুইরক্লবগী মতুংদা কোরৌ সুমিৎ অমদা বলিরাজা নি থোরেম্না রাহমখিয়ে।

হে পাথৌ ইন্দ্র নোংনিংথৌ-ও! মন্দার চীংলেন মখোঙদা মালেম লয়তৌরিবা অসিবু মায়কৈ মতম লাপ্না লুথখিরে। চীংলেন মপাল ফুকপদা লৈরাং মপা ওইরগবরা খঙদে। পাঙ্গল হকথেং ফংনা চীংলেন মপাল ফূল্লসে হায়না রাহম্লবগা দেব লাই রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাবু পাঙ্গল লীচিং মায়না ফুকখৎলুববু চীংখৎ ঙমদখিয়ে। চীংলেন মপান নোম্না মিৎয়েং শানখৈবস্নুং মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু চীংলেন অচৌববু চী'লেন নীকফেৎমাদস্নুং নীকঙয়ুদরে। মতৌ অম্মম ওইনা চীংলেন অমরক লয়তৌনরিববু কোরৌ নোংশিং য়াম্না কুইখরবদা রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমস্নুং দেব লাই অম্বাম্বস্নুং চেংলৌ মিৎফম-উৎ হকশাং ময়েং তানা অরা মখৈ লৈতববু ফংশিল্লফলবদা হিংচাবগী মীরোই অতোনবশিংগা খোইয়ম লাইগী লৌমীগা য়াথং রাহম্নখিয়ে। হে পাথৌ-শিং-ও! মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌবা অসিবু লিনফু হুম্বখিবনা মহাপাতাল ফাওনা লৈরিঙেনে। কোরৌ কদোনোংদা চীংলেন মপান ফুকঙম্নরোইয়ে। য়াথং চিন্দথোই হায়বা তাংজা মরৈ হেবা কনাগুম্বগী

য়াথং পাউহৌরবা য়াবু নরিগবনো। দিবা নোংথিল্ল অঙানবস্থুং চেংলো মিৎকুপ মরম্বু অরা পোঙা নাইকন্দে। অহিং তামম্বদম্তুং মৈথুল হাইজাউ থাম্না মালেম লয়তোনবদা ইমুং মতম লান্নশিবস্থুং খঙলোদে।

মতৌ অম্বুম ওইনা অমৃত শিদ-য়েনবু তানকংবা হায়দবস্থুং পুন্সি ঐথোয়গী লমথুংকম্বু য়োঙমদনা য়াংলো লমখা'মাদা লেপ্না নোংমনঙৈনে হায়না অম্বুম তিম্ন-ঙাওনৈয়ে। মতম অতুদা রাক্ষস হিংচাবা দেব লাইয়াম পুন্নমা মরূপ অনীমাগী বীর পাঙ্গল মপা তাম্বশিংনা মালেম লৈতংখায় লৈচাক পৈখৎলিববু লৈচিন মরোল অহুম কাউনা রাং-খৎখিরবদা চীংঙু ইন্দ্র সরারেন পুরন্দর পাখং য়োইরেনবা নোংখাই মপু নিংথৌনা হে পাথৌ বলিরাজা নিংথৌরেন-ও! মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌবা অসিবু চীংলেন মপাল ফুকপগী মতম ওইরক্লে। গিরি চীংলেন পলংলা অচৌববু চীংলেন মপাল নোম্না য়েংলুববু মন্দার চী'লেন অচৌবদি চী'লেন মপাল কোম্না লৈঙম্লবগী বলি, ইন্দ্র অনিমানা পুক্লিং হয়াউ থোইনা য়াহয়ক্লয়ে।

হে বীর পাঙ্গল নপা তাম্বশিং-ও! নখোয় পুম্নমাবু নঙগী নঙগী ফম্বিদা খুভম মপা চেৎনা পায়নৌ ও। গিরি চীংলেন অচৌবা অসিবু চীংলেন মপাল ফুক্না চিংখৎলসে হায়না অম্বুম য়াতম্লবগা গিরি চীংলেন অচৌববু শমু খুৎপায় চেৎনা পায়রবগা চীংলেন মপান ফুক্না চিংখৎলবদা ভীম্না অরূম্বনা চীলেন মফয়েন্দা অমরক হঞ্জিনখিরে। মতৌ অম্বুম তৌনা হন্দোক হজিন কয়ারকপু লাংবন কাউথেম্বীনা ইয়াই নোপকুম্ববু হন্দোক-হঞ্জিন চিংনরে। রাক্ষস হিংচাবা দেব লাইয়াম পুম্নমা বীর পাঙ্গল মপাতাম্বা অয়াম্বদি উনবি কলহৌ নীক্লা মুখ মখা-চীক পায়মা লিংশা মথোঙ-থিং পাঙ্গল হকথেং-ফংনা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু মূল মরুফংনা ফুকখৎলক্লবগী বীর পাঙ্গল মপা তাম্বা পুম্নমাদি উনবি কলহৌ নীক্লা শমু মখোয়গী মরেংবান তাংজা লুরেন্তোন্দা থোংনা পুরিবস্থুং য়াওয়ে। মতম অদুতদা খোইয়ম লাইগী মরূপ্না চীংলেন অচৌববু অমরক থাঙ্গৎলুরবগী মায়কৈ চিহৈ নাইনা নমথকক্লবগী

মালেম লৈমায়থক্তা রাক্সস হিংচাববু কোটি কোটি থিঙমদনা চীংশেন অচৌবনা নম্মুরবগী চুর্ণ লুজাউ পাক্লা নোংমম্লরে। মতৌ অসুম ওইববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী রাজা বলি নিংথৌরেন্দি উববী কলহৌ নীক্লা রাথং রাহম্লকয়ে।

চীংগু ইন্দ্র সরারেন দেব সর্ব্ব অগাম্বা! খোইয়ম নথোর খৈবিকপু সত্য রাচুম লৈতে। খে'য়বুং নরৌ চাউনা বৈরী য়েক্ল-চেনবগী ইদাইরেম রাক্সস হিংচাবা বলবন্ত পাঙ্গল মপা তাম্বশিংবু শংলৌ নখোয়গী নথৌরাংনা কোটি কোটি নোংমলহল্লে। বলি ঐবু মীথাদনা নিংথৌ ঐবু তাংশক্তবগী থরাই য়াম্ন মাঙহনথিরে হায়না অসুম রাজা বলি নিংথৌবেন্দি কঞ্জাউ মৈরা থোকপবু হকশাং পুম্না নীক্লা কম্প য়ুহাগাগুম্ন। কোরৌ ঙমথংননা রাংলিবা রাক্সস পাঙ্গল মপা তাম্বশিংসুং কালাগ্নি তাইবং নোংশাপানবু মতম শিঙমদম্গী খাম্বী মৈচাক লৌবগুম মহাক্রোধ তমথিবা কঞ্জাউ লাকঙমদবনা দেব লাইগী লুচিংলিবা খৈবিকপু তাংজা শমদোং-লাক থুনীং চোংথিন্ন' চুবা নাহুম-তম কিন্থিন চৈথা লুম্না হুয়েল লানশোক্লরে। দেব লাইগী মরূপসুং উনবি কলহৌ নীক্লা রাক্সস শমদোং-লাক শমু খোঙনা-কাউ খুত্তুম লাল্লোই থানা হুয়েল অসুম লানশোক্লরিববু মতিক পান্দম লৈতরে। কোটি কোটি লাক্লরিববু ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমা নীক্লে। বীর থোইনা পাঙ্গনবা দেব লাইগী মরূপা রাক্সস কিংচাবশিংবু শমু খুদোল লাক্লা মন্দার চীংলেন পলংলাদা হাইহৎলুরবগী হিংচাবা তাংজা লুরেনত্তোনবু পনম খোমরৈ খায়গুম চুর্ণ লুজাউ তেক্লা নোংমলহল্লে। দেব লাইগী মরূপসুং রাক্সস হিংচাবশিংগী চৈথা অরুম্বদা খাঙঙমদরবগী ময়া ঈত্তোং ওনা কোটি কোটি নোংমম্লরে।

মতৌ অসুম ওইনা হুয়েল লানশোক্লরিববু মতিক পান্দম লৈতরে। বীর থোইনা পানগনবা লক্ষ অর্ব্বুদ মশীং খীঙমদনা পাঙ্গল হকথেং ফংনা লাক্লরিবগী শমু খোঙথাং অরুম্বনা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু ভূমিকম্প য়ুহারান মহীধর লৈবাক নীকয়ে। য়ারা মখোয়গী মখেৎজেল,

খোঞ্জেল মনিল নাইবনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্না থনখিরে। বীর পাঙ্গল মপা তাম্লিবা সেনাপতি পুম্নমানা সিংহনাদ নোংশা লাল্লাউনবগী খোঞ্জেল ভমথিবা নোংখাক চৈরোয়নবনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাগী মবুংঙো খোইয়ম নোংদম মপুরেন মহাবিষ্ণু শিদবগী বৈকুণ্ঠ কোরৌ নোংথৌ লৈবাক্তা খোঞ্জেল মনিন্নাইনা রায়থুংলুরে। লয়রোন নোংলোন অহুম্মাগী মবুংঙো পরং-ব্রহ্ম বৈকুণ্ঠ মপুরেম চীংঙু নারায়ণ শিদবা মহাবিষ্ণু নারায়ণ শিদবদি অন্তর্ধ্যান খোইয়ম লাইমিং অরাবনা মিৎয়েং শানথৈথিবরু তাইবং নোংশাপান্দা মন্দার চীংলেন মপান ফূকপকী রাথোক অচৌববু চেংলৌ মিৎথিংলুরবদা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন্দি চীংঙু পায়মা উনকোই-স্নুংদা খোইয়ম বাহোন মথুংনেং গড়ুর চেক্লিংথৌবু নীংশিংলুববগী পোনবি গড়ুর পাঙ্গনবদি চেংলৌ মিৎকুপমরমদা খোইয়ম মাঙদা-থানা ফাউর-রবগী পরং ব্রহ্ম বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংঙু নারায়ণ শিদবা মহাবিষ্ণু মপুরেন্দি বাহন মথুংনেৎপু চীংঙু শমু খোঙওইননা মর্ত্যলোক তাইবং নোংশা-পানবু ইন্দাল্লক্লবগী অসাইডৈগী মন্দাব গিরি চীংলেল মথোঙদা হে ইন্দ্র নোংনিংথৌ। বলি রাজা নিংথৌবেল-ও! পাথৌ নবিঙানচিংনা রাক্ষস হিংচাবা দেব লাইয়াম পুম্নমাক্সং খোইয়ম চিনগোই ইয়াথংবু পুক্লিং তপ্না নাতাউ ও। মন্দার চীংলেন ফূকপদ। নিপা পরেংনন থৌরম অসি মরম্বু শিংলেন অরেম্বদ। হুয়েন করিগী লানশোক্লঙম্বনো?

তাইবং পুম্নমাদা লৈতবা অমৃত শিদ-য়েনবু মন্দর চীংলেন অচৌবা অসিনা মহাসমদ্র ঈবেনপুংদা লাইজা ইকা নৈনা সমুদ্র মন্থন তৌরবগা মমল মতিক লৈতবা অমৃত শিদ-য়েনবু লেপ্পা তানফংজঙৌনে। থৌরম করিগুম্বা ধর্ম্ম মহয় অমমম্বু ওইরবস্নুং পুক্লিং ঐনা পাম্ববু লনথুংগে হায়না নিঙথঞ্জরবদি থন ইরল তিংনা থৌরম কয়ামরুম্বু ব্রত তরা চাকহেন্না জপ তপ যজ্ঞ ধর্ম্ম মরম অসি থৈবিকপু থৌরম কয়ামরুম রানা লন্তাঞ্জরবগা পায়মা ঐগী উনকোইস্নুংদা পুক্লিং ঐনা পাম্ববু লনথুংজঙৌনে। থৌরম অসি খণ্ডনা পায়মা নথোয়গী উনকোইস্নুংবু উনবি পুক্লিং তপ্না হজিন্নরো হায়না অসুম রাহল্বিবা খোইয়ম

চিনকোই ময়াথংবু নাত্তারবদা খোইয়ম লাই রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাদি মহাবিষ্ণু অথোইবগী খোইয়ম সনা মখোঙখাদা উনবি পুক্লিং তপ্পা ঙম্না পুরুম্নরে হায়দবরা ? থৌরম অসি মতুংদা পবুং ব্রহ্মা বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংঙু নারায়ণ শিদবনা অনৌবা য়াথং রাহয়করে।

হে রাক্ষস হিংচাবা! নখোয় পুম্নমাক্তং দেবসর্ব্ব অয়াম্বা খোইয়ম লাইনা তিনবক্তং পক্ষিরাজা পানগনবা গরুড় চেকনিংথৌগী পাঙ্গল মতৌ-য়েং পোনবি কৈনা মতুংইন্না লাইজা সমক্রু ইরিক্লাইবু তানা থুনা ইন্দ্রনরক-ও। হে গরুড় পানগনবা চেকনিংথৌ ! নহাক্না কোরৌ ঙমথংননা রাংলবা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌবা অসিবু দণ্ড রাংলেন পুংজা অমরমদা লাইজ সমক্রু মপান্দা রায়থুংলু-ও হায়না অসুম রাহয়বগা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনদি গরুড় চেকনিংথৌবু শমু খোঙওইননা তোংখংলবদা চীংঙু বাহন মখুনেৎ পাঙ্গল থোইনা লমবেৎপা গরুড় চেকনিংথৌদি মায়কৈ মখোঙ থিংনা চাউরিবা মন্দার চীংলেন পলংলা। অচৌববু পোনবি মশা য়েৎলম থংবরমগী শাগন তুক্কাংনুংদা চপ্পা চীংলেন মশক উহন্দনা কোনশিল্লবগা শমু ওইরম থংবরমগী শাগল-তুফাংমান। শূন্য অতিংঙ'দা পাইখৎখিরবগা মায়কৈ থানা পাংবরম নোংশিৎ মমাঙ থানা পাইথখিরবদা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু লাইজা সমক্রু মপান্দা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা রায়থুংলুরে। চীংঙু ইন্দ্র সরারেন্নচিংনা দেব লাইগী মরুপক্তং বলিরাজা মিংথৌরেন্নচিংনা হিংচাবগী মরূপক্তং মরম অসি খৈবিকপু লাইজা সমক্রু মপান্দা ঙম্না রায়থুংলরে।

থৌরম অসি মতুংদা লৈরোন নোংলোন অহন্মাগী মবুংঙু চীংঙু সনাতন অহেনবা খোইয়ম নারায়ণ শিদবন। চীংঙু পায়মা উনকোইনুংদা নিঙখনথিরে। মহাপাতাল লৈখানুংদগী ককরন্দপুর লৈংয়োন নুংঙাইবদা রাঙনবা আনন্তবস্থ তোকলেন লিশিং পানববু উনবি লৈনিংশিংনা পাউকোরবগী আনন্ত তাংজা শিবনিংথৌক্তং খোইয়ম পুক্লিং থুংনা চেংলৌ

মিৎকুপ মরমদা রায়থুংলরে। খোইয়ম নোংদম মপুরেন মহাবিষ্ণু শিদবনা য়াথং রাহল্লকয়ে।

হে আনন্ত তাংজা লিম্নিংথৌ-ও! মন্দার চীংলেন অচৌবা অসিবু লীলা নওনা হীরী পানদম ওইনা চীংলেন খাঙতপ য়েৎনা পুনশিনলবগা লাইজা সমক্র ময়ায়দা থুনা পুথখিরো হায়না রাহল্লকপা খোইয়ম চিনকোই ময়াথংবু নাতারাগা তাংজা লীলা নিংথৌনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা চীংলেন খাঙতপ লাক্লা পুল্লুরবগা লাইজা ময়ামদা চীংলেন থিন্না লৈহল্লুরে। মতৌ অসি মতুংদা বলি রাজা নিংথৌরেম্নচিংনা হিংচাবগী মরুপ্না আনন্ত পাফল য়াইমরুগী লিলা তাংজা লুরেম্নংবরম হীরী পানদম ওইনা পায়রুরে। চীংড ইন্দ্র সরারেন খোইয়ম লাইগী মরূপ্না লিলা তাঙজা মমৈথংবরম হীরী পানদম ওইনা পায়রুরবগা মহা সনক্র অচৌববু চক্র মরৈ তন্না লৈরুরে। কে'রৌ নোংবু খোন মালেম লয়বু হূপ্না য়াল্লিবা লক্ষ কোটি কোটি থিঙমদবা হিংচাবগী মরূপকা দেব লাইগী মরূপকা পূক্নিং হরাওথোইনা য়ারা খোঞ্জেন-লাউ নোংশা লাল্লাউননা পাফল য়াইমরুগী লিলা শমু মকোক পায়না কুমার চক্র লৈগুম চক্র মরৈ লৈরিববু মতিক পান্দম লৈতে। মায়কৈ মথোং খিং শুম্নিৎ মমি লুম্না চাউরিবা মন্দার চীংলেন চাউথোইবগী ভীর অরান্বনা সমক্র লাইজা ঈরোয়্রংদগী মালেম লৈমায়থক্তা চীংলেন অচৌবনা থেংনা শোল্লুবগী চৈথা অরম-অরান্বনা মালেম পৃথি লয়ময়োনবু ভূমিকম্প য়ুহারা মহীধর লৈবাক নীকয়ে। হিংচাবগী মরূপকা দেব লাইগী মরূপকা সমক্র লাইজা ঈনৈবগী খোঞ্জেল অনিনবগনা ব্রহ্মাণ্ড পুন্না থন্না কোরৌ নোংলোন ফাওনা নিনখিরে। মতৌ অসুম ওইনা অহিং নোংথিল নাইদনা কোরৌ নোংবুম ৭ মাবু শুখিরবদা লাইজ সমক্র ঈরেনপুংদা চক্ষু তিলাং শৌগুম্না মদোম শোগৎলক্লে। মতৌ অসুম ওইনা চক্র মরৈ তমথিবগী চৈথা অরান্ববু খাঙতমদরবগী সাত সমক্র ঈরম ৭ মানা নম্না থল্লিবা হয়েং মহাপ্রলয় তমথিবদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু চাক্লবা কালকুণ্ড কোবা মৈনা সমক্র মন্থন তৌবগী চক্র মরৈ তমথিবদা খাঙতমদরবগী

মদোম চাকখৎলক্লে। চীংগু ইন্দ্র সরারেনগা বলিরাজা পানগনবসুং রাক্ষস হিংচাবা দেব সর্ব্ব অয়াম্বা মখোয় অসি খৈবিরা কালকূত্ত মশক উবদা মাল্লা মতু চুং প্রাণ থরাই নীক্লা ভম্না চেম্নরক্লবগা ইন্দ্র সরা-রেম্নচিংনা রাক্ষস হিংচাবা লৈবা খৈবিকমাবু হাউসি ভমগা চিংনা তাইবং পুম্নমাগী মরু লুচিংলিবা মহাবিষ্ণু অথোইবদা শমু মখুৎ লোম্না রাকৎচখিয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন হুহেনবা! মিৎতরেং সনা য়োই-থম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও! চীংগু নথোজান্দগী অমৃত শিদ-য়েনবু তানফংজগবরা হায়না নিঙখঞ্জবদি কালকূত্ত কৌবা খাম্বী মৈগী মমাঙদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু ভস্ম উৎফুল নোংলৈ ওইনা ভম্না মাঙখিরবগে। হে খোইয়ম নোংদম্ব-ও! চীংগু নঙবু নঙনা উপায় পাঙল অমা লৈতরে হায়না অস্থম পুরুমজববু পরংব্রহ্ম বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংগু নারায়ণ শিদবনা রাহয়্রকয়ে।

চীংগু ইন্দ্র সরারেন বলি নিংথৌ পানগনবা! পাথৌ নবিঙানচিংনা নখোয় অয়াম্ববু উনবি পুক্লিং তপ্পা নাতাউ-ও! কালকূত্ত কৌবা খাম্বী মৈত্রেং অরাবা অসিবু হয়েং মহাপ্রলয় মতমদা মহাপাতাল লৈথানুংদগী হৌনা চৌদ্দ ভূবণ মরোল ১৪ মাবু হেম্না কোরৌ নোংলোন কাউনা চাকখিরবগে। হৌজিক মতম অসিদা কালকূত্ত কৌবা খাম্বী মৈত্রেং অসিবু থরাই কনা অমনা পূম্না থৌখামঙম্নরাইয়ে। চীংগু শমু ইহক-শাংনসুং কালকূত্ত অসিবু শমু খুৎঙমলোইয়ে। তৌম্নিগুম হে ইন্দ্র বলি অনিমা-ও। পঞ্চানন ভাংজা লুরেন মঙা পানবা উমা কোরৌ মনোংথৌ শঙ্করদেব কৌবা হর নোংপোক মহাদেবনচুম শমু খুৎখুম চনঙমগে। চীংগু নোংপোক মহাদেববু তাম্না রাঙনা ইন্দানখি-ও হায়না অস্থম খোইয়ম চিনকোই ময়াথংবু নাতারবদা ইন্দ্র বলি অনিমানচিংনা নোংপোক মহাদেবগী চীংগু মখোঙথাবু ইন্দানখিরবগা খোইয়ম মহাদেব শিদবদা শমু খুৎপু লোম্না রাকৎচখিয়ে।

হে খোইরম শিদবা শঙ্করদেব অথোইব-ও চীংঙু সনা নখোঙখাবু পুরুমজহনে। নদাইরেম ঐখোয় পুম্নমানা লৈরোন নোংলোন অহুম-মাগী মবুংঙো মহাবিষ্ণু শিদবগী য়াথং চিন্দুংইন্না অমৃত শিদ-হীবু তানকংনবা হায়না সমক্র লাইজা য়িবু নৈরিঙৈদা সমক্র মন্থন খাদগী কালকূত কৌবা তাইবং মাঙলাইদমগী মৈচাক অচৌববু চাকখৎলক্লে। হে খোইরম শিদব-ও! চীংঙু নঙবু নত্তনা কালকূত্ত কৌবা মৈচাক অচৌবগী শমু খুৎথুম চন্না থৌখাম ওন্নরোই হায়বগী খোইরম সনা নখোঙখাদা পুরুমজরবনে হায়না রাহম্নবা ইন্দ্র বলি অনিমাগী চিনকোই মন্নাথংবু নাতারবদা চীংঙু তমগুণ লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাদেব শিদবদি কালকূত্ত কোলোয় মমিং তানা খোইরম উনবি কলহৌ নীক্লা রাহমখিরে। চীংঙু ঐখোয়না শ্রীমা মালেম তাইবংপান অসিবু থৌরম কয়ামরুমবু ওইনা রানা শানশেন্নলকপনে, মহাপ্রলয় অচৌববু মতম রায়েৎ রাৎলিঙৈ কালকূত্ত মনিঙ তমকরবরা হায়না অহুম খোইরম কলহৌ নীক্লা হৌগৎলক্লবগা চীংঙু বাহন মখুনেৎ বৃষ মন্দম্ববু শমু খোঙ-ওইননা তারোং অহুম ফাংবা টাজিল মৈরি থোকপবু শমু খুত্তা শূনা মায়কৈ খা থংবহমদা হুয়েল লান্দারক্লে হায়দবরা?

অসাইঙৈগী কালকূত্ত তমথিবদো চকমোম মথিনাইনা মৈরী মরাঙ-হৌ মায়কৈ মথোঙ-থিং কোরৌ নোংবু-খোন মালেম লয়বু তৃপ্না চাকশিন্নল্লিবদা থরাই লৈবা খৈবিক্লা চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা থরাই মিরেন পান্না মায়কৈ মথোঙ খঙনদরে। মৈচাক তমথিবগী পঙ্গেং অরুম্বনা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু ভূমিকম্প য়ুহাব্লানা মহীধর লৈবাক নীক্লক্লে। কালকূত্ত কৌবা মৈচাক অচৌববু মতিক লৈতনা অহুম অহুম চাকশিন্নল্লবদা অসাইঙৈগী পঞ্চানন তাংজা লুরেন মঙা পানবা খোইরম নোংপোক মহাদেবদি চীংঙু শমু ওইরম থংবরমগী য়ারেন খোংজি মতাই কাঙনা খোইরম পিশুম ও মাবু মালেম লয়কিন্থগুম্না তোঙখৎলক্লে। চীংঙু মিৎলোং অহুম্মানা শউন্ বুরাংউন্দা চঙনা পান্নিববু অশি খুরাই তমথিবা যম মশক ওইনা উহল্লে। কোরৌ নোংদোল

ফংনা রাংলিবা মৈরী অচৌবগী শমু মাঙদা থানা খোইয়ম শমু মরকথাংবু হকথাং শেপচৎননা কাউরেল মনথোবা মিৎয়েংননা চেংলৌ মিৎয়েং থনমুকনা মিৎমৈ থানা য়েংদুনা তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লরবদা কালকূত্ত তম-থিবদি চীংঙ্ নোংপোক মহাদেববু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা, যমরাজা নিংথৌরেন অশি থুরাই তমথিবনে হায়না নউঙময়ে। মতম অদুমক্তা নোংপোক মহাদেব লাইয়িংথৌদি চকমোম মৈরী অচৌববু খোয়মা মায়য়োক্লনা ওনচিনখিরবগা চীংঙ্ থদাং মথা থংবনা মালেম নৈদা পক্লে। চাংজৌ মথক থংবনা কোরৌ নোংদোল ফংনা থাংখৎলে। তাংজ মরে-ত্তোন অকূইববু শাংনা তংথোরল্লবগা মৈাক অচৌববু শীংচা থুৎতাপ পুনগুম পুনশিল্লবগা খে.ইয়ম মারেন খোঙজি মুংবু তাম্না চিংশিনখিদুনা চীংঙ্ পায়মা উনকোইমুংদা হন্না য়োৎশিনখিরে হায়দবরা?

মতৌ অসুম ওইনা কালকূত্ত তমথিববু নোংপোক খুদুম চন্না মাঙ-হনববু চেংলৌ মিৎথিৎলবগী রাক্ষস হিংচাবা দেব লাইয়াম পুম্নমাক্তুং জয় জয় য়াইফরে য়াইফরে হায়না পুক্লিং থোইনা হরাউনরে। চীংঙ্ তমগুণ লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাদেব শিদবক্তুং পরংব্রহ্ম বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংঙ্ মহাবিষ্ণু শিদববু য়াথং বন্দনা মখাময়াম্না পুরুমজরম্লবগা খোইয়ম স্থান মফমলেন কৈলাস চোয়নৌ সনা চীংবু তানা মরান ওন্দেখিরে হায়দবরা? হে ইবুংঙো। সভা বৈষ্ণব লেংনা তিনব-শিংও! ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু প্রলয় মাঙলাইদমগী মৈচাক তমথিবনা সমক্র ইরোনদুংদগী কাউগৎলরবগা মায়কৈ মথোঙ খিংনা চাকশিল্লকলবা কালকূত্ত কৌবা মৈচাক তমথিববু চীংঙ্ তমগুণ লাইয়িংথৌ খোই-য়ম মহাদেব শিদবনা মাঙহল্লম্না মমক্রমম্থন তৌবগী রারম মুংঙাইবা অসিবু গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা কৃষ্ণা সনা খুম্নারেন্দা পুক্লিং ভক্তি তৌনা শঙ্করম্ববু প্রজ্ঞানন্দ মূর্খ পায়মা লোমবনা পোইরে ইপল-লোন্দা রাঙম তেংথা লাইরিকপু লৈরেংজরম্মে। লিরৌ পরেং চাদনা তেংথা পাংলোই নীকপী ওয়োন মখৈ লৈতববু ভক্ত সাধু খৈবিকনা

পুক্লিং য়ারৌবিগুনো হায়রবগী বৈষ্ণব সনা খুয়াখাবু তাংজা কোক্তা কৎনা হন্না হন্না পুরুমজরময়ে।

থৌরম অসি মতুংদা অসাইতৈগী চৌংগু, ইন্দ্র সয়ারেন বলি নিংথৌ পানগনবা অনিমাস্থং দেব লাই অয়াম্বা হিংচাবগী মরূপস্থং পুকনিঙ হরাউ থোইনা অসাইতৈগী আনন্ত পাফল য়াইমরু শিদবগী লিলা হৌরী অচৌববু মাগী মাগী ফম্বিদা গুন্না পায়নরুরবগা সমক্ৰ লাইজা ইরেনপুংবু অময়ক লাইজা ইকা নৈথিয়ে। কোয়ৌ গুমথংননা মায়কৈ মথোঙথিংনা চাউরিবা মন্দার চীংলেন অচৌবনা মহাসমক্ৰ ঈরেনপুংদা ইয়ান খোয়দৌ গুৎকুন্না চক্ৰ মরৈ তমথিবগী খোঞ্জেল অনিনববু দেব লাই অমনা য়াথং হাহন্নকপস্থং থোইয়ম লাই অমনা পুন্না নাতানদয়ে। কুমার চক্ৰ লৈগুন্না অস্থুম নৈরিতৈদা লাইজা ঈয়োন্নুংদগী তাইবং পোৎশক অয়াম্বা কোয়ৌ নোংলুপান অঙৌবা মালেম লৈস্না অঙাংবা হীরা তন্ফা মণি-মানিকৎ মরম অসি খৈবিকপু মথং মথং শানফোংলক্লে। রাক্ষস হিংচাবগী মরূপ পুন্নমাস্থং দেব লাইগী মরূপস্থং অরা পোথা নাইদনা লাঈজা অস্থুম ঈনৈ-নখিয়ে। থৌরম অসি মতুংদা তাইবং চিঙ্গাক অয়াম্বা অহাউ অথুম অখা অয়াক নীংথি মুংঙাই শেৎনা পান্না খূৎশূ খুৎলাই মরম অসি খৈবিকস্থং মথং মথং হন্না শানফোংলক্লে।

থৌরম অসি মতুংদা চক্ৰ ঈরৈ অচৌবা লাঈজা ঈয়োন্নুংদগী সুরভি যনয়াই লৈমস্থং মদোম শানফোংলককলে। মতৌ অস্থুম ওইনা কুমার চক্ৰ লৈগুন্না চক্ৰ মরৈ তমথিববু মতম কন্না কুইনা লৈখিরবদা চৌদ্দ ভূবণ মরোন ১৪ মাগী পলেম মমা ওইরিবী জগৎমাতা লাইরৈমা স্বয়ং লক্ষ্মী অথোইবীবু সমক্ৰ লাইজ ঈয়োন্নুংদগী মদোম মায়থোং মঙাল নাইনা চোংথোক্লক্লে। দিব্যনারী মক্তবী লাংহৈ কুমশিং চাহৈ ১৫ গী পূর্ণ মপুংফানা মায়থোং মঙান্নাইববু মুমিৎ কিরণ মঙালবু গুমজৈয়ে। কুরঙ্গ নয়নী নীংথিবী য়াউরৌ শজি মিত্তাননা মিৎমৈ শেপ্পা য়েংববু চেকলা থাংবিরাংচাক মিৎয়েংনৈয়ে। পিগুম পাগোইরম্বু কোয়ৌ নোংলাংপাদ্দগী ইন্দ্ৰধনু নীংন্নিবা কোয়ৌ চুমিথাং থানগুন্না পাগোই মত্তা হেন্নে।

য়াৱেন থোংজিতাবু মুক্তা পরেং লীকুময়ে। মোইবু থোইমোম লাইরেম্বনা চোরনৌ সনা শমজিহুক হীরা পোনগা য়াম্না মুক্তা চুম্বুল থিনবনা কোরৌ মোংলাংপান্দগী হেম্না থোইনা নীংথিবী য়াম্না রুহিণীচুনা তোংলেং লেংনা পানগুময়ে। জগৎমাতা লাইরেমা মৃগেন্দ্র নোংশা খাংদানবিদা য়ম্বল মতিক লৈতবা হীরা সনা থবাক লীক্লা থবা ওকথোন-তৈববু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা। মিংয়েং খুভম হোংঙদে। চিনবান মোইকাই-য়াৎপু লৈপন তয়ান হৈগুম্বা মোইকাই ঙাঙনা হেনমৌয়ে। জগৎমাতা লাই-রৈমা পলেম খুজিল ২০ মানা নিনি পানবা থাচুনা থাজা লেংক্লাং থোক্লুময়ে। খুয়া হিঙোল মচুগুম খুনীং মোইদোস্তাবু হুপনৌ ঙাতেন চীনগুম্বা য়েংশিনখিবা খুদিংদা উনবি থোইনা পুকহুইয়ে। দেব কন্যা লাইনুয়া য়োইবু নারা শকহেনবী হকশাং পুন্থমাচুবু কাউরেন থিক্লেন্দ সুংদগী যঙ্গোম লনি কাখুম্না হকশাং থোইনা নৌবীবু চেংলৌ মিৎথিৎ-লুবদা মিৎয়েং খুভম থোংঙমদে। দিব্য অঙ্গ মক্কবী নারা লাংচেং-লকপিগী হকচাং পুন্নমাচুদা আভরণ মক্কবা ফিরোই লৈতেং থৈবিক্কী তেজ মঙাল অরাবনা মায়কৈ মথোঙ ঙানখিয়ে। য়োইবু নারা অহেনবী চন্দ্রবদন নীংথিবী মায়থোং মঙাল নাইবগী উনবি পুক্লিং হুবীদা কুঙ্কুম চন্দন থিনবগী ফুল লৈরক কাপ্পনা উনবি পুক্লিং হুববু থোয়মা মায়য়োক্লবদা থরাম লৈবা থৈবিকপু উনবি পুক্লিং শুমখিরে। মতৌ অসুম ওইনা জগৎমাতা লাইরেমা স্বয়ং লক্ষ্মী অথোইবীবু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা রাক্ষস হিংচাবা দেব লাইরাম পুন্নমানা মাগী মাগী থোরমবু ঙম্না থৌকাউ-নচুনা আনন্দ পাকল য়াইমরু হীরী খুত্তা পায়ববু ঙম্না থাদোক্লখিয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা রাক্ষস হিংচাবা কোরৌ ঙমথং রাংনা বলবন্ত পাজল মপা তাম্বশিংসুং বীর থোইনা পাঙ্গনবা থোইয়ম লাইগী মৰূপসুং মথোয় অচু থৈবিক্লা য়াথং শোনমোইনখিয়ে। লাইঙ্গ সমুদ্র মনুংগী মদোম শানকোংলকপী য়োইবু নারা অহেনবী সুজা লাংজেং মথোকুপি অসিবু লৈয়োন লো লোন ৩ মাদা ২ শুনা লৈরিরোইরে হায়না অসুম শোনমোইনখিয়ে। হিংচাবা মরূপ অমনা নারা ল্যাংজেং ম্যথোক্লকপি

অসিবু শমু নাক্তা থা-নবা শংলৌ থৌরাং থিনকরোইয়ে হায়না নিঙ-থনবস্থং য়াউয়ে। রাক্ষস কনা অমনা মুজা লাংজেং মথোকলকপি অসিবু শমু খুৎঙম থিনা ফাথিরবগা রাক্ষস ইরানয়াইদা হলরাইথিরগে হায়বা অসুম রাহম্বু নাতারাগী হিংচাবা কমা অমনা বীর পাঙ্গল ইপা তাম্বা ঐবু লৈরিঙৈদা শিংলেন নতিক নত্তবু কত্তিগী রাহমলুবনো হায়না য়াথং রারোংনরিবস্থং য়াউয়ে। রাক্ষস কনা কনা অমনা য়োইবু নারা অহেনবী অসিবু শমু নাক্তা থানা পুনসি ঐগী মঙোল লোমথিববু ওই-শুনো। মরম অসিত্তদা থোইয়ম বিধি নোংদম্বনা লেপ্পা লনকুবিশুনো হায়না অস্ক্রম শোনমোইথিয়ে।

পাঙ্গল থোইনা লমকেৎনা শঙ্কাসুর হিংচাবদি মমল মতিক লৈত্তবী মুজা চেংলৌ মমল শকহেনবী অসিবু চিল্লোক্লনা পাউহংববু য়াথং অথূম্বনা কোলোয় পাউথুমলুগে হায়বগী থোইমোম লাইরৈমাবু ইন্দানখিয়ে। থৌরম অসি মতুংদা বীর পাঙ্গল মপা তাম্বা কালিসুর হিংচাবস্থং য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমা জগৎমাতা লৈমরেনবু চেংলৌ মিৎকোই চিংনা য়েংনা রাহমখিয়ে। মোমন্থু চেংলৌ শকহেনবী মুজা লাংজেং মথোক্লকপী অসিবু মপল কনানা শাৎপনো পলেম মমা কনাগুম্বীনা নাউনোরিগবনো কৈকেয়ে কৈকেয়ে হায়না য়াথং রাহম্লক্লবগা চিঙ্গোই পাউনাই ঙমদনা মদোম তুমিন লৈরিঙৈ কেলি হিংচাবনা রাহমখিয়ে। হে পাথৌ কালিসুর হিংচাবা! নঙনা স্তম্ভ যুম্বী খিনগুম্না লৈরিববু পাথৌ কৈদোরিবনো? মুজা চেংলৌ শকহেনবীবু য়াথং পাউথেমলুসে হায়না শমু খুৎচেং লাক্লা চিংখৎলবগা খুৎশম পাৎলোইননা ইন্দানমিয়ত্রিঙৈদা অসাইঙৈগী য়োইবু নাক্তা চঙনা হান্না ইন্দানঙম্বা শঙ্খাসুর হিংচাবনা হে মোম্নু লাংচেং নথোক্লকপী ও! নঙবু বীর পাঙ্গল ইপা তাম্বা ঐদি রাজা বলি নিংথৌ-রেনপা পাঙ্গল হকথেংনরিবা শঙ্খাসুর কৌবদি ঐনে, তাইবং নোংশাপান পুন্নমাদি মীচঙ অমা ওইথিরবস্থং বীর পাঙ্গল ইপা তাম্বা ঐনা কোয়রেং থোইদিং মথায় মরমদবু পুক্নিং শোঙকি লৈরুদে। হে মোম্নু মারা শক-হেনবি নঙবু শমু ঐগী ওইরম থানা তাইবং নোংশাপান্দা য়াঙ্গোইমিয়সে

হায়না অসুম য়াথং পাউ:থমলিডৈদা অসাইডৈগী কালিসুর হিংচাবদি কেলি মপাতাউগা য়ায়থুংলরবগা হে লৈমা অহেনবী-ও। নত্তবু নিংথৌ কনাগী মমোম মশাংলকপনো? কালিসুর পাঙ্গল ইপা তাম্বা ঐগী থন লনগৈ মখীং য়াম্না লৈরিয়ে হায়না অসুম য়াথং মচিন হৌরিডৈ অসাইডৈগী শক্কাসুর হিংচাবদি কোলোয় ঐগী ইপাউথেম্বু য়াথং মতোল লোমত্রিডৈদা করিগী য়াথং চৈরক থায়না য়াহয়গবনো। হায়না শক্কাসুর হিংচাবদি য়াইবি কলহৌ নীক্লা হৌগৎলক্লবগা কালিসুর হিংচাবগী য়াওলেন লাইকারমদা থুডুম নোংশীংজঙগুম্বনা চৈথাররবগী কালিসুর হিংচাবসুং য়াইবি কলহৌ নীক্লা শক্কাসুর হিংচাবগী ক্রূর মথ্যে তমথিবা পিগুম পাগোয় মরক্তা কিম্থিন চৈথা লূম্না থিল্লুরে। শক্কাসুর, কালিসুর পাঙ্গল মপাতাম্বা অনিমাদি তাংজা শমদোং-লাক থুনিং চোংথিন্না হাউ মুক্লা লেংফাই-চল মোংবা তাজিল থুরৌ-য়েৎ পাঙ্গল হকথেং ফংনা লাক্লরে। শক্কা কালি অনিমাদি মালেম লৈমায়থক্তা ওন্না তুমন্নখিরে। তিম্লোক য়াংদৌ য়েৎকুম রাক্ষস য়ানা-ফং উৎফুল নোংলৈ-হৌ তলা উপাল-তেক পাঙ্গল হকথেং ফংনা পাম্বোম লানশোক অচৌববু শোক্লরে।

মতৌ অসুম তৌনা জগৎমাতা লাইরৈমা পলেম লক্ষ্মী অথোইবিগী-দমকপু রাক্ষস হিংচাবশিংদে। নিয়াই য়ারোংননা মদোম মদোম লাক্লরে। মপৈ মপৈ শুনরে। মতৌ অসুম ওইববু রাজা বলি নিংথৌরেন্না চেংলৌ মিৎথিৎলবগী রাক্ষস পুন্নমাবু ওন্না থৌখামশল্লে। মতম অদুমক্তদা খোইয়ম নোংদম মপুয়েন মহাবিষ্ণু শিদবা চীংঙ্ নারায়ণ অহেনবনা য়াথং য়াহয়কয়ে। হে দেব লেংনা তিল্লিবা রাক্ষস হিংচাবা নগোয় পুন্নমাবু উনবি পুক্লিং তপ্পা নাতাউ-ও।

সমদ্র মম্থনসুংদগী য়োইবু মদোম শানফোংলকপি মোম্নু লাংচেং মথোক্লকপি অশিবু মুজা অচম্বিবু নত্তে। রাজা সিন্ধু নিংথৌগী মমোম-লোন য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমানে। হে বীর পাঙ্গল মপা তাম্বশিং-ও। নথোয়না য়োইবু মাগীদমকপু থৌরম অসি মরম্বু য়াথং য়ারোংননা শিংলেন অরেম্বদা করিগী থৎনরিবনো? হে ইন্দ্র নোংশিংথৌ, নোংথাই [illegible]

নিংথৌরেল-ও। হৌজিক চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা মগুলি মাওব নিঙথিবা অমবু থুনা শানশেম-ও। রাক্ষস হিংচাবনচিংনা মখোয় সভা পুন্নমাবু শমু নহকশাংদা ফিরোই লৈতেং পুন্নশাবু শেৎনা স্বয়ম্বর লুহোংকমগী মাওব পিবুকন্নুংদা পরেং ঙমথং শীন্না কন্ফন্নবগা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা নারা লাংচেং মখোক্লকপি অসিনা শিংলেন পরেং নিঙথিববু লৈরাং খুত্তা পায়না সভা পুন্নমাদগী য়োইবু মানা, পায়মা তিলাং খোয়দাবদা শিংলেন লৈকৎলঙৈনে হায়না অস্নুম রাহন্নকপা খোইয়ম চিনসনা ময়াথংবু নাতারাগী দেব লাইগী খুৎহৈবা বিশ্বকর্ম্মা শিলহৈবনা হীরা মাওব নিঙথিবা অমবু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা শান-শেন্নরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা বলি নিংথৌরেন্নচিংনা রাক্ষস হিংচাবা পুন্নমাদি চৈরৈ ফি ময়োল নিঙখিবা হীরা মাণিক ফিনবনা চেংলৌ মিৎপু লংলিবা চৈরৈ লমঙানববু মানলৌ মথং য়েংনা ঙন্না লৈতেংনরবগা পোৎলোই মশীং শুনা মাওব পিবুকন্নুংদা পরেং ঙমথং শীন্না ঙন্না কম-কন্নররে। পায়মা মখোয়গী উনকোইশুংদা মদোম মদোম নিঙথন্নখিয়ে। সমক্রু লাইজা ঈরোন্নুংগী মদোম শানফোংলকপি য়োইবু নারা অহেনবীনা শমু ঐগী ইহকশাংবু মুজা পায়মা উনকোইন্নুংদা চেংলৌ মমিৎ চূনা উরববু বিধি নোংদম্বনা লেপ্না লনকূবিশুনো হায়না অস্নুম ঙাইথন্নরে হায়য়ে। মতম অদুমক্তদা জগৎমাতা লাইরৈমা লক্ষ্মী কুমারী মথোক-লকপীদি য়োইবু চরৈ মনমথাং সনা নমথাং নিঙথিবী হীরা মাণিক থান্না তাউথঙবা চেংলৌ মিৎপু লংনা উনবি থোইনা নোবীনা চৈরৈ ফিজি মাবু পায়মা মুখ চিনবান খুমজেনয়ে। শায়েন য়েৎকী থূৎনা রঙন সনা মৈথাঙকোনগী শেনপাক খুত্তা পায়শেময়ে। শেনপাক পিবক্লুংদগী সনা তোমাল লৈন্নুংশি, পুং নাকা পুকহূবী নিল্য চম্পা লৈন্নুংশি কোরৌ লমঙানবী শিংলেন লৈরম ৪ না লৈরাং পয়েং ওইবস্নুং কুংকুম চন্দন পূকহূবা চন্দন লৈন্নুংশিগা কস্তুরী চন্দন পূকহূবা চন্দন মরম অসি খৈবিক্কা তিনবগা লোয়ননা পানা য়োইথোন চিঙ্গাক অহাউববু

শমু ঙাইরোইনন। বিশ্বকর্ম্মা শিলহৈবা দেব লাইগী মথুৎশা হীরা সনা মাঙবকী মাঙব পিবুকনুংদা চঙনা মদোম রায়থুংলুববু কোরৌ নোংলাংপান্দগী ইন্দু আইভে পাংরৈম সুংনাং লাইক্রা পাংরৈব সুংনাং লাইজা য়িতুনবা থবা য়াইমরু কুমজা মায়রু য়াইনা মাদেব লৈতারক-পঙম মায়কৈ মথোঙ ঙায়া ঙায়া রায়থুংলরে। য়োইবু নারা অহেনবী লাংজেং মথোক্লকপীগী চন্দ্রবদন নিঙথিবী মায়থোং মঙাল নাইবগী উনবি থোইনা পুকহূবী থোইমোম মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানবীনা হিংচাবগী মরূপস্নুং থোইয়ম লাইগী মরূপস্নুং মিৎয়েং থুংনা য়েংলকয়ে। হীরা মাঙবনুংদগী সভা পুন্নমাদুবু য়োইবু নারা অহেনবী মায়থোং মঙাল নাইনা উনবি পুক্লিং হূবীবু মাগী মাগী মপাদা থোরমা মায়য়োক্লরুববু মায়া লাংমিৎ অকৃংবা ঈনফুই তোনগা লংনা ঈনলেন থাঙপ হৌবদা পঞ্চভূত ৫ মাবু হুন্ন কোঙ্গোই থুখিরে। পোনবি তেনলোই অপিশা কোরৌ নোংখোং কোরববু মালং মমাঙ খোয়বা চেংলৌ মিৎকুপমাবু লায়না হলরাইরকপা চেক্লাস্নুং য়োইবু নারা অহেনবীগী মায়থোং মঙান্নাইবিদা লৈরাং হেকমাই কাখিরে। উয়ুং চকমা য়ুংনা কোনখাবা লাইরেন অঙোবনা থোঙথিংবা বিনত্রাগী মপারী চেক্লা কোয়না হাক্রেংবা ফম্বি মকম লেঙদরে। হিংচাবগী মরূপস্নুং দেব লাইগী মরূপস্নুং মাগী মাগী পুক্লিংবু ঙম্না থৌকাউনখিরে। য়োইবু নারা অহেনবী স্বয়ং লক্ষ্মী অথোইবী জগৎমাতা লাইরৈমানা মাঙব কোয়না য়েংখিবা নোংপোক মায়কৈ থংবরম খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙু নারায়ণ শিদববু চেংলৌ মিৎশোক্লরুরে। মিৎকা মিৎকা শোক্লবা সনা কোলু শুংগুম নাতৈ চেংলৌ মম্না শুংজিল্লে। য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা জগৎমাতা লৈমরেন্দি নোংশা নিংথৌ লমচৎনা হীরা মাঙব চাবুক থায়না মদোম চঙশিনখিববু খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী মতিক অরূববু ঙম্না নিঙশিংলুবদা য়োইবু নারা অহেনবী মণি মাণিক মতুমগুম হকশাং থোইনা নৌবীদা পায়মা নীংদোন থুক্লা হুমাং ঈরীক কাববু হীরা চীংগী চীংদোন্দা মাণিক চেঙ্গুম শোঙমলে। য়োইবু নারা অহেনবী

জগৎমাতা লাইরৈমাদি তাইবং মৈয়োন নোংলোন ও মাগী মবুংগো খোইরম নোংদম মপুরেন শিদববু শিংলেন খুজোক হন্না সাতবায় ৭ লকপু কোয়না পুরুমজয়বগা শিংলেন মৈরম ৪ না মৈরাং পরেং ওইরিবীস্নুং চন্দন মরম ৩ মাস্নুং পানা য়োইথোন মচিপ্পাক্না খোইরম সনা মখোঙ-খা মমল মতিক মৈতবদা কচ্চরুরবগা হন্না হন্না পুরুমজখিরে। খোইরম নোংদম মপুরেনস্নুং শিংলেন মৈগী পরেংবু চীংঙ্ শমু খুৎনা লৌখি-ঙমরে। মতৌ অস্নুম জগৎমাতা লাইরৈমাবু খোইরম নোংদম মপুরেনগী চীংঙ্ য়াথং লৌনা শমু ওইরম থংনা চঙলক্লবগা সেবা থৌগল্লখিরে হায়দবরা ? থৌরম অসি মতুংদা হীরা মাগুবস্নুংদগী দেব লাইগী মরূপস্নুং জয়, জয়, য়াইফরে, য়াইফরে হায়না জয়মঙ্গল য়াইফবগী য়াম্না খোঞ্জেল লেন্না অতিয়া শূন্য থনখিরে।

মতম অদুমক্তদা আকাশ অতিংঙাদগী পুষ্প শিংলেন মৈস্নুংশিনা মৈরাং নোংজুথরক্লে। মাগুব লাইশঙ মস্নুংগী সভা পুম্নমনা হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা! মিৎস্নরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। নশানৌ জগৎমাতা লাইরৈমগা পুমা পাবোৎ কায়দা নামা পাংশোই নীক্তনা ফম্ফম্মরিববু চে লৌ গিৎথিৎলুবদা মুগিৎ অনি খোকপা থবি পানগুম নদাইরেম ঐখোয় পুম্নমাগী চেংলৌ ইমিৎ থন-খিরে হায়না অস্নুম ইপুক হরাও থোইনা পুরুস্নরে হায়দবরা ? মতৌ অস্নুম ওইনা য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা স্বয়ং লক্ষ্মী ওথোইবাগী বিবাহ লুহোং কুম্মে থৌবু থৌরম মতোল লোমখিরবদা অসাইঙৈগী চীংঙ্ ইন্দ্র সরারেম্নচিংনা দেব লাইগী মরূপ পুম্নমাস্নুং বলিরাজা নিংথৌ-রেনগা হিংচাবগী মরূপস্নুং অসাইঙৈগী আনন্দ পাকল য়াইমরু শিদবগী হীরী অচৌববু মাগী মাগী ফম্বিদা শমু খুৎপায় চেৎনা ঙম্না পায়নরুরবগা সমদ্র ঈশিং ময়ায়গী মন্দার চীংলেন অচৌববু চক্র মরৈ তম্না লাইজ্জা অমরক ঈনৈনিংয়ে দেব লাইগী মরূপকা হিংচাবগী মরূপকা অন্না পোথা নাইদনা পাঙ্গল হবথেং ফংনা ঈনৈনববু সমদ্র লাইজ্জা ঈনৈ-খোনগী খোঞ্জেল অনিনবনা মায়কৈ মথোঙ শীনখিরে। মায়কৈ মথোঙ

মম্না চাউরিব। মন্দার চীংলেন অচৌবনা সমক্র লাইজা ঈরেম্নুংগী মালেম পৃথিবী লৈময়োন্দা পাঙ্গল চৈথা লুম্না শোকলুরবগী ভূমিকম্প য়ুহারানা মহীধর লৈবাক নীকয়ে। মতৌ অসুম তৌনা মতম কয়া নোংশাংখিরবদা নিরঞ্জণ মণি য়াইমরু শিদবগুম্না মমল মতিক লৈতবা অমৃত শিদ-হীবু লাইজা সমক্র মনুংগী তুরেল ঈরম চেম্না মদোম কাউগৎ-লক্নে। মতৌ অসুম ওইবর চেংলৌ মিৎখিৎলবগী পুক্রিং হরাও থোইনা লাইজা ঈরাংপুনবু পুলাং মশীং য়াম্না শোরুরোয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা দেব লাইগী মরূপসুং হিংচাবগী মরুপকা অমৃত শিদ-হীবু মুন্নরবগী বঙাউ মৈপোবথোক্না য়াথং য়ারোংনরকপবু খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংগু নারায়ণ শিদবনা য়াথং য়াইয়্নকয়ে। হে ইন্দ্র নোংনিংথৌ, বলিরাজা পানগনব-ও নবিঙানা সমক্র মন্থন তৌনা লাইজা ঈনৈববু থৌরম মতোল লোমদরিঙৈদা অমৃত শিদ-হী অসিবু মুন্নরববু শিংলেন ওরেম্বদা নিয়াই শাংদাননা করিগী খৎনরিবনো? তাইবং শিদয়েন নমু নাদ-য়েন অয়াম্ববু হীরা মমল মতিক অয়াম্বনচিংনা লাইজা ঈনুংবুংদা ঙম্না পুশিনখিরবগা য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমা পলেম মমা অথোইবীদা শমু খূৎশিন্ননা থমলুরে।

থৌরম অসি মতুংদা হিংচাবগী মরূপসুং খোইয়ম লাইগী মরূপসুং অসাইঙৈগী আনন্ত পাঙ্গল য়াইমরু হীরী অচৌববু মাগী মাগী ফম্বিদা শমু খুৎপায় চেৎনা ঙম্না পায়রংবগা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু নংক্র ঈশিং ময়ায়দা ইরান খোয়দৌ ওৎকুম্না লাইজ অমরক ঈনৈরুরে। তনবা কৈরা তানজোবা বীর থোইনা লমকেৎপা খোইয়ম লেংনা তিনবসুং কোরৌ ঙমথং য়াংলিবা হিংচাবগী মরূপসুং সিংহনাদ নোংশা লাল্লাউনরবগা চক্র মরৈ তম্না লৈনরিববু মতিক পান্দম লৈতরে। কোটি কোটি থিঙমদনা লক্ষ লক্ষ মশীং থিঙমদবগী য়ারা থোঞ্জেল অনিনবনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্না থম্না শূন্য মায়কৈ থনখিরে। বলবন্ত পাঙ্গল মপাতাম্বাশিংদো রাত্রি অহিং চিপ্পদা দিবা নোংথিল হাঙদনা চেংলৌ মিৎকুপ মরুম্ন অরা পোথা নাইদনা মতম কয়া কুইনা লাইজা ঈনৈখিববু

মহাসমক্র মন্নুংগী লাইজা ছেকনিং মখোয় ফংনা মন্দার চী'ংলেন অচৌবনা অসুম নৈশিনখিবগী মমল মতিক লৈতবা হীরা থাঙশাং য়াইওইবা ধূম্রবর্ণ কৌববু লাইজা ঈরোম্মুংদগী তেজ মঙাম্নাইনা মদোম চো'খোক-লক্লবগা জ্যোতির্ময় মঙাল অরাবনা বিজুলি নোংথাং কুপ্পবু মায়কৈ পুম্না ঙানখিরে। ধূম্রবর্ণ য়াইওইবা হীরা থাঙশাং লমকেৎপদি জম্বুদ্বীপ মায়কৈ লাক্লা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাদা কোয়না পাইনা লৈরিববু থাঙশাং মঙাল তমথিবা তেজ মঙাল অরাবনা বিজুলি নোংথাং কুপ্পা লৈরিববু মতিক পান্দম লৈতে। তাইবং পূম্নমাদগী থরাই নিংশা হাল্লিবা পুম্নমাবু থাঙশাং মঙাল অরাবনা চেংলৌ মমিৎ পাঙনা লৈঙমদরে। মতৌ অসুম ওইনা থাঙশাং য়াইওইবদি দিক মায়কৈ কোয়না পাইরমলুরবগা লৈরোল নোংলোন ৩ মাগী মবুংঙু চীংঙু বিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা রায়থুংলরে।

থৌরম অসি মতুংদা মন্দার চী'ংলেন পলংলা অচৌবগী চৈথা অরুম্বা চক্র মরৈ তমথিববু থাঙঙমদরবগী দিব্যরথ মক্কবা মঙাল মতিক লৈতবা হীরা ডুলাই য়াইওইবসুং সমক্র মন্নুংদগী তেজ মঙাম্নাইনা মদোম শানফোংলক্লবগা অতিয়া শূন্য ময়ায়দা মায়কৈ মথোঙ ঙাম্না মদোম কোয়না পাইররে নবরত্ন নিঙথিবা শঙথোল মাপল শুবগী থয়াক লৈনা থাংবনা উনবি খোইনা পুক্লিং তুবা হীরা সন ডুলাইবু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা ঝলমল তগুপ তরেং চেংলৌ মিৎপু লংনা তাইবং থরাই পুম্নমাগী উনবি পুক্লিং শুম্না হীরা ডুলাই য়াইওইবগী মতিক অকনবু কনানা হায়ঙমগবনো? মালেম তাইবংপান অসিগী নমু তাইবং পুম্নমানা মদোম কিন্থরক্কবনো হায়না হীরা ডুলাই য়াই-ওইবদি কোরৌ কদৌনোংবু কিন্থররোইরে। অমর ডুলাই য়াইওইবদি শূন্য অতিংঙা অসিদা মদোম লংথরক্লবগা পরংব্রহ্ম বৈকুণ্ঠ মপুরেন চীংঙু নারায়ণ শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা আকাশ অতিংঙাদা ডুলাই রাম্না লৈররে হায়রে।

খৌরম অসি মতুংদা শঙ্খ মোইবুং য়াইওইবা হীরা থেঙ্গু লমকেৎপা সনা থল্বাল য়াইওইবা মরম অসি খৈবিকস্নুং লাইজা সমত্রু ঈরোম্নুংদগী মথং মথং ওম্না শানকোংলক্লবগা মহাবিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা ওম্না রায়থুংনররে। চীংঙু ইন্দ্র সয়ারেন বলি নিংথৌ পানগনবা দেব লাই অয়াম্বা রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাস্নুং নোংশা লাল্লাউখোন মাম্না চক্র মরৈ তকপবু অহিং নোংথিল নাইদনা চেংলৌ মিৎকুপ মরম্নু অর পোথা নাইদরে। মতম অদুমক্তদা চৌদ্দ ভূবণ মরোল ১৪ মাদগী পানগল থোইনা লমকেৎপা সুদর্শন চক্র য়াইওইবদি মহাসমত্রু লাইজা ঈরোম্নুংদগী বজ্ররঙ্গ কোরৌ নোংখাক খোনগুম্না তেজ মঙাল অয়াববু মায়কৈ মথোঙ শায়া মদোম চোংথোক্লক্লে। মতিক পান্দম লৈতবা পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা সুদর্শন চক্র য়াইওইবদি খোঞ্জেল মাগী অনিনববু বজ্ররঙ্গ কোরৌ নোংদোনখোনবু খোঞ্জেল অনি তিনবগী শব্দ খোঞ্জেল পাঙ্গলবগা লোয়ননা শূন্য অতিংঙাদা কোয়না পাইরিববু মতিক পান্দম লৈতে। চক্র মাগী তমথিবদগী মৈরীক চোংথোক্লকপনা অতিয়া শূন্য মায়কৈ থম্না তারকপবু থর ই লৈবা খৈবিক্লা উনবি পুক্লিং ওক্লরে। কোরৌ নোংলেম্বক শূন্য অতিংঙাদগী কোরৌ নোংখাকখোন চৈথা অরুম্বনা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু লৈপাক যুহারানা মদোম নীক-শিল্লক্লে হায়দবরা ? সুদর্শন চক্র য়াইওইবা মঙাল অয়াবদগী মৈরীক চোংথোকপা মৈশা মঙাল তমথিববু থাঙভমদরবগী হিংচাবগী মরূপস্নুং দেবলাইগী মরূপস্নুং আনন্ত পাকল শিদববু শমু খুৎপায় থাদোক্লয়য়বগা খোইয়ম মহাবিষ্ণু শিদববু তানা ওম্ন চেনশিন্নরক্লে। লৈরোন নোংলোন ৩ মাগী মবুংঙো মহাবিষ্ণু শিদবনা য়াথং রাহয়কয়ে। হে গরুড় চেক-নিংথৌ ও! সুদর্শণ চক্র ওমফদবা অসিনা মহাশূন্য অতিংঙাদা মতম অসি হেন্না লৈরবদি মালেম তাইবংপানবা অসিবু মদোম কিন্থখিরঙৈনে। খৌরম অসি নতনা হীরা চক্র তমথিবা অসিনা মালেম লৈদা তারক্লবস্নুং মালেম পৃথিবী লৈময়োন অসিবু উৎফুল নোংলৈ ওইনা তুমখিরঙৈনে। রারম অসি থগুনা হে গরুড় পানগনবা শূন্য অতিংঙাদা লৈরিবা চক্র

ওমফদবা অসিবু মালেম লৈমাৱখক্তা পুথখির-ও হায়না অস্থম ৱাহয়কপা খোইয়ম চিনগোই মথাথংবু নাতাৱগী বিনতাগী মপারী চেক্লা গরুড় পান-গনবদি মালেম লৈময়োন্দগী মথা লয়দা পক্লা নেমথরক্লবগা কোৱৌ নোংমদোনগী শূন্য অতিংঙাদগী হীরা চক্র ওমফদববু পোনবি মিৎকোই চিংনা-য়েং চেক্লা পাঙ্গল থোক্লা চোংমরক্লা চোংখৎখিয়ে। লাকচরক্লা লাক্লুবা চক্র ওমফদববু গরুড় মাদা উম্না পুথরক্লবগা চীংঙু বিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা কৎলয়ে হায়দবরা ?

থোরম অসি মতুংদা চীংঙু ইন্দ্র সরারেন পুরন্দর পাখং য়োইরেনবা নোংখাই মপু নিংথৌদা চীংঙু নারায়ণ শিদবা খোইয়ম জনার্দ্দিন অহেনবনা য়াথং ৱাহয়কয়ে। হে ইন্দ্র নোংনিংথৌ! বলিরাজা পান-গনব-ও! নবিহাবু সমক্রমমন তৌবদা পুক্লিং চিংনা লৈফয়োইয়ে। লাইজা অমরক ঈনৈরুখি-ও হায়না অস্থম খোইয়ম য়াথং থোক্লা ৱাহয়বদা অসাইঙৈগী রাক্ষস হিংচাবা পুম্নমাস্থং দেব লাইগী মরূপ অয়াম্বস্থং আনন্ত পাফল য়াইমরুগী হীরা অচৌববু মাগী মাগা ফখদা শমু খুৎপায় চেৎনা লাইজ অমরক ঈনৈখিয়ে। মতৌ অস্থম ওইনা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু চক্র মরৈ তম্না লৈনরিববু মতিক পান্দম লৈতে। সমক্র ঈরেনপুংগী লাইজা ঈরাউখোনগা সেনাপতি পুম্নমাগী হুয়েল লাল্লাউখোনগা ২ মানা মায়কৈ মথোঙ শীন্না নিনখিরে! মতৌ অস্থম ওইনা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু পাঙ্গল হকথেং ফংনা চক্র মরৈ তমগুম লৈরিববু মতিক পান্দম লৈতরে। সমক্র লাইজা ঈয়োম্নুংগী মালেম লৈময়োন্দা মন্দার চীংলেন অচৌবনা য়ৈনা শোকলু-বগী চৈথা অরুম্বনা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু লৈপাক মুহারানা নীক্লে। মতৌ অস্থম ওইরিবা চক্র ইরৈমুংদগী শক্তিসেন কৌবা টিমেন য়াইওইববু টাজিন মৈরী থোক্লা মদোম চোংথোক্লবগা ব্রহ্মাণ্ড মালেম তাইবং-পানববু সাত বার ৭ লক কোয়না পাইরমুরবগা চীংঙু নারায়ণ শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা ৱায়থুংলরে।

থৌরম অসি মতুংদা পঞ্চানন, তাংজা লুরেন মচা পানবা ঐরাবত কৌবা লাঙ্গোই শামু নিংথৌসুং সমক্রমন্থনমুংদগী মদোম শানফোংলক্লে। লাঙ্গোই নিংথৌ পাক্সনবদো পশোৎ ফিডৌ ফৌগুম্না তথক চেংলৌ মিৎপু লংবগী অহেন থোইনা মিৎচুইয়ে। লাঙ্গোই শাগা তরামাবু হীংডোল নাক্লৌ শীনগুম্না নিগুথি পুক্রিং হুইয়ে। চেংলৌ মিৎকোইথোং তরামাবু চোয়নৌ সনা য়োইথম্বাল থম্বাল লৈকা শাৎকুময়ে। লাঙ্গোই শামু ঐরাবত শামু মনাকোং, চিনবাল মোইকাইয়াৎ খুজিল খুয়া পুম্নমা মরম অসি থৈবিকসুং প্রবাল হীরা অডৌবগুম্না হীংডোল নাকলৌ শীনগুময়ে। লাঙ্গোই মহকশাংদগী য়ারা মতু পুম্নমাবু শিনৌ লশিং লৈন। লোইবী চীংমায় নপ্পগুম্না ওাইবং চেংলৌ মিৎপু লংলিয়ে। অদুগুম্না লাঙ্গোই নিংথৌ পানগনবসুং চীংগু নারায়ণ শিদবগী খোইয়ম সনা মখোঙথাদা রায়থুংলরে।

থৌরম অসি মতুংদা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌববু সমক্র ঈথৈ ফংনা অমরক লৈশিনখরবগী খুৎশু থোইনা লমকেৎপা হীরা মেংশেন থাঙ্গোয়বু সমক্র মন্থনমুংদগী মদোম শানফোংলক্লে। মে শেল থাঙ্গোয় য়াইওইবগী তেজ মণ্ডাল অরাবনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্না থনখিরে। হীরা মেংশেল থাঙোয়সুং চীংগু বিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা রায়থুংলরে।

মতৌ অসি উবদা খুৎশু ৯ ফাংলিবা খুৎলাই থোইনা লমকেৎপা নবজন্ম মাণিক কৌবা হীরা লীচৈ মাপল ফাংবসুং লাইজা সমক্র মন্থুংগী মদোম শানফোংলক্লবগা চীংগু বিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা রায়থুংলরে হায়দবরা?

মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌবগী চক্র মরৈ তমথিববু থাঙমদরবগী তাইবং পুম্নমাবু নমু মীপোক মীহিং ওয়িবা হীরা সনা হুমাইসুং সমক্র লাইজা ঈরোম্নুংদগী চুমিথাং নোংথাং কূপকুম্না মদোম পাইখৎলক্লবগা খোইয়ম নোংদম মপুরেন মহাবিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মপুরেন মহাবিষ্ণু খোইয়ম শিদবগী মাঙদা থানা থুংলরে। অসিন্থ মদোমদে।

অসাইডৈগী চীংগু, ইন্দ্র সম্নারেন বলিরাজা পাজনবা হিংচাবগী মরূপকা দেব লাইগী মরূপশিংনুং সিংহনাদ নোংশা লাল্লাউ খোনমান্ননা অহিং চৈরেপ্তা নোংখিল পোখা নাইদনা চক্র মরৈ লৈববু মতিক পান্দম লৈতরে হায়রে। ,লাইজা ইরোম্মুং সমক্র ছেকনিং মখোয়গী চক্রব্যূহ তমথিবা শথ মোইবুং মরৈগুম চক্র লমদাংশা-দুদা কন্থি য়িম-ওইনরিবী ভূকরিনী লাইরৈমগী কন্থি মকম য়োনা মন্দার চীংলেন অচৌবনা চক্র মরৈ লৈনা তকশিল্লক্লবগী য়োইবু খোইমোম লাইরৈম। ভূরুরিনী কৌবী সিংহ নোংশাতোংবী, পাম্বোম ৩০ পাম্না থুৎশু ৩০ শৃবী, কিরিটি সনা লুহুপ্পা তাংজা লুরেন হেম্নবী মকরকুণ্ডল নিঙথিবী মায়ান চীংলাই তগুপ নোংথাং চৈরোইননা থম্বাল মিহো হেল্লিবী মায়খোং মঙাম্নাইনা লাইজা ঈরোম্মুংদগী মদোম শানখোংলক্লবগা খোইয়ম নোংদম মপুরেন বিষ্ণু শিদববু মালেম তাইবংনা পুরুমজরে।

থৌরম অসি মতুংদা সমক্র ছেকনিং মখোয়গী কন্থি থোইনা থুপ্পদা সনা খোংনাং শিদবগী তলা নাপুং খাদা মহাগুরু অথোইবা বকদন্ত মুনিরেম্না শ্রীহরি ইবুংঙোবু তপস্যা কোরৌ লনশাজরিয়ে। যুগ হাজুক খুদিংবু অমর শিদনা লৈরবা বকদন্ত মহাগুরু অথোইবগী আয়ু মপুন্সিবু লাংহৈ কুমশিং লাক্লা চাহৈ লিশিং থিঙম্নররোইয়ে। চতুর্মুখ মচিন মরি পানবা চীংগু মালেম লৈশেম্বা খোইয়ম ব্রহ্মা কৌবনা আয়ু পুনশি থাবা খুদিংদা বকদন্ত মহামুনিরেনগী শমু মহকশাংদা হৌরিবা মতু তুবুম্মতুবু কেনখিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা ব্রহ্মা অমবু লেঙশিনখিবা খুদিংদা মুনি য়ারা মতু কেনশিল্লকপবু শমু ওইগী খোঙবীদা হৌরিবা য়ারা মতু তুবুম কোঙ্গায়মাবু চন্দরিয়ে। অদুগুম্বা বকদন্ত মহামুনিরেনবু পায়মা মাগী উনকোইমুংদা নিঙখনখিয়ে। সমক্র মঙ্গল ভৌবদা মন্দার চীংলেন পললংলা অচৌবগী চৈথা অরুম্বনা মালেম সংসার পুম্নমাবু লেপ্পা কিম্ঘুখিরঙৈনে হায়বগী মুনি পুক্লিং য়ানা লাইজা ঈরোম্মুংদগী তাইবং নোংশাপানবু ইন্দাল্লক্লে।

মতম অভুমন্নুন্দা অসাইহৈংগী চীংঙ্‌, ইন্দ্র সৱারেন বলিরাজা পাক্নবা হিংচাবগী মরূপশুং খোইয়ম লাইগী মরূপকা কোরৌ নোংবু-খোন মালেম লয়বু হূপ্না সিংহনাদ নোংশা লাল্লাউনন। অহিং নোংখিল নাইদনা চীংলেন অচৌববু চক্র মরৈতন্না লৈরীববু মতিক পান্দম লৈতনা লাক্লরে। মাম্নৈ মথোঙ থিংনা চাউরিবা মন্দার চীংলেন পলংলা অচৌবনা সমক্রু ছেকনিং মখোয়গী চক্রব্যূহ তমথিবা শঙ্খ মোইবুং মরৈগুম চক্র লমদাং য়ৌনা লৈশিনখ্রবগীদমক তাইবং পুম্নমাবু থোক্লকম কম্বি থোইনা শূন্যবু শোক্লরবগী ত্রিলোক মরোল অহুম্মাবু ফাওনা কোরৌ নোংখোং নীক্লা মালেম লৈখোঙ লৈরকপবু খাওঙমদরবগী বসুন্ধরা তথোইবী মালেম তাইবং লৈমদি অহিং নোংখিল নাইদনা মন্দার চীংলেন অচৌবগী চৈথা অরূম্বনা ভূমিকম্প য়ুহারা মহীধর লৈবাক নীকপগী য়োইবু মহকশাংবু কম্প পুম্না নীক্লে। তাইবং পুম্নমাগী পলেম মমা ওইরিবী মালেম তাইবং লৈমদি য়োইবু শমু ওক্লি য়েক্ল পুঙমদরবগী মালেম লৈবাক লৈমা পলেম শমু মহক-শাংদগী খোইমোম মশক অমবু চোংথোকখিরবগা সমক্রু লাইহু ঈনৈকম্বু ইন্দাল্লক্লে। চীংঙ্‌ মালেম লৈশেম্বা চতুর্মুখ মচিন ৪ পানবা ব্রহ্মা লাইয়িংথৌসুং খোইয়ম বাহন মখুনেৎ হংস লম-কাংঙাবু শমু খোঙওইননা চীংঙ্‌ বিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা ফাওররে। খমসুং যমরাজা রায়েনবা অশি খুন-লাই নিংথৌরেনসু চীংঙ্‌ বাহন মখুনেৎ কাওরেন থোইগাপাক অঙৌবা, মানবী চীপাকপা ইরোই থরোবীবু শমু খুনেৎয়না রায়থুংলরে। পঞ্চানন তাঙজা লুরেন ৫ পানবা উমা কোরৌ মনোংথৌ হর নোংপোক মহাদেব শিদবসুং বৃষ কাওরেন শন্দনববু শমু খোঙওইননা রায়থুংলরে। অসাইহৈংগী বকদন্ত গুরু মুনি অথোইবসুং বসুন্ধরা কৌবী মালেম লৈবাক লৈমসুং খোইয়ম মহাবিষ্ণু অথোইবগী চীংঙ্‌ মাঙদা থানা য়ৌররে। মতৌ অসুম ওইনা খোইয়ম লাইরূপ অরাম্বা বকদন্ত মহা মুনিরেন্নচিংনা চীংঙ্‌ বিষ্ণু শিদববু পুক্নমজররে।

বকদন্ত মহামুনিরেন্দি শমু মখুৎ লোন্না শিংলেন মৈশি মৈখোঞ্জখিয়ে। হে খোইয়ম শিদবা চীংঙ, নারায়ণ শিদবা নঙবু পুরুমজবনে। যুগ লাংওন খুদিংগী লাক্লেন ফিথুপ মতমদা চীংঙ, অবতার নপোক লোনা কাওরিবস্নুং নঙনে। মচু শংবায়বা বল্লভর উপাল শিদবস্নুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। ভাইবং থরাই পুন্নমাগী মচি লনমরুবু ওইরিবা হে দামোদর ভহেনবা খোইয়ম সনা নখোঙখাবু পুরুমজবনে। হে প্রভু ইবুংঙো, কমললোচন অহেনবা মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। ক্ষৌভিক মতম অসিদা সমদ্র মন্থন তৌবগী চৈথা অরুম্ববু থাঙতমদরবগী ত্রিলোক মরোল অহুম্মাবু কোবৌ নোংখোঙ কায়না মদোম কিন্থগে তৌগুক্লে। মন্দার গিরি চীংলেন অচৌবনা লাইজা ঈনৈরিববু খোইয়ম নঙনা ভাকপিয়ো হায়না অসুম পুরুমজখিয়ে বসুন্ধরা অথোইবী মালেম মৈবাক মৈমনা হে প্রভু ইবুংঙো! খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও। চীংঙ, নঙগী নোংদম নখোথানা নদাইবেম ঐবু মালেম পৃথিবী লয়মন্‌-য়োনবু য়োইবু ভাংজা কোক্তা থোংনা পুহল্লিবস্নুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। ক্ষৌভিক মতম অসিদা সমদ্র মন্থন তৌবগী চৈথা অরুম্বনা য়োইবু শমু ইঙক য়েরু রায়থুংলববগী ভরা মখৈ মৈতবা অসিবু চীংঙ, নঙনা ভাকপিয়ো হায়বগী খোইয়ম সনা নখোঙখাবু পুরুমজবনে হায়না পুরুমজখিয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা চীংঙ, নোংপোক মহাদেব, খোইয়ম ব্রহ্মা নোংদম্বা, খমস্নুং যম নিংথৌ, ভুরুন্নীনী লাইবৈমা খোইয়ম অসি থৈবিক্লা য়াথং রাকৎচখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো! খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও! মন্দার চীংলেন অচৌববু চক্র মরৈ মৈনা সমদ্র মন্থন তৌবগী কাল মতম ওকখিরে। থৌরম অসি হেনথিরবদি ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমাবু ঙস্না কিন্থ-রবৈংনে হায়না অসুম পুরুমজববু নাত্তারাগী খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙ, বিষ্ণু শিদবনা ইন্দ্র নোংনিংথৌনচিংদা বলি নিংথৌ পাঙনবা হিংচাবগী মরূপকা দেব লাইগী মরূপস্নুং মরম অসি থৈবিকপু ঙস্না থৌথাল্লরে হায়রদবরা? থৌরম অসি মতুংদা মহাবিষ্ণু শিদবনা য়াথং রাহল্লকয়ে।

ববদন্ত মহামুনিরেমচিংনা খোইয়ম লেংনা তিল্লিবা নখোয় পুম্নমাবু উনবি পুক্লিং ৱাগুনো। পরং ব্রহ্ম চঙখোংনবা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী চৌংঙু মায়া মশানঙমা শাম্নরিবা মশেন্নে। অচুম্বা শ্রীহরি ইবুংঙোগী চৌঙু শন্না তুখোঙ খুদিংদগী ব্রহ্মাণ্ড লক্ষ লক্ষ ঐখোয় হৌনরকপসুং চৌংঙু শিদবা মশাক্নে। থবাই অপকমা পুম্নমাগী লমহৌকম খোইরা লিলফু মপুরেনগী মচি লন মকবু ওইনবিবা খোইয়ম নোংদম মপুরেনগী মায়া মশানঙমা বাল মতম ওইশিল্লক্লবগা থোরম লৈবা খৈবিকপু মথং মথং থোররিবা মশেম্নে। থোরম অসি থঙনা হে বসুন্ধরা মালেম লৈবাক লৈম-ও। পায়মা নঙগী উ·কোইনুংবু কোযরেং থোইদিং মরমদবু পুক্লিং শোঙকিকগুনো। যোইবু নফমলেন্দদুম নরান ওন্দেখিরো হায়না খোইয়ম য়াথং পীনরবদা ববদন্ত মহামুনিরেনগা মালেম লৈবাক লৈমগা অনিমাদি * থাবনা মখোয়গী ফম্বিরেনবু ইন্দাম্নখিরে হায়দবরা ?

লৈখোন নোংলোন অহুম্মাগী মপ্রেন চৌংঙু মহাবিষ্ণু শিদবনা অনোবা য়াথং রাহয়্নকয়ে। সমত্রু ছেকনিং মখোয়গী চক্রব্যূহ তমথিবা শঙ্খ মোইবুং মরেঙুম চক্র লমদাংশাংতুদা। ফম্বি য়িমওইনরিবী ভূরুরিনী লাইরৈমা পাম্বোম ৩০ পানবী সমত্রু লাইজা ঈরাই লৈম-ও। নঙবু খোইয়ম চিনগোই ইয়াথংবু নাতাউ ও! তাইবং পুম্নমাদা শোক্ল লৈতবা হীরা হুমাই য়াইওইবা অসিগী মতিক অক্নববু কনানা হায়ঙমগবনো ? দেব লাইনচিংনা রাক্ষস হিংচাবা তাইবং নমু পোংবা-চাসুং য়াওরো-শা পোনবি উচেক রাহি মুসু ববচেং খোইয়া মবম অসি খৈবিক্লা মরু লৈখাঙ-চা মতোং শুসু ওইনা নোংমনঙম্নবসুং হীরা হুমাই য়াইওইবা অসিগী মতিক অক্নববু কনানা হায়ঙমগদবনো ? দেব লাইনচিংনা রাক্ষস হিংচাবা তাইবং নমু পোংবা চাসুং য়াউরো-শা পোনবি উচেক রাহি মুসু ককচেং খোইয়া মবম অসি খৈবিক্লা মরু লৈখাঙ-চা মতোং শুসু ওইনা নোংমনঙম্নবসুং হীরা হুমাই য়াইওইবা অসিনা হুমলুরবদি অনোবা তাইবং মালং কানা প্রাণ থরাই হিংহনঙবা হীরা হুমাইয়াইনে

* আত্মানা চেনশিনকম।

হায়না ভূরুরিনী লাইরৈমা পাম্বোম ৩০ পানবি সমক্ক ঈরাই নৈমদা হীরা হুমাই য়াইওইববু লনকুখিখিয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা চীংঙ্ বিষ্ণু শিদবনা য়াহমখিয়ে। হে ব্রহ্মা মালেম লৈশেম্বা-ও! শক্তিসেন টিমেন য়াইওইবা অসিগী মতিক অরুবস্থং কনানা হায়ঙমগবনো? রণমধ্যে লানফম তমথিবদা তেঙ্গোল চাপুক খায়না হুনজিনখিরবদি টিমেন মগ্নাই তমথিবনা সেনাপতি লানজিংব-নচিংনা শগোল শামু দুলাই খোঙমী পুম্নমাবু ভয় উৎফুল নোংলে ওইনা মদোম তুমখিরগনে হায়না অস্তুম খোইয়ম ব্রহ্মা শিদবদা পীনখিয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা ধর্ম্ম যমরাজা য়ায়েনবদস্থ নৈরোন নোংলোন ও মাদা থূৎশূ থোইনা লমকেৎপা মেংশেন থাংকোই য়াইওইববু পীনখিয়ে।

থৌরম অহ মতুংদা চীংঙ্ নোংপোক মহাদেবদা য়াহমখিয়ে। হে ভূতনাথ অথোইব-ও! নঙবু হীরা শাজে ৯ ফাংবা থূৎশূ য়াইওইবা অসিগী চৈথা অরুম্বদি মহাপাতাল ফাওনা কায়থখিরবগা সমক্ক লাইজা ঈরম ৭ মাস্থং ঈথক মরাঙ হৌনা ত্রিলোক মরোল ৩ মাবু ভূমিকম্প য়ুহারানা মহীধর নৈবাক শীকয়ে। অস্তুম হীরা লীচৈ ৯ ফাংববু চীংঙ্ মহ দেব শিদবদা পীনখিয়ে হায়দবরা?

থৌরম অসি মতুংদা ভূরুরিনী লাইরৈমা, খমন্থং যম নিংথৌ, রুদ্র নোংপোক মহাদেব, ব্রহ্মা মালেম লৈশেম্বা চীংঙ্ মখোয় মরিমাস্থং চীংঙ্ নারায়ণ শিদববু হন্না হন্না পুরুমজরম্নবগা খোইয়ম বিদায় য়াথং লৌনা মরান ওন্দেনখিরে হায়দবর?

অসাইভৈগী চীংঙ্ ইন্দ্র সরারেন, বলিরাজা পাঙ্গনবা অনিমানচিংনা দেব লাইগী মরূপস্থং হিংচাবগী মরূপ পুম্নমাস্থং চীংঙ্ বিষ্ণু শিদবগী খোইয়ম ফম্বিরেন্দা ঙম্না ইন্দাম্নরক্লে। আনন্ত পাকল য়াইমরুস্থং চীংঙ্ য়াথং লৌনা মরৈবাক ককরন্দপুর নৈময়োন মুংঙাইববু ইন্দানখিরে হায়দবরা? থৌরম অসি মতুংদা গরুড় চেকনিংথৌদি চীংঙ্ সনা

য়াথংলেন্দগী মন্দার পলংলা মায়কৈ মথোং খি'না চাউরিববু গরুড় চেকনিংথৌগী পোনবি মচিন অচৌবনা মন্দার চীংলেন-খাওতপ লাক্লা লাইজা সমক্ক ময়াইদগী পুখৎখিরবগা অতিয়া শূন্য ময়ায় শম্না নোংলোন রাংনা পাইখিরে। বিনতাগী মপারী পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা গরুড় চেকনিংথৌদি কৈলাস চোয়নৌ সনা চীংগী মায়কৈ অরাং পাংবরম চী'লেন মহৌশা হাম্না লৈবগুম কন্থি মকম চানা থমলুরবগা লৈচাক হুনগৎখিবনা নোংদোন লৈচিন কাওনা লৈরিববু ওম্না হোৎচিন্নমতুনা চীংলেন পাকল চেৎনা থম্লে হায়দবরা ? মতৌ অসুম ওইনা চেক্লা নিংথৌ পাঙ্গনবদি অতিয়া শূন্য ময়ায় শম্না মরান রায়থুংলক্লবগা চীংগু বিষ্ণু শিদবগী থোইয়ম মাগুদা থানা পুরুমজররে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা চীংগু নারায়ন শিদবনা য়াথং রাহয়কয়ে। হে ইন্দ্র নোংনিংথৌ ! নোংখাই মপু নিংথৌ ও। বলিরাজা পাঙ্গনবগা পাথৌ নবিঙানচিংনা দেব লাইগী মরূপসুং হিংচাবগী মরূপসুং নখোয় সভা পুন্নমাবু অনুক্রম মথং শীন্না ওম্না ফম্ফমবগা য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমবু অমৃত শিদ-হীবু য়েলহল-ও হায়না থোইয়ম য়াথং থোক্লক্লবগী মাগী মাগী পরেং ওমথং শীন্না ফম্ফমবগা ওম্না ওাইখন্নরে মতম অদুমক্তদা জগৎমাতা লাইরৈমা স্বয়ং লক্ষ্মী অথোইবীনা চীংগু নোংদম্ মপুরেন থোইয়ম নারায়ণ শিদববু হাম্না অমৃত শিদ-হীবু য়েল্লক্লে। মতৌ অসুম তৌনা থোইয়ম লাইগী মরূপপু য়ৌশিল্লক্লবগী মতম অদুমক্তদা পুলাং পিবুক্লুংদগী অমৃত শিদ-হীবু ওম্না কংশিনখিরবগী পলেম লক্ষ্মী লাই-রৈমাদি উনবি পুক্লিং ওক্লা পুলাং পিবুকসুংদা অমৃত থন্না লৈরিববু অমরক লৌরুরবগা হিংচাবগী মরূপতা চঙনা য়েল্লুববু অমৃত শিদ-হীবু ওম্না কংশিনখিরবগী মতৌ ওন্থোকপবু রাক্ষস হিংচাবা পুন্নমানা চেংলৌ খিৎখিৎলবদা বলিরাজা নিংথৌরেম্না য়াথং রাহয়কয়ে। অমৃত শিদ হীনা মদোম করম কংখিবগনো, মান্না মিনথনা অমৃত শিদ-হীবু কংহল্লবনে হায়না অসুম য়াথং রাহয়কপবু না-ভারাগী য়োইবু থোইমোম লাইরৈমা জগৎমাতা ত.থোইবীনা য়াথং রাহয়বয়ে। হে বলিরাজা নিংথৌরেন-ও।

পুক্লিংনা থাজনরবদি পুলাং পিবুক থম্না লৈরিবা অমৃত ফুরেন অচৌবা অসিবু শমু খুংনা ফংনা লৌনৌ-ও হায়না অসুম থম্নরবগা য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমদি খোইয়ম বিষ্ণু শিদবগী চীঙ্ নাক্লা চঙ্না কম্ফমুরে হায়যে। রাজা বলি নিংথৌরেন্দি রাক্স পাঙ্গল মপা হাম্বশিংগা পুক্লিং হরাউ থোইনা পুলাং পিবুকমুংদগী অমৃত শিদ-হীবু শমু খুংনা ফংনা লৌরুববু অমৃত শিদ-হীদি পুলাং পিবুকমুংদগী হুম্না মাঙনখিরে। মতৌ অসুম ওইববু চেংলৌ মিংথিংলবসুং বলির জা নিংথৌরেন্দি খোইয়ম কাইগী মায়া মিনম্বনে হায়না রাক্স পাঙ্গল মপা তাম্বা পুন্নমাদি থাম্বী মৈপোক থোকুম্না কঞ্জাউ মৈরা থোরুরক্লবদা চীঙ্ ইন্দ্র সরারেন্না য়াথং রাহন্নকয়ে।

হে রাক্স হিংচাবশিং-ও! শিংংন নখোয়গী নতিক নত্তবগীদমক অমৃত শিদ-হীনা মদোম মাঙজখিববু দেব লাই ঐগোয়দা থোরম করিগী তাইনরিবনো হায়না অসুম র হন্নকপা ইন্দ্র চিনগোই ময়াথংবু নাতাববদা উনবি অনৌবদুম কলহৌ নীক্লা পশ্চিম নোংচুপ থংবরমগী তল উজাউ মপাল কুক্লা মথং মথং হুজিন্নরক্লবদা চীঙ্ ইন্দ্র সরারেন্নচিংনা দেব লাইগী মক্পসুং মাগী মাগী খুংলাই মখুংশুবু শমু থুত্তা পায়ন হুয়েল লানশোক্লখিয়ে। মতৌ অসুম তৌনা রাক্স মরাঙ-হৌ হি চাবা মথিনাই উনবি কলহৌ নীক্লা কোরৌ ঙমথং রাংলিবা তলা উপাল চাউথোইবশিংবু মায়কৈ মথোঙ-খিংনা হুজিল্লক্লবদা দেব লাইগী মকপ্পা য়াংলৌ লমখাংমাদা তলা ফৈদুপ শম্না ঙম্না ককথেকঙম্ববু চেংলৌ মিংথিংলবগী রাজা বলি নিংথৌরেন্দি য়াইবি মনুং হোনা গিরি চীংলেন পলংলা অচৌববু চীংলেন মপানফূক পাঙ্গল হকথেংফংনা হুজিল্লক্লববু চেংলৌ মিংথিংলবগী চীঙ্ ইন্দ্র সরারেন্দি য়াইবি মনুং হোনা তেনবি হনফদবা বজ্রবঙ্গ কোরৌ নোংশীংজঙনা চীংলেন শুন্দু ওইনা কাপখায়ঙময়ে। চীঙ্ নোংখাই মপুরেন ইন্দ্র কোরৌ নোংনিংথৌদি খোইয়ম পায়মা উনকোইম্নুংবু থাম্বী মৈপোক থোকুম্না রায়রা মাগী মতেনচা কোরৌ নোংশীংজঙগী তেনবি হনফদববু রায়রা নমকাপ্পনা কাপশিনখিরবগী রাক্স হিংচাবশিংবু মপৈ মপৈ য়াম্না নোংমলহল্লে। মতৌ অসুম ওইববু চেংলৌ মিংথিংলবগী

বলিরাজা নিংথৌরেন্না রায়রা মাগী মত্তেনচা ঘুরব'ণ অথৌবা তেনবি শমকোক-থাঙ শাববু লিচিং নাকোং ফংনা রায়রা তেলরাইরক্লবগী ইন্দ্র লৈরুং মখুৎশূবু মালেম নৈদা তানা ককথেক্লরবগী শ্রী শ্রীলোচন মিথয়েং লিশিং পানবা নোংখাই মপুনিংথৌদি লৈরুং খুশূ হোংনা উনবি কলহৌ-নীক কঞ্জাউ মথৈ লৈতনা রায়রা মত্তেনচাবু তেনবি নমকাপ নমকাপ্পনা মায়কৈ মথোঙথিং সুমিৎ মমি লুপ্পা রায়রা তেলরাইরক্লবগী বলিরাজা পাঙ্গনলম্ম' তেনবি মাগী অথৌবশিংবু অতিয়া শূন্য লমখাংদা তেনবি থাংতপ থেক্লা য়ানথেক্লবে।

মত্তৌ অস্তম রাক্ষস হিংচাবগী মরুপকা দেব লাইগী মরুপকা হুয়েল মপা মপা লানশোক অকনবনা লোইদাম ইঙা থাগী কোরৌ নোংজু মতমগুমলে। মত্তৌ অস্তম তৌরিঙৈ হুযেল মাইয়োক্লংগী অকনলক্লা দেব লাইগী মরুপ্নংগী রাহু কোৌবনা অমৃত শিদ হীবু খুরাম্না ঙম্না থক্লোক-খিরে। মত্তৌ অসি উরগা রাক্ষস হিংচাবগী মরুপ্পা বলিরাজা নিংথৌরেন্দা কোংলোয় য়াথং থোক্লা পাউতম্লবদা হুয়েল অমরক থোইনা হেন্না কন্না-ল নশোক্লখিরে।

মত্তৌ অসি উরগা চীংঙু শ্রীবিষ্ণু শিদবনা খোইয়ম খুৎশূ ওইরবা নৈরোন নোংলোন ফাওনা চেংলৌ মিৎপু উদরবা চক্রবু চীংঙু শমু মখুৎ-তগী থাদোক্লা খিকল্লুববু রাহু কোৌবগী শমু মাঙদা লেপ্পা দেবগী লাইরুপ-মুংগী রাহুবু ঙমশম তোংদম য়েংনা কল্লুরে।

অসাইতৈগী অমৃত শিদ-হীগী ময়াইনা দেব লেংগী রাহুদি প্রাণ থরাই মাঙবিদববু রাক্ষস হিংচাবা পূম্নমানা চেংলৌ মিৎথিৎলবদা পুক্লিং শোংকি চঙনা অচেন থংলৈ য়াঙ্না চেম্নখিয়ে। থৌরম অসি মতুংদা দেব লাইরুপমুংগী রাহু কোৌবদি প্রাণ থরাই মাঙবিদববগী শমু মহকশাং অনি থোকপবু রাহু কেতু হায়না মিংথোনবিখিরে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা চীংঙ, দেব নারায়ণ খোইয়ম বিষ্ণু শংশংবগী অবতার মপোক কয়াবু শানফোংলবগী চাহৈ কুমজা কোটি কোটি হিংঙম-লরবা মতুংগী মহাভারত যুদ্ধ লান্নফম থোইনা চাউরবা অসুর, সুর বৃত্তি

অনি চৎপবু লানবিগে হায়বগী বাস্থং লৈরিয়ে। অসিগী মতুংদা পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী শমু ১রান তম্না দুর্ব্বাসা মুনিরেন লাইবু নিঙবা অথোইবমা লাক্লগা ধর্ম্ম নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী দ্বারী থোঙশংনা পাউতাক্লুরবগা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা হে মুনিরেন মুনিগী মুনি অথোইবও! পাণ্ডু নিংথৌ মপারী ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী মরান্দা থৌরম করি তাকপিগদবগী মরান রাইথুংবিরবনো? মুনি পায়মা উনকোইনুগী থৌরম অরেপ্পবু নদাইরেম ঐবু পুক্লিং শানখঙহনবিয়ো হায়না অস্থুম য়াথং পাউহংজঙম্বা ধর্ম্ম নিংথৌরেনগী বচন চিনগোই ময়াথংবু নাতারাগী দুর্ব্বাসা মহামুনিরেম্না য়াথং রাহল্লকয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী ধর্ম্মরাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেল-ও নঙবু উনবি পুক্লিং তপ্না না-তাউ-ও! মুনি ঐখোয়গী খোইয়ম লাইনিংফমদগী কোরৌ অসিনোংবু পারনা তরা চামাঙ্গে হায়বগী মুনি লক্ষা তরাবু শমু ঙাইরোইননা নিংথৌ মাঙদা থানা রাইথুংলংনে হায়না অস্থুম রাহল্লকপা দুর্ব্বাসা মুনিরেনগী চিনগোই ময়াথংবু নাতারাগী ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন্দি নিংথৌ পুক্লিং মহৌশা য়েনফম অকবনা থরাই লৈবা থৈবিকপু পিজ পাম্মুদা পিন-হনরেং লৈতবগী পুক্লিং অকবনা দুখ মাগী অরা নংলিববু ঙম্না থোকউরদুনা ফরে ফরে হে মুনিরেন খোইয়ম লাইবু নিঙব-ও! নদীজল গঙ্গা ঈরিকলাইদদুম লাইজা পাশাননা ঈরু শান্দেংবিরু ও হায়না অস্থুম নিংথৌ য়াথং থোকখিরবগী মুনি লক্ষ তরামাবু দুর্ব্বাসা মুনিরেম্নচিংনা গঙ্গা লাইজা ঈরিল্লাইবু ইন্দানখিয়ে। মতম অদুমক্তদা ভীম অর্জ্জুন সহদেব নকুল ৪ মাদি ১শাবী লাংলেন কোংয়াং রাপিহন ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেম্না মুনি লক্ষ ১০ মাবু ঈরু শানদেংবিরুরো হায়না য়াথং রাহম্বু নাতারবদা কোলোয় পাউনাই ঙমদনা পায়মা নিংশা মপি-হোন দুখ অরা চঙনা লৈরিঙৈ পামেল উনা থরনা থাংপক ময়িম ওইরিবা থাংপক্লুংদগী দ্রুপদ নিংথৌ মমোমলোন দ্রৌপদী অহেনবীনা ধর্ম্মরাজা নিংথৌগী শমু মাঙদা থানা চঙশিল্লরবগা হে ইবুংঙো শাবি রাজা নিংথৌরেন-ও! নিংথৌ পায়মা উনকোইনুংদা দুখ অরা লৈথৈ তানা লাম্নংলিবা অসিবু পুক্লিং

থৌকাউরদুনা দুর্ব্বাসা মুনিরেম্নচিংবা মুনি লক্ষ ১০ বু ইরু শান্দেং-বিরুরো হায়না য়াথং রাহমখিববু নিংথৌ কম্নি রানো হায়না য়োইবু নায়া অহেনবি দ্রৌপদি লাংচেং মথোক্লকপিদি য়াথং য়াহায় থোক-ঙমদনা মদোম তুমিন লৈখিয়ে হায়দবরা ? অসাইঙৈগী ভীম, অর্জ্জুন, সহদেব, নকুল মরিমানা য়াথং রাহম্লকয়ে। কোয়ৌ অসি নোংবু মতম ঐখোয়গী অচিনববু থোক্লয়ে। দুর্ব্বাসা মহামুনিরেনগী মীচৈ তম-থিবনা তাংজা ঐখোয়গী লুয়েম্লক্লা থানজবা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোদো জাৎ শাগৈ অশেং শেংদ নাইদনা রাগি মুসু কবচেং থোইয়া তিনবি তিম্লোক পুম্নমাবু থৌজাল তাইহেন মাইদনা ঙম্না লৌখৎপিরৈয়ে। থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি ইবুংঙোগী চীংঙ্ মাগী খুয়াবু নিঙজরবদি গৃহ মখোয়গী শঙলেন-য়ায়দা থোইয়ম মানা লাক্কনা লেপ্পা শংশং য়ৌবি-রৈয়ে। থৌরম অসুম ওইরিবা থোইয়ম নোংদম মপুরেন তাইবং নমু পোংবা ঐখোয়না চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা উনবি নিঙশিং লৈরুদে। চিন্তামনি ইবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্র অহেনববু পুক্লিং থোকাউনদুনা কাল মায়া তমথিবনা ঈনফুই তোনগা লং ঈনলেন থাকূপহৌনা পঞ্চভূত মঙ'-মাবু হু-মকোঙোই থুনা কাখিরবগী হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মাইকৈ মথোঙ মম্না থাপখিরে। মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচাদো মায়া সমদ্র ঈরেনপুংদা গর্ভ মশীঙ য়াম্না কোয়রম্নরবগা থৌরম মাগী অরোম্বদা মহা নরক কুণ্ডগী কোমপুৎ ইনমথিদা মপোক মাগী অরোম্ববু ওইন-খিরে হায়দবরা ?

রারম অসুম ওইববু নিঙশিংজদুনা য়ারা মতু চুংনা শোঙকিজরবগা হরিনাম মমিং শোনববু থিল্লগুনো। হরিরাম কৃষ্ণ ইবুংঙো! উনবি পরৈ চেৎনা লৌজরবগা নামামৃত অথুম্ববু মুখ চিনবান থম্না শোঙ্গরিবা মীশিংদো চীংঙ্ ঈশ্বর মপুরেম্না করুনাসিন্ধু অথোইবা থৌজাল সমুদ্র ঈরেনপুংগুম্ববু লেপ্পা লনকুখিঙৈনে। অদুগুম্বা নোংদম মপুরেনদো চীংঙ্ মাবু নিঙজরিবা ভক্ত মনাই থৈবিকপু য়াংলৌ মিৎকুপমদা অসুপ লাপ্পদনা লৈবিরিয়ে। থায়না লহাননৈাং-কৌরব'পাণ্ডব চামা মঙানা

লৈপাক রাশা লনশিংননা নাইমু পনচন তাম্নবগী রাথোক অচৌবদা লাংহৈ কুমশিং চাহৈ তবানিথোইবু চেংলৌ শকউনগুমুসে হায়না সঙ্কলপ রাশক লৈবগী পঞ্চ পাণ্ডব শানৌ মচিল মনাও মণ্ডা মাদি দ্রৌপদী লৈমা অহেনবীগা শামু ঙাইরোইনদুনা তপবন খোয়মা নারোনম্মংদা শাস্ত্রুপলিঙৈ কোরৌ মুমিৎমাদা দুর্ব্বাসা মুনিরেম্নচিংনা খোইয়ম লাই-নিঙফমদগী পায়না তরা চামাঙ্গে হয়বগী মুনি লক্ষ তরাবু দুর্ব্বাসা মুনিরেনগা শমু ঙাইরোইননা রাজা যুদ্ধিষ্ঠির নিংথৌরেম্না মরান শাস্ত্রপফম খোয়মা নারোম্নংগী ফম্বি থোইনা থুপ্নদা দুর্ব্বাসা মুনিরেনগা মুনি লক্ষ তরাবু নিংথৌ মাঙদা থানা ফাউররবগী পাণ্ডু নিংথৌ মপারী যুদ্ধিষ্ঠির নিংথৌরেন্দি মুনি খোইয়ম লাইবু নিঙবশিংনা রায়থুংজববু আসন মফম পিনা পুজা ইরাৎপোৎপু লৈতরবগী নিংথৌ শমু মখুৎ অনিমকপু তাঙজা লুরেম্বক্তা মখুৎ জুড় তৌনা থাঙ্গৎলবগা য়াথং বিনতা অনৌবনা প উ-হংজরকয়ে। হে ইবুংঙো গুরু মুনিরেন অথোইব-ও! নদাইরেম ঐগী নিংথৌ ফম্বিরেন অসিদা থৌরম করি লৈবগী চিন্তামনি য়াইমরু শিদববু শমু খুৎখুমচম্না ফম্বি অসি থুংনা তানফংবিরবনো হায়না অনৌবা য়াথ বু শমু খুৎয়োন-থানা সমত্রু লাইজা ঈরেন্নুংদা তাখিবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু নমু মীগী মপোক ফংঙমদবা অসিবু মহৈ লেম্না মাঙহল্লে। রারম অসি তারবগা দুর্ব্বাসা মুনিরেম্না য়াথং পাউহম্লকলে।

হে ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেন-ও! নমু মীগী মপোক ফংঙমদবা অসিবু জীব চোইয়েম্ননা থরাই লেম্না মাঙহল্লে। থৌরম অসি খঙনা গীতা পুরাম্নংদগী ধর্ম্ম লম্বী অমত্তবু উনবি পরৈ চেৎনা লৌজহৈনে। মতৌ অসুম ওইরিবা ধর্ম্ম মথোয় অয়াম্ববু বেদ লাইরিক্নংদা করম থম্লম্বনো হায়না য়াথং পাউহংলবদি ন্যায় মিমাংসা শ্রুতি পুরান কৌবা বেদান্ত কৌব তন্ত্র অগম কৌবা পুরান লাইরিক, অসি খৈবিক্রা তাইবং নোংশাপানগী ধর্ম্ম মথোয় অয়াম্বনচিংনা লাইগুরু খুয়াদা থৌপল পুরুম্নবা, মরম অসি খৈবিকপু গীতা পুরাম্নংদা লেংলময়ে। হে ইবুংঙো ভক্ত সাধু লেংনত্তিনবশিংও। চীংগুং ঈশ্বর মপুরেন। থৌজাল

লনকু হৈবদি থায়না লহাননোং নন্দরাজা নিংথৌরেলগা নিংথৌ মহুক্ত মনাও অনিমানা লহান জগ্ম মপোক কয়ারকতা কোয়ৌ লনশিং থোইনা থোইয়ম লাইনিঙজবরী মহৈ মাঙকদবনা চীংঙ্ কৃষ্ণ শিদবনা পুত্র মপারীবু ওইনা কাওবিরৈয়ে। যোগী লেংনা তিনবনচিংবা মুনি ঋষি অয়াম্বা মরম অসি খৈবিক্লা মুগ কুমশিং কুইনা চীংঙ্ মাগী খুয়াবু নিঙজরবস্লুং পঙনা তানকংঙমদবা থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনবু নন্দ যশোদা অনিমাগী কৈরা তান্দা পম্না কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু চেংলৌ মমিৎ থম্না তোয়নবিয়ে। থোয়মা লাইবক কবীগুম্বি কনা অমনা কৈরা তান্দা পম্না থোম্লাং অচানববু থিকলেন থোম-হুক্লরবস্লুং য়াওয়ে। পুত্র মচা ওইবগী মপল অনিমানা থোইয়ুম কৃষ্ণ শিদম্ম, গোপালজি ইবুংঙোবু তলা লেপশূম অমগা পুনমম্নরবগা দণ্ডি য়াররুবস্লুং চীংঙ্ মানা য়াবিখিয়ে।

মতৌ অসি মতুংদা চীংঙ্ কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোদি লাইজা যমুনা মপানগী তলা চাউথোইবা কেলি কদম উপান্দা কাখৎখিরবগা কোলিয়োডো কৌবা ঈরৈ অচৌবগী ঈরেন চাবুক খায়না চোংথখিববু তাইবং পুম্নমানা পুক্লিং য়াম্না শোঙকিনরিবা পাঙল থোইনা লমকেৎপা কালি তাংজা লিননিংথৌদি থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেননে ৰায়ববু পুক্লিং শানথঙদবগী বিষ হুকাম থোইনা লিলা য়াথোঙ্ থুম্না চীকঙময়ে। অতুগুম্বা তাঙজা থোইনা কত্তবা লিলা হুথৌ থোইববু দাস ঞগী মাইমুংচংনে হায়বগী শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, ধ্বজ, ছত্র, অঙ্কুশ খুদম মরম অসি খৈবিক্লা চঙনা লৈবিয়ে। পাদপদ্ম নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনৌবা অনিমানা কালি লিম্নিংথৌগী তাঙজা লুয়েত্নক্লা নেৎ-পিরুরবগী কালি পায়মা উনকোইমুংদা গরুড় চেকনিংথৌবু পুক্লিং শোংকি চঙলিবদো চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা কোকশিখিয়ে। অতুগুম্বা লাইমরু চিন্তামনি য়াইওম্বোক হায়কবা কথিগী উরুম থোইনা চীকপদা থরাই পোথানরুয়ে। হে সাধুজন থোইয়ম লাইবু নিঙথশিং-ও। গীতা ভাগবত পুরান মুংঙাইবা অসিদা সর্ব্বশাস্ত্র লাইরিক লাইগু

পুম্নমাগী ধর্ম্ম মখোয় অয়াম্ববু চঙনা লৈরিয়ে। নমু মীবু ওইনা পোক্ল-রবদা ধর্ম্ম মখোয় অয়াম্ববু লৌজ-ঙমদরবস্তুং অমৃত অথুম্বগী মচেৎ খিজিক্কবু লেপ্না লৌজবৈঙনে গীতা ভাগবত পুবান অকবা অসিবু লাইজা সমক্র মশক ওইনা লৈবিবা গীতা সমক্র ঈবেনপুংদা পূকনিং চিংনববু লৈতবা ইক শান্দেংজবৈঙনে। তাইবং পুম্নমাগী মচি লনমকবু ওইনরিবা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী চিন সনা চিনবানথোংদগী শিন্থরকপা গীতা পুবান সুংঙাইবা অসিদা গৃহ য়িম্নাইবগী ধর্ম্ম মখোয় অয়াম্বস্তুং ব্রহ্মচারী লমচৎ অথোইবস্তুং যোগী লেংসা তিনবনা নিঙ্‌নগদবা থোইযম লাইনিঙ অথোইবস্তুং সন্ন্যাসী ধর্ম্ম লম্বিস্তুং ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শুদ্র জাৎ শাগে মরিমাগী লমচৎ মরিমাস্তুং ঙম্না রাহম্লিয়ে।

ভক্তি ধর্ম্ম অচেৎপনচিংবা বত তরা চাহেনবা কম্ম থৌরম অয়াম্বস্তুং জপ, তপ, যজ্ঞ, দান ধর্ম্ম মরম অসি খৈবিকস্তুং সধর্ম্মজ্ঞান অকন্থনচিংনা দেব লাইগী লমচৎস্তুং রাক্ষস হিংচাবগী ধম্ম মরমচৎস্তুং মরম অসি খৈবিকপু গীতা সমক্র ঈবেনপুংদা কাউবি শুমলোই তাউংঙম্না ঙম্না তাউথনরিয়ে। অমৃত শিদ-য়েম্না লাইজা ঈদে ম্নরিবা গীতা পুর মৃংদগী থৌরম ইপাথোকপা ধম্ম লম্বী অমতবু উনবি পরৈ চেৎনা লৌজবৈঙনে। পুক্নিং চিংনরিবৈঙদা আযু ঐখোয়গী ইপুনশিনা পূনশি মতোল লোমখিববু খঙলৌরোইদে। নমু পোংওইবগী হকশাং য়িমলেম্নুং অসিবু লাইজা কোংকোল তাক্কুম্বনে। চেংলৌ মিৎকুপ মরমদদা কোংকোল লাইজা ঈমাই ওনখিববু থরাই কনাগুম্বনা পুক্নিং থৌখাম ঙমলৌদে।

থৌরম অসি খঙনা ধর্ম্ম পুক্নিং লস্তানববু খিনফরোইয়ে। নমু মীওইবা ঐখোয়বু থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী কাল মায়া তমথিবনা হুম্ন কোঙ্গোয় থুনা কাখিরবগী ধর্ম্ম অওকপবুদি হুল্লাম্লরবগা মায়া অয়াম্বদা লৈরাং হেকমায় কানা পুক্নিং হরাউনখিরে। মরল পুকৈ থগ্না লাঙ্গোই শঙশাং-কিবা তালোয় লুমলেন মহোং-য়াম্না কৈদাং শাংবা মৈন্য মাই-পাকপা কীর্ত্তি কোলোয় মিংলেন চৎনা নমু মীথক থোংনা উনবি মরাং কায়বা মরম অসি খৈবিকী হৌরী ঙমকদবনা শমু ঙক্তা হুরা চিংখিরবগী

প্রভু কোরৌ ইনোংথৌ কমল লোচন অহেনবা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোবু মাইকৈ থোইনা থাপখিরে। নিত্তি পুবিদুনা অনৌ য়েনজা হৌবগুম পুকনিং থেঙ্গোই নীকখিরে। মায়া কর্ম্ম থৌরম অয়াম্বনদি তাঞ্জা মরৈতোন্না বারম য়াম্না ঙাকলিয়ে।

মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবাচাদো য়াউরৌ শাপুক-চঙ লেমটেল ঙাপুক চঙনা মপোক য়াম্না কোয়রুরবগা থৌরম অকোনবদদি মহা নরক কুণ্ডদা ফম্বি মাগী অকম্ববু ওইনখিরে। খোইয়ম নোংদম মপুরেন কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী মায়াজাল তমখিবনা ঈনফুই তোনগা-লং ঈনলেন থাকুপ হৌনা চুম্ন-কোঙ্গোই থুখিরবা মীশিংদো মায়াকর্ম্ম থৌরমদা পাগল নিপা থোক্না পুকনিং য়াম্না চাউথোকয়ে। হনবা মরেং চন্না হনু মালৈ কা মিৎমৈ পোরোং-শুম লাইরেন হৈশুম-শা কৌরোং পানপাই নীক্না পাগল ময়েং তাখিরবা হনু মালৈ কারবদো পায়মা মাগী উনকোইনুংদা পুনশি ঐগী মতোল লোম্লাইদম অসিদা হয়েং ল্যাংওন অম্বক্বী অক মথোই তোনবা শংলৌ থৌরাংজরমগে হায়রবু বোয়রেং থোইদিং মথাইমরমবু বোরৌ কদৌনোংদা পুকনিং লৌশিং থোক্না নিঙখল্লুদে। হনো য়াহ লাংচেং মথোক্লকপা অসিবু অঙাং মপুংফানা মুরা চামলৌ মহুল্লক্লে। নমু মীচাপোক তুংঙানব্বা কনাগুম্বা অমদা কাউজা মল হন্নরন্নবগা পুমা পাবোৎ কায়দা নামা পাংশোই নীক্তনা পায়রবু নয়ু ঐগী চেংলৌ ইমিৎ থন্না মিৎয়েং শানখৈখিববু ওইরসে হায়না অসুম রাম কৃষ্ণ ইবুংঙোগী চীংঙু মিংলেন শোনবগুম চন্না হন্না অসুম শোল্লন্নবগা হনু মালৈ কাবদি পায়মা নিংশা খন্না তিনবান থোকমৈ নেমখিরে। গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব অহুম্বাবু পুকনিং থেঙ্গোই নীক্না হুল্লাল্লবা মীশিংদো নমু মীচম্বি অধম অতোনব-ও তোনা কোয়ে। অধম অতোনব-ও কোবদি মমল মতিক লৈতবা নমু মীপোক অথোইববু হল্লাল্লবগা খোয়মা নারোম্নুংগী মালেম লৈখুনমুংদা ম্রান থিমওইননা য়াঙ্গোইরিবা শৃগাল খোয়মা লমগী হুইনে। নমু মীনাক নক্না লৈরিবা য়াংলৈ তাউথ্যা য়িমগী হুইনা খোয়মা লমগী হুইবু চেংলৌ

মিৎখিৎলবগা উনবি কলহৌ নীক্লা তাম্ষোকয়ে। তাইবং নমু পোংব-চাদি থরখিয়ো। হূইবু হূইনা তাম্ষোকপা, খোয়মা লমগী হুইদো মতিক পান্দম লৈতনা মাঙখিরে। মতৌ অম্সুম ওইরিববু অথম অতোনব-ও তৌনা কৌরে। থৌরম অসি থঙনা গুরু অজ্ঞা অথোইববু হৃদি থম্মোইদুংদা উনবি পরৈ চেৎনা লৌজরবগা কমল লোচন ইবুংঙো মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিথলোং থম্বাল মানবা শ্রীহরি ইবুংঙোবু উনবি পুকনিং তুম্না য়াথং অমরক্তবু শোঙখিরবা মীদো জন্ম মপোক খুদিংগী পাপ অয়াম্ববু চেংলো মিৎকুপ মরমদা কোকখিরবগা থরাই মমিরেম্না শিরমনি লুচিংবা রতন মনি য়াইওম্ষোকপু চেৎনা থাজরুইয়ে। মতৌ অম্সুম ওইরিবা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী গুণ মতিক অথোইববু শম্মুম মরমদা উনবি নিঙশিং লৈতরে। নমু করি খোয়নো? মীপোক কং-ঙমদববু লেম্না মাঙহল্লে। মায়া অয়াম্বদি পুকনিং থৌরাং চাউনা লিংথৎনরিয়ে। মীপা কনা অমগী পুত্র মপারীগা মীপা কনা অমগী মমোম লাংচেং মথোক্লকপিগা মরান সুহোং খোংতোংবিরে। পাথং লাংচেং মথোক্লকপা স্নরা চারলো মহুল্লকপি অনিমাদো মপল মখোয়গী শাৎমাবা, পলেম মমা পোকমাবি শাগৈ মচেং পাচামা শাবি শানৌ পুম্নমা মরম অসি খৈবিকপু ঙম্না হুল্লাল্লরবগা মায়া পুকনিং তমথিববু গৃহ য়িম্নাইখোগী মরমদা সুংঙাই ঐখোয়গী মথোই তোংনবা হায়না থৌরম য়াম্না চাউথোক্লকলে। মতৌ অম্সুম ওইনা আয়ু মখোয়গী মপুন্সিবু পুন্সি মতোল লোম্নখিয়ে।

মতৌ অম্সুম ওইরিবা জীব থরাই খৈবিক্তো হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমক্র তমথিবা মাইকৈ খোইনা মম্বদা শিলা নুংপাক অচৌববু শমু ঙক্তা থাংনা মাইকৈ মথোঙ থঙদনা তাউথনরিয়ে। চীংঙু কৃষ্ণ শিদবগী মায়ার গম্ভিত তমথিবা কোঙোল্লাই মানবনা পাপ হক্তা শকপবু থরাই থাম্‌য়োৎননা অঘুর খোইনা মম্বদা মাইকৈ মথোঙ নাইদনা অময়কপু থাখিরে। থৌরম অসি থঙ্‌না তাইবং কোয়ৌ নোংমাথা মালেম লৈমাইথক্তা নমু মীবু ওইরিঙৈনা লাই গুরু থুয়াবু উনবি

পরৈ চেৎনা পারজরবগা ইহাক ইথমগী থৌরম মহৈ পামবা ইদোম ইদোম শংলো থৌরাংজঙনে। নমু পোংগী থরাইদো চেংলো মিৎকুপ-মরমদনে। থম্না লাকোংথক্কা লাইজা ঈপকপিদবা লৈরাং পান্দম অজুনে। কাক্কৈ লুময়েংবিচানা চাউনা নাভোম্বক্তগী থোয়মা নাতোন অমা লাম্না থোঙশানখিবা অদু মতম মানগুম্ববু চেংলো মিৎকুপ অমত্তনে। হোরেন শিবা পাউজেন্দে, হয়েং নাবা পাউতাকতে। থৌরম অসি থওনা ইহাক ইথমগী অক মথোই তোংনবা হরিরাম কৃষ্ণ অথোইবগী মিংলেন শিদববু মহাসৎ উনবি পুকনিং লেপ্পা শোঞ্জরবগা চীংঙ মথৌজান্দগী সংসার সাগর তমথিবা মায়া সমুদ্র ঈরেনপুংদগী থরাই অরানববু লেপ্পা তানকংজখিয়ে। তাইবং নমু মীওইবা ঐখোয়না হরি মিংলেন শোনবদা পুক্লিং লাইরেকচন্না করিগী তল্লিবনো। থৌরম অরাববু নত্তবনে। কর্ম্ম ঐগী থবকস্তুং শুকংহৈনে। হরি মিংলেন শোনবনা থৌরম য়ৈথাইরদে। চোয়নৌ ঐগী সনা মৈখাং কোনলাংচানবু লৈজরবস্তুং সনা ময়েং তানরুবা থনবু রাৎখিদে। কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী মিংলেন শিদববু তাঙ্গা মমল পিনা লৈরুবস্তুং নত্তে। তাংজা মরৈতোন্না কৃষ্ণ মিংলেন শিদববু মিংলেন অমরক্তা শোনগদববু নামুং হূনা উনবি হেকমায় কানা পুকনিং হরাউনথিরবগী তাইবং কোরৌ ইনোংখৌ কমল লোচন অহেনবা শ্রীহরি ইবুংঙোবু মাইকৈ মথোঙ মম্না হুল্লানখিরে। নমু করি থোয়নো? ঐগী ঐগী কর্ম্ম থৌরম অরাম্বদা উনবি পরৈ চেৎনা অহিং নোংথিল নাইদনা খোইরম লাইনিঙ ওইনরে। কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোদি চেংলো মিৎকুপ মরমদা উনবি নৌংশিং লৈরুদরে। মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচাশিংদো পশু য়াউরৌ শারিংজেননে। য়াউরৌ শাগী মরুপস্তুং গুহ য়িন্নাইথৌবু শানখংয়ে। য়াউরৌ মচা পোক্লা শারেন মচিঙ্গাকপু থিজৈয়ে। অহিং খোমলেন তুমকনবা পুকনিং অকি অথংবা মরম অসি খৈবিকপু য়াউরৌ শাস্তুং হায়রিয়ে। শিংলেন অরেম্বদা শংলো চাউনা থৌরাংনরিয়ে। ঐহাক ইথমগী থৌরম মহৈ পাম্নবা কোয়রেং থোইদিং মরম্বু পুকনিং থৌরাং লৈতরে। চেংলো

মিৎকম শোয়রবা অন্ধ মমিৎ তাণ্ডবনা য়াওলো লমথুন খওদরবগী কোমপুং ইনমথিদা মদোম পুথরিবা অদু নৈরাং মতম মানগুম্বদু মহানরক কুণ্ড তমথিবদা ফম্বি য়িমওইনরুরে। তাইবং নোংশাপানগী মায়া পোৎশক পুন্নমা অসিবু অহিং খোমলেন মংলানচানগুম্বনে। অহিং খোমলেন মংলানচান্দা রতম সনা মাইখাংকোনগী সনা লিকফাং নীংথিবদু তানকংজরুরবগী পুকনিং হরাউ চঙবদু চেংলো মমিৎ পাঙনা খোয়েন মিকপ থোক্লবগা শিংলেন অরেম্বা নৈরাং অতিংঙাবু ওইঙম্ব-দুগুম্বনে। থৌরম অস্থম ওইরিবদু কোয়রে' থোইদিং মরম্বু পুকনিং হন্না য়েংলুদে। নমু কবি খোয়নো। তাইবংপান্নে হরাউবা, নমু মীওইবা খৈবিক্তো অসাইথৈগী য়োংলেন চুকোই শাবগী পান্দম মওং মহাকনে। নমু মীগী মপোক অসিবু চুকোই লেংগা পান্দমগুম চেংলো মিৎকুপ মরমদা তম্নরিবা মশেন্নে। তাইবং শিংলেন অরেম্বা নমু নৈরাং অতিংহানে মতৌ অসি খওনা ইহাক ইথন্নগী থৌরম মহে পান্নবা সাধু সঙ্গ তৌদুনা ইদোম ইদোম শওলো থৌরাংজরবগেনে থৌরম ঐনা তৌজবা য়েল্লাং ঐগী ইঙমদস্থ নঙন্দি খোইয়ম লাইনা লাক্কনা চোয়নৌ সনা মীপোৎ পিরুদে। শিংলেন অরেম্বদা উনবি মন্নাই কানা পুকনিং হবাউনরিয়ে। নমু মীওইবগী পুকনিং করম্বনা ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমাবু শমু খুৎথুম চলঙমগে তৌবা মরম্বু শিংলেন অরেম্বদা শওলো চাউনা থৌরাংনরিয়ে। তাইবং পোৎশক অয়াম্বা পলেম পম্থৌ ২ মানচিংনা মপান্নী সয়োম শেনলৈ পাইরৈ শাবি শানৌ মরল মচাক মরম অসি খৈবিকপু হয়েং অমন খমলৈ কুম্বদা চৈরৈ ফিরাইরাং লমচেন-চাকুন্না অমন ঙাইরোইনখিদে।

থৌরম অসি খওনা হরিরাম কৃষ্ণ শিদবদু উন্‌বি পরৈ শুংনা নীংজরবগা সংসার রাংমা লান্না খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী উরুম থোইনা চীকপদা দুঃখ অরাবগী পোৎশক অরেপ্পনে হায়না শ্রীহরি ইবুঙোবু মতম ঐগা লনমরুনে হায়নবু খওনা পুকনিং তৎপা নৈতন তৌজরগেনে। তাইবং নমু মীওইবা ঐখোয়না তালোয় ইরুম অপা।

মপারী মযোয়োন মরল মচাক পুম্নমা থোৌরম অসি খৈবিকপু থোৌরম ঐগী অথোইবনে হায়না নীংখনখিরবগী গুরু সনা মম্বাথং থোৌজাল য়াথং চণ্ডখোনবা মমল মতিক লৈতবা পাউজাক থোইনা লৌরবা মহাকপু পুকনিং থেঙ্গোই নীক্রা হরি মিংলেন শোনবযু পুকনিং থোৌকাউনরিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা নমু পোংবচাদো মহাপাতাল লৈথানুংগী নরক ১৪ মাদা তানা কপ্পি রিমওইনখিবে। তাইবং পুম্নমাসিবু মোমন্তু মুজা নত্তনাস্তুং তাইবং পোৎশক লেপওমদে। মুজা শীংদা চল্লিবী খৈবিকপু শিংলেন লৈগী মশকনে। র্তনথা মীপা খৈবিকসুং তাউজিং হৈগী মওংনে। হৈগা লৈপা ২ মাবু সন্তোপ রিমদিম্নরবগা মপারী মযোম-লোনবু শাহলকলে। মতৌ অসুম তৌনা তাইবং নমু মীওইবা ঐখোয়বু কোটি কোটি লিংখৎলে। কোটি কোটি কিস্তুখিয়ে। থবাই লৈবা খিবিকপু শ্রীহরি ইবুংঙোম্বা মায়া সমুত্র ঈবেনর্পুংদা 'জীব য়াম্না তাউথনরিয়ে। মতৌ অসুম য়াঙ্গোইবিবা তাইবং নমু পোংওইরিবা ঐখোয়বু শম্লাং ওইরম হুনবিশিংগী দাস মনাই অয়েম্পবু ওইরিয়ে। আদি অহানবদা গৃহ রিম্নাইথোবু তনবা মীপা খৈবিক্রা মুজা লাংপামথোগী মায়া তমথিবদা হুম্ন কোঙ্গোই থুনা ফাথিববগী হরি ইবুংঙোমু 'মাইকৈ থোইনা লাপথিরে। মায়া শণ্ডলেন অচৌববু লিংখৎলে।

সমান তমরাইয়বদি বানর কর্কয়োং অপিশা অমযু মীপা কনা অমনা চৈরৈ ফৈদোম শোম্বিরে। য়াংলেন কোকশৈৎ য়েৎপিরে। চন্দন লৈবু থিন্দুনা শিঙলেন লৈশেম চিলহল্লে মিপা য়োংশেনবা অদুনা মখাং থোৌরী থাংজিল্লে। লৈকাই খুল্লক কোয়রকলে। নমু মীরৈকাই লৈকাই খুঙ্গং কনাগুম্বশিংগী শঙলেন থোঙজিল খুদিংদা চুকোই লেপলৌ শাহল্লে। লাংলেন রাকবোক ২ বু শমু ওই-য়েৎ পায়রবগা তোয়ান থাঙহাই তমহল্লে। থা মানবু ওম্না ককয়োং মমিৎ ফাকহল্লে। য়োংলেন মরৈ ভঙ্গল্লে। মীপা য়োংশেনবদুসুং থুবাক তাবুং থুহ্না অশৈ সুংওন শক্লবগা য়োংলেন মকোক মমৈ থঙদনা চুকোই মরাঙ হৌববু নমু য়েংমলোই হৌ মীনোক খোঞ্জেল চাউনা দিংয়েং শানখৈনরবগা

য়োংলেল পাউশা মহক্কী কোরি লিকোল মচেৎমা মাংগা লনহংলকপবু ককয়োং অপিশা-চা ডুনা কোরো কদোনোংদা য়োংলেল মচিঙ্গাকপু রাক্কদে। খ॥ য়োংঙী মপুনা তাংগা খুৎথুম হয়া ময়োইহেনে। মতৌ অসি পান্দমগুম তাইবং নমু মীওইবা ঐখোয়না যোমনু ইশানৌ তরা ইচিঙ্গাক চৈরৈ ইকিশেৎ পারী মুংচানবা ইযোম মুংঙনবি ধন জন ইরল ইচাক পুন্নমাদা গুরু পণ্ডিত লেংনা তিনবমা পুকনিং ঙাইনোক্লবিঙনো। যোমনু শূনা হাউদৈ পূনগুম লৌশিং ইকাই চন্নিবনা অহল ইমাঙ্গী পণ্ডিত লেংনা তিনবশিংনা পোইরৈ ঈশৈনা রাংঙম ঙেংথানববু হৈনা মতুং ইনগুমদা সনা মমৈ ওইঙমদনা কাউরেন তুংনাউ শোনগুম্বা থন্নাই খৈনা পিক্লিবা মূর্খ পায়মা তাম্বনা ভক্ত বৈষ্ণব পুন্নমাগী মতিক অন্নববু কনানা হায়ঙমগবনো ?

হন্নিং খোইনাউরোই খোইয়া অশি খোইশিংনা তীনবী লূনাইদববু খোইরাং খোংদা য়েপ্পা পুক্লবগা খোয়ফু মহুমন্নুংদা হাপ্না হুকার মন্ত্র চৈরো-যনন্না ঙংলবগা অসাইচৈঙ্গী তীনবী লূনাইদববু খোইরা মশক ওলহন্নবগা অত্যা শূন্য মরায় শম্না পুকনিং মনিঙ তম্না পাইখিরে। অহু লৈরাং মতম মানগুম্ববু ভক্ত বৈষ্ণব পুন্নমানা গর্ভ লোইদাম নাউপুদনা নমু মীয়াম পোক্লিরে। মহৈ চানা ইথাংখোগুম্বনা থন্নাই মীয়াম পুন্নমাবু সংসার রাংমা লানহনখিরবগা শ্রীহরি ইবুংঙোগী উরুম থোইনা চীকপদা থন্নাই পোথাক্ক নহন্নে। অতুগুম্বা গুরু বৈষ্ণব পুন্নমাগী চরণ থুম্না লৈথাংলম্বু তয়ম তাঙজা কোক্তা থোংনা হম্না হম্না পুক্লমজরম্বনে।

## অনিশুবা অধ্যায়

হরি হয়াহে অসাইদৈগী গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা লেংলখ্বা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা অসিবু চীংঙু কৃষ্ণ শিদবনা খোইয়ম মাগী মপাতাউ পার্থো অর্জ্জুন তেলহৈবদা পাউতাক পিরম্বা মাঙগী থৌরম হৌথিবদা ব্যাস মুনিরেম্নিংনা ব্রাহ্মণ ঋষি, রাজা ঋষি খৈবিক্না লেংলখ্বা বেদ লাইরিক খৈবিক্কী পুক্নিং চিংনরিববু গীতা পুরাণ অসিনা প্রমাণ য়াচুম ওইদুনা হয়া ককথংনরিবনে। হরি ঈশ্বর মপুরেনগী চিনসনা চিনখাম্থোং-দগী শিম্বরকপা গীতা পুরাণ অথোইবা শঙ্করী পুরাণ অরুবা ভাস্করী পুরাণ অরুবা হনুমন্ত গীতা অথোইবা অঞ্জন গিরি কৌবা শম্ভু নিধি কৌবা পুরাণ ৫ মাবু য়েংজরবগা গোবিন্দ মিশ্র ঐগী লৌশিং ইপা থোকপা খিজিক্তবু ইজররুবগা কমণ্ডচন্দ্র ইবুংঙোগী খুয়া থম্মাল লৈথোংখা অচিকপবু তাংজা কোক্তা থোংনা সংস্কৃত খোইয়ম লাইগী লোন্দগী বাঙলা ভামাসুংদা লেংজরমহে। তাইবং নোংশাপানগী পণ্ডিত লেংনা তিনবনা পুকনিং ঙাইনোরুবিগুনো। তাইবং লৈরোন নোংলোন অহুম্মক্কী মবুংঙো হরি ঈশ্বর মপুরেনগী চীংঙু মাগী খুবমবু নিঙজরবদি সাধু মী অফববু ওইরসুং নমু মী মগোন অতোনববু ওইরবসুং কাউরেন মনবী চাজেনবিনা মন্নাউ তুংইনবিবগুম ভক্ত মাবু নিঙবগী গৃহ শঙলেম য়ায়দা চীংঙু মানা লাক্তুনা লেপ্না শংশং লৈবিররে হায়দবরা ? থৌরম অসি থঙনা তাইবং নোংশাপানগী থৌরম পুম্নমাবু ঙম্না নিঙশিংলুববু হৌজিক চেংলো মিৎকুপ মরম অসিদা থৌরম অকায়ববু লেপ্না থোক্ত-রগেনে হায়না অসুম পাণ্ডব মণ্ডামাদি খোইয়ম নোংদম মপুরেন শ্রীহরি ইবুংঙোগী খুয়া থম্মাল লৈথোংখা ২ মাবু উনবি লৈনিঙশিংনা পুরুম-জখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো লোকনাথ মপুরেন অথোইবা-ও। চীংঙু নঙগী খুয়াবু নিঙজরিবা থরাই লৈবা খৈবিকপু পুত্র নপারীগুম থোজাল তাইহেন মাইদন লাঙ্গানবিরিবা হে খোইয়ম শিদব-ও! চীংঙু নঙবু নত্তনা দুর্ব্বাসা মহামুনিরেনগী মীচৈ অরুম্ববু থরাই কনাগুম্বা অমনা

কোকওন্নরোইয়ে। নাথ নাথ মপুরেন। হে জগন্নাথ ইবুংঙো! থরাই লৈবা থৈবিকী খোইরা লিনকু লমহৌকম মচি লনমরু নঙবু পুরুমজবনে। নদাইরেম পাণ্ডব ইচিল ইনাউ ৫ মানা মুংশি লৈথে তানা লান্নংলিবা অসিবু চীংঙু নঙনা ঙাকপিয়ো হায়বগী চীংঙু নতম য়েংনা পুরুমজবনে হায়না অস্থম পাণ্ডব শাগৈ ৫ মাদি চীংঙু কৃষ্ণ শিদববু উনবি লৈনিঙ-লিংনা পুরুমজখিয়ে হায়দবরা? মতম অদুমক্তদা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবা দ্বারকানাথ মপুরেন শিরোমনি লুচিংবা, রত্নমনি য়াইমরু চিন্তামণি য়াইওস্লোক যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ঙইনবা কৃষ্ণশ্যাম অহেনবদো ভক্ত মদাইরেম পাণ্ডব ৫ মাগী থৌরম অচন্‌বা পুকনিং অরাববু ঙন্না পামমৈ হাইথবগুম করম লান্নংশিবরো। মুনি মীচৈ তমথিবদা ভদ্ম উৎফুল নোংলৈ ওইনা লেপ্না নোংমল্লঙনে। মুনি মীচৈ তমথিবদা নোংমনখিরবা তাইবং নমু পোংবচাদো খন্নাং পাপললোন অমনবা ইবেং পুপাললোন ৭ পু ফাউমা নরক লৈখা তাথিয়ে হায়না বেদ লাইরিকম্ভুংদা সাক্ষি রাচুম্নরিয়ে হায়না অস্থম লৌশিং পুকনিং থোক্তনা উনবি পুকনিং ঙক্করুরে।

পঞ্চলে সনা লৈমাবা দ্রুপদ নিংথৌরেনগী মমোমলোন য়োইবু দ্রৌপদী অহেনবীনা শাবি ইবুংঙো। ধর্ম্মরাজা নিংথৌবেলও। থাইনা লম্বানলোংদা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙু কৃষ্ণ শিদবনা থৌজাল লন-কুবিয়কপা অগ্নিতন্দন কৌবা চোয়নৌ সনা পুখমন্নুং অদুদা তরা চাপুম্নত্তবু হাপ্লবদি মথেল মশীং অয়াম্ববু লোইনা ঙন্না থোক্লক্লবগা নমু মীপুম কোটি কোটি থিঙমদবনা তরা চাদংববু পুন্না চাঙমদবা চোয়নৌ সনা পুখমনে। হৌজিক মতম অসিদা চোয়নৌ সনা পুখমদুত্তবু তান-ফংজরবদি শাবি চিনকোয় নয়াথংদগী দুর্ব্বাসা মুনিরেম্নচিংনা মুনি লক্ষা তরা মাবু হায়দবম্ভুং কোটি মশীং থিঙমদববু ওইরবম্ভুং তরা মায়থাং-চাঙনে। খোয়মা লমচিক অচীকপা বন নারকম্ভুং অসিদা মফম করিগুম্বদগী তরা চাপুম্নত্তবু ফংঙন্নসিবনো পুকনিং চিংনরিঙৈ অসিদা ইরু শান্দেংখিবা মুনি লক্ষা তরামানা রায়থুংলরবদি কোরৌ নোংশিং

য়াম্না তারা চাকংলক্কবগী শকথোং ময়েংতা কুচু ইশক ওন তলা উহৈ চানা য়াজোইরিবা বোরৌ নোংশিং য়ামখিরে। দুর্ব্বাসা মুনিরেম্না রায়থুংলরবগা মুনি মীচৈ অরুম্ববু করম ফংঙম শিগবনো হায়না অস্মুম অরা পোৎলুম পুরিঙৈ অসিদা হে ইবুংঙো খোইয়ম শিদবা নঙনা অমুক্তা তরা চাপুক লাম্ববু থোইশিল্লক্রে। মখেল লুকমাই শেম্না তরা ঐবু থুনা চাপিজোও হায়না রাহন্নববু নাতারবদা নদাইরেম মুজা পায়মা লিন্না লোম্বী ঐনা কোলোয় করিগুম্ববু য়াথং রাহমজসিবনো ?

হে প্রভু! ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা ও। চীংঙু নঙগী নোংদম্না নদাইবেম পাণ্ডু বংশ শাগৈগী লাইবক খেনলাইখোংদা মতৌ অসিগুম্ববু করম নোংদম্বিরবনো হায়-। অস্মুম দ্রৌপদী অহেনবী মাইথোং মঙাল নাইনা থম্বাল মিত্তা হেনবীদা পিরেম চাইজি ঈরৈচম্না অস্মুম পুকমজবু নাতারাগী চীংঙু কৃষ্ণ শিদবনা য়াথং রাহন্নকয়ে। হে দ্রুপদ মমোমলোন ও। লহাননোংগী অগ্নিতন্দোল কৌবা চোয়নৌ সনা পুখম্বু থুনা লৌথোকলু ও হায়না অস্মুম রাহম-লকপবু নাতারবগী য়োইবু দ্রৌপদী অহেনবীনা অগ্নিতন্দোল কৌবা চোয়নৌ সনা পুখম নিঙথিববু লৌথোকলুরবগা চীঙু কৃষ্ণ শিদবগী খোইয়ম মাঙদা থানা থন্নবগা হে প্রভু ইবুংঙো তাউ-ও! অগ্নি-তন্দোল কৌবা পুখম পিপুকন্নু'দা হাপ্লবা তরা চাপুম্মতবু হাপ্লিরো হায়না পুরুম্লক্লবদা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবদি পোনবি গভুর মথুনেৎপু শম্নু খোঙওইননা ধর্ম্ম যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী শম্নু মাঙদা থানা রায়থুংলরবদা পাণ্ডব শাগৈ ৫ মাস্নুং দ্রৌপদী লৈমরেন্নচিংনা মালেম লৈদা পক্লা পুরুমজঙময়ে। মতম অদুমক্তদা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবনা য়োইবু দ্রৌপদী অহেনবীদা য়াথং রাহন্নকয়ে।

হে দ্রুপদ নিংথৌ মমোম্লোন-ও। কোরৌ অসি নোংবু চীংঙু ঐবু তরা চাকপু লাময়ে। উৎখি চকম শাউবগী অন্না মখৈ লৈতববু থোইশিল্লক্রে। মখেল য়েনলম অপাম্ববু চীংঙু ঐবু তরা থুনা চাপিজো-ও

হায়না ওস্লম রাহল্লকপা খোইয়ম চিংকোই ময়াথংবু নাতারবগী দ্রুপদ নিংথৌ মমোয়োল য়োইবু দ্রৌপদী নৈমবেম্না শমু খুৎপু লোম্না রাকৎচখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনব-ও! নদাইরেম পাণ্ডুবংশ ইশাবিবু রারক তথখিবব্ লাম্নংঙমযে। দুর্ব্বাসা মুনিরেন-নচিংনা মুনি লক্ষ তরাবু পাবনা তরা চাকেনবগী খোয়মা দান লম্নিরববু পুকনিং অকবনা উনবি ফিভম ওইনবা ধর্ম্ম অংশ নিংথৌরেন্না থৌরম মখোয়গী অরাবব্ থৌকাউখিরবগী ফোয় কৈয়ে হে মুনি খোইয়ম লাইবু নিঙবশিংও! গঙ্গা লাইজা ঈরিক্লাইদা ইক শান্দেংবিকরো হায়না অস্লম নিংথৌ য়াথং লৈখিরবগী মুনি পুম্নমাদি গঙ্গা ঈরিক্লাইদা ইক শান্দেংলুগে হায়না ইন্দাম্নখিরে। হে প্রভু ইবুংঙো! নদাইরেম ঐখোয়গী ইতিক নত্তরে হায়না অস্লম বাহম্বু নাতারবগী চীংঙ কৃষ্ণ শিদবনা অগ্নিতন্দোল কৌবা চোয়নৌ পুখম নিঙখিববু মাঙদা থানা মিৎয়েং শানখৈখিববু পুখম নাতৈ লৃকচি-মদা চাক্কী মরিক অপিশা অমনা পরা নৈঙম্বু চেংলৌ মিৎথিৎলুববগী খোইয়ম নোংদম মপুরেননা শমু ওইগী খুৎনাউনা খেৎনা লৌথোকলুরবগা অগ্নিতন্দোল কৌবা সনা পুখম ময়াংদা তরা চাক্কী মরিক অপিশাবু কাপ্না থমলুরবগী চেংলৌ িৎকুপ মবমদা চখোম তোংদম ফানা মথেল য়েনলম অমাম্বগা মদোম শানফোংলকলে। খোইয়ম নোংদম মপুরেন্দি পুখম পিবুকমুংদগী লুকমাই থনববু খোইয়ম উনবি পুকিং পেম্না তরা চাদং লোমখিরে। মতম অংমক্তদা অসাইঙৈগী দুর্ব্বাসা মুনি-রেমচিংনা মুনি লক্ষ তরাগাবু গঙ্গা লইজা ঈরিক্লাইদা ইক শান্দেং লোইরবগী ধর্ম্মরাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌবেনবু ইন্দাম্নরকলে। গঙ্গা লাইজা তোরৈপান্দগী য়াংলৌ লমখাংগাদা তরা চাপুক্ন চাকেনবগী তরা খৌরাংলম্বা পুম্নবু ঙম্না কোকাখিরবগা মদোম মদোম থনখৎনখিরে হায়দবরা? অসাইঙৈগী তাইবং লৈরোন নোংলোম ও মাগী মপুরেন মচি লনমক্লবু ওইরিবা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙ, কৃষ্ণ শিদবনা অগ্নিতন্দোল কৌবা চোয়নৌ সনা পুখমনুংদগী খোইয়ম উনবি পুকনিং

কোন্না তরা চাদংলবগী মদাইরেম দুর্ব্বাসা মুনিরেন্নচিংনা মুনি লক্ষ তরামাবু ওন্না খল্লুরে দুর্ব্বাসা মহামুনিরেন্না রাহমলকয়ে। হে মুনি ঋষি পুন্নমা নখোয়বু মতৌ করম ওইরিবনো? মুনি ঐগী পায়মা উনকোইনুংদদি তরা চাপুক লাম্বগী অরা মখে লৈতববু কোক্না মদোম থনথৎলকলে হায়না অস্থুম রাহম্ববু নাতারবগী মুনি পুন্নমানা ঋষি ঐখোয় অয়াম্বস্থুং তরা চাপুক লাম্ববু ওন্না কোয়খিরে হায়না অস্থুম রাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনবু ইন্দায়রক্লবগ মুনি লক্ষ তরামাবু দুর্ব্বাসা মুনিরেন্না হাউশি ওমগাচিংনা নিংথৌ মাঙদা লেপ্লা য়াথং রাহম্লকয়ে।

হে ধর্ম্ম রাজা নিংথৌরেন যুধিষ্ঠির! খোইয়ম লাইবু নিঙব-ও! ধর্ম্ম নঙগী লাইনিংমন্না পুণ্য মহয় অক্ববু লেপ্লা ওইরবগী মুনি ঐখোয় পুন্নমানা তরা চাবুক লাম্ববু চেংলৌ মিকুপ মরমদা ওন্না থনথৎলকলে। উনবি ঐখোয়বু পুকনিং পেন্না মুংঙাই মখোই তোংনহল্লে। হে নিংথৌ লৈমাবা-ও। পায়মা নঙগী উনকোইনুংদা পুকনিং নঙনা পাম্ববু বর লননিজররো হায়না অস্থুম রাহম্বিরবগা মুনি অয়াম্বগী চিনকোই মন্নাথংবু পাণ্ডু নিংথৌ মপারী ধর্ম্ম রাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌ-রেন্নচিংনা পাণ্ডু ৫ মা দুর্ব্বাস মুনি.রনগা মুনি লক্ষ তরামাবু মালেম লৈদা পক্লা পুরুমজরবগা শমু মথুৎ অনিমাবু চাংজো চেপ্লা লোন্না য়াথং রাহমজরকয়ে

হে মুনি খোইয়ম লাইগী হকশাং ওইরিবশিংও। থৌজাল নখোয়গী অথুম্বনা নিংথৌ ঐগী পায়মা উনকোইনুংদা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনৌবা অনিমাবু হৌজিক লাংওন অসিস্থুং হয়েং লাংওন খুদিংস্থুং পুকনিং থৌকাউদববু লেপ্লা লনকুবিরম ও হায়ন অস্থুম বর লম্নিজববু নাতারাগী দুর্ব্বাসা মুনি-রেন্নচিংনা মুনি লক্ষ তরামানা ধন্য-ধন্য য়াইফরে-য়াইফরে হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী যুধিষ্ঠির নিংথৌরেল-ও! পায়মা নঙী উনকোইনুংদা বর নঙনা লম্নিরিবা অসিবু লেপ্লা লম্ভুংলম্ভনো হায়না অস্থুম বর লনকুবিয়য়বগা দুর্ব্বাসা মুনিরেন্নচিংনা মুনি পুন্নমাস্থুং স্থান মখোয়গী

ফম্বিরেনবু তানা গুম্না ফলরাইনখিরে হায়দবরা ? থৌরম অসি মতুংদা অসাইহৈংগী খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন যদু বংশ শাগেগী চন্দন লৈবু ওইনবা চীংগু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা য়াথং রাহয়্রকয়ে। হে ধর্ম্মরাজা নিংথৌরেল-ও! নঙবু উনবি পুক্নপ্না নাতাউ-ও! তাইবং নমু পোংব-চানা ইরান ঐগী লোনয়িময়াযদা দান লমকুগে হায়না নিঙখম্নরিবা মশেম্নে। অসুম নিঙনরবস্মুং দান ঐগী ইতিক ওইদববু ওইরবদি পঙনা লনকুজঙমদে। পোনবি চেক্লা অচৌবনা চেক্লা পাঙ্গল মতিক য়েংনা কোরৌ ওমথং রাংলিবা তলা উতোম্থক্তা পোমবি মহুম চাউনা শাযনে। কুরঙ্ক পক্ষি কৌবা মোংবা অপিশাদুনা থোয়মা লাংথোং খা অনেম্বদা চেক্লা মতিক ওক্লা পোনবি পিক্লা মহুম শাইয়ে। থৌরম লৈবা খৈবিক্তা শিংলেন ঐগী ইতিক্লা লৈরাং ইপা ওইয়ে হায়রবু তাওনা লৌনা থৌরাংঙৈনে।

হে ধর্ম্ম নিংথৌরেল-ও! হায়না অসুম রাহম্বিরয়্রবপা চীংগু কৃষ্ণ শিদবস্মুং গরুড় মখুৎনেৎকা সনা দ্বারিকা লৈময়োনবু ইন্দানখিরে। শানৌ মচিন মনাউ ও না দ্রৌপদী অহেনবীস্মুং য়াউনা মালেম লৈদা পক্লা পুরুমজরৌয়ে।

হে সাধুজন খোইয়ম লাইবু নিঙবশিংও! অসিগুম্বা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈথোংখা অনিমাবু উনবি পরৈ চেৎনা নিংজরবদি চীংগু মানা লাক্নুনা করুনাসিন্ধু অথোইবা থৌজাল লমজ্র ঈরেনপুংগুম্ববু লেপ্না লনকুবিরৈয়ে। মমল মতিক লৈতবা হরি রামকৃষ্ণ ইবুংঙোগী গুণামৃত থুমখোইববু কোরৌ নোংদামদনা মুখ চিনবাল থম্না শোঞ্জৈনে। ইরল ঐথোয়গী অচেৎপা ধন লনমরু কৌবদি হরিরামকৃষ্ণ ইবুংঙোবু হেন্না ধন লন অমা লৈতে। অতুগুম্বা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মিংলেন শিদবা অচুদি ধন লনবু পীনা লৈরুবস্মুং নত্তে। তাইবং নমু মীওইযনা নরক কুণ্ড লৈথামুংদা তানরিয়ে। থৌরম অসি খঙনা কালিদমন জোনবা হরি লাইবু শোন্দুনা নিঙজববু হেন্না থৌরম অমা লৈতরে। অসিগুম্বা চীংগু তাইবং মপুরেন পরংব্রহ্ম চঙখোনবা নারায়ন

ইবুংঙোগী গুণামৃত থুমখোইববু পুক্লিং অতৎ নাইদনা শোজ্জৈনে। মতৌ অসুম ওইরিবা নমু তাইবং মীওইবশিংদো চীংঙু মানা লাক্কনা লেপ্পা লৌখৎপিঙৈনে। থোরম অয়াম্ববু চৎলুঙমদরবসুং কোয়ৌ নোংবুম অমত্তদা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী নামামৃত থুমথোইববু মিংলেন ময়েক অমরক্তা শোঞ্জখিরবদি চীংঙ মথোজান্দগী মহয় অচৌববু লেপ্পা তানফংজৈনে। নমু কনা অমনা গঙ্গা তীর্থ লাইফমলেনবু ইন্দাল্লকপদা আমু পুনশি লোম্না য়াংলৌ লমখাংমাদা নোংমনখিরবসুং মালেম তাইবং পানবগী তীর্থ লাই-ফমলেন পুম্নমাবু চৎলুবগী মহয় অথোইববু লেপ্পা তানফংজেয়ে। কাম পুকনিং অপাম্বা ক্রোধ কপ্পাউবা লোভ লৌনিংবা মোহ অঙকপা মোদ ময়াইকাবা হিরম তরুক অসিনা তাইবং নমু পোংওইবগী বৈরী য়েক্লরিবা পুকনিং ৬ মা অসিবু চীংঙ কৃষ্ণ শিদবগী কাল ফত্তবা মায়া মিনম্বা মংঙ্গে। অডুগুম্বা কাল ফত্তবা অসিবু শমু খুৎথুম চন্না নোইহৎলবগা তুংওই হুম্রাস্থোক্লবা মীপোকন্নেনগী আত্মা হরি মিংলেন শোনবদা পুকনিং কবিগী লাইরেক চন্না ওম্নরিবনে। বোরৌ নোংবুম্মতা হরি মিংলেন শিদববু য়াথং অমরক্তা শোঞ্জরবসুং পাপ অয়াম্ববু কোকখিরবগা খন্নাং পাপল্লোন অমনবা ইরেং পুপানলোন অকেম্বা মরম অসি খৈবিকপু ঙম্না ফাউনা য়াইফনখিরে। থোরম অসি খঙনা ইহাক ইথন্নগী অফ মথোই তোংনবা লাইগুরু খুম্নাদা উনবি পরৈ চেৎনা থোগল পুরুমজঙৈনে। সাধু মী অফববু সঙ্গ লমলূপ ওইদুনা কোরৌ নোংজা খুদিং চীংঙ মিংলেন শিদববু মুখ চিনবাল থন্না শোঞ্জরঙৈনে।

মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু মীওইবশিংদো মায়া সমত্রু ঈরেনপুংদগী সংসার য়াংমা লানখিরবগা জীব লৈবা খৈবিক্লা পুন্না ফংঙম-দরবা চিন্তামনিরাংঙাগী হায়ফদবা ফম্বিদা থরাই পোখানরিয়ে। লহান জম্ম মপোক খুদিংগী তৌজ লনওন মহয়্না মীপোক ফংঙমদববু তানফং-জরবদা শমু ঐগী অচেৎপনে হায়না পুকনিং থোরাং চাউনা তাম্নরেয়ে। প্রাণ থরাই ইমিরেনগী থোরম মহয় পাম্নবা ধর্ম্ম অওকপবুদি নামুং হুবু পিদুনা অমৌ য়েনচা-নবগুম পুকনিং থেঙ্গোই নীকখিয়ে।

মতৌ অসুম ওইরিবা অহল থৌত্তিকখোনবু ইন্দবা পাপি লৈবা খৈবিক্লা মহা সৎউনবি পুকনিং লেপ্পা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙাগী মিংলেন শিদ-ববু য়াকা অমরক্তা শোঙখিবনা থরাই লৈবা খৈবিক্লা পঙ্না তানফংজ-ঙমদবা চিন্তামনি য়াংঙাগী হায়কদবা কম্বিদা থরাই পোখানকইয়ে। থম্লাং পাপললোন অমনবা ইয়েং পুপাললোন অকেম্বা মচেং মাগী পাচামা শাগৈ লেংনা তিল্লিবা মরম অসি খৈবিক্লা নবক লৈখা তাঙম্নবসুং ঙম্না পুখৎলুরবগা তাইবং—পোক্তা শিদবা, বৈকুণ্ঠ কোয়ৌ নোংদৌ লৈবাকপু ঙম্না তানফংজকইয়ে। কাচেং থাংগ্নি মরাই কবনা লৈকাই পনশাংকেন-লবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু মচেং মাগী পাচামা শাগৈ লেংনা তিনবদা প্রদীপ থাউমৈ মৈরা থানগুম্না ফাওরবা থরাই কনাগুম্বনা শাগৈ মরী হুপ্পা ঙম্না লাম্নখিয়ে। থৌরম অসি খঙনা ইকাক ইথম্নী প্রাণ থরাই ইম্মিরেনবু থৌরম মহয় পান্নবা ইদোম ইদোম থৌরাংজঙেন।

পলেম ইমু শিনয়োমনুংগী মালেম লৈতারকপা অসিশি বু খমনুং যমনিংথৌনা তাঙজা শমথোঙ লাক্লা লৈরিয়ে। য়াইথোং শীঙশূবনা নমু থৌরম খুদিংবু শীঙথারিয়ে। পুন্সি মিকুপ খুদিং হৌথিববু খঙলৌদে। য়োইময়াই লাইবেন তাউদনবগী মশেক লৈচিন শীফারাংনা খুমহৎলবগী মুমিৎ মশক থোক্তনা মাইকৈ মথোঙ মমখিবরা অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু আদ্য শক্তি অহানবা যোগমায়া ভগবতী লাইরৈমানা পঞ্চভূত ৫ মাবু হুম—কোঙ্গোই থুনা ফাখিরবগা লাংথোং কুংনা কুপ্পবা অসাই-ঙৈগী লৈচিন শীফারাংনা মুমিৎ পুম্না খুমহৎলিব্বু বরুণ নোংলাই নিংথৌবু পবন নোংশিৎ পাঙ্গনবন্না ঙম্না হুমথোকখিরবগা মুমিৎ মঙাল নাইনা মাইকৈ মথোঙ ঙান্না নোংশারে। অসি লৈরাং মতম মানগুম্ববু নোংশিৎ মশুং মানগুম্বদি হরি ঈশ্বর মপুরেন মাবু সৎউনবি পুক্লিং লেপ্পা শোঙ্গরবদি লৈচিন শীফারাংগুম্না খুমহৎলিবা মায়া অয়াম্ববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ঙম্না কিন্নুখিয়ে। থৌরম অসি খঙনা হরি ইবুংঙোগী দিব্য অঙ্গ মক্তবা চিন্তামনি য়াংঙাগী হায়কদবা মশক্তো থমোই থম্বাল ময়ায়দা শামন লৈঙম চুত্নুনা ইদোম থমজরবগা হরি অক্ষর মমেক

অনিমাবু মুখ চিনবাল থম্না শোঞরিবা তাইবং নমু পোংবচাদো খোইয়ম মানা লাক্কনা লেপ্লা পুখৎপিরৌনে।

অদুগুম্বা শ্রীহরি ইবুংঙোগী নামামৃত থুমথোইবনা লাইজা তুখুন ওইনা চেম্বনরিবা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা অসিবু উনবি পুকনিং পিনা নাতাজরবা মীশিংদো শমু মহবশাংদগী পাপ অয়াম্ববু ওম্না কোকখিরবগা পুন্য মহয় অথোইববু লেপ্লা তানফংরৌনে হায়দবরা ?

গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা সংস্কৃত খোইয়ম লাইগী লোন্দা ইরম্লববু বাংলা ভাষাগুংদা থম্লয়ে। মরিম বাংলা লোন্দৈবদগী পোইরৈ মৈতৈ লোন্দা প্রজ্ঞানন্দ সিংমচানা ভাষা অর্থ অমরক হন্দোক্লক্লবগা পোইরৈ ইপললোন্দা অনুপানন্দ মুখ´ পায়মা তাম্বা ঐনা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী গুণ মতিক অচৌববু কনানা হায়ঙমগবনো ?

ঐশ্বর্য্যা লৈবা খৈবিক্রা পুম্না ফংঙমদরবা নিগু´ণ চিন্তামণিগী মশক অকঙবু য়াথং লিরৌ উজঙংদবগী দোষ অয়োনববু হে ইবুংঙো খোইয়ম নোংদম মপুরেন ! দ্বারকানাথ অরোইবা যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা চীংঙ নঙনা ঙাকপিয়ো হায়বগী খোইয়ম নতম য়েংনা পুরুম-জবনে। নমু মীরেপ নেম্বনা কোরৌ নোংমদোনগী কাশ্যপ মুনি মপারী তাউহুইরেং অহনববু গুমিৎ থাদা কোনগে হায়বগী শমু থৌরাং তৌজবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু পুকনিং থোইনা পঙলিবা অনুপানন্দ মুখ´ পায়মা লিম্না তাম্বনা তাইবং নোংশাপানগী পণ্ডিত লেংনা তিনববু পুকনিং ঙাইনোক্রবিগুনো হায়না ইথুৎ লোয়া গুরু বৈষ্ণব পুম্নমাবুসুং হম্না হম্না পুরুংজরময়ে। চীংঙ কৃষ্ণ শিদবগী নামামৃত থুমথোইবা চিনসনা চিনবাম্থোংদগী শিম্বরকপা গীতা পুবাণ মুংঙাইববু পুকনিং লনপামজবগী পরশুরাম শংলৌ মথৌরাং য়েল্লাং মঙম্ তমদগী পোইরৈ ইপল্লোন্দা য়াথং চিন্দাই-থিনা য়াথং মরোল ওইনা লেংজরম্বা অসিবু য়াথং রাহায় কৌবগী লিম্না হাইশোন নাইববু পণ্ডিত লেংনা তিনবশিংনা রারৌবিগুনো। থরাইথৈনা পিকলিবা মুখ´ পায়মা তাম্বনা পণ্ডিত লেংনা তিনবা সুজন মরুপসুং হম্না হম্না পুরুমজবনে।

খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমদ্রু ঈরেনপুংদা কাউবি মীংলোই তাউগুম তাউথনরিবা নমু পোংওইবা ঐখোয়বু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা শিঙলেন লৈগুম কেয়ঙেনে য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা মৈনা নোংপোক মরাইতাদগী খেনজোংলরুবগা মোংবা য়িমলেম্নুংদা নোংশা মঙাল তরাববু শঙলেন নাতে অহোবদা লিংশিল্লবগা মোংবা শঙলেম্নুংদা নোংশা মঙাল তারুরে। অসি লৈরাং মানগুম্ববু নমু মীগী মপোকস্তুং গৃহ য়িমগী মশকনে। শ্রীহরি ইবুংঙোগী চীংঙু মঙাল শিজিন্নবা চঙনা লৈরিবগী থরাই হিংনা লৈরিবনে। য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা মৈনা মুমিৎ ময়িম চঙখিরবদি অসাইঙৈগী মোংবা য়িমলেম্নুংদা নোংশা মঙাল তারিবা অদুস্তুং মুমিৎ হৈনা মতুংইন্না খুমখিরে। নমু পোংগী হকশাংস্তুং আবু ঐখোয়গী ইপুনশিবু চেংজেল মতোন লোয়্নবগা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবগী কাল মায়া তমথিবনা শমু খুৎগুম চন্দুনা হুন-কোপোই থুন ফাখিরবগী আদি অহানবগী খোঙহৌফম হরি নোংদম মপুরেনবু মাইকৈ খোইনা মম্না থাপ্নখিরে। মতৌ অসুম ওইরিবা জীব থরাই খৈবিকপু কোটি কোটি কিম্নখিরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা থরাই ঐখোয় খৈবিকপু অমঙ্গল ফত্তবা কুশলং অফবা পাপ পুন্য অনিমাবু শমু ঙাইরোইননা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমদ্রু ঈরেনপুংদা ঙম্না তাউথনরিয়ে। থৌরম অসি খৈবিকপু ঙম্না নিঙশিংলুত্নবা ধর্ম্ম অথোইবগী মতিকপু মচিন থৈনা চৎচঙমলুদরিবা মুর্খ পায়মা তাম্বনা কে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা! মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও! চীংঙু নতিক অরুবা মমল মতিক লৈতববু রাকমানা তেংথা ঙম্নরোইয়ে।

হে নোংদম মপুরেন! তরঙ্গরাংঙাগী হায়ফদববু খোইরম লেংনা তিনবনা হংস কাংঙা ঈফুনা কোয়রৌ নোংদামদা অহিং নোংথিল নাইদনা থরাই য়াকানরিববু পলেম পি-রৈতা পম্লৌ পা-রৈতব-ও! চিন্তামনি রাংঙাগী হায়কদবা নশক্তো মুমিৎ কোটি অমগী মঙাল অরাবগুম মাইথোং মঙান নাইববু খোয়মা মাইওরুঙমদববু থরাই লৈবা খৈবিকপু প্রেম লনবু

পিদুনা থমোই লাইথি মঙালহনবা কৃষ্ণ সনা নখোঙখাবু পূরুমজবনে।

চৌংঙু তাংজা লুরেস্তোন উনবী পুক্লিং হুবদা শিখি চন্দ্রিকা নিঙথিবগী নিনি পানবা থাদুনা থাজা লেংখাই থোকপগুম য়েংনিং মিৎথোঙ লোনবনে। অলঙ্কার তাংজা শমদোন অহেনবনা মলয়া পবন নিঙথিবা নোংশিৎ ওইনম্বদুবু তোংলেং লেঙনা হেনমোইরবগা খোয়মা মাইওরুবদা অলিরাজা নিংথৌনা খোইযু মশা ফনগুম নিঙখি পুক্লিং হুনা ফল মুংওন-পুং নাগেশ্বর পুকহুবিগা লৈরাং লিয়েংনবনা ভেবি য়াম্বরকপবু য়েংনিঙ মিংথোঙ লোনবনে। কৃষ্ণমূর্তি নিঙথিবা শমু মথেক অতুম শাবদা হিরামনি রাংঙাগী আভরন নির্ণথিবা চিরোই লৈতেং খৈবিক্রী ফিরোই মঙাল নাইবনা মইকৈ মথোঙ ঙানখিবে। লৈরম ১০৮ মানা শিঙলেন পবেং ওইরিবা বকুল পুকণ্ঠবি শিঙলেন লৈগী পরেংনা দিব্য অঙ্গ মক্তবা হকশাং খোইনা নৌবদা খাউওন ওইনা য়েংনববু খোয়মা মাইওরবদা থরাই লৈবা খৈবিক্রা মিৎয়েং শুভম হাংঙমদে। নপুর খোংশিগা পুনুং থাংখা শবিক্রী মথোল লিয়েংনবগী মুংনৌ পুকনিং হুববু ভক্ত লেংনা তিনবগী থমোই থম্মাল ময়ায়দা প্রেম লনবু পিদুনা য়াইবি তোম্নৌ চাকহাপ্পা হেৎলো দম মপুরেন-ও। চৌংঙু সনা নখোঙখাবু পূকমজবনে। চৌংঙু শমু নথুংশ্য হীরা বংশি নিঙশিব য়ারা খেঞ্জেপ মুংনৌবা উনবি পুকনিং হুববু কবি লেংনা তিনবগী সম্ভামাংদা তয়মনা চাংঙু কৃষ্ণ অহেনবগী খোইয়ম নঙগী লিলা রারীবু গোবিন্দমিশ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলম্বা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা অসিবু থায়ৈ। লহাক্লোং দ্বাপুর যুগকী মমৈ চুইশিনখিবা কলি অকোনবগী মচিন হৌশিল্লকপদা খোইয়ম ঈশ্বর মুপুবেননা কুরুক্ষেত্র লাইফমলেন্দা ভারত হরণ হমথিবগী মহা উদোগ অচৌবা কুম্মৈ মুংঙাইববু শান্নবৈয়ে। অদুগুম্বা খোইয়ম লিলা মশান-ওন খেলা মপাউ-তোয় সনা মমিংথোং নামামৃত থুমখোইবনা লাইজা তুখুন ওইনা মহি চেন্নরিবা ভারত হরণ অচৌবগী মচিন হৌজিল্লকপদা খোইয়ম চিনসনা চিনবানথোংদগী শিম্বরকপা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা অসিবু গোবিন্দমিশ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলময়ে।

---

## অহুমশুবা অধ্যায়

ভারত যুদ্ধ অচৌববু লিংখৎলক্লবদা লৈরোন নোংলোন অহুমশুবা পানুগল্ থোইনা লমকেৎপা দৃষ্টি মাইকৈ ঙাকপা দেব লাইগী মপোক্পা নমু পোংবু ওইনা ফাউরবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌবেল চেংলৌ গিৎথোং ফুননা মিৎয়েং মঙম শোয়বা রাজা নিংথৌরেলনা সঞ্জয় মহামুনিরেন্দা শমু মথুং লোমা য়াথং পাউহংজরকয়ে। হে মুনি অথোইবা ঋষি! থোইয়ম লাইবু নিঙব-ও। কুরুবংশ শাগৈ মচং পাচামাদা নাউয়িবা থাজা শাগৈরেন্দা নাউনৌবা কৌরব পাণ্ডব শানো মচিন মনাউ চামা মঙামানা যুদ্ধ হুয়েল লানশোক অচৌববু থৌরাং করম লাঙনরিবনো? ভীমবল য়াইমবচিংনা বীর পানগল মপা তাম্বা কনা কনাগা লানশোক মপা ওইনরিবনো? কৌরব পাণ্ডব মীরূপ অনিমাবু মতৌ করম ওইনা থৌরাংনরিবনো? নিংথৌ এবু লহান লাংওন অমবক্কী তৌজ লনওন মহয়না চেংলৌ মিৎথোং ফুল্লবা অসিবু মুনি চিনগোয় নয়াথংদগী নাতাজরবগা মুনি নথৌজান্দগী থম্মোই পুক্নিং মিৎনা মিৎয়েং শানখৈজগে। হে গুরু মুনিরেন-ও। নদাইরেম ঐঙোন্দা য়াথং পরেং শীন্না রাহমবিয়ো হায়না অসুম পুরুমজরবদা সঞ্জয় মহা মুনিরেন্না রাহমবিরকয়ে। তাউও, তাউও! ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন ও! নঙবু মুনি চিনগোয় ইয়াথংবু উনবি পুক্নিং পিনা নাতা-ও! কুরুক্ষেত্র লাইফমলেন্দা নপায়ী চামাগী লিক্লাং সুমেরুবু ওইনরিবা কৌরবেশ্বর মপুরেন, রাজা দুর্যোধন নিংথৌরেন্না মাইকৈ অরাং পাংবরমদা চক্রব্যূহ তেঙ্গোল অচৌববু লিংখৎলে। চক্রব্যূহ অচৌববু লোনবদো মাইকৈ মথোং থিংনা চাউরিয়ে। পঞ্চ পাণ্ডব মঙামা রাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনগী তেঙ্গোল মরানথোঙনা খানা পাংবা মাইকৈরম শকট বিহঙ্গম কৌবা তেঙ্গোল অচৌববু লিংখৎলে। মাইকৈ মথোং থিংনা চাউরিবা শকট বিহঙ্গম উচেক মশক তম্না শারিবা তেঙ্গোল অচৌববু চেংলৌ মিৎথিৎলবদা সিংহিকোগী

মপাগী রাজ ঙমকন্দবনা কাশ্যপ মুনি মপারী মুমিৎ য়াইরংচানবু মুমিৎ চঙ্না য়োংকে হায়বগী মিৎকোয় চিংনা য়েংলিবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্বু কোরৌ ঙমথংননা রাংলিবা শকট বিহঙ্গম উচেক অচৌবগী চেংলৌ মিৎকম অনিমানা চক্রব্যুহ তেঙ্গোল্লেন্দা৷ তানা মিৎয়েং শানখেংবু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা থরাই লৈবা খৈবিক্লা অকি পুক্লিং চঙনৈয়ে।
হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন-ও! মতৌ অসুম ওইরিবা শকট বিহঙ্গম উচেক অচৌবগী চেংলৌ মশক তম্লিবা তেঙ্গোল অচৌববু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা নপারী দুর্যোধন নিংথৌরেন্না পায়মা মাগী উনগোয়মুংদা অরা পুক্লিং চঙনা দ্রোণ গুরু অথোইবগী শমু নাক্তা চঙনা বিনতা য়াথং অনৌবনা শমু মখুৎ লোন্না রাহমজখিয়ে।

হে গুরু অথোইব ও! পাণ্ডু নিংথৌ মপারী, পঞ্চ পাণ্ডব শানৌ মচিল মনাউ মঙামাগী শকট বিহঙ্গম কৌবা তেঙ্গোল শিবুকমুংদা মতৌ করম ওইরিগবনো? বীর থোইনা পানগনবা ভীম অর্জ্জুন অনিমাকা পাঙ্গল হেন্নদবশিংবু মশীং য়াম্না লৈরিয়ে। পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা শিখণ্ডি ঙমকদবস্থং শণ্ডুকি নিংথৌ পানগন ময়িন্‌লক্‌পস্থং ধৃষ্টকেতু অথৌবা যযুদ্ধান পানগনবা পঞ্চাল লৈমাবা দ্রুপদ নিংথৌরেনস্থং বিরাট মহারাজাস্থং কাশী লৈমাবা বাসিক্রম পানগন্ ঙমকদবাস্থং ধৃষ্টদ্যুম্ন লমকেৎপা পানগন মযিল্লকপস্থং চকমোম মৈহেংগুম্বা শৈব্য পানগন মপা৷ তাপস্থং করজিৎ অথৌব৷ কুন্তভূজ নিংথৌ পাঙ্গনবস্থং অভিমন্যু লমকেৎপা সিন্ধুপতি ঙমকদবা বিক্রম নিংথৌ পাঙ্গনবস্থং সুবেক অথৌবা উত্তম রাজা নিংথৌ পাঙ্গনবা নিলসেন নিংথৌ পাঙ্গল মযিল্লকপা সুভদ্রসিং নিংথৌরেন পানবা কৈচেং লাংগুম্বস্থং সুমোতি অথৌবা কেকরন্ত পুরন্দো নিংথৌ অনিমাস্থং সুধামৈন্য নিংথৌরেন পানগন থোইনা লমকেৎপা সারঙ্গদা নিংথৌ পানগনবস্থং সবীরবান নিংথৌ পানগল মথোক্লকপা অনিমাস্থং প্রদীপ নিংথৌরেন্নচিংনা য়োইবু দ্রৌপদি অহেনবিগী মপারী মঙামাস্থং সেনাপতি শিংথাখিরিবা মাথোয় অসি খৈবিকপু অতিরথী মহারথী

ওইরিবা মশেননে। সেনাপতি অতে কয়া মরম্না অধিরথি ওইরবস্নুং য়াউয়ে। হাজার লানকিংবা তুলাই লখা অমবু তুলাই অমতনা ল্যা-শোক থুনঙমজরবা সেনাপতি অতুগী কোলোয় মমিংথোনবু মহারথী কায়না কোলোয় অসুম কিঙ্গৌনৈয়ে। কোটি মশীং লাকপা ঙমদবা সেনাপতি পুম্নামাবু রথী ওইনা ঙমজরবা মীদো অতিরথী সেনাপতি-ও হৌনা কৌয়ে। মতৌ অসুম ওই-। বীরবল থোইনা পাঙ্গং ব লুগিংলিবা থৈবিকপু পাণ্ডব অঙামকী শকট বিতঙ্গম কোবা তেঙ্গোল মনুংদা লৈরিয়ে।

চক্রব্যূহ তেঙ্গোল অতুগী পি-কলুংদস্নুং কৃপা পাঙ্গল মপা কাম্বা কৃতবর্ম্মা পাঙ্গল থোইনা অকনবা পাঙ্গল মঙনফদবা, দুঃশাসন পাঙ্গল ময়িল্লকপা কর্ণ থোইনা লমকেৎপা বিকর্ণ পাঙ্গল মযিল্লকপা ভূরিশ্রবা পাঙ্গল ঙমফদবা ভগদত্ত পানগন থোইনা মযিল্লকপ নিংথৌ পানগংবা শৈল্যরাজা নিংথৌরেল পাঙ্গল থাইনা লমকেৎপস্নু কামভুজান থী পাঙ্গলবা বিভূজ নিংথৌ পাঙ্গল মযিল্লবপাস্নু জয়দ্রথ খরং হাংগু চেককুম্বস্ন, বৃষকেতু অথৌবা, বৃষসেণ অকনবা, ভীষ্ম থোইনা লম-কেৎপা. দ্রোণ গুরু তমথিবা, বিন্দু থোইনা পানগনবা অমবু বিন্দু লমকেৎপস্নুং কর্ণ অথৌবা সিন্ধুপতি নিংথৌরেল পানগল ১ে কেলক-পাস্নুং সুগজে নিংথৌ লৌশিংবা মহাবাজ পাঙ্গল মযিল্লকপা তাল-জংঘ ঙমফদবগা থরগতি লমকেৎপা সু.বক্ত অকনবা লক্ষণবাব থোইনা পানগনবা নারা লাজেং মথোক্লকপস্নুং মালুহৎতো কৃপহৎতো পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা শানৌ মচিল মনাউ ২ মাস্নুং পানগল থোইনা মযিল্লকপা রাজা নিংথৌরেলশিংনা চক্রব্যূহ মনুংদা মালেম তাইবঙ পানবগী রাজা নিংথৌ থৈবিরচিংনা লৈরিবা অসিবু হে পিতামহ ইপা পোকপা ইপুরেল! নঙন্না লুচিংবিয়ো! মালেম তাইবং পানবা পুম্নমাবু শাগৈ মচেং পাচা ওইরবস্নুং হে ইয়ু ভীষ্ম পানগনবও! নঙবু লৈরিঙৈদা নিংথৌ ঐনা থরাই কনা কনাগুম্ববু উনবি পুক্লিং শোঙ-কিরুগবনো? হে পিতামহ ইপা পোকপা ইপুরেল ইয়ু ভীষ্ম পান-গনবা নঙনা হৌজিক মতম অসিদা শাগৈ য়ারোংনবগী রাজ্য লৈবাক

মুন্নবগী রাথোক অচৌবা অসিদা নশূ ঐগী শৌরাই পাঙ্গল ওইবিয়ো। পায়মা ঐগী উনগোইন্নুংদা নিঙখললিবা অসিবু শমু খুৎথুম চন্না ঙমজগে হায়না। অসুম ভীষ্ম দ্রোণ গুরু অনিমাদা চোয়নৌ সনা লুপা ফিরোই লৈতে মশীং অয়াম্ববু কংনা পুকমজখিয়ে। সময় মতম অদুদা ভীষ্ম দ্রোণ গুরু অনিমানা য়াথং রাহন্নকয়ে। হে রাজা দুর্য্যোধন কৌরবেশ্বর নিংথৌরেন-ও। রাজা লৈবাক মুন্নবগী রাথোক অচৌবা অসিবু মীরুপ অনিমাদগী সত্যধর্ম্ম রাচুম্বা মীকপ্পা শমু খুৎথুম চন-শনে হায়না অসুম ভীষ্ম দ্রোণ অনিমানা য়াথং লনকু পিখিঙমলে।

হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেল পাঙ্গল থোইনা অকন-মপা তাম্ব-ও। নপাগী রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌবেন্না মখু ভীষ্ম পানগনববু সেনাপতি শূপ্ন লুচিংবা ওইবিরো হায়না লুচিংহন্নে হায়না অসুম সঞ্জয় মহামুনিরেন্না রাকন্নকপা রাবু নাত্তারবগী ধৃতরাষ্ট্র নিথৌরেন-ও। নিংথৌ পানবা কৈচ লাংগুম্বা পুরঞ্জন কালঞ্জন পাঙ্গল মপা তাম্বা নিংথৌ অনিমানিংনা সুধর্ম্ম নিংথৌ পানগনবা সুবুদ্ধি অথৌবা নিংথৌ মপাতাউ অনিমাসুং বীর পানগল মপা তাম্বা নিংথৌ মশেলনা মপাঙ্গল থেইনা থাখৎনরে। বরীশাল নিংথৌ বীর মথৌ হেনবা বাত্রসিদ্ধান পানগনবা গয়ো নিংথৌ লমকেৎপা সরধঙ্গ পাঙ্গল হনফদব, নিংথৌ যৌবন মথোক্লকপদো নিংথৌ মমাম্নবনা পাঙ্গল থাখৎনরে। সেনাপতি নিংথৌরেলসুং পাঙ্গল মতিক অচৌববু মালেম তাইবং পানবনা শানথংলিবনে। কামবসুদত্ত কৌবা নিংথৌ যৌবন মথোক্লকপসুং রণমধ্যে তমথিবা লানকম তেঙ্গোল মনুংদা খমসুং যম নিংথৌগুম্না পাঙ্গল থোইনা লমকেৎয়ে। নিংথৌ অসি খৈবিক্কী শগোল শামু হুলাই খোঙমী কোটি কোটি মশীং থিঙমদববু মাইকৈ মথোঙ মম্না য়াম্লিয়ে। নিংথৌ মশীং থাখৎঙমদবা পুম্নমা অসি খৈবিক্কী মথৌনাদি সিংহ নোংশা নিংথৌগুম পানগন থোইনা লমকেৎলিবা মশেননে। নিংথৌ অসিশিংগী পানগন মতিকতি মালেম তাইবং পানবনা তাঙনা খঙনরি-বনে। অসিসুং মদোমদে।

য়ারম অসি তারবগা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন্না সঞ্জয় মহামুনি-রেনগী মফমদা অনৌবা পাউহংজখিয়ে। হে গুরু মুণি অথোইব-ও! থৌজাল নরলকুদগী গুরু চিনসনা চিনবাঙ্গোংনা পাউত্তাকপিবা ব্যূহ তেঙ্গোল অনিমাবু লিংখৎলবগা ভীষ্ম পানগনববু সেনাপতি লানচিংহললে হায়ববু নদাইবেম ঐনা নাতাজরে। থোরম অসি মতুংদা পাণ্ডী কৌরব পাণ্ডব মচিল মনাউ চান্মমঙাময়া মতৌ করম তৌরকপনো নিংথৌ ঐগী শানৌ চিংখোং য়াইমবা পাণ্ডু নিংথৌ মপারী যুদ্ধিষ্ঠিব নিংথৌরেন্না শকট বিহঙ্গম কৌবা তেঙ্গোল পিবুকন্নুংদা মতৌ করম তৌরিগবনো মরম অসি থৈবিকপূ গুরু চিনকোয় নয়াথংনা য়াথং পাউমেনবিনৌ-ও হায়না মসুম পুকমজরবদা সঞ্জয় মহা মুণিবেন্না অনৌব য় থং ১ রক রাড়মবিরকয়ে।

হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেনও! নঙবুউনবি পৃক্লিং পিনা নাতাউ-ও! কুন্তভোজ নিংথৌ মমোমলোন য়োইবু কুন্তি অহেনবী পায়মা শিয়োম্মুংগী মপারী অহনবা রাজা যুদ্ধিষ্টির নিংথৌরেন শানৌ মচিল মনাউ মঙামাদি বিহঙ্গম তেঙ্গোল মন্নুংদা দেবংদেব লাইগী ল্যাই থোইখোইবা কৃষ্ণশ্যাম অহেনবগা নিংথৌ হায়খরিবা পুন্নমান্নচিংনা লান্মী কোটি কোটি মশীং থিঙমদনা শগোল শামু হুলাই খোঙমী লাম্মী পুন্নমাবু অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা হুয়েল লানথোঙ শীল্লিয়ে। রাজা যুদ্ধিষ্ঠিরগী শানৌ চিংখোং য়াইমবা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবদা য়াথং রাকৎ-চখিয়ে। হে নাথ-নাথ মপুরেন-ও! হৌজিক কুরুক্ষেত্র লাইফমলেনগী রণমধ্যে তমথিবা অসিদা খোইয়াম ঈশ্বর মপুরেনও! শকট বিহঙ্গম কৌবা তেঙ্গোল মপুক ময়ায়দা নিংথৌ থোইনা পানগনবশিংগা লৈবিয়ো। হে কুন্তভূজ পাঙ্গনবা নঙ্গা বিক্রম রাজা নিংথৌরেলগা তেঙ্গোল লুচিংলিবা নখোয়না শকট বিহঙ্গম কৌবা তেঙ্গোল থোঙজাউ মাঙদা, কম্বি চেৎনা ঙাকপিয়ো। অদুগুম্বা শকট বিহঙ্গম কৌবা লানফম তেঙ্গোনগী থোংলেন মখোন অমদা সুভদ্রসিং পানগনবগা সুধর্ম্মন্য পানগনবগা মখোয় অসিন-চিংনা লানথোঙ অনিমানা খুৎলাই নখোয়গী নখুৎশুগা থৌরম চেৎনা ঙাকউৈনে। হে পাঙ্গল মপা ত্যয়বা সৌরবান, রমাবান, প্রদিম্ব,

সুমোত্তি সেনাপতি নখোয় ৪ মাকী তেঙ্গোলনা নোংপোক থোংলোন মরোল অমদা থৌরম চেৎনা ঙাকও। হে শিখণ্ডি পানগনব-ও। ধৃষ্টদ্যুম্ন পানগনবগ। নবিংঙাগী তেঙ্গোল নরাম্বোংনা শাখি নিংথৌ মাঙ-ওইননা থৌরম চেৎনা ঙাকপি-ও।

হে সনসুকো অথৌবা! ধৃতকেতু পানগনবা ২ মাগী তেঙ্গোল নবিং-ঙানা শাখি নিংথৌরেলগী শারেল য়েৎলম থংনা ঙাকঙৈনে। শৈশোব বীর পানগনবা নীলসেন অথৌবা তেঙ্গোল নবিংঙানা শাবি নিংথৌ ওইওইনবা মাইকৈরোম থৌরম চেৎনা ঙাকঙৈনে। কুরঞ্জি সুবেক যযুধাম বানিক্রম সিন্ধুপতি কেকরগু পুরন্দক সেনাপতি নখোয় ৭ নচিংনা নিংথৌ লৈমাববু থৌরম চেৎনা ঙাক-ঙ। পন্থো মতম মানগুম্বা ইমান দ্রুপদ নিংথৌরেনগ। বিরাট নিংথৌরেনগা ২ মাদা শাবি রাজা নিংথৌ-রেন যুধিষ্টির সনা হকথংননা লৈগুনো। পারী অভিমন্যু পাঙ্গল ময়িল-লকপগ। মশানৌ ৫ মাগা মখোয় ৬ মাসুং বিরাট রাজা নিংথৌরেনগী শনু নাক্তা শেন্না লৈঙৈনে। ইশনৌ সহদেব নকুল ২ মাসুং পাণ্ডু, চীংথোং য়াইমবা ভীমসেন য়াহমবা পানগনবগা শমু পালোইননা নর-নাথ মপুরেন তাংজা কোকথক্কী লিক্লাং সুমেরুবু ওইনবা মহারাজা নিংথৌরেনবু থৌরম চেৎনা ঙাকঙৈনে হায়না অসুম পার্থ অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবদি হুয়েন লাম্বোং শীন্না রাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেনবু থৌরম চেৎনা ঙাকহল্লে হায়দবরা?

অসাইনৈগী কৌরব মপু নিংথৌরেল রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌসুং মালেম তাইবং পানবগী নিংথৌ লক্কা ১০ না পানগম মীচাক ওইরিয়ে। অদুগুম্বা রাজা নিংথৌরেম্না মবু ভীষ্ম পানগনববু সেনাপতি লানচিংলেন অচৌববু ওইহল্লবদা শান্তনু মপারী ভীষ্ম পানগন মপা তাম্বদি রথ মাগী মথুনেৎ সনা দুলাই নিঙথিবা শঙথোন ৭ রাংলবা উনবি থোইনা পূক্-হুৎবু শমু থোঙওইনৈয়ে। অদুগুম্বা ভীষ্ম সেনাপতি লানচিংলেনবু নিংথৌ লক্কা ১০ মানা খুৎলাই মখোয়গী মথুংশুগা মাইকে ৪ মাদা বোয়না ঙাকলিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা কৌরব লানশঙ মথুংদা মথং

মথং ঙম্না হুয়েল লাম্মোং শীগরে। ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ, অশ্বত্থমা, ভগদত্ত, কৃতবর্মা বিকর্ণ, বৃষকেতু, শকুনি, শোবোন দুর্মুখ, দুর্মুতি, দুর্মুসেন, দুঃশাসন, কৃপাচার্যানচিংনা কৌরব সভা ঙম্নমাকা নিংথৌ লক্ষা ১০ মানা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনবু লানকম কোয়ও। ঙাকলে। ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ মপারী রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দি য়াঙ্গোই শামু লুরাংবা শামু ২ না পুন্নিবা নবরতন নিঙথিবা শঙথোন ৯ শুবগী মণি য়াইরংচান্না হৎলবা হিরা লৈরোং শাবগী লৈরোং হুনকং হুম্হদা মুক্তা চুম্নুল থিনবগী মঙাল অরাবদুনা দল্মল্ তগুপ করেংনা চেংলৌ মিৎপু লংনা হেনমোইয়ে। রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দি নবরতন নিঙথিবা সনা দুলাই মথক্তা মদোম কক্ষমলিববু কোরৌ নোলানপান্দগী চীংঙ্ ইন্দ্র সরারেন পুরগুর পাখং য়োক্টরেনবা নোংখাই মপু নিংথৌনা মালেম লৈদা তাবক-পগুম উনবি থোইনা পূক্লিং হুনৈয়ে। নবছন নিঙথিবা সনা ছেকপিন অঙৌবা মথোন ৯ শুবদা হিরা চাংখ্রং লিয়েৎনা মুক্তা খুরৌ চন্না থরাক-লৈনা থাংববু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা উনবি থোইনা পূক্লিং হুইযে। মপোক লাংওন চাউরবা চক্র হিরা থাঙগুম্না পাঙ্গল থেইনা লংকেৎপা নিংথৌ য়াইফবদুনা মালেম তাইবং পানবগী নিংথৌ লৈবখিবিক্লা ছেক-পিন মঙ্গী লৈনা-খাদা তাঙজা মকোক কোন্না সেবা থৌগন্নরিযে। মশানৌ দুঃশাসন, ভগদত্ত, সমদত্ত অহুমমানা য়াঙ্গোই শামু মথক্তী য়েৎওইনবা মাইকৈরম শমু মথুং লোন্না সেবা থৌগঞ্জরিয়ে। দুর্মুখ, দুর্ম্মতি, দুর্মুসেন অহুম মানা ওইওইনবা মাইকৈরম নিংথৌ থৌগন খল্লিয়ে। থাম্বী মৈতাল লা-ঙম্বা নিংথৌ কনা অমনা কাঙহাই মিতম-হুম হয়িং পেংলোই-হোই শুমায মাইরেং হৌবা হুমাই পুংহাইনা সেবা থৌখন্নরিবা মরম অসি থৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা নৃত্য জগোই শাগুমরে। উনবি থোইনা পুকহূবা চৈরৈ ফিরাল অঙৌবনা ফিরাল চেপথেৎনববু ঙমথং পরেং নাকলৌ শীননা লময়াই উরোক পাইগুমরে। অমু-য়েক্ল য়েকহনবা অঙৌ-য়েক্ল য়েকচুবা নাগ চীংলাই নিংথৌগী ফিরাল থোইনা কুইবস্থং লম্বাল য়েৎলম ওইরমদা ঙমথং

পাগ্রেং নাকলৌ শীন্না নোংখোং শংথাংনবগী ফিরাল মচু নিঙথিবা ফিগে সনা মানবনা. ফিরাল মৈতোল হাইববু হানৌ ইশং খপ্‌কুম্না ফিরাল থোইনা নিঙথিবা উনবি পুক্লিং হুবসুং তেঙ্গোল্ল লানথোং খুদিংবু নিঙ-থিনরিয়ে। অমুবা কুমজিং কোরি কাকবা অচৌবা ফিগে ফিঞ্জালনা লমহাই লাইরিবা মরম অসি খৈবিকপু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা উনবি থোইনা পুক্লিং হুঙেনে।

মতৌ অসুম ওইনা কৌরব য়েঙ্গোল পুন্নমাদি হুয়েল লাম্বোং শীন্নরবদা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেলগী মপারী রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেন্দি খেনলেন মতম অফববু ওইশিল্লক্লবদা নিংথৌ মহাক য়াউনা সেনাপতি লুচিংবা পুন্নমাসুং সেনা লানমী মশীং পাঙমদবা কোটি কোটি থিঙম-দবা পুন্নমাগা লোয়ননা সিংহনাদ লাল্লাউননা হুয়েন লাল্লাউনরকপবু মতিক পান্দম লৈতরবগী হরাউ মথৈ লৈতনা দুন্দভি পুংজাউ থিল্লে। মৃদঙ্গ পুংশ্লেন সুংনৌবনচিংনা রাংলেন মরাঙ হোরে। তরেৎ শেনফাং য়েনা মোইবুং থনকাম্না হুয়েল লালগৌ খোংজেল মনিল নাইনা শূণ্য মাইকৈ থনখিরে। কৌরব সভা পুন্নমানচিংনা নোংশা ল ল্লাউ-নবগী খোঞ্জেল অনিনবনা মানেম লৈময়োনবু লৈবাক য়ুহারাইয়ে। মানেম লৈশ্বা লৈরোন্নুংদগী ইশা লমশা অয়াম্বা পোনবি উচেক খৈবিকসুং থরাই লাইখংননা ঙন্না অকি তুজুং পোকনা চেম্ঘোক্লরকলে হায়দবরা ?

থৌরম অসি মতুংদা অসাইৱৈগী শকট বিহঙ্গম কোবা তেঙ্গোল পিবুকমুংদগী পগুব শাগে মঙামাদি চীংঙু কৃষ্ণ শিদবনা পাঞ্চজন্য কোবা মোইবুং য়াইওইববু চীংঙু শমু খুত্তা পায়না ঙাইখমলে। রাজা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেলসু অনন্তবিজয় কোবা উনবি থোইনা পুকফাববু নিংথৌ খুত্তা পায়না ঙাইখমলে। পৌণ্ড্রং কোবা অচৌবা মোইবুংবু ভীমসেন পানগনবগী শমু খুত্তা পায়না ঙাইখমলে। অর্জুন রায়বা তেলহৈবনা দেবদত্ত কোবা মোইবুংবু শমু খুত্তা শূনা ঙাইখমলে। সুঘোষ কোবা মোইবুং থোইনা নিঙথিববু সহদেব খুত্তা পায়না

ঙাইখমলে। মনিপুষ্পক কৌবা মোইবুং থোইনা য়াইফবসুং নচুল লৈরাং অতোনবনা শমু থুত্তা পায়রে। মতৌ অসুম ওইনা অক্ষৌহিনী তেঙ্গোল তরেৎমাবু নমু মী পুন্নমাবু খাক্তনা খুৎলাই মথুৎশুগা ডম্না ঙাইখন্নরে। মতৌ অসুম তৌনা পাণ্ডব শাগে মঙামাদি খেনলেন পুংকম অকবা মঙ্গল য়াইফববু ওইশিল্লক্লবদা চৌংঙু কৃষ্ণ শিদবনচিংনা একশব্দ খোঞ্জেল অমত্তবু-ওইনা মোইবুং কোটি-কোটি থিঙমদববু পায়মা নিংশা খিনকাম্ননা মোইবুং খোঞ্জেল চাউনা খোংখৈরক্লবদা শব্দ খোঞ্জেল অনিন্বগী চৈথা অরাম্বনা রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেলগী অক্ষোহিনী তেঙ্গোল তরামাথোইমক্তগী সেনাপতি পুন্নমাগা নমু মীয়াম খৈবিকসুং থরাই পাননা লৈবা খৈবিকী পায়মা নি দোল্ন থুক্লা য়াইথুংলৈরে হায়দবরা?

মতো অসুম ওইনা কৌরব সভা পুন্নমাসুং ভীষ্মশব্দ খোঞ্জেল তমথিবনা অতিয়া গুণ্য মকোয়-থন্ কোরৌ নোংদোল ফাওনা নিনখৎখিববু লৈরোল নোংলোন পুন্নমাগী থরাই লৈবা খৈবিকী থরাই নীক্লা শোঙকিনখিয়ে। মতৌ অসি মতুংদা পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা চৌংঙু কৃষ্ণ শিদবগী খোইয়ম সনা মখোঙ খাদা য়াথং য়াহমজখিয়ে। হে প্রভূ! কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবা! কমল লোচন অহেনব-ও! চৌংঙু নথৌজান্দগী নদাইরেম ঐগী রথ দুলাই ইথুনেৎপু পুন্নুং লাললেপ মঙাম্নাইনা থৌনা হুয়েল লা৽থোং শীনবিয়ো। কৌরব তেঙ্গোল মনুংদা বীর পাঙ্গল মপা তাম্বা বনা কনানা মাইকৈ কদাইরম মতৌ করম ওইনা লৈনরিবনো? হুয়েল লানশোক অহানবদা পা-নগদববু কনাগা হুয়েল লানশোরসিবনো? নদাইরেম ঐনা মিৎয়েং শানখৈজনিঙঙে।

অসুম য়াহমজববু নাতারাগী খোইয়ম কৃষ্ণ শিদবদি চৌংঙু মপাতাউ লমলোই মাগী মুংচাম্নবা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবগী ময়াথংবু য়াথং চিন্দুংইন্না মালং নোংশিৎ মমাঙ ফম্না কৌরব তেঙ্গোন্নুংদা রথ দুলাই থৌজিনখিরে। পাণ্ডু নিংথৌ মপারী, অর্জ্জুন রায়রা

তেলহৈবদি ইন্দ্র রাজা পাঙ্গনবা শ্যামেন নোংশা নিংথৌনা হুয়েল লান্দা-রকপগুম চক্র-ব্যূহ মনুংগী রণমধ্যে তমথিবা লানকম তেঙ্গোল ময়ায়দা মদোম রাইথু-লুববু কৌরব সভা পুন্নমানা মাইকৈ লমদম লাপ্না মিৎয়েং শান্থৈনগুময়ে। মালেম তাইবং পানবদো থরাই শোভনা লৈতবা চক্র হীরা থাগুগুন্না পানগল থোইনা লমকেৎপা পাণ্ডু নিংথৌ মপারীদি হুতাশন কৌবী চকমোম থাম্বী মৈরৈমা লৈতোন তরেৎ পাল্লিবি য়োইবু থোইমোম মৈরৈমা পলেম মথৌজান্দগী মদোম তানফংজরোবা গাণ্ডিব লীরুং য়াইওইববু শমু থুম্ভা থুন্না পায়রবগী উনবি থোইনা পুকনিং হূবা থুৎতুম তমপা থিনলিবা মনীক য়াইতরংমা লীরুং মতাঙ থূদিংদা মুক্তা চূম্বুল থিনবনা চেংলৌ মিৎথোঙ লোনলিবা লীরুং য়াইওইববু শমু ওইওইননা রায়রা মাগী মতেনচা পুঙ্খাসন কৌবা রায়রা তেন্দেংনুংদগী লকা তেনমৈ লারা তেনবি চিংথোক্লুববু মচু শ'না হেনমোইবা তেনবি নারীন মানবদা সনা লকা তোইতূপচক্‌ তেনগা তাঙজা মথিনাই উনবি থোইনা পুকনিংহূবা তেনবি য়াইওইববু অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা হুঙ্কার মন্ত্র শে'ন্না তেনবি থরাই হাপ্লবগা লীরী তেঙ্গা-থোং লীচিং নাকোংফংনা রায়রা তেনরাইখিববু লীরী তেনগা লমকেৎপা তেনবি য়াইওইবদি লীরী তেনগা অনিশাবু থাইংখিরবগা শুণ্য অতিংঙাদা মমায় নোংনেম ওন্না মদোম চোংথোকখিরবগা রায়রা তেনবুম অনিতনা অর্জ্জুন, অর্জ্জুন, চিন্দাশোন রায়রা তেনবি অনিনা পাইশিল্লক্রবগা দ্রোণ গুরু অথোইবগা ভীষ্ম পাঙ্গনবগা অনিমাদা তেনবি অমমম রাইথুংলুরবদা হে গুরু অথোইবা কোরৌ ইনিংথৌ! অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈববু হুয়েল লান্দারক্লে হায়রনা। তেনবি মাগী য়াইওইবনা ভক্তি কাউবি চীগ-লূক্র শরণাগত পুরুমজরকয়ে হায়দবরা?

মতম অদুমক্তদা ভীষ্ম দ্রোণ অনিমানা অর্জ্জুন ভক্ত শংশংবগী রায়রা তেনবি মপাউ তারবগা তেনবি মতৌ ওংম্বোকপবু চেংলৌ

মিৎথিৎলবদা লানশোক নঙনা ঙমদুনা খোয়মা নমায় পাক-ও। হায়না বয় লনকু পিবিরে হায়দবরা ?

রায়রা তেনবি অমনা চক্র ব্যুহ মনুংগী তেঙ্গোল পুন্নমাহুদা ভক্তি কাউবি চৗগ-লুক্ক রাহমখিয়ে। হে কৌরব তেঙ্গোল লমকেৎপ ও! রায়রা ঐদি চৗংঙু কৃষ্ণ মপাঙাউ কুন্তি সতি মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচানে। মমিং অর্জ্জুন কৌয়ে। হে সেনাপতি লুচিংবশিংও! হন্দক মতম অসিগী কুরুক্ষেত্র লানক্ষন ময়ায়দা হুয়েল ল নশোক্লববু খোয়মা নমায় লৈগুনো হায়না অসুম লানবাউ চেল্লয়বগা তেনবি অনিমান। মরান ওন্দেরকপগী য়া'লো লম্মখ ঙমাদা তেনবি অনি গুরিববু রায়রা তেনবুম নিঙথিবনা অর্জ্জুন সনা তেন্দোংমুংদা তেনবী মদোম রাইথুংলরে। মতৌ অসি মতুংদা পার্থ রায়রা তেলহৈবনা চৗংঙু কৃষ্ণ শিদবদা য়াথং রাহমজখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা! মিত্র ঐগী লমলোহ ওইরিবা চেংলৌ মিৎংোং থস্খাল মানব-ও! রথ ডুলাই ইথুনেৎপু ওইওইনবা মাইকৈরম রথ থুনা থৌজিনবিরো হায়না অসুম রাহমজরবদা অর্জ্জুন ডুলাই মথুনেৎপু শমু ওইওইনবা মাইকৈরম ওয়া থৌজিন'খরবদা কৌরব সভা পুন্নমাবু মাইকৈ লমদম নক্লা চেংলৌ মিৎথিংরুয়। পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবদি মাইকৈ লমদম লাপ্না মিৎয়েং শান-খৈথিববু দ্রোণ গুরু অথোইবগা ভীষ্ম পাঙ্গনবগা অনিমাবু লাপ্না চেংলৌ মিৎথিৎলবগী অর্জ্জুন পায়মা উনকোয়নুংদা মদোম পুরুমজখিয়ে।

থৌরম অসি মতুংদা পার্থ রায়রা তেলহৈবদি মপল কুন্তি লৈমরেন পায়মা উনকোয়গী মশাবী শালেন কোংয়াং রাপিহল, কর্ণ পাঙ্গল মপা তাম্ববু চেংলৌ মিৎথিৎলুরে।

থৌরম অদু মতুংদা ব্রাহ্মণ মচেং পাগামাদা নাউয়িবা দ্রোণ গুরু মপারী অশ্বত্থামাবু উরুরে। চেংলৌ মিৎলম খয়া লৈঙমলিবা থৈবিকপু মথং মথং ঙম্না অসুম য়েংশিনখিববু রণমধ্যে ঙমথিবা লানক্ষম তেঙ্গোল ময়ায়দা নিংথৌ লক্ষা নিপানগা লাম্মী কোটি কোটি থিঙমদন' কোয়না

য়োম্না লৈদ্রিবা রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেলবুস্মুং চেংলৌ মিৎথিৎলুরে। লাঙ্গোই শামু য়াপানবা শামু কুম্ভ্রানিথোইনা তুলাই লেংজাউ পুরিবা নবরতন নিঙথিবা শঙথোন মাপল শুবগী উনবি থোইনা পুকনিং হুবদা রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্না চতুরঙ্গ নিংথৌ পোৎলোই অয়াম্বা কিরিটি কুণ্ডল নিঙথিবা লুহুপ নায়ান অনিমক্কা মাইথোং মঙাল নাইনা মদোম ফমফম-ডম্বু চেংলৌ মিৎথিৎলুরে। মশানৌ দুঃশাসন পাঙ্গনবা ভগদত্ত, সমদত্ত, দুর্ম্মুখনচিংবা অসি থৈবিকস্মুং কৌরব চাম্মামাক্কী শানৌ মচিন মনাউ পুম্নমাবু ঙম্ন কোয়না ৪াক শেনলিবা সময় মতম অদুমক্তদা পার্থ রায়রা তেলহৈবদি পায়মা মাগী উনকোয়নুংবু থৌরম করম তৌনা ওইরক্লবগী হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লুচন অহেনবা। লোক-নাথ মপুরেন-ও! রথ ইখুৎনেৎপু থরদং লাম্না হস্নোকপি-ও হায়না অস্নম রাংল্লকপবু চৌংঙ কৃষ্ণ শিদবনা লমলোই মাগী মপাতাউ অর্জুন চিনকোয় ময়াথংবু য়াথং চিন্দুং ইম্না থরা হন্দোক্লবগা রথ মথূৎনেৎপু তুলাই বাংথোং লেপ্না থায়বদা চৌংঙ কৃষ্ণ শিদবনা য়াথং পাউহয়করে। চৌংঙ ঐগী ইপাতাউ লমলোই ঐগী চান্নবা হে ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা-ও, নঙবু মৌন রাশায়দনা রথ তুলাই হন্দোকহল্লিবা অসিবু মতৌ করম্নো? চেংলৌ নঙগী শকপাম্নোংবু মিৎয়েং শানথৈবস্মুং উনবি য়েন্নিং হুনঙম্বা মতৌগী চেংলৌ নশকপু পুম্না লৈতবগী চেংলৌ শকপাম্নোংবু ওইখিরে। চক্রব্যূহ মনুগী লাম্মী মশাং লাকঙমদবা লানফম তেঙ্গোন ময়ায়া। যমরাজ রায়েনবা থমস্মুং যম নিংথৌগুম্না উনবি থোইনা লমকেৎপা সেনাপতি পুম্নমাবু পুরিং শোঙকিরবরা? পাম্নমা নঙগী উনগোইস্মুংদা রারম নঙনা নিঙলিবা থৌরম অরেপ্পবু পুরিং ঐবু শামথঙংল্লো হে ধনঞ্জয় পাঙ্গনব-ও! থৌরম অচৌবা অমগী জয় মঙ্গল য়াইফববু লৌনা থৌদোংরবা অসিদা অমঙ্গল য়াইথিবগী মশকপু করিগী থোকহল্লিবনো হায়না অস্নম পাউহমলকপা থোইয়ম চিনসনা ময়াথংবু নাত্তারবগী পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেল-হৈবনা য়াথং পাউথুমজথিরে।

হে প্রভু ইবুংঙো দ্বারকানাথ মপুরেন। যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা। হে নোংদম মপুরেন-ও। লৈরোন নোংলোন অহুমমানা মীচঙ অমা ওইখিরবস্নুং নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোয়মুংদা চীংঙু লথোজান্দগী কোয়রেং থোইদিং মরম্মু পুক্লিং শোঙকি চঙলুদে। অসাইগে নদাইরেম ঐনা মিৎয়েং শানখৈখিবদা কৌরব পাণ্ডব শানৌ-ইচিল ইনাউ চাম্মা মঙামাগী গুরু পন্থো পা-ওইনরিবা ব্রাহ্মণ মচেং পাচাদা নাউয়িবা দ্রোণ গুরু অথোইববু হায়া চেংলো মিৎথিৎলুরে।

থৌরম অসি মতুংদা পিতামহ ইপা পোকপা ইপুরেন, ইয়ু ভীষ্ম পাঙ্গনবদো, লীরী তেনবি খুত্তা শূনা খুৎলাই মশীং অয়াম্বস্নুং নিংথৌ লক্ষ অনিগী তেঙ্গোল লাল্লম অয়াম্বগা সেনাপতি লুচিংববু ওইনা লৈরিয়ে। শাগৈ রারোংনবগী রাজ্য লৈবাক মুন্নবদা শিষ্য গুরু অনিমা গুরু সেবক থি নদা মপু-মশূ খণ্ডনদনা শিঙলেন অরেম্বদা প্রাণ থরায় হাৎনবগী মহা নরক কুণ্ডদা ফম্বি য়ুমওইনরুগেনে। মরম অসি খৈবিকমাবু গুম্না নিঙশিংলুবদা য়ারা তুবু চুংনা অকি পুক্লিং চঙবনা অর্জ্জুন শমু ইহকশাং হকচাং পুম্নমা অসিবু চংবি লারাক নীকুম্না ইদোম নিঙশিংজরুগেনে। হে প্রভু ইবুংঙো! তাবি-ও! থোরম অসি মতুংদা পলেম ইমা পোকমাবি কুন্তি পায়মা উনকোয়নুংগী শাবি লালেন বোয়াং রাপিহল পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা কর্ণ পাঙ্গলবগা খাম্বী মৈরী মশককুম্ন। লমডান থোইনা হেল্লবা গুরু দ্রোণ মপারী বামোন অশ্বথামাস্নুং বীর পাঙ্গল মপাতাম্বা অনিমাস্নুং মাগী মাগী খুংশূ লীরুং লেংয়াম্ননা তেঙ্গোল মাগী মাগী লাল্লম পুম্নমাবু লৈঙমলে।

রাজভোগ চাকচা পাম্বগী মালেম লৈবাক মুন্নবদা মীচং লমলোয় শেম্না কুরুক্ষেত্র লাইফমলেন অসিদা সনাতন ধর্ম্ম অথোইববু লৌজগে হায়বগী প্রাণ মাগী মাগী থরায়বু শমু খুত্তা থোংনা য়োন্জঙমুয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো! থোইরম ঈশ্বর মপুরেন-ও। শাগৈ থরায় হাৎনা ব্রাহ্মণ থরায় মাঙহনবা মরম অনিমা অসিবু নদাইরেম ঐগী পায়মা

উনকোয়নুংদা নামুংহু পিতুনা অমৌ-য়েন চানবগুম পুকনিং য়াম্না খেঙোইনখিরে। হে খোইয়ম শিদবা-ও। কোরৌ অসি নোংগী মথৈ নদাইরেম ঐগী লৈরুং ইখুৎশু গাণ্ডিব য়াইওইববু পায়জঙল্লরোইয়ে হায়না অর্জুন বায়রা তেলহৈবদি শমু মাগী মথুৎশু লৈরুং তেনবি পুন্নমাবু অর্জুন চুলাইথক্তগী মালেম লৈমায়থক্তা হুল্লাঙ্গোকলে। টিমেন মাগী লমখন-টা, খর্গ থাঙশাং মথুৎশু টাশোন খংনং পুন্নমা মরম অসি খৈবিকপু ঙম্না হুল্লাঙ্গোক্লবগা ধনঞ্জয় লৌশু হৈবনা হে প্রভু ইবুঙো। কমল লোচন অহেনব-ও! নদাইরেম ঐগী পলেম ইমা পোকমাবি কুন্তি লৈমরেনগী মচু নিংথৌ লাংলেন কোংয়াং রাপিহল ইমান শৈল্য নিংথৌরেনসুং তেঙ্গোল মাগী মরাঙ্গোংদা খুৎলাই মশীং অয়াম্বগা লানফম মাইকৈ য়ানা লৈরিয়ে। কৌরব পাণ্ডব শানৌ ইচিল নাউ চান্মমঙাংগী লাংলেন কোংয়াং রাপিহল রাজা দুর্যোধন নিংথৌরেনদো নবরত্ন নিঙখিবা চুলাই রথ-থক্তা মায়থোং মঙাল্লাইনা লৈরুং কেনবি শৃঙ্গা পায়না ফমফম্লিয়ে। ইমান শৌকুনি শৌবোন অনি-মানাচিংনা মশানৌ চান্মাসুং নিংথৌ লক্কা অমগা কোয়না কোবৌ নোংথৌ সরারেন শাবি রাজা দুর্যোধন নিংথৌরেনবু থৌরম চেৎনা ঙাকলিয়ে।

মরম অসি খৈবিকপু নদাইরেম ঐগী শাবি শানৌ শেনলৈ-পাইরৈ ইচা-ইমাক মরম অসি খৈবিকসুং ঙম্না নিঙশিংলুবদা শাগৈ রারোংনবগী রাথোক অচৌবদা মহাক্রোধ তমথিবা পুকনিং লাকঙমদববু ওইনা পাফল য়াই মরুগী লিলা তোক্লেন ফনগুম্বা মিত্রা য়াইকাবা উওম নাপল কাবা পুন্নমাবু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ঙম্না কিস্থখরে। হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনব-ও! হস্তিনাপুর সনা লৈময়োনসুং শাবি রাজা দুর্যোধন নিংথৌরেম্না মালেম লৈপাক চানা রাজা নিংথৌ ওইবি-রম্লনো। নদাইরেম পাণ্ডব ইচিল ইনাও মঙামাদি রাজ্য লৈবাক খুদিংদা দিক মাইকৈ কোয়না য়াঙ্গোইজখিরগে হায়না অসুম রাহমজখিয়ে।

হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন-ও! নপারী অর্জুন তেলহৈবদি মতৌ অসুম ওইনা লৈরুং তেনবি পুন্নমাবু ঙম্না হুল্লাঙ্গোক্লবগা চৌংঙ, কৃষ্ণ শিদবগা য়াথং মথায় য়াম্না রাহম্নখিয়ে।

দৈবকী পায়মা উনকোয়মুংগী যদুনাথ মপুরেন, চীংঙ, কৃষ্ণ শিদবনা য়াহমথিয়ে। হে ধনঞ্জয় তেলহৈবা নঙবু। উনবি পুকনিং তপ্পা খোইয়ম চিনসনা চিনবাম্মোং নিঙথিবনা হে মিত্র। ঐগী লয়োই ইপাতাউ নঙবু নাতাউ-ও। মালেম তাইবং পানবা অসিদা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শুদ্র জাৎ শাগৈ মরিমানা মাগী মাগী শাগৈ মরমচৎপু চৎনরিবা মশেননে। ক্ষত্রিয় মচেং পাচামাদা পোক্লরবা নমু কনাগুম্ববু মতম বরিগুম্বদা নিংথৌ লৈমাবনা চেংলৌ শকউনগে হায়না পাউ· কৌরবদা ক্ষত্রিয় খুৎলাই মখুৎশূগা নিংথৌ লৈমাবগী রাজসভামাঙদা য়াইথুংলববু ক্ষেত্রি লমচৎ ঙাকপগী খুৎলাই মখুৎশূবু পুম্না হুল্লানকদে। শমু য়েৎকী খুত্তা-পায়, তনবা লেংদা-থোং শমু মাইয়োক অমবু শে·শৌননা কমকল্লবগা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম ঙাকপগী মকোক মালেম লৈদা পল্লা খুরুমকদে। মালেম লৈবু য়োহন্দনা পুরুম্ববু ক্ষত্রিয় খুরুম খারম মরমচৎনে। হে অর্জ্জুন। রায়রা তেলহৈবা। নঙবু মিত্র ঐগী লমলোই অচেৎপনে হায়ববু মালেম তাইবং পানবনা তাঙনা খঙলিবনে। বলবন্ত পাঙ্গল মপা তাম্না বুদ্ধিমন্ত পায়মা লৌশিং থোইয়ে হায়না মিংলেন চ'উনা চৎনরিববু হৌজিক মতম অসিদা শিঙলেন অরেম্ববু ওইহল্লে। রণমধ্যে তমথিব। লানফম তেঙ্গোল মনুগী রথ চুলাইথক অ'সদা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ক্ষত্রি ধর্ম্ম বায়হল্লে হে ধনঞ্জয় বীর পাঙ্গল মপাতামব ও! তাইবং মমু মীওইবনা ঐগী ঐগী থৌরমবু ইদোম পাউনা হুল্লালঙমদে। লহাল লাংওন মরক্কী ইদোম তৌজ মকৈনা হৌজিক লাংওন অসিদা ঐগী ঐগী থৌরমবু ইদোম ইদোম তৌজরিবা মশেননে। খোইয়ম চীঙ নোংদম্বনা থরায় অপিক অচাউ নাইনা চৎহল্লিবা মরম অসি খৈবিকতা থৌরম ঐগী মপা ইপা থোকপবু ঙম্না নো'দমবিরল্লবদা হে ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা নঙনা থৌরম কয়ম খেৎঙমলুগবনো? পাপ পুণ্য অনিমাগী ঐনা থকপা ইরেনবু ইদোম খাউরী থোল্লা লৌজরবল্লুগুম্বনে। হে অর্জ্জুন পাঙ্গনবা নঙবু

চীংঙ্, চিনকোয় ইয়াথংবু উনবি পুক্নিং তপ্না নাতা-উ-ও। তাইবং মোংশাপানগী নমু লিনচেন ফত্তবা অত্যাচার পাপী লমচৎনবশিংবু সঙ্গ-পঙ্গ ওইদুনা শমু পাংলোয়ননা তিন্নফদে। পাপী অদুগুম্বশিংবুদি মূলা মক ফংনা ফুকতোক্লবগা লাপ্না হুন্নাম্বোকচিনে হায়না বেদ লাইরিকশুংদা সাক্ষী রাচুম অরেপ্পবু হায়রিবনে। অদুগুম্বা অত্যাচার পাপ ফত্তবনা চঙনা লৈরিবা নমু মীওইবা অদুশিংদা চরিত্র মখোয়গী মরমচৎপু য়াথং ৱাহন্নক্কে।

নমু তুঙানবা অমবু শমু ঐগী থুৎথুম চল্লবা থরায় পাঙ্গল শোল্লবশিংনা অদি পুক্নিং চঙন' চেঞ্জখিরববু শমু তুংন্নিন তান্না ফারবগা পুন্নিং মুংশি খঙবিদনা প্রাণ থরায় হাৎলবশিদো অত্যাচার পাপী ফত্তবা-ও তৌনা কৌয়ে। পুক্নিং শানখঙহন্দনা তনবা খোয়রেন মবৌ চাউনা নমু মীগী ময়িম্বু থাম্বী মৈগা থানা প্রাণ থরায় হাৎলবা অদুবুস্তুং অত্যাচার পাপী ফত্তব-ও তৌনা কৌয়ে। অত্যাচার ফত্তবা পাপী অমদি নমু চঙনা নম্না তাইবং চিঞ্জাক অহাউ অথুম্বা খৈবিক্তা বিষ হুরেন অমৌববু হাপ্না নমু থবায় হাৎলবা অদুবুস্তুং অত্যাচার-ও তৌনা কৌয়ে। তনব থাম্বী মৈরম পৌনা নমু মীগী মযুমু থাম্বা মৈগা থানা প্রাণ থরায় হাৎলবা অদুবুস্তুং অত্যাচার পাপী ফত্তবা-ও তৌনা কৌয়ে। অত্যাচার পাপী অমদি নমু চঙনা নম্না তাইবং চিঞ্জাক অহাউ অথুম্বা খৈবিক্তা বিষ হুরেন অমৌববু হাপ্না নমু থরায় হাৎলবা অদুবুস্তুং অত্যাচার পাপী ফত্তব-ও তৌনা কৌয়ে। তনবা খুনকাই কানা নমু মীতু হুবা লৌরী য়িমফম মুনবস্তুং পাপী লমচৎনবা অসিগুম্বশিংস্তুং অত্যাচার-ও তৌনা কৌয়ে। শমু খুৎলাই য়াউদনা চিনকোয় ময়াথংদগী নমু তুঙানবা ১বু প্রাণ থরায় মাঙ-হল্লবা অদুবুস্তুং অত্যাচার পাপী ফত্তবা-ও তৌনা কৌয়ে। অত্যাচার মরম মভামা অসিদগী খৌরম অমত্তবু তৌরম্লবা তাইবং নমু পোংবাচাদো মখোয় অদুগুম্বশিং সঙ্গ-পঙ্গ ওইদুনা লমলোয় লেংতিন্নফদরে। অদুগুম্বা পাষণ্ড অমাংবৰু খৌরম লাপ্না হুন্নাম্খোক্লবগা চেংলৌ

শকউনফরোইয়ে হায়ববু বেদ লাইরিক মুংদা সাক্ষী য়াচুম্লরিয়ে। অত্যাচার পাপী মরম মঙামাসিবু রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেম্নচিংনা কৌরব শানৌ মচিন-মনাউ চাম্মমাদা চৎলুরিবা মশেননে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী! পার্থ রায়রা তেজহৈব ও! পম্ব্রৌ নপা পোকমাবা নপল পাণ্ডু নিংথৌরেনগী লৈপাক থোইনা মুংঙাইবা ইন্দ্রপ্রস্থ কৌবা রাজ্য লৈবাক অনিমাবু কৌরব চাম্মা-মানা শমু খুৎঙম থিনা মুনখিরে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! থৌরম অসি মতুংদা নশাগী চৌংথোং য়াইমবা বৃকদর ভীমসেন পানগনববু প্রাণ থরায় মাঙনা নোংমনঙনগে হায়-বগী লালু খোইহুম মনুংদা বিষ হুরেন অমৌববু শাপ্না পিজখিরে। থৌরম অসি মতুংদা দ্রুপদ নিংথৌ মমোমলোন লৈমা দ্রৌপদী অহেন-বীবু পাশা খুৎকাই শান্নৈঙদা রাজসভা মমাঙদা খুৎচেং পায়না মুনখিরে।

মতৌ অসি মতুংদা হে পার্থ অর্জ্জুন তেজহৈব-ও! পলেম নমা পোকমাবি য়োইবু কুন্তি লৈমরেন, সতি পুক্নিং লেপ্লিনচিংনা শানৌ নচিন ননাউ মঙামাস্নুং য়াউনা যতুগৃহ চাকশঙ য়িমলেনন্নুংদা লৈহল্লবগা থাম্নী মৈথাথোকয়ে। খোইয়ম নোংদমখোনগী পাণ্ডব নমা নচা নথোয় হুনক মাবু প্রাণ থরায় হিংনা লৈবৌয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা কৌরব শাগে চাম্মামাদো অত্যাচার পাপী মরম মঙামাবু কোয়বেং থোয়দিং মরমদবু পুক্নিং শোঙকি চঙনুদে। তাইবং নোংশা পানবগা নমু পোৎবগা পুম্নমারক্তা অত্যাচর পাপী ফত্তবু তৌরম্লবা তাইবং নমু মীওইরিবশিংদো সঙ্গ মরুপ ওইকদরে হায়ববু বেদ লাইরিকন্নুংদা য়াথং লেপ্লা ইরমলে। রারম অসি খঙনা পাপ্পা ফত্তবা থৈবিকপু পনবাল লাপ্না হুল্লাম্নোকঙৈনে। চেংলৌ শকউনফরোইয়ে। ধর্ম্ম অফববুহুম উনবি ফিবম ওইনা লৌজঙৈনে।

হে পার্থৌ মুংচায়বা-ও! নঙবু উনবি পুক্নিং পিনা নাত্তাউ-ও! তাইবং নমু মীওইবগী থম্মোয় লাইয়িমন্নুংদা অবিদ্যা মায়াজ্ঞান্না কুপ্লিবা থরায় অয়াম্ববু কোমপুৎ ইনমথিদা থরায় য়াম্না পুথনরিয়ে। সাংখ্য-জ্ঞান কৌবদো রাজা নিংথৌগুম পাঙ্গল থোইনা লমকেৎয়ে। য়াউরৌ

শাগী মরূপনা নোংশা খোঞ্জেল তাবদা থল্লায় লাইখং পোইনা চেল্লখিদে। সাংখ্য জ্ঞান অথোইববু উনবি পরৈ চেৎনা লৌজরবদি তাইবং য়াম্না মম-লিববু নোংপোক মরাইন্দাদগী সুমিৎ খেনজোংলল্লবগা তাইবং পুম্না জ্ঞান-খিবা অদু লৈরাং মতম মান্‌বগুম্ববু থম্মোয় লাইয়িমম্নুংদা অবিদ্যা মায়া জ্ঞান্না শুম্নাৎলিববু চেংলৌ ফিৎকুপ মরমদা কোরুখিয়ে। হে ধনঞ্জয় পাণ্ডব ও। নমু মী ওইনা পোক্লরবা থল্লায় অয়াম্বা খৈবিক্কো আ মপুনশিবু চেঙজেল মতোপ লোমদবিঙৈদা মাগী মাগী পুক্লিং থৌরম অথোইবদা লৌশিং লীরৌ ঈজরক্লবগা তাইবং পোক্তা শিদবা ফমবি থোইনা চঙখোনবু ত্রানগংজকরে। লৌশিং লীরৌ মম্না অবিদ্যা জ্ঞান্না শুম্নৎখিরবদি মহানবক বুংদ কোমপুৎ ইনমথিদা থৌরম মখোংগী অরোম্ববু ওইনখিয়ে হায়না। তম্মুম বাহন্বিরবপা চীংঙ্‌ কৃষ্ণ শিদবগী খোইয়ম চিনসনা চিনগোয় মথাথংবু নাতারাগী পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রায়রা ল্লেলৈহবনা শমু মখুৎ-লান ভক্তি চীগলুক্না চীংঙ্‌ কৃষ্ণ শিদবগী খোইয়ম সনা মখোঙ্খাদা হাথং পাউকমজখিযে। হে প্রভু ইবুংঙো। কমল-লুচন অহেনবা। মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মান্‌ব-ও। নদাইরেম ঐগী থম্মোয় লৈকানুংদা কোরামোং মায়া মীনম্বনা শমু থূৎখুম চন্না থুমহৎলরগী মাযকৈ পুম্না মমখিরে। বড়দুঃখ অচৌবা অবা মখৈ লৈত্তববু ইদোম লৌজকরবগী অধর্ম্ম ফত্তবা, ধর্ম্ম অফবম্বুং পুম্ন শানখংমদরে। হে লোকনাথ মপুরেনও। নদাইরেম ঐনা চীংঙ সনা নখোঙখা, মমল মতিক লৈতববু ভানফংজরবা অসিদা ভাগ্যবন্ত চীংঙ্‌ লাইবক ফববু ইষ্ট ঐগী কাশারেন গুরু অথোইববু ওইরিবম্বুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। উন্‌বি হবচোরনা ইমু খোঙক্লরবা ঐঙোন্দা ধর্ম্ম মখোয় অয়াম্ববু পাউত্তাকপিববগা থল্লায় তারববু লৌখৎপিগদ-বম্বুং হে দ্বারকানাথ মপুবেন। চীঙ্‌ শিদবা নঙনে। চৌদ্দ ভুবণ মরোল তরামন্নি মাগী মবুংঙো চীংঙ্‌ অনাদি আদি প্রভু অথোইববু ওইরিবম্বুং খোইয়ম শিদবা নহাকনে।

তাইবং ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু শেম্বি-য়োকপিরবাম্লুং হে উপেন্দ্র লাই মরু অথোইবা নঙনে। গুরু চিনসনা চিনবাম্লে,ংদগী শিষ্যরকপা অমৃত অথুম্ববু থকচরিবা সেবক মদাইরেম অদুদা পোৎশক অৱাম্ববু পিনত্রবদি গুরু পম্মৌ পা-ওইবনা থৌরম অয়োনববু লৌজৈঙনে। গুরু সনা মখোঙথা থৌজাল মরনকৃদগী তানজংজরকপা ধর্ম্ম রাবৈ মতুংইন্না চৎচঙমদরবা সেবক মদাইরেম অদুম্লুং মালেম নৈখা তানাখিয়ে। হে প্রভু! ইবুংঙো। অথোইব ও। নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোয়ম্নুংদা অবিদ্যা মায়াজ্ঞান তমথিবনা চারা পৌরোল থোঙজাউ অচৌববু ওইনা থিংজিল্লবগী মায়কৈ থোইনা মমখিরে। চৌঙ্ নথৌজাম্না মায়া গোঙলেন অচৌববু থোঙচি নাতৈ কাঙনা হাংথোকপিবগা মমল মতিক লৈতবা নির্গুণ মতিক অচৌবদা থরাই ইমিবেন্না উকুম পোৎনা কাদনম্লুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে। তাইবং নমু পোংওইবনা নিধি মফম নিপাল মাবু নিঙনরিয়ে। তাদ্গুম্না নিধি লনমক মরম নিপালমাবু শমু থুৎথুম চম্না তানফংজরবগা সত্য লিক্ অথোইববু উনবি পরৈ চেৎনা নিঙজরিয়ে। ক্ষেত্রিয় শাগৈ পুম্নমানা যুদ্ধ হুয়েল ল নশোরবদা স্বর্গ নোংথৌ লাইরৈবাকপু তানফংজঙনে হায়না য়াথং রাহমনরিবম্লুং সত্যযুগনচিংনা নির্বাণ মফম নিপালমাবু ফংএ ফংদে হায়বাম্লুং পুম্না শানখংজঙমদবগী হুয়েল লানশোক্লররোইয়ে হায়না নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোয়ম্নুংদা লৌজয়বগী থুৎলাই ঐগী ইখুৎশূবু ঙম্না হুল্লাম্নোক্লবনে হায়না অম্লম রাহমজববু নাতারাগী খোইয়ম নোংদম মপুরেন চৌংঙ্, কৃষ্ণ শিদবদি অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবগী চেংলৌ শকপানথোংবু মিৎকোয় চিংনা-ম্নেং মোমোন খোইকুম নোক্লা য়াথং রাহমকয়ে।

নিংথৌ মপান্নী! অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব-ও! নঙবু খোইয়ম চিনকোয় ইয়াথংবু উনবি পুকনিং তপ্না নাতাউও। মালেম তাইবং পানবগী রাজেশ্বর নিংথৌরেনগা পাম্বোম মাগী মথা থারিবা লৈবাক মশীঙ খিঙমদবগী থরায় পুম্নমাম্লুং মরম অসি খৈবিক্লা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া চক্র তনথিবদা লাইজা ঈরোইননা গর্ভ মশীঙ য়াম্না

তাউথরমলুরবগা থৌরম অকোনবদদি মহা নরক কুণ্ডদা কপ্নি মখোয়গী অরোম্ববু ওইনখিয়ে। থৌরম অসি নত্তনা হৌজিক লাংওন মপোক অসিদা থরাই মশীঙ থিঙমদববু তাইবংপোক্তা শিদবা বৈকুণ্ঠগী ফম্বিদা চতুর্ভূজ পাম্বোম ৪ পানববু ওইনা য়াঙ্গোইরিবনা ফবরা? থৌরম অসিবু হে ধনঞ্জয়! তেলহৈবা নঙনা পায়মা উনকোয়নুংদা উনবি লৈনিংশিংনা রাখন-ও! দেব লাইগী নোংদম্বা লাক্লেন কিথুপ মতমগী মহা উদ্যোগ অচৌবা কুম্মৈ মুংঙাইববু শায়রবদা ক্ষত্রিয় থূংলাই নখুৎশৃবু ঙম্না হুল্লাম্থোকপদি শিংলেন নঙগী নত্তিক ওইরুদে। হে পার্থ রায়রা তেলহৈব-ও! নঙবু লহান লাংওন অমরক্কী নোংদম ঐগী ইরক-পবু কনানা খেংলুঙমলোইয়ে। ঐগী ঐগী তমলকপা থবকপু গুরু লাইগী খুয়াদা ইদোম কৎচরবগা থবক মতুংইন্না শঙলৌ থেংরাংজবৈঙনে। লাই-বক ঐগী খেনলাইথোংদা খেইযম নোংদম্বনা পোৎশক ঐগী অরেপ্পবু ইবিরক্লবদ। ওইয়ে ওইদে হায়না য়াথং রায়ামলিবদো নমু থোইনা চিন্থিবা চিপা চিন্থোই তানবনে। পণ্ডিত অহৈববু শারিবনে। মালেম তাইবং পানবনা তীর্থ লাইফম চৎলবগা পূণ্য মহৈ অথোইববু ঙম্না তানফংনরিয়ে। মিপা কনা অমনা মমোম মঙই.রান মচন য়িমদা লৈবিবু থৌরম কারন চল্লমবগা তীর্থ লাইফম চৎখিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা তীর্থ লাইফম অমরকপু কৎলুববস্থ পূণ্য মহৈ অথোইববু পূন্না খঙজ-ঙমদরে। মতৌ অসি পান্দমগুম হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! চেক্লা মোংবা অপিশা মোইবা পাদম চেক্লুবু পূণ্য মহৈ খঙজরোইদবদা চেক্লা কায়দোংহনগুনো নমু মীপোক চঙখোনবা পণ্ডিত মকোই পাউনিংশিংবা কৌবদি মপায়ী গুণ মতিক লৈবা জাতি মাগী শাগৈদা প্রদীপ মৈরা থানগুম্ববু পোক্লরবসুং য়োনফম মাগী পুকনিং লৈজরম্ববু হেন্না অমরক নুংঙাইহৌদ্রনা পুকনিং হরাউববু চঙহৌদরবা মোমনু মাগী মশানৌ মরুম নাক্তা থাবিনা অমন থমলৈ কুমখিরবসুং থৌরম মহৌশাদগী হেন্না মহাশোক মুংশি পুকনিং চঙনা চিন্তা পোৎলুম পুববু পূন্না লৈতরবা, থৌরম করিগুম্বদা মান্যতা মায়পাকপবু তানফংলুরবসু পুক্নিং অমরক থোইনা হরাউববু লৈহৌদরবা

মতম করিগুম্বদা অপমান্ মাইথিববু থোকলুরবস্নুং থৌরম অমরক হেনজিন্না পুকনিং সুংঙাইতববু পুন্না লৈরুদ্দরবা মতৌ অমুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবাচাদো পণ্ডিত মকোই পাউনিংশিংব-ও তৌনা কৌয়ে। নমু মীবু ওইনা পোক্লিবা অসিবু চেংলৌ মিৎকুপ অমত্তগীনে। লাংওন মপোক হুল্লাল্লবগা পলেম পন্থৌ শাবি শানৌ পুন্নমাবু নমু কনাগুম্বনা চেংলৌ শকখঙ্ঙম্লদে। থৌরম অমরক থাবৈয়ে। মতৌ অমরক সুংঙাইয়ে। অরা সুংঙাই ২ মাবু তাইবং কৌনা লমচৎনে। নমু মীওইবা খৈবিক্লা মাগী মাগী থম্মোয় লৈকাস্নুংদা লৈরিবা জীব পরমাত্মা কৌবা থরাই য়াইবিরেন কৌবা ২ মাবু পুন্না উজঙম্‌দে। সাধু সঙ্গ তোতুনা গুরু গোষাই ইবুংঙোবু থৌগন পুরুম লৈতরিবগী গুরু পাউ-তাক ফংজদরিবা অদুবু অজ্ঞান লৌশিং লৈতরিবা-ও তৌনা কৌয়ে। অবিদ্যা মায়া তমথিববু কোক্তুরিবা কৌবদি নুজা নাক্লা থাগুবা, মপারী সুংজানবা মমোম সুংওনবি ধন মাগী মরন মথুম মাগী মনাই চৈরৈ ফি ময়োল গৃহ শঙলেন মরাংয়াই থানলৈ লৌরি যৃফম তরা কয়্দাঙ-শঙনা লাঙ্গোই শঙশাং কিবা মানাতা মায়পাকপা মরম অসি খৈবিক্তা পুকনিং থরাই হকচাং তুম্না নিঙথিববা অদুগুম্বশিংবু অজ্ঞান লৌশিং লৈত-রিবা অবিদ্যা মায়া অয়াম্বনা কোক্তুরিবা-ও তৌনা কৌয়ে। অবিদ্যা-ও কৌবদি মকৈ মশীং লৈতবা খৈবিকপু অবিদ্যা-ও তৌনা কৌয়ে। তাইবং নোংশাপানগী মনুষ্য জনম বোবা মীপোক ফংঙমদববু তানফং-[illegible] গুরু নাইবা থোকাউনৈয়ে। হরি লাইমিং শোললৌদে। মীপোক লেম্না মাঙহল্লে। গুরু চিনগোয় ময়াথংদগী ধর্ম্ম অথোইববুদি লৌজকদববগী অবিদ্যা মায়া মীনম্বগী মহৈ নত্তবা খৈবিক্তা লৈরাং হেক-মায় কানা পুকনিং হরাউনথিবে। শমু মহকচাংদগী জীব পরমাত্মা ২ মাবু খঙজ ঙমলুদববা অদুবু অজ্ঞান লৌশিং লৈতরবা অবিদ্যা মায়া জ্ঞান অয়াম্ববু কোক্তুবিব ও তৌনা কৌয়ে। অবিদ্যা মায়া কৌবদি য়াংলৌ লম্থি মনাক্তা লাংজন থৌবি মতৎ অমনা মদোম তানা লৈরিবা অদু পৈরাং মতম মানগুম্বনে। মতৌ অমুম ওইরিবা লাংজন থৌরি

মতৎপু পায়মা লৌশিং নৈতরিবা মিপা কনাম্‌মা থৌরি-লাকপু নক্লা চৎলুবদা তাংজা লিলাথিনে হায়না থরাই লাইখংননা অকি পুক্লিং চঙলে। কোরৌ নোংশিং কুইনা য়ামখিরবদা নোংজা শীংবুম অমদা থৌরি মনাক নক্লা চঙখিরবগা মিংয়েং শানখৈরুববু লাংজন থৌরি মতৎপু ওইগ্লবগী কোরৌ নোংবুম য়াম্না তাংজা লিলাথিনে হায়না অকি পুক্লিং চঙববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ঙম্না কোরুখিয়ে। লাংজন থৌরি মতৎপু তাংজা লিলাথিনে হায়না অকি পুকনিং চঙনরিবা মতৌ অদু পান্দমগুম তাইবং নমু পোংবচানা মপারী মমোমলোন, মরল মচাক কর্ম্ম থৌরম অয়াম্বদা পুকনিং শোঙকি চঙনা আয়ু মখোয়গী মপুনশিবু মতৌ অসুম ওইনা পুনশি মতোল লোম্নখিয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনবও! মতৌ অসুম ওইরিবা নমু পোংবচা খৈবিক্তো পায়মা মখোয়গী উনকোয়নুংদা থৌরম অথোইববু মায়কৈ মথোং মম্না খঙলু ঙমদরবগী খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেম গুণামৃত থুমখোইবা মমল মতিক নৈতববু তুংওই হুল্লাম্থোক্লম্নগা কর্ম্ম থৌরম অয়াম্বদা মচি ইখাইগী লন মরুনে কায়না পুকনিং হরাউনর-বগা আয়ু মপুনশিবু পুনশি মতোল লোম্নখিয়ে হায়না অসুম ব্রাহ্মিববু নাতারাগী কুন্তি পায়মা উনকোয়নুংগী পার্থ রায়রা তেলহৈবনা ভক্তি চীগ-লুক্রা অনৌবা পাউহংজখিয়ে।

হে প্রভু! ইবুংঙো! কৃষ্ণ শিদবা! কমল লুচন অহেনব-ও! দ্বারিকানাথ মপুরেন যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনরিবা খোইয়ম চিনসনা চিনবাম্থোংদগী শিম্বরকপা ধর্ম্ম কথামৃত থুমখোইববু নাতাজ-রুবদা উনবি য়েম্লিং চোংনা ইপোক মহৈ পানখিরে। হে খোইয়ম নোংদম্ব-ও! তাইবং নমু পোংওইবা ঐখোয়বু মায়া জাল তমথিবনা ঈনলেন থাকুপ হৌগুম হুম্না কোঙ্গোই থুনা কাখিরবগী থৌরম কর্ম্ম অয়াম্বদা লৈরাং হেকমায় কানা পুনশি মতোল লোম্নখিয়ে হায়ববু খোই-য়ম নপাউভাক্তগী নাতাজরে। অদুগুম্বা মায়া ঈরেনপুংদা ঈমু খোহরুনা হাঙ্গোইরিবা থরাই ঐখোয় পুম্নমানা মতৌ লমচৎ করম্বরু চৎতুনা ধর্ম্ম লৈপায় করম্বু পায়জরবগা খোইয়ম ব্রহ্ম শিদববু মতৌ করম ওইনা

খঙজসিবনো। তাইব' পুম্নমাগী মবুংঙো কৌবসুং খোইয়ম কনম্বনবু কৌবনো ? খোইয়ম লাই পুম্নমা-লক্তগী দেব লাই অখোইবা কৌবসুং খোইয়ম করম্বনো ? আদিত্য হায়না কৌনরিবসুং খোইয়ম কনাবু কৌনরিবনো ? তাইবং নোংশাপানগী খোইয়ম লাইরংলেন অচেৎপা ধর্ম্ম অখোইববু মতৌ করম ওইনা পুক্নি' শানখ'জসিবনো ? হে প্রভু ইবুংঙো! লোকনাথ মপুরেন ও। চী'ঙ, সনা নখোঙখা মমল মতিক লৈতবা অনিমাবু নদাইরেম অর্জ্জুন পায়মা লোম্বা ঐনা হয়া হয়া পুকমজবনে হাযনা অসুম বাহমজবা অর্জ্জুন চিনগোই মপাউচংবু নাতা-রাগী দৈবকী পায়মা উনকোইনু গী বসুদেবগী মপারী খোইয়ম বাসুদেব কৃষ্ণ শিদবনা য়াথং রাহমবিরকয়ে।

হে লোয়ন-ঐগী অপাম্ব-ও! ধর্ম্ম নঙগী কোলোয় নপাউচং অসিবু থৌবম খোইনা চেৎপা ব্রহ্মজ্ঞান অকুবনে। অক্ষর মংয়ক খৈবিক্তগী থৌরম অরেপ্পা ময়েক্তি ব্রহ্ম কৌবা ময়েক অসিনে। হে অর্জ্জুন তেল-হৈব-ও। জীব-জন্তু থরাই নিংশা পালিবা পুম্নমাদো অদুগুম্বা ব্রহ্ম কৌবা ময়েক অদুনা চঙনা লৈরিবগী রাহি মুম্ন ককচে' খোইয়া পুম্নমাবু লেঙনা ওৎনা লৈরিবনে। থরাই মমিরেনবুদি অক্ষরম্ভক-ও তৌনা কৌয়ে। অক্ষরম্ভক অদুবু আদিত্য-ও তৌনা কৌয়ে। আদিত্য অদুনা দেহ হকচাংসুংদা চঙলবগা অচা-অথক পুম্নমাবু ছাইথমলিয়ে। ব্রহ্মজ্ঞান ভক্ত লে'না তিনবনা খোইয়ম লাইগী খোঙ্গুল ইম্না যজ্ঞ তৌগদববু পুম্না হুল্লাম্বোক্নবগা ইন্দ্রি ১১ মাক। মন মাগী পুকনিংগা লিসুং অমত্তবু ওইনা নাতৈ চে'লৌ মম্না শু'জিল্লবগা আদিত্য থরাই অদুগা তিম্নকবদা অহিং নোংথিল নাইদনা শমু খুৎথুম চনখিরবা অদুবু অধিযজ্ঞ অখোইব-ও তৌনা কৌয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা অসিবু কর্ম্ম যজ্ঞ খৈবিক্তী ফল অহৈ পাল্লব-ও তৌনা কৌয়ে। অধিভূত কৌবদি পঞ্চতত্ত্ব সমতত্ত্ব ২৪ মানা তিম্না লৈরিবা দেহি হকচাং অদুবু কৌয়ে। পঞ্চতত্ত্ব কৌবদি মালেম লৈবাক লৈময়োন লাইজা ইরিক্লাই চকমোম মৈতরেং, মালং অয়াঙবা শূণ্য অতিংঙা মকম ৫ মা অসিবু পঞ্চতত্ত্ব আদিত্য-ও তৌনা

কৌয়ে। তত্ব কুনমরিমা কৌবদি সত্ব, রজ, তম গুণ ৩ মাগা ঋতু ৬ মাপ্পুং মুমিৎ চয়োল ৭ মাকা প্রকৃতি ৮ মাপ্পুং অসিবু তত্ব ২৪ মা-ও তৌনা কৌয়ে। তত্ব অসি খৈবিক্না ভাইং নমু মীওইবগী দেহ হকচাং-মুংদা তিন্না লৈরিয়ে হায়বগী অধিভূত-ও তৌনা কৌয়ে। অধিভূত কৌরিবা নমু মীগী হকচাং অসিনা থরাই লৈবা খৈবিকী মরু লুচিংলিবনে। আদিবৃক্ষ তলা উপাল অহানববু নমু পোংগী হবচাংনে। পামেল উপাল অদুবু ব্রহ্মাণ্ড মালেম ভাইবং পানবদা লৈবিবা তারা থরানমিচাক ২৭ মানা-চিংনা মুমিৎ থা ২ মাপ্পুং পালিয়ে। সূর্য্য থবি শেনকোইরেংগী মুমিৎ পিবুকমুংদা থৌরম অতংপবু লৈতনা লৈরিবা অদুবু আদি পুরুষ-ও তৌনা কৌয়ে। আদি পুরুষ অদুদি খোইয়ম লাইয়িম পুম্ন-মাগী মরু লুচিংলিবা মহাকনে। খোইয়ম কোলোয় মমিংথোংবু অধি-দেব-ও তৌনা কৌয়ে। হে অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব-ও! চীংগু কৃষ্ণ কৌবা ঐনা ভাইবং লোংশাপানগী অচা-অথক নিংথি মুংঙাই শেংনা পান্না মাগী মাগী পুকনিং অবেপ্পনা নিঙজরিবা মরম অসি খৈবিকপু ঙম্না পিনরিবগীদমকপু অন্তর্য্যামি থম্মোয় লাইয়িম শঙবিবা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন-ও তৌনা কৌয়ে। থৌরম অসিগুম্বা ধর্ম্ম অথোইববু উনবি পুকনিং পিনা চৎচঙমখিরবা মীদো শ্রীহরি লাই মরুগী উরুম অচীকপদা থরাই পোম্খানরুরে। হে অর্জ্জুন পাণ্ডব ও! নঙবু উনবি পুক্নিং তপ্পা নাত্তাউ-ও! ভাইবং নমু পোং ওইবগী দেহ হকচাংমুং অনিদা থরাই য়াইখিরেল শিদবনা শ্রীহরি ইবুংঙোগী জ্যোতির্ম্ময় মণ্ডাল অরাবা খিজিক-তনা চঙনা লৈরিবা মশেননে। নমু মীওইবা খৈবিকী থম্মোয় থম্বাল ময়াইরেন চক্র লাইফম অদুদা ফম্বি য়িম ওইনরিয়ে। থম্মোয় লৈকা-মুংদা ফৌরিবা ধবল কৌবা থম্বাল মচু অঙৌবা অমবু লৈরিয়ে। থম্বাল থোইনা নিঙথিবা অদুবু লৈকা ১৪ শুইয়ে। অদুগুম্বা থম্বাল লৈয়োন-মুংদা থবি য়িমকোয়রেংগুম্ববু তেজ মণ্ডাল নাইনা উনবি থোইনা পুক্নিং নিঙহুবা অমবু লৈরিয়ে। থাজা লৈকোয় মমুংদা অমৃত শিদ-হীবু লৈরিয়ে। অদুগুম্বা অমৃত শিদ-হীবু চুপ্পুনা থরাই হকচাং অনিমাক্কী

তেজ মঙাল থোক্লক্লিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা থরাই মাইবিরেলদো নিরাকার মশক লৈতবা জ্যোতির্ময় মঙাল মশক মক্তববু ওইরিবা ব্রহ্ম শিদবা অদুগা কোরৌ সুমিৎ থূদিংবু ৎমিররবগা করাউ মতোল চোং-নখিয়ে। চেংলৌ মিৎকুপ-মাবু লাপ্পরবদি থরাই হকচাং অনিমাবু থৌরম ময়েং তা-নখিয়ে। তাইবং নমু পোংবচা থরাই হকচাং পাল্লিবা খৈবিক্কী স্পর্শমনি অথোইবা চোয়নৌ সনা হিদাককুপ্পা আদিত্য থরাই অদুগী অশি অনা অশোক অপন লৈতবা খুৎতম তুঙান খঙননবা পুম্না লৈতে। হে লমলোই এগী মুংচানব ও! অর্জ্জুন নঙগা এগা ইবিংঙা-নচিংনা তাইবং থরাই পুন্নমাবু সত্য যুগ অহানবদগী হৌনা হন্না হন্না পোক্লরিবা মশেননে। থরাই লৈবা খৈবিক্কো হন্না হন্না লিংখৎয়ে। হন্না হন্না কিন্থখিরে। জন্ম মৃত্যু অশোক অশি কৌবা অসিবু তাইবং নোংশাপানগী হৌন-মরমচৎনে। তাইবং পোক্তা শিদবা কৌবদি থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি ইবুংঙোনে। হরি নোংদম মপুরেন শিদবা অদুনা পরং ব্রহ্ম চঙথোনবা চাংঙ্, নিরঞ্জণ শিদববু ওইরিয়ে। হরি নিরঞ্জণ অদুগী মঙাল খিজিক্ক অদুনা আত্মা থরাই ওইদুনা চৌদ্দ ভুবণ মরোল ১৪ মাবু শীন্ন-থুংনা লৈরিয়ে মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা নমু পোংগী হকচাংদো মীওই মতম ৩ ফংনা লৈরিয়ে। মীওই মতম ৩-ও কৌবদি বালক অঙাং ওগরিদৈদা মীওই মতম অমনে। যৌবন মথোক্লক্লবগা নমু মপুং ফারবদা মীওই মতম অমনে। বুড়া হমু হয়াই কারবা ইয়েং মানলৈ চল্লবনা নমু মীওই মতম ১গা ৩ শুখিয়ে। শোর নিংশা হোল্লিবা অসিসুং কাল মতম ৩ শুনা লৈরিয়ে। নমু পোংগী হকচাংদো নহা অহল থাক্তনা নিংশা ৩ লক হোল্লয়বগা আযু মপুঙ্গিবু চেংজেল মতোল লোম্না ঙম্না নোংদম্নখিয়ে। হে ধনঞ্জয়! বীর পান-গনব-ও, পায়মা নিংশা ৩ লক কৌবদি পলেম ইমু শিনয়োমসুংগী মালেম লৈতারকপগী কাল মতম অদুদা পায়মা নিংশা ১ হোল্লিয়ে। নমু মীয়াই চম্না পুনশি মতোল লোমদরিদৌদা নিংশা অমা হোনখিরে। নিংশা মরম অমদি হয়েং অন্তকাল থৌরম মতোল লোম্না চেংজেল

খাউনিঙ তেংগে তৌগুরবদা ত্রিতাপ মৈচাক তমথিবা ও মাকী চৈথা অরাম্ববু মাঙহনবরবগী শোর শদো চৈরোয়ননা নিংশা মরোল ও মাবু শুনা হোল্লরবগা তিনপাল খোকখৈ নেম্বা পুন্সি চেংজেল মতোল লোমনখিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা থরাই লৈবা খৈবিকপু শোর নিংশা ও লকপু হোনখিরবদি আয়ু মপুনশিবু চেংজেল মতোল লোম্নখিরে। চৌদ্দ ভুবণ মরোল ১৪ মাদগী থরাই অচৎ-চত্ত পুন্নমাবু হরিচক্র তমথিবদা ভুমুং লংথে ক তরেংগুম লৈনা লৈরিবা মশেন্নে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জুন রাম্নরা তেলহৈব-ও। শমু নঙগী মাঙদা থানা লৈরিববু চেংলৌ মিৎথিন্তবরা ? ইন্দু, রবি কৌবা নুমিৎ থা ২ মানা কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু হাউরৈ নোংচুপ পাংবরম য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা মৈনা নুমিৎ মরিম চঙখিরবগা দণ্ড পুংজা ৩২ শুরবদা নুমিৎ অমরক হন্ন মায়কৈ নোংপোক থংবরম নুমিৎ খেনচোংলক্লবগা প্রাতঃ অয়ুক্ত অঙনবা-ও তেনা কোয়ে। য়োইময়াই লাইরেল অঙানবা মৈনা নুমিৎ পুঙ্গোই লেপ্পা য়ুংলরবদা মধ্যম য়াইমবা-ও তৌনা কোয়ে। নুমিৎ মরিম চঙনা তাখিরবগা সন্ধ্যা মতম হায়না কৌখিরে। মতৌ অসুম ওইনা নুমিৎ শিঙবুম অমদা মতম কাল অহুম শুখিরে। হে সাধুজন খোইয়ম লাইবু নীংবশিং-ও। তাইবঙ নোংশাপানগী নদী ভুরেল অচেনবা খৈবিকসুং অহিং নোংখিল নাইদনা চেন্থখিরবগা সমুদ্র লাইজা ঈবেনপু দা তাকইখে। অসুম তারুরবগা মালং খোইনা পাঙ্গনবা নোংলৈ অচৌবনা অমরকপু থংখিরবদা তাইবঙ পুম্না শীম্না নোংলেন মশক ওইনা চুথরক্লবগা অসাইদৈগী নদী ভুরেল খুদিংদা অমরক চেম্মরক্লনা সমুদ্র লাইজা ঈরিক্লাইদা তিল্লরে। নোংলেন ঈরিক্লাই হায়না কৌরিবৈদি তাইবঙ নমু মীওইবা অসিদি বালক অঙাং কৌনা লৈরিয়ে। পুখরি ভুরেল খৈবিক্কা তারবদি নেংলেন কোলোয় মমিংথোনবু লাইজা ঈরিক লাই-ও তৌনা কোয়ে। জল লাইজা ঈরিক্লাই কৌরিবৈদি অসাইদৈগী বালক অঙাং মশাদো মতম মাগী রায়েল শুজিন্নক্লবগা যৌবন মথোক্লকপা হায়না মিংলেন অমা হোংখিরে।

লাইঙ্গা ঈরিক্লাই অত্থনা তুরেল ঈরম ইম্না চেন্থখিরবগা সমুদ্র ঈরেনপুংদা তিল্লুরবদি পোংগী নমু যৌবন মথোক্লকপদো মতম মাগী রায়েন অমা শুজিল্লক্লবগী কোলোয় মমিংথোনবু বুড়া হণু মানলৈ কাবা হায়না কোলোয় অসুম মিঙ্গৌখিরে। সমুদ্র লাইজা ঈরিক্লাইবু মাল' অচৌবা নোংলৈ অকনবনা পুখৎখিরবগা অত্যা শূণ্য মকোথদা লৈরুরে। অসুম লৈরুরিঙৈগী কাল, মতম অ্ঞদা তাইবঙ নমু পোংওইবা ঐখোয়দি পায়মা নিংশা থম্না নোংমনখিবগী মতম অদু মহাকনে। জীব থরাই খৈবিকপু হকচাং য়িমথাইননা নোংমনখিরবগা অত্যা গুরু শিদবদা পন্থৌ মপা কৌবা ফম্বি মফম অহুম শুনা লৈরমলুইয়ে। ফম্বি মফম অহুম মাদা মুমিৎ শিংবুম শুনা লৈরম্লবগা তাইবঙ নোংশাপানগী পন্থৌ মপা অপোকপদা রাইথুংলুরে। পন্থৌ পোকমাবদা মুমিৎ শিংবুম শুনা লৈরম্লবগা পলেম মমা পোকমাবীগী গর্ভ পিবুক চঙনা নাউয়ান-খিরে। মতৌ অসুম ওইনা গর্ভ পায়মানুংদা লোইদাম থানুম অহুম শুখিরবগা খোইয়ম লাইগী নোংদম্না চেংলৌ মিৎকোইথোং অনিমানা-চিংনা শমু মখোং মখুৎ হকচাং কিথুপ অহুমমাকা কায়দোং মাপল-মা তাংবুম চামানিপালমাবু ঙম্না শানশেয়ক্লে।

মতৌ অসুম ওইনা পলেম গর্ভ পিবুকনুংদা য়ারা খোন্থেংক্তরিবা নারা অপিশা অদুগী পায়মা উনকোইনুংদা লহান মাঙগী মপোক অত্তদা থৌরম মানা তৌরম্বা খৈবিকমাবু ঙম্না নীংশিংলুহনা মদোম পায়মা-নুংদা নিঙথনজখিয়ে। তাইবঙ নমু মীবু ওইনা পোক্লরবদা গুরু পাউত্তাক অথুম্ববু লৌজরুদবা ব্রহ্মনাম অরুবা হরি অক্ষর ময়েক অনি-মাবু মহা সৎ উনবি পূকনিং লেপ্না শোঙ্করোদবগী অঘুর থোইনা মমলিবা পলেম পায়মা উনকোয়নুংদা অরা মখৈ লৈতনা গর্ভ চিঞ্জাক তমথিববু চানা হন্না হন্না লাম্নংলরে। পলেম ঐগী পোকমাবিসুং গর্ভ নাউপুরবগী চেঙ্গোই মিৎশ্না-য়াং কুমজি মমায়মক অহিং নোংলেন তুম-কুনদা তরা চাদংবা লাইজা ইয়োংবা মতম অসি খৈবিক্তা নমু মীওই মানঙমদনা অরা মখৈ লৈতববু লাম্নংয়ে। কৌরো নোংবুম চহুম

গুনা গর্ভ চিঙাক মত্তোল লোন্না মালেম তাইবং পানবদা পোক্লুরবগা হকথক লাংওন অসিদদি গুরু নাইবা থিল্লরোই। গুরু মচিল থম্বাললৈদগী শিন্থরকপা হরি নামামৃত থুমখোইববু খোয়রাং হি মাশিনগুম্ববু উনবি পুকনিং পেন্না থকচরুগে, হায়না অস্থম লৈরিউে লোইদাম থাবুম ওন্না গুখিরবগা পলেম পিবুকন্নুংদগী তাইবং নোংশা-পান্দা কাউররে। গুরু অখোইববু কদাইনো হায়না হন্না হন্না পাউ-চংজববু আদ্যা শক্তি অহানবী যোগমায়া ভগবতী লাইরৈমাগী আনন্দ মায়া তমথিবনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা গুম্মাংখিরবগী অসাইউে গর্ভ পিবুকনুংদা নিঙখনজরকপা থৌবম অয়াম্ববু গুন্না থৌকাউহনখিরে!

মত্তৌ অস্থম ওইরিবা অসিবু হে সাধুজন খোইয়ম লাইবু নিঙবশিং-ও! তাইবং নোংশাপান অসিদা মীপোক ফংওমদবা অসিবু তানফংজরিউে অসিদা লাইগুরু সনা খুয়ারেনবু পুকনিং হকচাং তুন্না কচ্চরবা মীপোক মহৈ পাল্লবা ইদোম পিদোম শংলো থৌরাঙজ-উেনে শংলৌ ঐগী ইথৌরাং য়েল্লাং ইঙমদমবু নত্তনা, থরাই কনা অমনা থৌরৈ তেংবাংলদে। ইদোম তৌজ মহৈবু ইদোম ত্তানফং-জউেনে। অবিদ্যা মায়া অয়াম্বনা চাবা থোঙজাউ অচৌববু ওইনা থিংজিন্নবগী মশক মাঙদ-তূমদবা চিন্তামনি রাংঙাগী হায়কদবা পোৎ-শক্তো হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও! মাইকৈ থোইনা মমখিরে। অদুগুম্বা ভীষণ মায়া মিনম্বা জরা থোঙজাউ অগৌববু মমল মতিক লৈতবা চিরা থাঙশাং ওইবনা গুন্না তুপণৎলবগা সংসার রাংমা লান্নউেনে। পুকনিং থরাই হকচাং তুন্না ব্রহ্মনাম শিদবা হরি অক্ষর ময়েক ২মাবু মহা সৎ উনবি পুকনিং লেপ্পা মিংলেন অমরক্তবু শোঞ্জখিরবদি তাইবং মন্না লৈরিউে নোংপোক মরাইতাদগী স্তুমিৎ খেনগারক্লবগা ব্রহ্মাণ্ড পুন্না ঙানখিবা অহু লৈরাং মতম মানগুম্ববু হীরা থাংশাং য়াইওইবগী লৈরাং মশুং মানগুম্বা হরি অক্ষর ময়েক অনিমানা মহা সমুদ্র ঈরেনপুংগুম্বা মায়া তমথিববু গুন্না তুপথৎখিরবগা সংসার রাংমা লান্না ফন্বি পোক্তা শিদবা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী ছায়া উরুম অচিকপদা থরাই পোত্থানরুরে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী। অর্জুন য়ায়রা তেলহৈব-ও। মতৌ অসুম ওইরিবা নমু মীগী মপোক অসিদো থৌবম অরেপ্পবু নওবনে। চেংলৌ মিৎকূপ মরমদবু তম্নরিবা মশেননে। মতৌ অসুম খঙ্না সাধু সঙ্গ তৌদুনা লাইগুরু খুয়াবু উনবি পুবনিং চেৎনা নিঙ্জবদুম মচি ঐগী লন মরুনে হায়না থৌরম চেৎনা লৌজৈঙেনে। তাইবং নমু পোংওইবনা তাইবং ১রক পোক্লকয়ে। নমু ১রক নোংমনখিযে। চুগোই লেংগা পান্দমগুম হন্না হন্না কিন্থনখিয়ে। তাংজা লিলা থৌবশিংসুং লাংহৈ কুমপুম খুদিংবু লিলা মকু হুনা তাংজা মউল হুদরিভৈগী অফ-ফত্ত পুকনিংবু লিলা মকু হুখিরবদসুং পুম্না হুমন্ন-গুম্ন্বা অসি লৈরাং মতম মানবগুম্ববু তাইবং নমু পো বচাসুং অমন খমলৈ কুমদরিভৈগী থৌরাং মানা তৌরম্বা খৈবিকপু হয়েং অমন খমলৈ কুমখিরবগা চেংলৌ মশক কোংনা অমরক পোক্লরবদা লাই মানা তৌজরম্বা অফ-ফত্ত খৈবিবপু মহৈ মানা চাবরে। চৌজিক নোংশাপান্দা য়াঙ্গোইরিভৈ অসিদা থৌরম ফত্তববু উনবি ফিবম ওইনবা নমু মীওইবা অদুশিংদো হয়েং লাংওন অনরক্তা পলেম কৈরাতান্দা পম্না থিবলেন থোমহুক্রববু পুম্না তানজঙমদরে। থরাই মপোক লেংথখিরবগী য়াউরৌ শাপুক চঙ্না লেমলৈ ভাপুক্নুংদা লেপ্না শংশং তাখিরে।

মতৌ অসুম ওইবা লৈবা খৈবিকপু ঙম্না নিংশিংলুরগা মুনি তপস্যা থোইয়ম লাইবু নিঙবশিংনা ভূত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান ৱারম অহুমমাবু চেংলৌ মিৎকুপ মরম পুক্লিং থোকাউ নাইদনা নিঙনরিয়ে। ভূত হায়না কৌরিবা অদুদি লৈহান লাংওন মরক্তা মপোক অদুবু ভূত-ও তৌনা কৌয়ে। ভবিষ্যৎ কৌবদি হয়েং লাংওন অমরক পোক্লগদববু ভবিষ্যৎ-ও তৌনা কৌয়ে। বর্ত্তমান-ও কৌবদি হৌজিক লাংওন অসিবু বর্ত্তমান-ও তৌনা কৌয়ে। লৈহান মপোক অমরক্তা তৌজ-লনওন মহৈনা নমু মীপোক অথোইববু তানফংজররবা অসিদা গুরু মাগী পাউতাক ভথোইববু য়াথং চিন্দুংইন্না য়াইক থোইনা

পাল্লবগী ধর্ম্ম লাইনিঙ অথোইবা অদুবু তানফংজরবদা উনবি পুকনিং শেংদনা লমচৎ থৌরম ইন্দবদি থৌরম মাগী মতু'ইন্না থরাই লৈবা খৈবিকপু খাইনরবগা য়াউরো-শা, পোনবী উচেক, লেমলৈ ডাপুকমুংদা লেপ্পা তারুরগৈনে। মতৌ অসিবু খঙজরবা তাইবঙ নমু পোংবচাদো সাংখ্যজ্ঞান-ও তৌনা কৌয়ে।

অসিগুম্বা সাংখ্যজ্ঞান অরুবা অসিবু পায়মা মাগী উনকোইমুংদা উনবি পরৈ চেৎনা লীজরবা মীদো হয়েং মাগী অন্তকালনা থৌরম মতোল লোম্না প্রাণ থরায় থোকে তৌগুমক্লবদা ত্রিপাপ মৈচাক অহুম-মাবু কোকসরবগা থৌরম থাইনা ফবা ধর্ম্ম লম্বী মতু'ইন্না চৎচখিয়ে। লহান মাঙগী মপোক্তা পায়মা মাগী উনকোইমুংদা পুকনিং লৌশিং অনিমানা থৌরম অফববু য়েংনা চৎচরম্লবা মীদো হৌজিক লাংওন অসিদা পন্থৌ মপা শাৎমাবা পলেম মমা পোকমাবি অনিমাবু পুণ্যবন্ত চিঙ্গাক চারবা ধনপতি লনলোইবা থৌরম কশেংবদা পুকনিং ক্ষিবম ওইনবা পন্থৌ পলেম অনিমাবী গর্ভ দিবুকমুদা চঙনা পোক্লরবগা থৌরম থোইনা চৎখোনববু তানফংজরুইয়ে।

মতৌ অমুম ওইরিবা মপারী খোযমা লাইবক ফবদো লহান লাংওন মরক্কী য়েনফম মাগী পুকনিং অথোইববু শরুক তরা হেন্না তেরে গুরু লাইগী খুয়াদা উনবি পরৈ চেংনা থরায় পোইনা তনৌরে থৌরম মাগী রায়েন শুজিন্নক্লবগা তাইবঙপোক্তা শিদবা খোইয়ম ঈশ্বর মখিরেন্না ছায়া উকম থুপ্লবু লেপ্পা তানফংজখিয়ে। থৌরম অসি খঙনা অক মথোই তোংনবা ধর্ম্ম লম্বী য়েংনা ইদোম ইদোম শংলৌ থৌরাংজগৈনে। গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা য়াথং রাহম-জখিয়ে। তাইবঙ নমু মীওইবনা ঐশ্বর্য্যগী বিষয়া খিন্নাই থৌরাংবা মপারী মমোমলোন মরল মচাক পলেম পন্থৌ শাবি শানৌ শেনলৈ পাইরৈ মরম অসি খৈবিকপু চীংগু কৃষ্ণ শিদবগী কাল তমথিবা মায়া মীনম্বনে। অদুগুম্বা কাল মায়া তমথিবনা ছন্ন-কাঙ্গোক থুনা ক্ষাখিরবগী থৌরম অফবা ধর্ম্ম অওকপবু দিক মাইকৈ থোইনা মমখিরে।

হয়েং ঐগী মতম্না সুমিৎ মশীং শুজিল্লক্রবদা থরায় কনা অমবু শমু ঙাইরোইনখিদে। মতৌ অসি থঙনা গুরু মথৌজান্দগী শ্রীহরি ইবুংঙোবু অহিং নোংখিল নাইদনা লৌজববু পূকনিং হনবা নাইদনা নিঙজখি- রবছুম ইরল ঐথোয়গী অচেৎপনে। হৌজিক লাংঙন অসিদা চীংঙু মাগী খুয়াবু সৎ উনবি পুকনিং পিনা নিঙজরিবা মীশিংদো খোইয়ম মানা লাকপিদুনা লেপ্পা লৌখৎপিরেয়ে। কে সাধুজন খোইয়ম লাইবু নিঙবশিং-ও। থৌরম অসি থঙনা গুরু সেবাবু থিনগুনো। পায়মা নংগী উনকোয়নুংদা শেংনা গুরু সেবাবু পূকনিং লাইরেক চনকদনা নিঙজবগে। মহা মায়াগী সংসার ঈপাকপু লানঙমবিগদবদি হরি গুরু অদুনে।

অসি মতুংদা হরি ঈশ্বর মপুরেনবু সদা মতম লৈবথেবিক্তা তৎপা নাইদনা নিঙজবঙে হায়না অসুম গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলম্বা গীতা পুরাণ সুংঙাইবা ব্রহ্মজ্ঞান অকৰা অসিবু পূকনিং লন- পাথজবগী পরশুরাম ব্রন্দারিনি শানৌ মতৈ মনাউ অনিমাগী শঙলৌ মথৌরাং য়েল্লাং মঙমদমদগী প্রজ্ঞানন্দ মুথ অপঙবা পাংমা লৌশিং ঙাম্না উনবি মচাক কৌবগী পূকনিং তুনুং লংলা পুনগুম্বনা পোহরে ইপললোন্দা ভাষা রাহায়ননা য়াথং শৈরেংজববু তাইবঙ নোংশা- পানগী পণ্ডিত লেংনা তিনবনা পূকনিং রারৌবিগুনো।

খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী লীলা মশানওন খেলা মপাউতোয় সনা মমিংথোং নামামৃত থুমখোইবনা লাইজ্জা তুখুন ওইনা নাম মহি চেম্ন- রিবা গীতা পুরাণ অন্নব। অসিবু তাইবঙ পুম্নমাগী মরু লুচিংলিবা দ্বারকানাথ মপুরেন যদু বংশ শাগেগী চন্দন লৈবু ওইনবা চৌংঙু কৃষ্ণ শিদবগী চিনসনা চিনবাম্ভোংদগী শিম্বরকপা ব্রহ্মজ্ঞান অরুবগী ভক্তি- গ্রন্থ রাহায় অকুববু য়াথং লীরৌ উজ-ঙমদবগী ময়েক থোইয়া শম্না য়াথং চিন্দাই শমঙমদবগী লীলা হাইশোন নাইববু ভক্তজনগী মঙপ্পা পূকনিং ঙাইনোরবিগুনো। পামেল উমু চাকথেকখাককুম্বা মুর্খ পায়মা ভাম্ববু থরায় তিনগী পান্দমনে। খোয়মা লারোনসুংদগী লাংনা মপি

মচানা কোরৌ নোংলাংপান্দগী ইন্দু আইতে পায়ংমৈ মুংনাং লাইজা ইহুনবা থবি য়াই মরুদ্ধবু চেংলৌ মিৎখিৎলবগা পায়মা লৌশিং লৈতবা লাংনা মপি মচানা খোয়মা নাত্তোম্বক্রুদা য়াংলৌ লমজেল তাম্নেয়ে। থরায় খৈনা পণ্ডলিবা লাংনা মপি মচাদো অদিং খোমলেন তুমগন্দা ইমুং মিৎয়েং নাউশুমদনা কোরৌ নোংলোম্নখিয়ে। মতৌ অসি পান্দমগুম থরায় খৈনা পণ্ডলিবা প্রজ্ঞানন্দ মুর্খনা শিরোমনি লুচিংবা রতনমণি য়াইমরু চিন্তামনি য়াইওনথোক দেবদেবং পোইখোইবা লাইগী লাই চৎখোনবা শ্রীহরি ইবুংঙোনা লাকলেন ফিগুপ মতমগী মহা উদযোগ তচোবা কুম্মে মুংঙাইথোইববু শাম্ন তোয়লাউনরবদা কুরুক্ষেত্র লাই-ফমলেনগী ভারত হরণ অচোবা চক্রব্যূহ তেঙ্গোল মনুংগী রণমধ্যে তম-থিবা লানকম তেঙ্গোল ময়াইদা পাণ্ডু নিংথৌ মপারৌ অর্জুন তেনহৈ-বতুনা ধনু লিরুং মখুংশূ সনা তেন্দোং নিঙথিবা তেনবি পুম্নমাকা মালেম লৈমায় থক্কা ঙম্না হুল্লান্তোকপবু চেংলৌ মিৎখিৎলবগী চৌংঙ কৃষ্ণ শিদবনা খোইয়ম চিনস্না চিনবাংম্বাংদগী গীতা পুরাণ অরুববু ইবিরম্নে। অহগুম্বা গীতা পুরাণসুংদা ঐশ্বর্য্য লৈবা নমু পোংবচা খুদিংনা অহিং নোংনিল নাইদনা লাকলেন ফিগুপ লাক্কনা খুনবি-রঙেনে হায়না অম্নম গীতা পুরাণমুংদা য়াথং রাহম্লিববু থরায় তিনগী পান্দমগুম লৌশিং ইফাই চাল্লিবা মুর্খ পায়মা নিম্না তাম্নমা চৌংঙ কৃষ্ণ শিদবগী মায়াজাল তমথিবনা শমু হকচাং পুম্নমাদা ঈনফুই তোনগা-লং ঈনলেন থাকূপ কৌনা হম্ন-কে ঙ্গোই থুখিরবগী ইরল ঐগী অচেৎপা ধর্ম্ম অফববু তুওই হুল্লাল্লমংনা জ্ঞান তেম্নোই অপিশা মোইবা পাদম চেকতুনা মায়া অয়াম্বদা লৈরাং হেকমায় কানা পোনবি কায়দোংনখিরে। চেংলৌ মিৎকোয়থোং অনিমানম্বুং মায়া অয়াম্বগী থৌরম থোইনা নিঙথিরবা খৈবিক্কা চেংলৌ তেনপাল চৈরোইননা পুকনিং হরাউনখিরে। কর্ণ নাকোং অনিমানম্বুং মায়া অয়াম্বগী থৌরম পুম্নমাদা চুপলেন নাবু য়ুংনা উনবি পুকনিং পেম্নখিরে। নাসিকা মালং নোংশিৎ থোঙনম্বুং মায়া অয়াম্বগী গন্ধ মনম মুংশিরিবা খৈবিক্কা

হরাউ মতোল চোংনখিরে। জিহ্বা তাঙজা ইরৈতোমসু্ং তাইবং চিঙ্গাক অহাউ অথুম্বা পুম্নমাদা উনবি হঙ্গোক নাইদনা পুক্নিং হরাউনখিরে। মতৌ অসুম ওইরিবা মায়া লাংলিৎ ঙমদবা মুর্থ পায়মা তাম্বনা লৈরোন নোংলে'ন অহুমমাগী মবুংঙো ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্না পুম্না ফংঙমদরবা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙো শিরোমনি লুচিংবা রতনমনি য়াইমরু চিন্তামনি য়াইওঙ্গোক চীংঙু সংন। মখোঙখা মমল মতিক লৈতবা নিগু'ণ চিন্তামনিবু তয়ম পায়মা লোম্বনা তাঙজা কোক্তা থোংনা হন্না হন্না পুরুমজরমগে। দিব্যঅঙ্গ মক্তবা তরঙ্গরাংঙাগী হায়ফদবা পোৎশক্তা মন ঐগী পুকনিংনা উনবি থৌকাউদববু হন্না হন্না লন্নি-জৈরে। কোরৌ নোংলাংপান্দগী খোইয়ম লাইফ থৌগুম মগুলি মাঙোপ মনুংগী সভা পরেং ঙম্থং শীম্না ফমফমলিবা ভক্তজনগী মরূপ পুম্নমাবুসু শমু ইখুৎ লোম্না পুকমজরময়ে। তাইবং কোরৌ ইনোংখৌ ইষ্ট কাবারেনবু ওইনরিবা গুরু গোষাই ইবুংঙো, বৈষ্ণব গোষাই ইবুংঙো কৃষ্ণচন্দ্র অহেনবগা ইবুংঙো অহুমমাদুদি তামুনলিগুম শুংজিনবা নাতৈ চেংলৌ মম্না মিৎথিৎয়ে। থরাই তুঙাল নত্তে। এক আত্মা থরাই অমত্তবু ওইবা অহুগুম্বা গুরু বৈষ্ণব কৃষ্ণ অহুমমাবু নদাইরেম মুর্থ পায়মা তাম্বনা পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈক। অনৌবা অনিমাসু তয়ম তাঙজা বোক্তা থোংনা হন্না হন্না পুরুমজরম্বনে। হরি হয়া হে॥



# মল্লিশুবা অধ্যায়

হয়াহে অসাইদৈগী গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলম্বা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা ব্রহ্মজ্ঞান অরূবা অসিবু থৌরম অসি মথংদা অসাইদৈগী পাণ্ডু নিংথৌ মপারী কুন্তি পায়মা উনকোয়নুংগী অর্জুন রায়রা তেলহৈবনা চীংঙু, কৃষ্ণ শিদবদা শমু মখুৎ লোম্না অনৌবা পাউহমজখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা! মিৎতরেং সন। য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। নদাইরেম তাইবং নমু ওইব ঐখোয়বু দুঃখ অরাবা সুখ মুংঙাইবা শোক মুংশিবা মরম অসি খৈবিকপু উনবি চোইথম করম থম্লগা থরাই ঐখোয়গী ইমিরেননা থৌরম অফববু করম তানফংজগবনো?

হে নোংদম মপুরেন-ও! চীংঙু নঙগী মহামায়া তমথিবনা লাংখোঙ কুংনা পুনখিরবগী ইমু খোহক্রবগুম থরাই থোইনা মল্লিবা অসিবু চীংঙু নঙনা কোকপিয়ো হায়না অসূম পুরুমজরবদা দৈবকী পায়মা উনকোয়নুংগী বসুদেব মপারী খোইয়ম বাসুদেব কৃষ্ণ শিদবনা মাথং রাহম্বিখিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী! অর্জুন রায়রা তেলহৈব-ও! নঙবু উনবি পুকনিং তপ্না নাতাউ-ও! তাইবং নমু পোংওইবা খৈবিক্লা ঐগী ঐগী তৌজরকপা থৌরম মতুংইন্না তাইবং অমরক রায়য়ে। নমু ১রক মুংঙাইয়ে। দুঃখ অরাবা সুখ মুংঙাইবা অরা মুংশি ২মাদো তাইবং হৌন মরমচৎনে। হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও! তাইবং নমু পোংওইবনা তাইবং কনা অমবু নমু কনা অমনা থাধংলে। নমু কনা অমবুসুং তাইবং কনা অমনা শীঙথাইয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা অসিদা কর্ম্ম বিরুদ্ধ কৌবা থৌরম তদুবু লোয়নরকয়ে। থৌরম অসি মতুংদা কাম ক্রোধ অনিমাবু থোক্লরকয়ে। কাম কৌবদি পুকনিং অহেন অথোই পুম্নমানা লাকশিনঙমফদরবা মাহামায়া তমখিবগী

পুকনিং শুম্বৎপা মশকনা লৌনিং চানিং হেল্লববু কাম-ও তৌনা কৌয়ে।

ক্রোধ-ও কৌবদি তাইবংপানবা খৈবিকপু লাকচ খুৎথুম চন্-নিংলিবা, উনবি মৈরি থোক্লা কনজাউ মৈরা হৌবা মতৌ অসুম ওইরিববু ক্রোধ-ও তৌনা কৌয়ে। ক্রোধ অদুদগী মুহ অঙকপবু পোক্লকয়ে।

মুহ-ও কৌবদি থৌরম ঐগী ইফমনে ফম্বি ঐগী মফম নত্তে হায়বস্নুং আহার চিঞ্জাক চাহৈবা চাহৈদবা মরম অসি খৈবিকপু আচার লমচৎ নাইদরবা অদুবু মোহ অঙকপ-ও তৌনা কৌয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা মুহ অঙকপা অদুদগী বেদ শাস্ত্র লাইরিক লাইশু পুম্নমানা-চিংনা গুরু চিনসনা চিনবাহোংদগী তা-ফংজবা ধন লনমরু মাঙকদবনচিংনা মরম অসি খৈবিকপু ওম্না মাঙনথিয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা মাঙনখিরবা তাইবং নমু পোংবচাদো কোলোয় মাগী মমিংথোংবু শ্রুতিহত্যা শ্রুতি মাঙহল্লবা-ও তৌনা কৌয়ে। শ্রুতি মাঙহল্লবা অদুগী কোলোয় মমিংথোংদি মন-বুদ্ধি পুক্লিং লৌশিং অনি-মানাচিংনা খোয়শাং লিনশাং পুম্নমাবু পান্দরবা তলা লেপকংনরবা পামেল উগী মশাল অদুগুময়ে।

অসুম ওইরিবা অসিবু হে অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব-ও। ইন্দ্রি পুম্নমানা শমু খুৎথুম চন্নববু ওইরবা ও তৌনা কৌয়ে। দুঃখ অরাববু পুকনিং অঙক চঙবা মরম অনিমাবু কোকঙমলুদরবদি সংসার সাগর তমথিবা মায়া সমুদ্র ঈরেনপুংদগী থরাই অরানববু পঙনা তানফংঙরোইয়ে। তাইবং নমু ওইবশিংনা মোমনু তালোই মরুম্বি মপারী নুংচানবা মমোম নুংওনবি ধনজন মরল মচাক অচা অথক মরম অসি খৈবিক্তা চেংলৌ মিৎকোইথোং, বর্ণ মনাকোং তাঙজা মরৈতোন শমু মথোং মখুৎ ইন্দ্রি অয়াম্বনচিংনা লৈরিবা মীশিংদো প্রাণ থরাই মমিরেনগী মচি লনমরুবু থঙজদরবা ও তৌনা কৌয়ে। থৌরম মাগী অহেপ্পা মতৌ অসুম্ববু ওইনা লৈতরবা তাইবং

নমু পোংবচাদো পুকনিং মানা নিঙজরিববু থৌরম করিগুম্বদস্থং ফল মহৈ পান্দরে। মিথ্যা শিংলেন অরেম্বা মৈরাং অতিংঙাবু ওইখিরে। সর্ব্ব শাস্ত্র লাইরিক পুরাণ পুম্নমানচিংনা ধর্ম্ম অয়াম্ববু থোরমা নম্মুক্ররম্নবগী মহানরক কুণ্ড কোমপুৎ ইনমখিদা কন্দি য়িম ওইনরুয়ে নমু মীগী মপোকপু কোয়ৌ কদৌনোংদা পুম্না তানকংলদরে। মীপোক অথোইববু তানকংজরিডৈদা থৌরম ইপা থোকপা ধর্ম্ম অমত্তবু সৎ উনবি পূকনিং লেপ্না তানকংজরডৈ অসিবু চেংজেল মতোল লোমদরিবমথৈ উনবি শেনলোং নিঙ্কনা নীংজখিরবা নমু মীশিংদো থোইয়ম শিদবা বৈকুণ্ঠগী কন্বিবু লেপ্না তানকংজরুডৈনে। তাইবং নমু পোংবা পুম্নামাবু মায়া ঈরেন তমথিবদা পুকনিং মিপা থোকঙমদবগী শ্রীহরি ইবুঙোগী মায়া সমক্র ঈরেনপুংদা কাউবি শুমলোই তাউগুম্না তাউথনখিয়ে। তমবা মিপা ১তবু মিপা ১০না হুন্ন-কাপ্নোই থুনা শমু তুংবুন্নহুনা তাংজা মশম কক্না চিংখিরে। তমবা মিপা ১১ ও কৌবদি মন পুকনিং অতুনে। মিপা ১১ মা কৌবদি ইন্দ্রি ১১ মানে। মন পুকনিং অতুবু ইন্দ্রি ১১ মানা শমু খুৎথুম চননা পুখিরবা মীদো নৌকা রাকয়ৈ হিপুম্মাবু লাংয়ান কোয়ৌ ঙমথংননা য়ানখৎলবগা মালং মথি নাইবদ। রাকয়ৈ হিনাউ শাববু য়াউদনা লাইজ সমক্র তবং ঈপাকথক্তা মালং থোইনা পাঙ্গনব। নোংলৈ মথি নাইববু লমঙক্ররবগী লাংয়ান কোয়ৌ ঙমথংনবদা য়ৈররবগী রাকয়ৈ হিয়ান অচৌববু মাইকৈ মথোঙ খঙদনা পুখিববু তোংচেং রাকয়ৈ হিনাউ শাববু য়াউদরবগী তোংচেং মচৎ চুমঙমদনা রাকয়ৈ হিমাইনা মাইকৈ মনিঙ তম্না পুখিববু মতম কয়া নোংশাংনা লাইজ তরং অচৌবগী সমক্র তরং ময়াবদা রাকয়ৈ অমরক লুপশিনখিয়ে। তোংচেং অমরক তাউথৎলকয়ে।

মতৌ অসিগুম রাকয়ৈ হিয়ানকন্থু নাইদনা মাইকৈ মথোঙ খঙদনা উখিরে। হে ধনঞ্জয় পানগনবা-ও। মতৌ অসি পান্দমগুম ইন্দ্রি ১১ মানা শমু খুৎথুম চন্না পুখিম্নবা মীশিংদো নিষ্কাম সকাম

ধর্ম্ম ২ মানাসুং জ্ঞান ধর্ম্ম কৌবসুং সধর্ম্ম জ্ঞান অরূবা ব্রহ্মজ্ঞান অতাওবসুং গুরু মথৌজান্দগী সিদ্ধ মশক পাল্লবা :দহি •কচাং মক্তববু তানকংজরবা সিদ্ধ দেহি ধর্ম্ম অথোইববু গৃহস্থ ধর্ম্ম লমচৎসুং ব্রহ্মচারী ধর্ম্ম লমচৎ অথোইবসুং বাণপ্রস্থ কৌবা বৌদ্ধচারী কৌবা ধর্ম্ম লমবী ২ মানসুং রামানন্দ মাধ্বাচার্য্য বিষ্ণুশ্যাম সনাতন ধর্ম্ম কৌবা ধর্ম্ম অসি থৈবিকসুং বৈরগ্যা অথোইবশিংগী ভক্তি ধর্ম্ম অথোইবশিংসুং যুগল ধর্ম্ম কৌবা ধ্যান লাইনিঙ অথোইবনসুং তপ জপ যজ্ঞ দান ধর্ম্ম সন্ধ্যা তর্পন মরম অসি থৈবিবসুং তীর্থ লাইফম চৎপা নাম মিংলেন শরূপগী শ্রবন তাজরিবসুং বন্দন খুরুমজবগী খুয় থৌগন-জবসুং দাস্য মনাই ওইবগী সেবা থৌগনজবুনা জ্ঞান থরায় কৎপসুং ধর্ম্ম মরম পুম্নমা অসি থৈবিকপু ইন্দ্রি ১১ মানা শমু খুৎথুম চন-খিরবা মন পুকনিং অদুদা থৌরম কান্নববু পুম্না লৈশরে! হে ধনঞ্জয় বীর পান্নবা-ও! নঙবু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাউ-ও! হায়না অসুম রাহমবিবা থোইয়ম চীনবোয় ময়াথংবু নাতারাগা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা রাহমজরবয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! চীংঙু নোংদম মপুরেন ও, ইন্দ্রি ১১ মা অসিবু নমু কনাগুম্বনা শমু খুৎথুম চনঙমলিগবনো হায়না অসুম রাকৎচববু থোইয়ম মাধব শিদবনা হে ধনঞ্জয়! থিবলেন থোমতুররিব বালক অঙাং অপিশা লৌশিং লৈতরিবা মুর্খ অপঙবনে হায়না য়াথং নোরুহৈনে। হে ধনঞ্জয় তেল'হবও! নঙবু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাউ-ও! তাহবঙ নমু পোংওইবনা ইষ্ট মাগী কাবারেন গুরু চিনসনা চিনবাম্বোংদগী তানকংজরকপা মন্ত্র অরুববু মাল্পা থুত্তা শূনা মন্ত্র মণীঙলাক মালা লিকওন থোইনা ভজন লাইনিঙ অথোইববু তৌজরিহৈদা যোগমায়া ভগবতী নিদ্রায়িনি থোমলেন তুমথুনহল্লিবী মহামায়া লাইরৈমনা অসাইহৈগী মালা ভজন তৌরিবা নমু পোংবচাবু তনবা মঙক নম্না হুন্ন কোঙোই থুনা ফাখিরবগী থোম-লেন তুমকুনখিরে। গুরু কোরৌ মনোংথৌবসুং থৌকাউখিরে।

মন্ত্র অক্লবস্ুং তৎনরে। মালা মথুৎশুম্ুং মাইকৈ মথোঙ খঙদনা ছল্লানলমলে। শমু মাগী ককচাং পুম্নামাম্ুং য়ায়া তুকুপ চুঙম্নুরে। নিত্রাম্বিনী খোমলেন তুমকুনলিবী মহামায়া লাইরৈমানা পাংথং কাংচাই ভামুললিকুম থাম্নরে। মতৌ অম্নুম ওইনা হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। খোমলেন অম্নুম তুমকুনখিরবা শমু মহকশাংদি পুম্ুং লকু মতুপকুম মালেম নৈদা তানা লৈখিরে। ইন্দ্রি কোঙ্গাই অমনা শমু মহকশাংদগী খোকখিরবগা লৈকাই খুনপোইরুবাম্ুং য়ামমে। নমু কনা অমনা পুকনিং পান্দম চুমথিরবগা খোমলেন মাগী মঙলানচান্দা য়ালা সাধন তৌরুবম্ুং য়াউয়ে। তাইবং মাইকৈ নাইদনা পাল্লিবা পুঙনে।

মুজা কনাগুম্বী অমনা থ্রিমলেম কারেনয়াইদগী কাংখোন মথক্তা স্বামী মপু ওইবগা খোমলেন তুমকুনলিবু হুনলানঙম্নবগা খোমলেন মঙলানচান্দা মিপা কনাগুম্বা অমনা লৈবাং হেকমায় কানা য়াগা খোনথংনরুবম্ুং য়াউয়ে। মুজা কনা অমনা শিনশূ মশীঙ শুনা থৌরম অয়াম্বু থৌদোরম্নবগা খোমলেন মংথৈনরকপম্ুং য়াউয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! নঙবু গাতাউ-ও। বিষ্ণু মায়া তমথিবদা থরাই লৈবা থৈবিকপু অহিং নোংথিল নাইদনা চেংলৌ মিৎকুপ মম্নসু পোৎলেপ পোত্থা নাইদনা চক্র মরৈ লৈগুম্বনা উংবদ্রুগুম্বনে অমম্ুং তুম লেম্নে ঙাথিবা বিরাত য়াউরৌ শাদানবা মানগ্যা কোনশাবা থাঙশাবা, খোবা চৈরৈ কিশুবা হলম্বা লোউবা তেলি থাউগুংবা মাইবা খুৎতম্বা মরম অসি থৈবিকম্ুং মাগী মাগী থৌরম্ন খোমলেন মঙলানচান্দা ঙম্না তৌনরিবা মশেম্নে। হে কুন্তি মপারী-ও! ইন্দ্রি ১১ মানা থৌরম করিগুম্বদা অরা পোত্থানরিবনো ?

হাইবং নোংশাপানগী কোমপুৎ তাবা কৌববু খোমলেন তুমকুনলিবা অসিনে। য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা অসিগী মৈনা মুমিৎ মযিম চঙনম্নবগা ইম্ুং মতম অথেঙববু উরুম মপৈ অহুম ওইনা পৈরবগা মপৈ ময়াইথংবা শরক মপৈ অমত্তবু খোমলেন তুমকুনঙৈনে। মপৈ মমৈ মকোক অনিমাদি গুরু লাইমী খুয়াদা উনবি পুকনিং লেপ্না

থোকপা পুক্রম্মজইরে। শম্বু মাগী হকচাঙা কাল ফত্তববু থোরম মাম্বা চঙবনকরোইদে। মতৌ অসুম ওইনা প্রাণ থরাই থঙলবা সাধু মীপোক অকবশিংদো বিষয়া ফিবানবগী মালা কর্ম অয়াম্ববু পায়না থোরগী উনকোয়মুংদা পনবাল লাপ্পা হুরানথোক্লে। নাম মরু অথোইবা ভক্ত লেংনা তিনবনা তাইবং নোংশাপানগী নিংথৌ চাকচা অয়াম্ববু হায়-মবমুং চক্র নোংলানপান্দগী মুক্তিপদ চঙথোনবা নোংথৌ লাইরেবাকী চাকচা থোইনা মুংঙাইববু পায়না মথোংগী উনকোয়মুংদা অপাম পুকনিং লৈতবগী চেংলৌ মিৎচিতোয়মুং কাপলৈ যেংবিরুইরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা ভক্ত সাধু অদুশিংনা ইন্দ্রি ১১ মাবু মন মাথোয়গী পুকনিংদা নাম মহি শুংশিল্লবগা মায়া অয়াম্ববু ঙম্মা কিস্থ-নখিরে। মতিক অসুম ওইরবা ভক্ত সাধু অদুগী পরংব্রহ্ম পরমাত্মা অনিমাবু মন মাগী পুকনিংগা উনবি য়িমদিয়দুনা অহিং নোংথিল নাইদনা পুকনিং থোইনা হয়াউনরেয়ে। মন পুকনিং অদুনা থোক-খিরবদমুং ইন্দ্রি ১১ মাগা সঙ্গ মরূপ ওইনা তিমখিরবদি কোরৌ কদৌ-মুংদবু ফত্তবা অরাববু পুম্না লৈহরে। মালা তেরা মরুনা মন পুক্লিং অদুগা লৈয়াং পান্দম মাঙ্গরে। তেরা মকোল অদুনা ইন্দ্রি ১১ মাগুম্বা তেরা মহৈ অদুনা উহৈ ককথাইরবগী মরু মালেম লৈমায়থক্তা তাখি-রবনা পামেল উখোঙ মনাক্তা পামেল ওইনা হৌরুরে। তেরা মরু কোঙ্গাই অমনা ইন্দ্রি ১১ মানা লৈরাং মতম মানগুম্বা তেরা মকোল অদুনা শিংলেন শেৎনঙমদবগী মন পুকনিং মতম মানগুম্বা তেরা মরু অদুগা মরু মফোল অনিমাদি সঙ্গ-পঙ্গ ওইদুনা লমলুপ থাইনঙমদ-বগী মালং মাইয়োক্লদুনা থাকংনবগী মরু মপুম অমবু অত্যা শূণ্য মরাইদা ঙমথংননা নোংলেন রাংনা পুথৎখিয়ে। দিক মাইকৈ থঙদনা ঙম্মা থৈখিরবগী মাইকৈ লমদম লাপ্পা পুখিয়ে। মতৌ অসি পান্দমগুম ইন্দ্রি ১১ মাগা পুকনিং হয়াউনরিবা নমু মীওইবশিংদো কোরৌ মুমিৎ কদৌমুংমমুং শ্রীহরি ইবুংঙোগী ছায়া উরুম চক্র মক্তবদা থরাই পোথা-ঙম্নরোইয়ে। মীবু ওইনা পোক্লুনা পুকনিং য়াকন নাইদনা উনবি

থৌত্তিকথোনবু ইন্দনা উনবি মনিংতম্না চৎলিবা অত্নশিংদি য়াউরো-শা লিনচেনগুম্বনে। ইন্দ্রি কত্তবা অদুবু সঙ্গ লমলুপ ওইনা লেংতিন্নরিবা ইন্দ্রি মনিং তম্না লমচৎ রাখি নাইদন্নবগী চিঙাক কারল চন্নবা সুজা নাক্তা ক্ষয়দুনা ঐনে ময়াই কানা পুক্নিং হন্নাউনখিন্নবা মথোয় অচু-গুম্বশিংদো তুপান শাগী পান্দমনে। মায়া লৈবা খৈবিকপু অতিং নোং-খিল নাইদনা লৈরাং হেকমায় কানা পুকনিং ১১ মাবু সঙ্গ মরুপ ওই-দুনা সাধু সঙ্গ তৌববু পুকনিং লাপ্না হন্নাম্থোক্লে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। পায়মা নঙগী উনকোয়নুংদা উনবি পুক্নিং কিনা নিঙলুগুনো। মন পুকনিং অদুবু উনবি ফিবম অশেংবনা কোয়ৌ নোংজারেনগী হৌন—মরমচৎপু ওইনা তৌজন্নবগা ইন্দ্রি ১১ মাবু থম্মোই থম্বাল ময়াইদা চঙনা শমু খুৎথুম চল্লকখৈঙেনে। হে কুন্তি সতি মপারী-ও! গুরু চিনসনা চিনবাম্থোংদগী অমৃত থুমখোইববু থম্মোই মাগী লৈকানুংদা শামন লৈচু শঙগুম চুহল্লবগা উনবি পরৈ চেৎনা নিত্তি ঐগী ইন্নমচৎপু কোয়ৌ নোংজা খুদিংগী মতম অহুমমাবু কাথ-হন্দনা শিংলেন ঐগী ইপা ওইববু খিজিক থন্না ওইন্নবস্নুং মন ঐগী পুকনিংনা প্রাণ থন্নাই লেপ্না নিঙজখিন্নবদি মতম ঐগী রায়েন গুজিল-লক্লবগা শমু খুৎথুম চল্লকখৈঙেনে। ভিক্ষারী তন্না চানিবনা য়িমলেন থোঙজিন খুদিং চঙনা তন্না চানিন্নকপবু মতম মাগী রায়েল ওই-রক্লবগা ঝুলি থাউজাউ থনজিল্লক্লে। জল লাইজা ঈরিক্লাইবু লাইজা লিক্লা থকমাদবনা কাল মতম ওইন্নক্লবগা পুলাং লুন্নোই থনজিল-লকয়ে। অসি লৈরাং মতম মানগুম্ববু থৌরম লৈবা খৈবিকমাদা পুকনিং অতংপবু লৈতনা নিঙজন্নিবা মীদো মতম মাগী রায়েন গুজিল-লক্লবগা লেপ্না তানক্কংজখৈঙেনে। হে অর্জ্জুন তেলহৈবা-ও! হায়না অস্নুম রাহমখিববু নাতারাগী ধনঞ্জয় পার্থ তেলহৈবনা-ম্নেংনা রাহমজন্নকয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! চীংঙু চক্রপানি অহেনব-ও! তাইবং নমু মীওইবা ঐথোয়গী মন পুকনিং অসিনা ইন্দ্রি ১১ মাক্তা পুম্না চঙলু-ওবদবা কম্বী মকম অমদু লৈন্নিয়ে। খোমলেন তুমহুনলিঙৈগী কাল

মতম অদুদা মন পূকনিং অদুসুং মৃত্যু অশিবগুম ফম্বি মকম লেপ্তদয়ে। ইন্দ্রি ১১ মাস্মুং য়াংলো লমশাং চৎপনা শমু মখোং চোকপগী অম্না পোত্থানখিয়ে। কাম লৌনিঙবা লনপাম ইথো লাংবদা পূকনিং অপেন ন্যাইদবা ক্রোধ কপ্পাউবা উগর নাপলয়াংবা, মদ মম্নাই কাবা, মোহ পূকনিং হুবা, স্তম্ভ সুংঙম্নবা মরম অসি থৈবিকপু ঙম্না কিম্নখিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিঙৈ আত্মা ব্রহ্ম কৌবা থম্নাই য়াইবিরেন শিদববু মন পূকনিং অদুনা করম তিমরুদবনো হায়না অসুম পাউহংলকপা অর্জ্জুন চিনগোয় ময়াথংবু নাতায়াগী চৗংঙু কৃষ্ণ শিদবদি লমলোই মাগী চান্নবা অর্জ্জুন শকথোং চিংন-য়েং মোমোন খোইরুম নোক্না য়াথং রাহয়কয়ে। হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও। চিনকোই নঙগী নয়াথং অসিবু য়াথং করম্বনো? নমু তুম্তানবা কনা অমনা নাতাখিরবদি মপল কৈরা তানজিম্নক্না কম্না কংঙমদবা মহৈ লেম্না মাঙহল্লে। নমু মীওইবসিনা লাইনিঙ থাজদবদো খ্বা য়োংগী মপোক্না লেপ্না তারুরঙেনে। খ্বা য়োংগী মরুপ্না পামেল উতোম্নক্না পোনবি মরুম মেংথাইয়ে। চেক্না মহুম চাইখাইরে। নমু পোংগী মরুপস্মুং স্তুরা রাংলৈ য়ুথকয়ে। শারেন শাবু চাবদা ইন্দ্রি লৈবা খিবিক্না পূকনিং হয়াউনরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। মরম অসি থৈবিকপু ঙম্না নিঙশিংলুবদা ভক্ত লেংনা তিনবনা নামুং হুবু পিদুনা অমো-য়েন চাহনবগুম পুক্লিং থেংকোই নীকপগী লাপ্না হুম্লাম্নোক্লখয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপান্নী লোয়ন ঐগী চান্নবা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব ও। বিষয়া মায়া ভমথিবা থৌরম ফঙবা থৈবিকপু পানবা কৈচেংলাংগুম পানগল থোইনা লম-কেথয়ে। মরম অসুম ওইরিবা মায়া লৈবা থৈবিক্না শমু খুৎখুম চল্লিবা তাইবং পোংবচাদো পায়মা মাগী উনকোয়স্নুংগীবু মনঅন্ধ মিৎ-তাংবা চেংলৌ চান্নমা তাঙলবা-ও তৌনা কৌয়ে। শংলৌ মাগী মথৌম্নাং য়েনলাং মঙ্গমতমগী য়াংলো লম্বী ফুলহনয়ে। মন অন্ধ মিত্তাংবনো মাইকৈ থোইনা মম্নবগী কোয়ৌ কদৌনোংদবু য়াংলো লমখুন থঙল-য়োইয়ে। হরি চক্র তমবিবা ঈরৈ ঙমক্দবদা পাপকী মপোক অতাক্লনা

হয়া হয়া লাকুরে। হয়া হয়া লিংখৎলে। থৌরম মাগী অকোনবদা ভোজরকপা মতুংদগী মহা নরক কোমজাউদা ফদ্বি মাগী অরোম্ববু ওইনখিয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নমু লিনচেন কত্তবা য়াউরো শাগী শারিংজেল লিংজেল থৈনা মাগুলিবা পাপী লিনচেন কত্তবা থৈবিক্তো ধর্ম্ম রারম অকবা কর্ণ মনাকোংবু নাকোং চাউফুনগুমলে। তাগজা মরৈলোম্না চেংলৌ মমিৎ তাগুগুমলে। মন মাগী পূকনিংসুং হরি চক্র মায়ানা হুম-কোঙ্গোই থুনা মগুগু লিচাউ থাংখিরবগী গুরু নাইবা থৌকাউরে। সাধু সঙ্গ ভোববু পূকনিং হুলাল্লমদুনা ইন্দ্রি অয়াম্ববু সঙ্গ মরূপ ওইনা লমলুপ লেংতিমখিরবগী কত্ত মহৈ অরেপ্পবু য়াথং রাহমখিরবনে। থৌরম অসি খগুনা হে পার্থ রায়রা ভেল-হৈব-ও। যোগী লেংনা তিনবনা মায়া অয়াম্ববু গুম্না ককথৎলম্লবগা শমু মাথোয়গী মহকশাংদা কাল মায়া মীনম্ববু পুম্না চগুহন্দরে। কাল কৌবদি য়োইময়াই য়িমচগুনা ইসুং মতম কংশিল্লক্লবগা জীবজন্তু থরাই নিংশা পাল্লিবা থৈবিকপু নিদ্রাম্বিনী থোমলেন তুমকুনহল্লিবা মহা-মায়া লাইরৈমনা হুম-কোঙ্গোই থুনা কাখিরবগী থরাই লৈবা থৈবিকপু থোমলেন তুমকুনহল্লিবা অদুবু কাল-ও ভৌনা কৌয়ে। অদুগুম্বা কাল তমথিববু ভক্ত লেংনা তিনবনা থয়া কোকথক্তা লাইজা ঈপক্লবগুম গুম্না থোৎথোক্লবগী ইসুং মতম অথেগুবদা ব্রহ্ম পরমাত্মা অনিমাবু মন মাথোয়গী পূকনিংনা ফদ্বি য়িমদিম্লদুনা পূকনিং হরাউ থোইনা ইসুং মতম হেম্লখিরে। রাত্রি অহিং অমম্ববু দিবা নোংথিল ওইনৈয়ে। বিষয়া মায়া অয়াম্ববুদি য়াংলৌ লম্বী কাওদবনে হায়বগী যোগী লেংনা তিন-বনা পনবাল লাপ্না হুল্লাম্লোক্লে। পায়মা মথোয়গী উনকোয়সুংদা ইন্দ্রি ১১ মাবু গুম্না কাজিল্লবগা মন মাগী পূকনিংদা গুম্না তিনশিন্নহল্লে। থৌরম অদু মতুংদা মন পূকনিং অদুনা আত্মাজ্ঞান শিদবদা চগুখিয়ে। মন আত্মা অনিমাবু ব্রহ্মজ্ঞান অরুবদা তিল্লুরে।

মতৌ অমুব ওইরিবা ভক্ত লৈবা থৈবিক্তো সংসার সাগর তমথিবা মায়া সমক্ত ঈরেনপুংদগী জ্ঞান থরাই মম্মিরেম্না মদোম লাঞ্জখিরবগা

শ্রীহরি ইবুংঙোগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা খুদা থম্বাল লৈখোং-বা ২ মাকী উক্রুম খোইরা চৌকপদা থম্লাই পোত্থানক্রুয়ে হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও। চৌংঙু চিনকোয় নয়াথংবু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাউ-ও। সাধুজন নমু মীপোক অফবশিঙ্গী লমচৎ অফববু লৌজহৈনে। নমু মীংতোল পাপী ফত্তবশিংগী লমচৎ অমাঙববু চৈরৈ কিদম লৌগুম লৌফরোইয়ে। শমু তুংওইননা লাপ্পা হুল্লাম্লোকহৈনে। পোনবি মচেং পাচামাদা লাউয়িবা পেনজোল মকু খৈবিক্লা ইদুং মতম অথেঙববুদি দিবা নোংথিল ওইনৈয়ে। দিবা নোংথিল অঙানববু'দ রাত্রি অহিং ওতনৈয়ে। মতৌ অসি পান্দমগুম ভক্ত যোগী খৈবিকসুং অহিং নোংখিল থোয়নেয়ে। তাইবং নোংশাপানগী কর্ম্ম লৈবা খৈবিও। ভক্ত লেংনা তিনবনা পুকনিং হরাউবিদরে হায়না অসুম রাহখিবা কৃষ্ণ চিনগোয় নয়াথংবু নাতারবদা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে।

হে প্রভু। ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনব-ও! নমু মীপোক অথোইবা সাধুজন অফবশিংনা মতৌ করম ওইনা কর্ম্ম অয়াম্ববু ঙম্না হুল্লাম্লোক্লবগা পুকনিং করম নিঙনা চাকচা কায় চারিবনো? মতৌ করম্ ওইরিবা মরম অসি খৈবিকপু হে নোংদম মপুরেন-ও! নদাইরেম ঐগী পুকনিং চিংনববু কোক্লবা য়াথং রাহম্বি-ও! হায়না অসুম পাউহমজরবদা চৌংঙু কৃষ্ণ অহেনবনা য়াথং রাহম্বিখিয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী! অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবা নঙবু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাউ-ও।

বিষয়া মায়া খৈবিকপু ঙম্না হুল্লাম্লোক্লবগা নমু মী মচং অফবা ভক্ত সাধু অড়ুশিংদি ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্লা পুম্না ফংঙমদবা চিন্তামনি রাংঙাগী হায়ফদবা পোৎশক্তো মতিক করি হায়সিবা! সুমিৎ কোটি লক্ষ ১০ গী তেজ মঙাল অরাববু হেন্না ঙানথোইবা দেবদেবং লাইমরু লাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি ইবুংঙোবু থম্মোই থম্বাল ময়ায়দা শামন্ লৈগুম চুদ্রুনা য়াইবি তোম্নৌ লিয়েৎনরবগা অহিং নোংথিল নাইদনা থম্লাই য়াকানরিয়ে। তম্না চাদংবা লাইজা ঈমোংবা অহিং থোমলেন ভুমকুনবা দিবা নোংথিল অঙানবা মরম অসি খৈবিক্লা খোইরম নোংদম

মপুরেন শ্রীহরি শিদববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা পুকনিং থাইনা ঙমদরে। সাধু মীপোক অথোইবা অদুগা প্রাণ থরাই মমিরেনগা হরি ঈশ্বর মপুরেনগা তুঙ্কানদরে। তত্ত্বকর্তা থরাই অমত্তনে। থর ই মথেন-সুংজিন্নবু নাত্তে চেংলৌ মম্না নিঙথিরে। সাধু ভক্ত অদুগী চংজেল মত্তোল লোয়মদরিঙৈনা হরি ঈশ্বর মপুরেনবু চেংলৌ মাগী মিৎলম থম্না মরৈরে। অদুগুম্বা ভক্ত লেংনা তিনববু খোইয়ম ব্রহ্মা মচিল ৪ পানবা-নচিংনা দেবরাজা লাইনিংথৌ ইন্দ্র সরারেন, খোইয়ম নিংথৌ লেংনা তিনবনা মর্ত্ত্যলোক কৌবা তাইবং নমু পোংলৈবাক লমদা খোইয়ম মমায় ওন্দুনা কোয়্নৌ নোংদামদনা পুরুম্নরিবে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। হরি ভক্ত অথোইবশিংগী মতিক অরূববু নাতাজরবা মীশিংদো লহান লাংওন খুদিংগী পাপ অয়াম্বদগী হৌজিক লাংওন অসিগী পাপ মশীং অয়াম্বসুং চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ঙম্না কোরুথিরে। প্রাণ থর ই থঙলবা সাধু মী অফবগী মতিক অরূববু কনানা হায়ঙমগবনো? ভক্ত লেংনা তিনবশিংদো প্রাণ মথোয়গী থরাইনা থৌরম অতৎপবু লৈতনা পরমাত্মা শিদবা অদুবু সঙ্গ পঙ্গ তৌদুনা থরাই লেংতিম্নরিরে। অহিং নোংথিল নাইদনা চেংলৌ মিৎকুপমরম্বু শিংলেন শেৎনঙমদরে। তাইবং নোংশাপানগী হরাউ মথোই তোংনা সুংঙাই মরাং কায়বা মশাবি মশানৌ মপারী সুংচানবা মমোম সুংওনবী ধন, জন মরল মচাক মপী মনাই থৌরম অসি খৈবিকপু পায়মা মথোয়গী উনকোয়সুংদা কোয়রেং থোইদিং মরম্বু পুকনিং হরাউরুদরে। শাগৈ মাগী মচেংপাচামাবু ওই-ররবসুং লমলক তুঙানবা থরাই কনাগুম্বা অমবু ওইরবসুং জীব জন্তু থর ই অমত্তনে হায়না ঙম্না উথিরে। হে ধনঞ্জয় তেলহৈবা নঙবু পায়মা নঙগী উনকোয়সুংদা ভক্ত লৈবা খৈবিকপু থবক মশীন লৈতনা মচিঙ্গাকপু মতৌ করম ওইরিগবনো হায়না পুকনিং চিংনরিংদো পস্থৌ পলেম অনিমানা লম্নক অতাম্বগী মরাম রায়থুংলুরবগা মপারী মমোম অনিমা অঙাং মচন মোপ্রানা মপল অনিমাগী ফৈরা তানচিঙ্কক্তা মদোম চেন-শিন্নখিবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু ঙৈরৈ ফি-মঃয়ান তরা চেঙ মচং

তাইবং চিঙ্গাক অহাউ অথুমবা পুন্নমানচিংনা ভক্ত লেংনা তিনবগী গুণ মতিক অপোইবদা গুম্না চেনশিন্নখিয়ে। নদী জল তুরেল অপিক-অচৌ লাইনা চেল্লিবা থৈবিক্লা লাইজা সমুদ্র ঈরেনপুংদা তিল্লুয়ে। অদুগুম্না মতম মানগুম্বনে। ভক্ত লেংনা তিনবগী মতিক অন্নববু কনানা হায়গুমগবনো ? মালেম তাইবং পানবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু তরা মখোয়গী চেংজেল ওইনরিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী-ও! নির্তিগুণয় মণি য়াইস্থ মক্তববু তানফংজরবদা পিথ্রাই মমল লৈতববু থৌরম কদোনগবা ? অসি লৈমাং মতম মানগুম্ববু ভক্ত লেংনা তিনবনা ব্রহ্ম, আত্মা অনিম'বু হুলাল্লবগা মায়া কর্ম্ম অন্নাম্বু কোয়ৌ কদোনোংদা পুকনিং লনপাম্বিদয়ে। অদুগুম্বা ভক্তজনগী মরূপতো আত্মা ব্রহ্ম অনিমাগী অমৃত অথূম্বু মন মখোয়গী পুন্নিংনা থৌরম অতৎপবু লৈতনা চুপচরিয়ে। থোইরম ঈশ্বর মপুরেনবু নিঙজরিবা ভক্ত লেংনা তিনবা থৈবিক্তো লাংওন মপোক থুদিংগী তৌজ লনওন মহৈনা মুহ অণ্ডকপা লোভ লৌনিংবা অহঙ্কার লাপল য়াংবনচিংনা বৈরী য়েন্নবা পূক্লিং মরম অহুম্মাবু শমু খুৎথুম চনখিয়ে। থরাই লৈবা থৈবিকপু শমু ঐগী ইহকশাংনে হায়না গুম্না লৌজঙমখিরে। মতৌ অসুম ওইনা পুকনিং থোইনা লেপখিরবা মন মাগী পুকনি'বু থোইনা শংশং থোইরবা অতুনা মহা সৎ উনবি পুকনিং লেপ্পা নিংজখিরবগা আত্মা ব্রহ্ম অনি মাবু তানফংজৈয়ে। গুরু চিনসনা চিনবাস্থোংদগী মথং মথং হোঞ্জিনখিরবগা পরং ব্রহ্ম চঙখোনবা দেবদেবং লাই মরু লাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি অথোইবগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা থুয়া থম্বাল লৈকা অনৌবা ২মাবু লেপ্পা তানফংজরুইয়ে। অদুগুম্বা আত্মা, ব্রহ্ম ২ মাবু তাইবং নমু পোংব-চানা লহাননোং হয়িচকঙৈগী হৌনা থোইয়ম মাগী থুয়াবু নিঙজয়ক্তবগীবু ওইরবস্থং হয়েং মাগী আয়ু মপুঙ্গিনা চেংজেল মতোল লোয়াইদমদা গুরু মপাউতাক্তগী ধর্ম্ম চঙখোনববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা নিঙশিংজরম্নবগা পায়মা নিংশা থম্না তিনপাল থোকথৈ নেমখিরবদি য়ারম অরেপ্পা থুকম অথোইববু লেপ্পা তানফংজরুইয়ে।

থুকম অথোইবা কৌবদি থোইয়ম ব্রহ্মা শিদবগী শালগ্র-ও কৌবদি নাভি থোরথৈ-সুংদা শমক্রু মশক ওইনা তিল্লুববু শালগ্র-ও তৌনাকৌয়ে। শামৈত্র-ও কৌবদি থোইয়ম নোংদম মপুরেনগী চীংঙ্, শমু নাক্তা নক্না দর্শন চেংলৌ শকউননা থোইয়ম থৌগল ফংজরুববু শামৈত্র-ও তৌনা কৌয়ে। দাস্থি-ও কৌবদি কমল লোচন ইবুংঙো শ্রীহরি লাইমরুগী দাস মনাই ওইনা পোক্লুরবগা চীংঙ্ মাগী খুয়াবু থৌগল অতৎপবু লৈতনা সেবা থৌগল কংজরুববু দাস্থি-ও তৌনা কৌয়ে। অদুগুম্বা পরংব্রহ্ম চঙখোনবা হরি নোংদম মপুরেন ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্লা পুন্না কংঙমদরবা শিরোমনি লুচিংবা রত্নমণি য়াইমরু চিন্তামনি য়াইওম্লোক হরি ঈশ্বর মপুরেনবু তাইবং নমু পোংবচানা গুরু থৌজাল মপাউত্তাক্তগী অমৃত অথুম্ববু লৌজরবগা মহা সৎ উনবি পূকনিং লেপ্পা নিঙজ শোঞ্জরিবা মীদো সংসার রাংমা লানখিরবগী তাইবং পোক্তা শিদবা খোইয়ম মাগী ফম্বিবু লেপ্পা তানফংজরুইয়ে।

থৌরম অসি খঙনা ব্রহ্ম পরমাত্মা অনিমাবু গুরু চিনসনা চিনবান-থোংদগী উনবি পরৈ চেৎনা লৌজরগা মায়া সমক্র ঈরেনপুংদগী থরাই অরানববু লেপ্পা তানফংজৈঙনে। কলি মায়া তমথিবা মৈচাক অচৌববু মুৎনবা ব্রহ্ম আত্মা অনিমাবু উনবি পূক্লিং পুন্না লৌজবগা উপায় পাঙ্গল ওইনৈঙনে। মতৌ অসুম ওইনা চৎচরিবা মীদো যম কাল তমথিবা যন্তবা মায়া মৃত্যু খৈবিক্ল পুন্না চঙঙমলুদরে। হে ধনঞ্জয় পাঙ্গলব-ও! মতৌ অসুম ওইরিবা অমৃত থুমথোইবা ধর্ম্ম অরুববুদি তাইবং নমু পো বচানা বিষ হূরেন অমোববু ওইহল্লবগা পুক্লিং থেংকোই নীক্লা তুংওই হুল্লাম্লোক্লবগা নারক থোইনা কুংলবা পুকনিং থোইনা হরাউনরবগী নৃত্য চুকোই শানরিয়ে। বন নারক অকুংবা কৌবদি তাইবং নোংশাপানগী পম্লৌ পলেম অনিমানচিংনা শাবি শানৌ শেনলৈ পাহরৈ মোমসু মশানৌ মপারী সুংচানবা মমোম সুংওনবি ধন-জন মরল মচাক মরম অসি খৈবিকপু বিষ্ণু মায়া তমথিবা নারক থোইনা কুংলব-ও তৌনা কৌয়ে। মায়া অসি খৈবিক্লা হুন্ন-কোঙ্গোই থুনা কাখিরবগী মায়া কর্ম্ম থৌরম

অয়াববু য়ারম অঙকপনে হায়না লৈরাং হেকমায় কানা পুকনিং য়াম্না হয়াওনরিয়ে। তাইবং কোয়ৌ নোংমাথাদা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা তম্নরিবা অসিবু চুকোই লেংগা পান্দমনে হায়ববু উনবি নিঙনিং লৈতনা য়াঙ্গোইনরিবা অসিবু নারক থোইনা শোঙবদা নৃত্য চুবোই শাব-ও তৌনা কৌয়ে। তাইবং ৽মু পোংওইবগী শমু মহকশাংদা থরাই য়াই-থিরেম্না চঙনা লৈরিবা অসিবু ফম্বি মফম অরেপ্পবু নত্তবনে। থমলা লাকোংথক্তা লাইজা ঈপকপিদবগী লৈরাং মত্তুং মানগুম্বনে! চেংলৌ মিৎকুপ মরমদগী শিংলেন লৈগুম কেমলৈয়ে। থরাই কনাগুম্বনা পুক্লিং থোখামঙম্লুদে। তাইবং শিংলেন অরেম্বা নমু লৈরাং অতিংঙানে। থোরম অসি খঙনা ইহাক ইথম্নবু ইদোম পুকনিং য়ারকচরবগা গুক লাইগী থুয়াদা উনবি পরৈ চেৎনা লৌজহৈনে। মতৌ অস্নুম ওইরবগা ধর্ম্ম অথোইবগী মহৈ অরেপ্পা তাইবং পোক্তা শিদববু লেপ্না তানফংজহৈনে! মতৌ অস্নুম ওইরিবা ধর্ম্ম লম্বি অফববুদি তাইবং নমু মীওইবনা পন-বাল্ লাপ্না হুল্লাম্মোক্লবগা নমু কনা অমগী মমোম লাংচেং মথোক্লপীগা মিপা কনা অমগী মপায়ী যৌবন মথোক্লকপগা মরান সুহোঙ খোংদোং-বিয়ে। কোয়ৌ অচুনোঙ্গীমথৈ সুজা লাংচেং মথোকলকপিগা থংলেন মপু অয়োইববু চেংলৌ মিৎথিৎলুবদা মোমন্থ পুকনিং পেম্না হয়াউখিয়ে। পাখং যৌবন মথোক্লকপনস্নং মোমন্থ মশানৌবু মিৎয়েং শানথৈরুবদা তনবা পুকনিং পেম্না হয়াউমথৈ লৈতরে। মতৌ অস্নুম ওইনা পাখং সুরা অনিমাদো মপল মথোয়গী শাৎমাবা পলেম পম্হৌ অনিমা শাগে মচেংপাচামা মরম অসি থৈবিকপু ঙম্না হুল্লাম্মোক্লবগা শমু মবিংঙাগী মহকশাংবু সুংঙাই মরাং কায়নবা হৈনা পুকনিংগী মরম্থু থোরাং শাজেন চাউনা লিংখৎলে। তনবা মোমন্থ অনিমাদো মতম খরা লৈখিরবগা খোইয়ম লাইগী নোংদম্না মপারী মমোমলোনবু শাৎলক্লে। তাইবং মোংশাপানগী মপারী মমোম অনিমাদো রাহু শাগী মশকনে। মপল অনিমাগী ইন্দ্রি ১১ মাবু রাহু মশক ওইরিবা মপারী মমোম অনিমানা ঙম্না চাহৎলবগী মপল অনিমাদো মায়া তমথিবদা মাইকৈ ১রক থোইনা

মমহৌখিয়ে। মতম খরা লৈখিরবগা মপারী মনোংয়াই পুন্নমানা শঙলেন কারেল থন্না য়ানশিল্লকলে। অসাইডৈগী পাথং মুরা ঔনি মাদো হনবা ইয়েংচন হমু মালৈ কাববু থরাই কনাগুম্বনা মাই য়াকন ভম্লুদে। শম্লাং য়েনপোক থোকনা হনবা কুয়াং-উনবু হকচাং থুপচঙনখিয়ে। মাই-মাই হায়না চিংথুনা মমীং শিংনা ফৈচ্ছননা কৌরোং পানপাই নীকপগী শমু খোংথাং চুমঙমদরকলে। কর্ণ মনাকোং অ'নমাবু পোংপাউ কৎমাঙননা নাকোং য়াতা চুমদরে। চেংলৌ মিৎকোইথোং অনিমাস্থং মিৎয়েং খুভম চিন্না মিৎবৈ পোরোং শুম্বগী নমু চেংলৌ শকথন য়োনশিল্লকলে। মপারী মনোংয়াই ওন্নমানা তরা চামায়োনবু শঙলৌ মথেল য়েল্লম শেন্না পিরুবসুং মাইকৈ পান্দম লাক্লা চঙজ ঙমদরে। মতৌ অসুম ওইশিল্লরুবসুং হে ধনঞ্জয় পাঙনব-ও। অসাইডৈগী হনবা হমু অনিমাদো কোয়ৌ কদৌনোংদবু হরি লাইগী খুয়াদা চেংলৌ মিৎকুপমরমদবু উনবি নিঙশিংববু পুন্না লৈরুদে! আয়ু মখোয়গী মপুনসিনা চেংলৌ মিৎকুপ খুদিংদা কুমার চক্র লৈগুম চেন্না লৈরিববু পুকনিং নিঙশিংজরুদে। অমর শিরোই-দৌবগুম তনবা হমু অনিমাদো আয়ু মবিংঙাগী মপুনসিনা লৈরাই চাংজৌ অঙম্বদা লেপকুম লৈরিববু পুকনিং চাউনা লিংখৎলিয়ে। ভক্ত লেংনা তিনবনা হরি লাইগী খুয়াদা অহং নোংথিল না দনা পুকনিং থৌকাউদবগুম হনবা হমু অনিমাদো মপারী লেংনতিন মনোংয়াই নাকলৌ শীনবা পুন্নমাকীদমকপু নমু মীওই মায়নবা হায়না অহিং নোংথিল নাইদনা মায়া থৌরম অয়াম্বদা উনবি ময়োল খন্দুনা থৌরম কয়ামরুপ্ত চাউনা লিংখৎলিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা হনবা হমু অনি মাদি নারা মখুডৈগী হৌনা হরি গুরু লায়ববু য়াথং অমরক্তবু শোপ্তরমদনা পায়মা নিঙশাখম তিনপাল থোকমৈ নেন্না আয়ু মপুন-সিবু চেংজেল মতোল লোম্নখিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জুন য়ায়রা তেল্লহৈব-ও। মতৌ অসুম ওইনা তাইবং নমু মীওইবনা মায়া অয়াম্বগী গৃহ য়িম্নাইথোগী

মায়া কোম্পুৎ তমথিবদা থরায় য়াম্না পুথনরিয়ে। মন মাগী পুকনিংনা লৌশিং লিরৌ উজগ্গুমদরবগী অধর্ম্ম ফত্তববু ওইখিরে। লৌশিং লিরৌ হুক্রা উজখিরবদি ধর্ম্ম অকববু তানফংজেয়ে। তাইবং নোংশ-প্যানগী তনবা মিপা ১ গা মোমন্নু পুক্না অমগা পুনা পাবোৎ কায়দনা নাথা পাংশোই নৌক্তনা য়াঙ্গোইমন্নরিবা অসিবু তাইবং হৌন মরম-চৎনে। মোমন্নু মুক্তা নত্তনা মর্ত্ত্যলোক মালেম তাইবংপানবদা থৌরম মশক অমা লৈতে। তনবা মোমন্নু অনি মানা সম্ভোগ য়িম-দ্রিম্নবগী মহৈ অরেপ্পনা তাইবং নমু মীওইবা অসিবু হম্ন হম্না লিংখৎনরকয়ে। নমু মীবু ওইনা পোক্লরবগা লহান লাংওন অমরক্তী নোংদম ঐগী ইরকপবু চেনকদরবগী হৌজিক লাংওন অসিদা মুক্তা থৈবিক্না লম্লেন থাকাংননা ফাউররে। খোইয়ম লাইগী মিৎয়েং ওম্না শমু ঐগী নাক্তা থারিবীবু হেন্না নমু হেকমায় কাদুনা লৈনম খুরান নম্না উনবি পুকনিং ফারোইয়ে। মোমন্নু মুক্তা থৈবিকপু মযোম মচল মচা পলেম মমা মমাত্তোন ওইনা উঙেনে। গৃহ ঐগী য়িম-লেন মথুং মুম্নবা চৈরৈ ইকিশেৎ তরা চিঙ্গাকীদমকপু তাইবং নোং-খোপাকসুং উজঙেনে। পায়মা ঐগী উনকোয়মুংদা গুরু মথৌজান্দগী তানফংজরকপা পোৎশক ঐগী অরেপ্পসুং পায়মা উনকোইমুংদা থৌরম অতৎপবু লৈফরোইয়ে। পুকনিং থোকাউ নাইদনা উনবি পরৈ চেৎনা লৌজঙেনে। হরিগুরু অনিমাবু নত্তনা উনবি পুকনিং লেপ্পা তাউজা লৈত্তোন নানি লোঙদরঙেনে। কর্ণ ঐগী ইনাকোংনা হরি গুরু অনি মাগী গুণ মতীক অরুববু নাতাজরুবদা চুপলেন নাবু য়ুংনা নাতাজঙেনে। চিনথোক নত্তবা চিনথোই তানববু লাপ্পা হুল্লাম্নোক-ঙেনে। থৌরম ফত্তবা থৈবিকপু পায়মা উনকোইমুংদা পুম্না পুশিনলুকরোইয়ে। গঙ্গা লাইজা ঈরিক্লাইগুম্না পুকনিং থোইনা শেংথোক্লা উনবি ফিবম ওইনঙেনে। থৌরম লৈবা থৈবিক্তা সত্য অরেপ্পবু উনবি পুকনিং চেৎনা লৌজঙেনে। বিষয়া য়িম্নাইবগী কর্ম্ম থবক অয়াম্বু শুজঙেনে। মতৌ অম্তুম ওইনা তাঙ্গা ফৈকং-মাবু

তানফংজরবগা তরা চিপ্পাক রাম্না শিংলেন ঐগী ইপা খোকপা শংলো চম্না ফুংপবু ওইরবসুং তরা লুকমায় লেম্না হরি গুরু ইবুংঙো অনি মাগী সনা মখোঙখাদা কৎচরবগা চীংঙ্ প্রসাদ মতংখাকপু খুজৈঙনে। মতো অসুম ওইরিবা নিতি মাগী মরমচৎপু কায়দবা তাইবং নমু পোংবচাশিংদো কোলোয় মাগী মমিংথোংবু সাধু মী অকব ও তৌনা কৌযে। অসিগুম্বা সাধু অফবা অদুগী থম্মোই থম্বাল মসুংদা দেব শ্রীহরি শিদবনা চীংঙ্ মাগী খোইয়ম ফম্বি অচেৎপবু ওইবিরিয়ে। কাউরেন যণবী চাঞ্জেনবীনা যম্নাউ তুংরিন-বিবগুম সাধুভক্ত অদুগী গৃহ য়িমলেনয়ায়দা পুত্র মপারীগুম্বা লোকলো নাককোম্না য়াঙ্গোইবিরৈয়ে। লমলোই ঐগী চান্নবা হে ধনঞ্জয় তেশহৈব-ও। ভক্ত সাধু অথোইবগী মতীক অরূববু কনানা হায়ঙমগবনো ? অদুগুম্বা ভক্ত সাধু অদুবু মন পুকনিং অসিনা সত্য অরেপ্পগা লোয়ননা পুকনিং শিথুন চুমখিরবদি সাধু ভক্ত থোইখিরে। থৌরম অ'স খঙনা পুকনিং শিথুন চুম্নবা সাধু সঙ্গ তৌথৈঙনে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী-ও! নমু মাগী মপোক অহিবু নত্তনা ধর্ম্ম লন্ তাম্নববু পুম্না নৈতে। মীপোক ফংঙমদববু তান-ফংজরবদা জিবিজয় য়েম্নমা থরাই লেম্না মাঙহল্লে। নমু কম্বি খোয়নো ? তাইবং শিংলেন অরেম্বা নমু নৈরাং অতিংঙাবু ওইহল্লে। মীপোক ফংঙমদববু তানফংলিঙৈদা গুরু নাইবা থৌফাউরে। সাধু সঙ্গ তৌরোদে। মহামন্ত্র অরূবা হরি অক্ষর ময়েক অনিমা অমৃত থুমথোইববুদি নামুং হুবু পিদ্রনা অমৌ য়েনচা-নবগুম শমু তুংওইননা লাপ্পা হুল্লাম্মোকলে। নমু মীবু ওইনা পোক্লিঙৈনা থৌরম অফবা ধর্ম্ম অথোইববুদুম চেঞ্জরিঙৈনে পুক্লিং চিংনরিঙৈদা থৌরম থিনখিরবদি যম-কাল মৃত্যু মায়া তমখিববু শমু খুংথুম চনখিবনা যম তমথিবা কাল ফত্তবা কৌবদি কোরৌ থুমিৎ খুদিংদা আবু মাগী মপুনসিবু যম তমথিবা কাল ফত্তবনা চাথিরবগী পুনসি মমেং তানৈয়ে হায়বগী যম-কাল-ও তৌনা কৌয়ে। মায়া-ও কৌবদি গুরু লাইগী খুয়াবু পুক্লিং

থোকাউশিল্লবগী বিষমায়া তমথিবনা হুম্ম-কোন্দোই থুনা কাখিরে হায়বগীদমক মায়া-ও তৌনা কোয়ে। মৃত্যু-ও কৌরদি মৃত্যু অমন্ থমলৈ পাউথেম্বীনা থমখিরবগী তিনপাল খোবমৈ নেমনা নোংমম্ম-খিরে হায়বগী মৃত্যু ও তৌনা কোয়ে। নমু মীগী মপোকপু ধর্ম্ম লনতানকমনে হায়বগীদমকপু খোইরম ব্রহ্মা মচিন মরি পানবনচিংনা দেবতা লাইরুপ অয়াম্বনা তাইবং নোংশাপান্দা নমু মীবু ওইনা থোকলুরবগী ধর্ম্ম লন তাঞ্জরুগে হায়না অসুম নিঙথঞ্জখিববু খোইরম ঈশ্বর মপুবেন দেবদেবং লাইমরু লাইগী লাই থোইকোইবা শ্রীহরি ইবুংঙোগী চীংঙ্ থৌদা মরায়েননে। খোইরম লেংনা তিনবদি চেংলৌ মিৎকূপ মরম্মু পুম্না শঙজ-ঙমদবগী নমু মীগী মপোকপু তানকং ঙমদরে। চীংঙ্ মালেম লৈশেম্বা বিরিঞ্চি ব্রহ্মা শিদবদি চৌদ্দ-ভুবণ মরোল ১৪ মানচিংনা চক্রসার চেকপন অচৌবা সমুদ্র ঈরম তরেৎমা, সুমেরু চোয়নৌ সনাচীং, নদ-নদী তুরেল লাবা অমোম পুম্নমা দেব লাইনচিংনা রাক্ষস হিংচাবা চীংমু চীংজাউ মশীং পাঙমদবা জীবজন্তু থরাই নিংশা হোল্লিবা পুম্নমাবু খোইরম মানা শানশেমরে। মরম অসি খৈবিরুচিংনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু মতৌ করিগুম্বা অমদগী রাংঙম চিদাই নাইনা থরাই অসি খৈবিকপু মাঙখিরগনি হায়না অহিং খোমলেন তুমকুনবা নোংথিল মিৎয়েং নাউশুম্বা তরা চাদংবা মরম অসি খৈবিক্তা চেংলৌ মিৎকূপমরম্মু পুকনিং শংজ লৈতনা থৌরম চেৎনা য়েংলিয়ে। চীংঙ্ মহাবিষ্ণু শিদবসুং মালেম সংসার পুম্নমাবু অরা লৈখৈতাবা করম্ববু থোকখিরগবনো হায়না অহিং নোংথিল নাইদনা থৌরম চেৎনা য়েংলিয়ে। চীংঙ্ তমগুণ লাইয়িংথৌ খোইরম মহেশ্বর অথোইবা চীংঙ্ মহাদেব শিদবনা মহাপ্রলয় অচৌবগী কালকূত কৌবা মৈচাক অচৌবনা রায়ক্তরিঙৈদা জীবজন্তু থরাই নিংশা পাল্লিবা পুম্ন-মাবু ঙম্না খোমশিল্লোরবগা মৈচাক অচৌববু কংহল্লোই হায়না থৌরম চেৎনা ঙাক্লিয়ে। ব্রহ্মাণ্ড মালেম তাইবং পাল্লিবা পুম্নমাদি চিংখৈ লৈচু ভরেৎ মানে। লৈচু ভরেৎ মাদগী মধ্যম ময়াই চল্লিবা লৈচু

খোইনা নিঙখিবা অদুনা চীংঙ্ মহাদেব শিদববু য়াউরিয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু সমতুল্য পাংথক মান্নবা মালং নোংশিৎ তোংলেং নামিববু লেংলেং চীক্লা হুম্নিডৈ চীংঙ্ তমগুণ লাইমিংথো নোংপোক মালং হুমওইবনা মালেম তাইবং পানবগী থরাই অচৎ-চত্ত পুম্নমাদা আহার মথোয়গী মচিঙ্গাক্লচিংনা কুচু মশক থোক্লা চাউনা-শাংনরিবস্নুং ঙম্না শীন্না য়েংবিরিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা সংসার পুম্নমা অসিবু কোরৌ নোংদামদনা মালেম নৈরোল তরেৎমা .কারৌ নো লে.ন তরেৎমা মরম অসি থৈবিক্কা চীংঙ্ মানা চত্তুনা থরাই নৈবা থৈবিকপু কোরৌ নোংদামদনা থোইয়ম মানা য়োকপিরিবগী চাউনা শাংনরিবনে। চৌদ্দ ভুবন মরোল তরামরিমাবু থোইয়ম মাগী শমু মাগী খোঙ্গুলদা তাববু কোয়রেং থোইদিং মথাই মরমদবু হাঙদরে। থরাই অচৎ-চত্ত পুম্নমাবু নোংদম নোংখাইবিয়ে হায়বগী জাবকাক্ল-ধ্বংসি কৌবস্নুং থোইয়ম শিদবা মহাকনে। চীংখৈ নৈচু তরেৎ-মাবু শমু খুৎথুম চন্না কার্ত্তা য়ায়েনবিরিয়ে হায়বগী চীংঙ্ কোলোয় মমিংথোংবু ঈশান্নাথ হায়না কোলোয় অসুম মীঙ্গৌনরিবস্নুং মহাক্লে। নৈরোল নোংলোন অহুমমাগী পাপ কত্তবা থৈবিক্লা চীংঙ্ শমু নাক্কা নক্লা চঙশিনখিরবদি শীংজং থুত্তা শূনা ককথৎপিরময়ে হায়বগী-দমকপু থোইয়ম কোলোয় মমিংথোং অমস্নুং খণ্ডপ্রস্থ হায়না কৌরি-বস্নুং মহাকনে। হে পার্থ য়ায়রা তেজনৈব-ও! হরিভক্ত অথোইবা-শিংনা মন মাথোয়গী পুকনিংদা আত্মা ব্রহ্ম অনিমানচি না। মথং মথং চিংশিনখিরবগী দেব লাই অথোইববু তানফংজরুইয়ে। অদুগুম্বা দেব লাই অথোইববু গুরু য়াথং চিন্দুংইন্না কোরৌ লনশাজবা য়া.বন পাউফাজরবগা দেব লাই অদুনা দেবং শ্রীহরি অথোইবগী চীংঙ্ সনা মথোংথাবু তানা হরি ভক্ত থৈবিকপু ঙম্না পুশিনবিখিয়ে। অদুগুম্বা দেব লাই অদুনা মালেম তাইবং পানবদা থোইয়ম মহাদেব শিদবা হায়না কাউবিরবগা থরাই অয়াম্ববু থোইয়ম মানা কার্ত্তা য়ায়েনবিরিয়ে। হরি ভক্ত অথোইবগী মরু লুচিংলিবদি থোইয়ম শিদবা দেব লাই

অদুনে। মতৌ অসুম ওইরিবগীদমকপু সন্ন্যাসীগী মরূপশ্রা শিব পার্ব্বতী অনিমাবু থৌরম চেৎনা লৌজরিবনে। হে পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী, অর্জ্জুন বীর পানগনব-ও! পঞ্চানন তাণ্ডবা লুরেন মণ্ডা পানবা হর নোংপোক মহাদেবগী মতিক অক্নববু য়াথং শুপ্লাক লৌনা পান্দম মপা থিজিক্কবু রাহমথিরবনে। অসিসুং মদোমদে।

কাশ্যপ মুণিরেনগী মনোংয়াই রবি শুমিৎ মপারী ধর্ম্মরাজা যম নিংথৌদো পরংব্রহ্ম চণ্ডথোনবা শ্রীহরি শিদবগী থৌথা মরায়েননা চৌদ্দ ভুবণ মরোল তরামরিমাগী থরাই অচৎ-চত্ত পুন্নমাগী পাপ পূণ্য খায়না কার্য্যা রায়েল্লিবগী চেংলৌ মিৎকুপমরমবু পুকনিং শংজ লৈকদে। মতৌ অসুম ওইরিবগীদমক নমু মীপোক অথোইববু ওইনবা ধর্ম্ম লন তাল্লুববু তানফংলদে।

চৌংগু নিরঞ্জন শিদবা শ্রীহরি মপুরেনগী চৌংগু শমু মহকশাংদগী মদোম হান্না শানফোংলকপি আদি শক্তি অহানবী ভগবতী লাই-রৈমদো লৈরোন নোংলোন মরোল তরামরিমাগী থরাই অচৎ-চত্ত পুন্ন-মাবু তেঙথল ফোলাং ওইনা লেঙহল্লিবিসুং য়োইবু মায়া ওইবিরিবীনে। খুৎশূ তরা শূরিবী পামবোম তরা পাল্লিবী য়োইবু মথৌজান্দগী মালেম তাইবং পানববু লিংখৎপিরকপসুং মহাকনে। থরাই পুন্নমাসিবু নোংদম নোংখাইখিরিবগী চেংলৌ মিৎকুপমত্তবু পুকনিং শংজলৈখিদে। সুরভি খণয়াই লৈমদো মালেম তাইবং পানবগী পলেম মমা মহাকনে। অদুগুম্বী জগৎমাতা লাইরৈমদো থোম্লাং চৈজেন মরি পাল্লে। থোম্লাং চৈজেন অমনা কোরৌ নোংলাংপান স্বর্গ নোংথৌ লাইরৈবাকপুং থাল্লরিয়ে। থোম্লাং চৈজেন পাংমানা মালেম লৈথারোন তরেৎ মাগী আহার মচিঞ্জাকপু ওইনা য়োল্লরিয়ে। থোম্লাং চৈজেন মানা মর্ত্যলোক কৌবা মালেম তাইবং পানবগী থরাই অচৎ-চত্তবা পুন্নমাবু থাল্লরিয়ে। থোম্লাং শিশিন পাংমানা মমোম কামধেনু কৌবিবু নাউয়োল্লরিয়ে। চেংলৌ মিৎকুপমত্তবু থৌরম শংজদবগী তাইবং নোংশাপান্দা নমু মীপোক লৌনা ধর্ম্ম লন তাল্লুববু ফংজঙল্লদে। মিত্রায়নি কৌবি

মহামায়া লাইরৈবমাদো মালেম সংসার পুম্নমগী থবায় অচৎ-চত্তা থৈবিকপু য়োইবু মাগী মায়া তমথিবনা অমরক থাজিল্লে। মায়া অমরক থাজিল্লবদা থবায় নিংশা হোল্লিবা পুম্নামাবু শমু মাখোয়গী হকচাং কাউনা খোমলেন তুমকন্নখিরে। মায়া অমরক লৌথোক্লবগা খোমলেন মিকপ থোক্লা উন্না নিঙশিংনরকয়ে। মতৌ অসুম ওইনা নিত্রায়িনী খোমলেন তুমকুনহল্লিবী মহামায়া লাইরৈমাদো মায়া তমথিববু অমরক হাপশিল্লকয়ে। অমরক লৌথোকয়ে। লৌথোকলৌশিন লাক্লবগী অহিং নোংথিল নাইদনা চেংলৌ মিৎকুপ অমবু শংজদে।

সারদা কৌবি সরস্বতী লাইরৈমা বিদ্যা লাইরিক লৈমদো বেদ পুরান পুম্নমানচিংনা তাইবং নোংশাপানগী মন্ত্র তন্ত্র [illegible] মহৈ মশীং থিঙমদবা থৈবিকপু য়োইবু মানা শীন্দুনা উন্না তৌখিরিয়ে। য়োইবু লক্ষ্মী লাইরৈমাদো মালেম তাইবং পানবগী মহৈ শিনশু অয়াম্বনচিংনা লৈবাক কৈদোম খুদিংগী চাহৈ চারোং অয়াম্বা হৈমুন লামুন থৈবিকসুং মরম অসি থৈবিকপু উন্না শীন্না পুবিরিয়ে। আনন্ত পাকল য়াইমক তোকলেন লিশিং পানবসুং মালেম পৃথিবী লৈময়োল ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু কৈজা পোপতেক লৈগুন্না তাংজা লিলাথক্কা পুনা লৈরিয়ে।

চীংগু ইন্দ্র সয়ারেন পুরন্দর নোংখাই মপু নিংথৌসুং লৈবাক কৈদোম খুদিংগী পাপ পুণ্য মথাই য়েংনা নোংলেন চাইজি য়িথারিয়ে। বরুন নোংলাই পাঙ্গনবনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাগী পাঙ্গল য়েল্লিং চোংনবা কোয়ৌ নোংজারেনগী লিক্লা লাইজা ঈহল্লিয়ে। য়ালং নোংশিৎ নিংথৌনা মালেম তাইবংপানবা পুম্নমাবু তাইবং পুম্না য়াওলগনে হায়বগী মায়কৈ তরামাবু নোংশিৎ মথোঙ হাংনা শিৎপিরিয়ে।

ইন্দু রবি কৌবা সুমিৎ থা অনিমানা তাইবং রিম্না মন্নগনে হায়বগী অহিং লেংওন্না নোংথিল লেংশিন্ননা চেংলৌ মিৎকুপমতুবু অরা পোথা নাইদনা তরা মচিঞ্জাকপু তুলাই রথ-থক্তা তরা চৎনা চাইয়ে। খোমলেন চৎনা তুমরে। পুকনিং মথোয়গী শংজবরু পুন্না লৈতনা

থোৱম চৎনা থোদোৱিরে। তারা কায়নৌ থরানমিচাক্লা থরার নৈবা খৈবিক্কী নক্ষত্র ক্ষেনলেন মতম থওনবা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু অহিং নোংথিল নাইদনা চেম্না চেম্না চৎলিববু চেংলৌ মিৎকুপ মরুম্বু অমা পোথা নাইথিদে। চকমোম মৈতরেং লাইজা ঈরিক্লাই অনিমানমুং তাইবং নমু পোংঙইবনচিংনা জীবজন্তু থরাই নিংশা পাল্লিবা পুম্নমাগীদমকপু থোৱম মবিংঙাগী মপা থোকপা খৈবিক্লা চেৎনা থোদোৱিয়ে। মায়কৈ নিপানমা শুংদাই তরাতরুকমা শিংথাই হুমকুমাথোইমাগী দেব শলাই- রূপ অয়াম্বমুং ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু থোৱম করিগুম্বদা শোয়খিরগনি হায়- বগী থোইয়ম মায়কৈ ঙাকপা খৈবিক্লা মাগী মাগী মায়কৈদা থোৱম চেৎনা ঙাক্লৱিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনবা-ও। তাইবং ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু তাইবং করিমুং নৈতরিউ আদি অহানবদা দেব শ্রীহরি শিদবা চীংঙ, শমু মহকশাং নাভি খোয়থৈনুংদগী অতিতিব্রসু কৌবা থোইয়ম শিদবা অমবু চোংথোক্লকয়ে। অতিতিব্রসু অদুগী নাভি খোয়থৈনুংদগী সনা থম্বাল নিঙথিবা অমবু শাৎলকয়ে। থম্বাল লৈয়োম্‌নং অদুদগী অতিতিব্রসু কৌবা মথোয় থম্বাল হৌবা অমসু পোক্লকয়ে। মতৌ অসুম ওইনা মথং মথং চোংথোক্লরকপবু অতিতিব্রসু মরি শুথিরে। জলাময় তরং লাইজা ঈপাকথক্লা চোয়নৌ সনা যোইথম্বাল, থম্বাল লৈপাল অচৌবা অমবু মদোম হৌথৎলকয়ে। থম্বাল লৈপাল অচৌবদো থমলা— ল্যাকোং মরি পানয়ে।

থম্বাল লাকোং মরিমাদা অসাইডৈগী অতিতিব্রসু মরিমানা কোক্লা তিন্নদা যাহিপ্লে। মতৌ অসুম ওইনা অতিতিব্রসু মরিমানা মায়কৈ মরিমাগী কংকাল মরিমা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু শানওনথিয়ে। হে পার্থো অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। মতৌ অসুম অতিতিব্রসু থোইয়ম শিদবনা শানওনথিবা মালেম পৃথিবী লৈমাইলেন অসিনা তাইবং পন- খৈরেম চক্রলায় চেকপন অচৌবনচিংনা সমুদ্র ঈরম তরেৎমা সুমেরু চোয়নৌ সনাচীং লুকালুকি চীংমু চীংজাউ অয়াম্বা সূর্য্যলোক চন্দ্রলোক

তারালোক ইন্দ্রলোক কৌবা অমরাপুর মুংঙাইবা নোংথৌ লাইবৈ-বাক্লচিংনা মহা পাতাল লৈখাঙুংদগী নরক কুণ্ড মশীং থিঙমদবস্তুং তাংজা লিলৈপাক কঙ্করগুপুর লৈময়োন মুংঙাইবনচিংনা মালেম লৈরোল তরেৎমাদা লৈরিবা থরায় মশীং থিঙমদবা খৈবিকী সমুদ্র লাইজা ঈরোম্মংদা সিন্ধুরাজা নিংথৌরেনগী পাম্বে ম মথা থানা লৈরিবা লৈবাক কোটি থিঙমদবস্তুং তাইবং নোংশাপানগী লৈবাক মশীং অয়াম্বা মরম অসি খৈবিক্লা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু উপায় পাঙ্গল ওইনা লৈরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা-ও। মালেম তাইবং পানবগী চেংলৌ মিৎলম থম্না লৈরিবা তলা উ য়া নাপি শিঙবী চোয়নৌ সনা রুপা হিরা তমকা মনিক মুক্তা লন মরুনচিংনা চৈরৈ কি-ময়োল তরা চামায়োন তাউজিং হৈমুল লামুল অহাউ অথুম অথা অয়াক মরম অসি খৈবিকপু অতিতিত্রস্থ মশানওন মালেম পৃথিবী লৈময়োন্দগী ওম্না থোক্লক্লিবা মশেয়ে। তাইবং পোৎশক অয়াম্বনচিংনা থরাই অচৎ চত্ত পুম্নমাক্তং মরম অসি খৈবিকপু দেবদেবং লাইমরু, লাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি শিদবনা চীংঙ্, শমু মহকশাংদগী ওম্না পোকপিরক'য়। অত্রগুম আদি খোঙহৌকম খোইরা লিনফু মরুলেন হরি নেংদম মপুরেনবু থরায় লৈবা খৈবিক্লা মায়কৈ থোইনা মম্না লাপ্নরবগী কোমপুৎ ইনমখিদা য়াম্না পুথনরে। নমু মীপোক অথোইববু তানফংজরিবৈ অসিদা গুরু য়াথং লুনথোংনা ধর্ম্ম অথোইববু চৎচরঙৈনে। মতম এগী য়ায়েন ওজিল্লরুবগা তাইবং পোক্না শিদবা হরি নোংদম মপুরেনবু জেপ্না জ্ঞানফংজরুইয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা ধর্ম্ম লন্তানকম নমু মীপোক ফংঙমদবা অসিবু বিরিঞ্চি ব্রহ্মা মচিন মরি পানবনচিংনা দেব শলাই-রুপ অয়াম্বনস্তুং নমু মীপোক অসিনা ধর্ম্ম লনতাঞ্জগে হায়ববু মাগী মাগী থৌরমদা হরি নোংদম মপুরেনগী খোথা মতু'ইন্না ওম্না পৌদৌ-নরিয়ে। চেংলৌ মিৎকুপ মরুমদবু পুম্না শংজনখিদে।

য়ায়ম অসি থঙনা মীপোক কংঙমদববু তানফংজরিবৈঙেদা ধর্ম্ম পুকনিং লনতানববু থিনকরোইয়ে। পুকনিং চিংনরিবৈঙেদা আয়ু মপুম-শিনা চেংজেল মতোল লোমখিবনা হানখিবৈঙেনে। খোইয়ম লেংনা জিনবনা পুম্না তানফংঙমদবা মীপোক কংঙমদববু মীপোক লেম্না মাঙহন্নগুনো। নমু মীবু ওইনা পোক্কুনা পুকনিং য়াথল লৈতবদো নমু করি খোয়নো। মন মাগী পুকনিংনা ইন্দ্রি অয়াম্বগা সঙ্গ পঙ্গ ওইনা কুরুমদ্ মায়া মিনম্মা লৈয়াং হেকমায় কানা পুকনিং হয়াউনহুনা পুনশি মতোল লোম্নখিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা তাইবং শিংলেন অয়েম্বা নমু লৈয়াং অতিংঙাবু ওইহল্লে তাইবং মীবু ওইনা পোক্কুনা মহৈ লেম্না মাঙহল্লে। নমু লিশিং অমগী মরক্তা তনবা মিপা অমত্তনা সাধু সঙ্গ তৌহুনা গুরু য়াথং লুদ-থোংনা ধর্ম্ম লনতানববু নমু মীপুম অমত্তবু থোকলয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা ধর্ম্ম লন তাংজরিবা নমু লিশিং অমগী মরক্তা আত্মা ব্রহ্ম শিদববু নিংজরিবা 'তনবা 'মপা অমত্তবু থোক্লেয়ে। আত্মা ব্রহ্মবু নিঙলিবা নমু লিশিং অমগী মরক্তস্থু খোইয়ম ব্রহ্ম শিদববু তানফংজবা অমত্তবু য়াউরৈয়ে। ব্রহ্ম শিদবা মহাকপু তানফংজবা ত বা লিশিং-মাগী মরক্তসুং নমু মীপুম অমত্তন। পরংব্রহ্ম চঙথোনবা হরি ঈশ্বর মপুরেনবু তানফংজরুইয়ে। নমু মীগী মপোক্তা পে ক্লয়বদি গুরু য়াথং লুদ-থোংনা পুকনিং হকচাং ইন্দ্রি অংবু লিশুং অমত্তবু ওইনা শুংজনমিম্নরিবৈঙেনে। অসুম শুংজিল্লবগা গুরু পাউতাক মতুং-ইন্না য়াইবি নমানোং শিদবগী য়াংলৌ লমখুন ইন্না চঙশিনখিরবগা আত্মা ক-কত্তববু শমু থুংথুম চন্না অমরক শুংজিমনরিবৈঙেনে।

মতৌ অসি মতুংদা য়াইবি লমলেন ইন্না অমরক তানশিনখি-রবগা লৈরোন নোংলোন অহমমাগী মবুংঙো দেব শ্রীহরি শিদববু লেপ্না তাথফংজরুইয়ে। মতৌ অসুম ওইখিরবা ভক্ত লেংনা তিনবগী মতিক অরুববু কনানা হায়ঙমগবনো? য়ারা মতু তুবুম অমগা ব্রহ্মাণ্ড পুম্ন-মাগা শিংলেন মতিক ওইরুদরে। অদুগুম্বা হরি ভক্ত অথোইবশিংবু

চতুর্মুখ মচিল মরি পানবা বিরিঞ্চি ব্রহ্মানচিংনা দেব লাইরুপ অয়াম্বনা মর্ত্ত্যলোক তাইবং নোংশাপান্ লমদা থোইয়ম মধার ওন্না কোয়ৌ নোংজা খুদিংবু পুরুমজরিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবা নণবু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাট-ও। চীংঙু ঐগী রূপ চেংলৌ শকপাঙ্গোং অসিবু থরাই কনাগুম্বা অমনা সিমা ওংথৈ কংনা থঙলুঙমদে। তাইবং নমু পোংওইবগী দেবি হকচাংসুংদা লৈরিবা আত্মা ব্রহ্ম অনিমাদো চীংঙু শমু ইহকচাংদগী থোকখিবনে। মতৌ অসুম থাকখিবা ব্রহ্ম আত্মা অনিমাক্কসুং চীংঙু ঐগী থৌরমু শংশং থায়না থঙলু ঙমদে। অদুগুম্বা ব্রহ্মা শিদবসুং হর নোংপোক মহা.দবনচিংলিবা পুম্নমাক্সুং মরম অসি খৈবিকপু থোইয়ম ঐগী মায়ানা শুক্ষ·লিবা মশেয়ে। চীংঙু ঐনা মতম করিগুম্বা অমদা পিকপু পিকে হায়রবদি থম্বৌ মশিং মরমদবু-নঙাইবা স্নুসুম্না শিংলি মমুংদা হন্দোক-হঞ্জিল চৎনা লৈরুইয়ে। মতম করি অমদসুং থোইয়ম ঐনা চাউব্ চাউগে হায়রবগা ব্রহ্মাণ্ড কোটি থিঙমদববু চীংঙু ঐগী শরা তুখোং খুদিংদা লখা লখা কুম্না লৈরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় বীর পাণ্ডনব-ও। লহান তাইবং করিসুং লৈতরিঙে আদি অহানবদা লিংখৎলকপসুং চীংঙু ঐনে। অন্তর্য্যামি ওইদুনা থৌরম লৈবা খৈবিক্কা পুকনিং ইনিঙ তম্লিয়ে। মায়া অয়াম্বা পুম্ন-মাদগী মায়া শুপ্পা হানবসুং চীংঙু ঐনে। আদি অহানবা মহা-খণ্ড প্রলয় ওইখিবসুং থোইয়ম ঐনা ওইহনবনে। গুরু উপদেশ পাউতাক অথোইববু তানক জরবসুং বেদ শাস্ত্র লাইরিক-লাইশু পুম্ন-মাবু নাতারুবসুং শমু মাগী মহকশাংদা মায়া অয়াম্ববু পক্লিবা মীদো কোয়ৌ কদৌনোংদা থৌরম অচেৎপবু থঙলুঙমদবা ওইয়ে।

মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচাদো অদুগী শমু মতুং-ইন্না চীংঙু ঐনা চংলুঙমদয়ে। ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্কা পুম্না কংঙম-দয়বা চিন্তামণি রাংতাগী হায়কদবা মশক্তো থম্মোই লৈকাসুংদা শামন লৈঙম চুহন্নবগা রাইবি তোয়ৌ লিয়েৎননা অহিং-নোংখিল নাইদনা

থরাই য়াকানব্রিবা তাইবং নমু পোংগচাদো মত্তিক করি হায়দিবা। ভক্ত ঐগী মাইমুংচং অদুবু কাউরেন মণবী চাক্রেনবীনা শয়াউ তুং-ইনবিবগুম চীংঙ্, ঐগা চেংলো মিৎকূপ মরমু লাপ্তদনা পুত্র ইশারী গুম লোক্রো শানা কোয়া নাউয়োকপিরিয়ে।

হে পাথো অর্জ্জুন ভেলহৈব-ও। রারম অসি খঙনা ইহাক ইথরগী অক-মথোই তোংনাবা ইদোম ইদোম শংলো থৌরাংজহৈনে। প্রাণ ঐগী থরাই ইমিরেনগীদমকপু শাগে মচেংপাচাবা শাবি শানৌ শেনলৈ পাইরে পলেম পম্ভৌ অনিমানাচংনা থৌরৈ কনা তেংবাংহন্নদে। শংলো ঐগী ইথৌরাং য়েল্লাং ইঙমদমু নত্তনা কোয়ো কদৌনোংদা থৌরম মতম পাঙতয়রোইয়ে। সাধু সঙ্গ তৌথনা গুরু মশৌজান্দগী পাউতাক শেংথোইববু তানফংজররুবসুং গুরু লাই অদুনা থংোই ঐগী লৈকানুংদা চঙনা শমু খুৎচেং লাক্তনা চিংশিনবিরদে। অদুগুম্বা গুরু গোষাই ইবুংঙোদি আত্মা ব্রহ্ম অনিমাগী চেংলো লমদাংতবু শমু খুৎপু থিম্না পাউতাকপিরকপনে। মতৌ অসুম ওইনা গুরু চিনসনা চিনবাম্থোংনা পাউতাক শিন্তাকপিরকপা ধর্ম্ম অথোইববু মকা সৎ উনবি পুকনিং লেপ্না গুরু লাই অদুগী য়াথং চিন্দুং ইন্না রাকয়ে ঐগী ইখুনৎপু খুমু নৌখপ তোয়না ইদোম হোঞ্জরবগা মতম ঐগী রায়েল শুজিল্লরুবদা মায়া সমুদ্র ঈরেনপুংবু ল্যাইজা রাংমা লান্না চিন্তামনি রাংতাগী রুপ চেংলো শকপাম্থোং মায়থোং মঙাম্নাইববু উনবি থোইনা পুকনিং হুবা দিব্য অঙ্গ মকববু গুমিৎ কোটি লক্ষ্য তরাগী মঙাল অরংববু ঙম-জরিবা শ্রীহরি ইবুংঙোবু লেপ্না তানফংজরুইয়ে।

হে ধনঞ্জয় পাজনব-ও। নঙবু নাতাউ-ও। আত্মা থরাই কৌবদো চেংলো মশকসুং লৈতে। নমু কনাগুম্বনা থৌরি কোঙোই খুত্তা শূনা কারুনথসুং পুন্না লৈতে। তাইবং নমু মীওইবনা জীব থরাই অসিবু নোংমনখিরগনে হায়বগী শিংলেন অরেম্বদা থৌরম য়াম্না য়ানরিয়ে।

হে লমলোই মুংচায়ব-ও। জীব থরাই করম্বন কোয়ো কদৌ-নোংদবু নোংমল্লিবনো। আত্মা থরাই অসিদি অমাঙ অতাববু পুন্না

লৈতে হায়ববু য়ায়ম লেপ্পা থঙ্ডৌনে। লঙান লাংওন ময়ক্তা শমু মাগী মহকশাংবু হুন্নাল্লবগা পূণা মাগী তোঞ্জ লনওন মতুংইন্না নুমু মাগী মপোক্তা হকচাং অমরক ভানকংজরৈয়ে। চৈরৈ কিমল অমনববু হুন্নানখোল্লবগা মানলৌ চৈরৈ অহনববু অমরক লনহোংহোবা অত্ত লৈরাং মতম মানগুম্বনে। কাকৈক লুময়েংবিচানা হাউনা নাপি মত্যাং মথাধমা নাতোন অমবু তানা লামথিবা লৈরাং পান্দমত্তুগুম্বনে। নমু মীওইবগী কায়াৎ হকচাং অসিবু হন্না হন্না লিংথৎনরিয়ে। আত্মা থরায় অত্তুন হন্না হন্না হুন্নানয়ে। অসুম হুন্নাল্লরবা কায়াৎ হকচাং অত্তুবু অমন থৈয়ে কুন্না নোংমল্লব-ও ভোনা কৌয়ে। জীব থরায় করম্বনা নোংমল্লিবনো? কায়াৎ হকচাং অসিগীদমকপু তাইবং নমু মীওইবনা থৌরম য়াম্না য়ানরিয়ে। হে ধনঞ্জয় বীর পাণ্ডব-ও! নমু মীবু ওইতুনা পায়মা লৌশিং লৈতবগী হয়েং লাংওন খুদিংদা অক ঐগী মথোই তোংনা সুংঙাই মরাং কায়নবা হায়না থৌরম য়াম্না লাঙনরিয়ে। কায়াৎ হকচাং অসিগীদমকপু হৌজিক লাংওন অসিসুং হয়েং লাংওন খুদিংসুং হন্না হন্না থৌরাংয়ে। প্রাণ থরায় মমিয়েনগীদমক্তি কোইয়েং থোইদিং মরমদবু পুক্লিং থৌরাং লৈরুদে।

মতৌ অসুম ওইনা ধর্ম্ম মপোক খুদিং পুনশি মতোল লোম্বথিয়ে। জীব ঐগী থরায় ইমিয়েনগীদমবনে হায়না সাধু সঙ্গ! তৌদুনা গুরু য়াথং লুদ-থোংনা ব্রহ্ম-আত্মা অনিমাগী য়াইথি থোঙ্গুল লীনা শমু খুৎথুম চল্লবগা শ্রীহরি ইবুংঙোগী উরুম থোইনা চীকপদা থরাই পোথান-রুগে হায়ববু ভাংজা শম্বুম মরম্দা পুক্লিং লনপামলুদরে। খোইয়ম লাইথাম পুম্নমক্তা তানকং ঙমদবা মীপোক কংঙমদববু মহৈ লেপ্পা মাঙ হল্লে। কলি মাগা মীনম্বদ পুক্লিং হরাউনদুনা পুনশি মতোন লোম্বথিয়ে। পলেম ইমু শিয়োমনুংদগী মালেম লৈতারকপা কোয়ৌ অতুনোংগী মথৈবু আয়ু মপুনশিনা চেংক্লেপ মতোল লোমথিরবসুং হরি অকর ময়েক অনিমাবু য়াথং অমরক্তসুং শোঞ্জথিদরবা প্রাণ থরায় খৈথিক্লা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক থম্না লৈরিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা জীব থরায়

খৈবিক্তো মায়া সমত্ত্র ঈরেনপূ'ন্দা মাইকৈ মখোঙ খঙদনা কোটি কোটি তাউথরিয়ে। থরাই লৈবা খৈবিক্লা থৌরম অমরকপু য়ানরিবা অসিবু কায়াৎ শম্নু মহকশাংগীদমক্কে। থৌরম অসি খঙন ভক্ত লেংনা তিনবনা শম্নু মহকশাংগীদমকপু থৗংম মুংঙাইনবা হায়বনু লম্না হুন্নাপ্তোক্লবগা প্রাণ থরাই মমিরেনগীদমকপু খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি শিদবগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা থুম্না থম্মাল লৈকা অনৌবা অনিশাবু থমোই লাইয়িমনুংদা কিশি পরৈ চেৎনা নোংথিল অহিং লাইদনা থরাই য়াকানরিয়ে। অ'ঙুম্বা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী জ্যোতির্ময় মণ্ডাল অরাবগী তেজ মণ্ডাল খিজিক্কনা চঙনা লৈরিবা আত্মা থরাই অদুনে। শম্নু মখোঙ মথুৎসু পান্দবা চে'লৌ মশক অফোংবস্নুং লৈতবা মাঙখি তুমখিবস্নুং লৈতবা চকমোম মৈরীনুংদা হুনশিল্ল স্নুং থাম্মী মৈচাক অনৌবনা কংঙমদরবা জল লাইজা ঈরেনপুংদা থাদর-বস্নুং লাইজা ঈরোনস্নুংদা লুপ্না লৈবিদবা বায়ুবল পাঙ্গনবা মালং নোংশিৎ অকনবনস্নুং মালং লিরিমাবু চঙঙমলুদরবা অস্ত্র খুৎশূ খুৎপাক মচিন মম্না শারিবা অয়াম্বনা কায়াৎ হকচাং পুন্নমাবু হকচাং শিংকুপ শানা য়াম-থিম্নরবস্নুং আত্মা থরাই অদুদা খুৎলাই অয়াম্বনা পুন্না শোকলুঙমদয়ে। ইন্দ্রি তরামাথোই মানচিংনা মন পুকনিং লুচিংলিবা মরম অসি খৈবিক্লা আত্মা থরাই শিদববু শম্নু খুৎথুম চম্না ফারুঙমদয়ে।

আবদ্ধ অফোংববু লৈতবা সনাতন অয়েপ্পদি আত্মা থরাই অদুনে। থরাই হকচাং অনিমাবু তিম্নরবদা জন্ম অপোকপ-ও তৌনা কৌয়ে। অমরক থাইনথিরবগা মৃত্যু অশিব-ও তৌনা কৌয়ে। অপোক অসি অনিমাবু তাইবং হোন-লমচৎনে। কায়াৎ হকচাংস্নুংদা আত্মা থরাই অসিনা চঙনা লৈরিবা অসিবু পুলাং শিবুক থম্না লৈরিবা লাইজ-ঈরোনস্নুং অদুদা ইন্দু রবি সুমিৎ থ। অনিমাকী ছায়া মমিরেনবু শম্নু খুৎথুম চনগে হায়বগী লাইজা ঈরিক্লাইনা পুলাং শিবুক থম্না লৈরি-ববু থুগাইরবস্নুং শিংলেন অয়েম্বা লৈরাং অভিংঙাবু ওইঙময়ে। কোয়ৌ কবৌলোংদস্নুং সুমিৎ ছায়া মমিরেনবু শম্নু খুৎথুম চম্না কাঙবলুদে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। তাইবং নমু পোংখচানা পলেম গর্ভ শিবুকমুংগী মালেম লৈমতারকতৌদা আত্মা মাগী থরাইগা পোকমিন্নরক্তে। মতম খরা লৈরগা থরাই য়াইবিরেল শিদবনা কায়াৎ হকচাংমুংদা কোম্না য়াইথুংলবনে। অসুম য়াইথুংলুবা জীবি থরাই অচুবু আয়ু পুন্সি লোয়রকবদা চেঙজেল থাউনিং তিংনা কায়াৎ হকচাংমুংদগী থরাই মমিরেনমা চোংথোকখিরবগা আত্মা শিদববু সঙ্গ পঙ্গ ওইনা লমলুপ লেংতিনখিরে।

মতৌ অসুম ওইনা কায়াৎ হকচাং অসিবু হন্না হন্না লিংখৎলে। হন্না হন্না কিন্থখিএ। খোইয়ম নোংদম মপুরেন শ্রীহরি শিদবগী মহাচক্র তমখিবা ইরৈ তমখিবদা থরাই লৈবা খৈবিকপু অহিং নোংখিল নাইদনা কুমার চক্র লয়গুমনা লয়্না লয়্না লৈরিবনে। হে অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব-ও! নঙবু থৌরম অসি থওনা ধর্ম্ম লন্ভান্ববু থীন-করোইএ। পূকনিং চিংনরিতৌদা আয়ু পুনসি লোম্না চেঙজেল থাউনিঙ তিংখিবনা হান্নগনে।

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র জাৎ মরিমাগী ধর্ম্ম মরমচত্তি ব্রাহ্মণ বামোন শাগৈনা বেদ য়ায়েন খৈবিকপু লৌজরবগা দেব পূজা অথোইবা খোইয়ম লাইবু লাৎনতৌনে। ক্ষত্রিয় ধর্ম্ম মরমচত্তি যুদ্ধ হুয়েন লান-শোক্লবদা খোয়মা মমায় লৈফরোইয়ে। বৈশ্য শাগৈ মরমচত্তি সৌদাগর লনওনববু বৈশ্য ধর্ম্ম মরমচৎনে। শূদ্র শাগৈ লমচত্তি নমু মীওইবা খৈবিকী শমু মখা পোম্না সেবা থৌগনজবনা শূদ্র ধর্ম্ম মরমচৎনে। হুম শাগৈ পুম্নমানা লেমলৈ ভাবু কাবদা ধর্ম্ম মাগী লমচৎনে। বিরাত্ শাদানবনা য়াউরৌ শাবু কাবদা ধর্ম্ম মাগী মরমচৎনে। হবলা শাগৈ মরুপ্না হবলা লৌউবদা ধর্ম্ম মাগী লমচৎনে। তেলি থাউতুংবা, বৈদ্য মাইবা হিদাক হৈবা, নাপেৎ খুজিল পানকোই লেন্বা, পাম্না কোনশাবা, থোবা ফিশূবা, ভান্দে থাওশাবা—মরম অসি খৈবিকমুং মাগী মাগী থবক মশিল শূনা ধর্ম্ম মথোয়গী মরমচৎনে। ঐগী ঐগী লমচৎপু পুম্না হল্লানকরোইয়ে। লহান খোইয়ম বিধি নোংবনা থৌরম ঐগী ইপা।

খোকপবু য়েংনা জাৎ ঐগী শাগৈরেন্দা পোকহল্লবরনে। খোরম অসি খওনা মচেং ঐগী পাচামা শাগৈ হৌনলমচৎপু কোরৌ কদৌনোংদা পুম্না হুন্নানকদল্লে। শাগৈ ধর্ম্ম ভাল্লা মদোম খোদোজভেনে। গুরু সনা মম্নাথংবু তাওজা লুদ-খোংনা মন ঐগী পুক্লিং অশেংবনা ব্রহ্ম আত্মা অনিমাগী য়াইবি লমথুন ইন্দুনা শ্রীহরি মপুরেনবু মতা সৎ উনবি পুক্লিং লেপ্পা নিংজখিরবগা খোইরম মথৌজান্দগী সংসার য়াংমা লাম্না নির্গুণ চিন্তামণিগী কম্বি খোইনা চীকপবু তানকংজখিরে। অতুগুম্বা শিরোমনি লুচিংবা রতন য়াইমরু চিন্তামনি য়াইওম্লোক হরি নোংদম মপুরেম্না তুম লেমলৈ ভাখিবা বিরাভ য়াউরৌ শাদানবা, হবগা খানলৈ লৌউবা, তৈল খাউঙ্ংবা পান্ন্যা কোনশাবা, তান্দ্রে তেক তেক খাঙ-শূবা খোবা ফিশূবা মাইবা খুৎতম্বা নাপেং তাওজা শমকোকপা মরম অসি খৈবিকপু জাতি শাগৈ অমাংবনে হায়না কোরৌ কদৌনোংদবু লৎনবিওমদে। খোইরম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি ইবুংঙোনা থরাই লৈবা খৈবিকপু খোজাল তাইবেন নাইদনা ওম্না লিংখৎপিওমদে। খোরম অসি খওনা শাগৈ ধর্ম্ম মরমচৎপু হুন্নানকরোইরে। জাতি ঐগী ঐগী হৌন-ইরমচৎপু হুন্নাম্লোক্লবা তাইবং নমু পোংবচাশিংদো। খোরম মদোম্মনা য়াংলৌ লম্বৌ খিংলব-ও তৌনা কোয়ে।

জ্ঞান ধর্ম্ম অখোইব সুং ভক্তি ধর্ম্ম অখোইবদসুং ধর্ম্ম লাইনিং লমলেন অনিমাদা খোরম মাগী চওনকম্ব পুম্না লৈতরে। মতৌ অসি খওনা লহান লাংওন অমরকী তৌজ লনওন মতুং ইম্না খোরম ঐগী মপা খোকপবু তাররবা অসিদা বিধি নোংদমখোনবু খেত্নুনা তোগে তৌরোই হায়না পুক্লিং চিংনকররোইরে। খোরম লৈবা খৈবিকপু উনবি পুক্লিং শেংনা খোইরম ঈশ্বর মপুরেনগীদমকনে হায়না খো-দৌঙ্কনে। মন ঐগী পুক্লিংনা সত্য অরেপ্পবু লৌজরবগা শমু ঐগী হকচাংসুং শুদ্ধ পুম্না শেংখিরভেনে। কায়াৎ ঐগী ইহকশাংবু মতৌ অসুম তৌনা শেংদোক্লবগা আত্মা থরাই য়াইবিরেনবুসুং পরমাত্মা ব্রহ্ম শিদববুসুং শমু খুৎথুম চম্না চঙজখিরভেনে। অসুম চঙজখিরবা

তাইবং নমু পোংবচা অদুগী থম্মোই লাইথিমনুংদা খোইরম ঈশ্বর মপুরেন ভগবন্ত খোইখোইবনা লেপ্লা কাউবিরিঙেনে। অসুম কাউ-বিররবা ভক্ত সাধু অদুগী মতিক অক্লববু কনানা হাযঙম্লগবনো। খোই'রম ঈশ্বর মপুরেন্দা থৌরম লৈবা খৈবিকপু সং উনবি পুক্লিং লেপ্লা কৎচখিরবা মীদো মর্ত্তালোক কোবা তাইবং নোংশাপান্দা ধর্ম্ম অখোইবগী মহৈ মাঙকদববু লেপ্লা চাররঙেনে। অদুগুম্বা তাইবং নমু পোংবচা অদুদা থৌরম কত্তবা খৈবিক্লা পুম্লা চংঙমলুদবে। হে অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। ধর্ম্ম থৌরম পুম্নমাবু হরি ঈশ্বর মপুরেন্দা ওম্না কখোকচঙেনে।

অসুম রাহন্বিবা খোইরম চিনকোই ময়াথংবু নাতারাগী পার্থ রায়রা তেলহৈবনা শমু মখুৎ লোম্লনা অনৌবা পাউহংজখিয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা। মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। চৌংঙু চিনশনা চিনবাম্থোংনা য়াথং পাউ-মেনবিখিবা খোইয়ম ব্রহ্মা মচিন মরি পানবনচিংনা দেব লাইরুপ অয়াম্বা পুম্নমাবু হরি ঈশ্বর মপুরেনগী নোংদম থোদা মতুং ইন্না মাগী মাগী খোরম্মু ওম্না তৌনরিবগীদমক চেংলৌ মিৎকুপ মরম্মু পুম্না শংজ ওমদরবগী দেব লাইয়াম পুম্নমানা নমু মীপোকখে। ধর্ম্ম লনজানজবমুং ফংজ ওম্লদে হায়না য়াথং রাহন্বিবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্মবু তাইবং নমু পোংবচা ঐখোয়মুং যোমমু তালোই মরুম্বি মপারী মুংচানবা মযোম মুংওনবি পলেম পম্থৌ অনিমানচিংনা ধন-জন মরল মচাক পুম্নমক থবক মশিল শিনশু অয়াম্বগা বিষয়া মায়া কর্ম্ম মরম অসি খৈবিক্লা শমু খুৎওম্না কাখিরবগী চেংলৌ মিৎকুপ মরম্মু পুক্লিং শংজ নাইদরে। মতৌ করম ওইনা থবক মশিনশুবু খোইয়ম লাইদা কৎনা ধর্ম্ম অখোইববু করম তানকংজসিবনো হায়না অসুম পাউহংজববু নাতারাগী খোইরম নোংদম মপুরেন চৌংঙু কৃষ্ণ শিদবনা লমলোই মাগী চায়বা অর্জ্জুন শকথোং চিংনখ্রেং,যোমোন খোইরুম নোক্লা য়াথং রাহমজিরকয়ে।

হে ধনঞ্জয় পান্ডুনন্দন-ও! তাইবং নোংশাপানগী চেংলৌ মিৎলম থম্না লৈরিবা গীরি চীংলেন পনলংলা তলা উ-রা, নাপি শিঙবী ককচেং খোইরা পুম্নমক অসি থৈবিকপু হরি নোংদম মপুরেন্দগী পুথোক্লক্লিবা মশেম্ন। তাইবং নমু মীওইবনা পলেম ইমু শিনথোমখুংদগী মালেম লৈখা তানা নাউনৌরকভৈদা থৌরম পোৎশক করিগুম্বা অমত্তবু শমু ভাইরোইনরকে, চৌর ফিজেৎ অমত্তবু শমু মাঙদা ফিরক্কে। মানলৌ ফি-শেৎলক্কনা শমু হকচাং রাংবু পলেম গর্ভ পিবুকতগী মালেম লৈক্তারকয়ে। পোৎশক ঐগী কৌববু তাঙজা শমবুম মরমদবু লৈতে। মতৌ অসুম ওইনা বালক অঙাং অপিশাদো মতম থরা ওইশিনক্লবগা মপল অনিমানা চৈরৈ শকি শেৎপিরে।

মতৌ অসুম ওইনা পাখং লাংচেং মথোক্লক্লবগা যোমমু মশানৌনে হায়না মুজা মীচাপোক তুঙানবি কনা অমবু শমু নাক্তা থানা লিং থংলক্লবগা থন লনগা তাম্না গৃহ ঐগী ইয়ুমনে হায়না ইংখোল চাউকোই থানা লৌরি য়িমফম চাউনা লিংখৎলে। মতৌ অসুম ওইনা ইন্দ্রি তরামাথোইমাগা থন, মাগী পুক্লিংগা লিণ্ডুং অমত্তবু ওইনা শুংজিমিন্নখিরবগা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু শমু খুৎথুখ চনঙমগদবা মরম্ন মায়া অয়াম্বনা পুক্লিং থৌরাং চাউনা থৌরম অরেম্বদা উনবি ময়াই কানা পুক্লিং হয়াউনখিরে।

খোইরম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি শিদবগী চীংঙ শমু মহকশাংদগী পুথোক্লককপা তাইবং পোৎশক অয়াম্বা অসিমু জগোই ঐগী খোঙলৈ লেংগা খোক্লিকৈ, চেংলৌ মিকুপ মরমদবু রায়নররবগা শমু ঐগী ইহকশাংগীনে হায়না শিংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাদা পুক্লিং য়াম্বা হয়াউনরম্নবগা হয়েং মাগী বায়ু মপুনশিনা চেঙজেল মত্তোল লোম্নক্লবদা থৌরাং পোৎশক অয়াম্ববু রাত্তবস্তুং শমু মহকশাংদগী শরা তুগুপ মমত্তবু শমু ভাইরোইননা অমন থমলৈ কুম্মরদে।

থৌরম অসি থঙনা কর্ম থৌরম অয়াম্ববু থবক ইশিন শূবনচিংবা খোইরম লাইদা কত্তুনা চীংঙ নংগীদমকনে হায়না থৌরম লৈবা থৈবিক্তা

খোইরম ঈশ্বর মপুরেনবু পুক্নিং থৌকাউ নাইকরোইরে। মতৌ অসুম ওইনা চৎচখিরবা মীদো থৌরম মহৈ শাস্ত্র-ও তৌনা কৌরে। অসু মহৈকশাংগী চৈরৈ মকিশেৎ ভরা মচিঞ্জাকসুং ভানকংজরোরে। সংসার সাগর তমখিবা মায়া সমত্রু ঈরেনপুংদগী থরাই অরান্‌বু লেপ্পা তান-কংজখিরে। খোইরম ঈশ্বর মপুরেন পরম পুরুষোত্তম শিদবা শ্রীহরি ইবুংঙোগী চীংঙ্‌ তেজ মঙাল অরাবনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক থম্না লৈরিবা থরাই অচৎ-চত্ত পুম্নমাগী খঙ্গোই লাইয়িন্নুংদা কাওনা ঙানবিরিরে। অঙ্গুম্বা হরি নোংদম মপুরেনবু চীংঙ্‌ মাগী থুরাদা উনবি পুক্নিং লেপ্পা নিঙজরিবা মীদো হৌজিক লাংওন অসিসুং হয়েং লাংওন খুদিংসুং য়াইক মথোই তোংখিরে। সংসার রাংমা ল্যামা খোইরম কম্বি অথোইববু লেপ্পা ভানকংজরুইরে। থৌরম লৈবা খৈবিকপু খোইরম ঈশ্বর মপু-রেনগীনে হায়না থৌদোকজরিবা মীদো পাপ কণ্ডবু ওম্না মাঙখিরবগা ধর্ম্ম অকববু থৌরম অতৎপা লৈতনা কোরৌ নোংজা খুদিংবু চাউ-থৎনরকরে। জন্ম মপোক খুদিংসু সাধু মী অকবগী পুত্র মপারীবু ওইনরৌরে।

মতৌ অসুম ওইনা উনবি পুক্নিং চৈথম হৈখিরবা সাধুজন খোইরম লাইবু নিঙবশিংনা তাইবঙ নোংশাপাল অসিদা থৌরম ঐগী কৌববু পোৎশক অমত্তবু লৈতে হায়না নিঙথজরবগা মোমসু মশানৌ মপারী মমোমলোন গৃহ মরিম মকৈ মরল মচাক মমী মনাই থবক মশিনশু শেৎন চান খৈবিকসুং ভরা মচিঞ্জাক্রচিংনা খোইরম ঈশ্বর মপুরেন হরি লাইগী থুরাদা ওম্না কৎচখিরবগা চীংঙ্‌ প্রসাদ মতংথাকপু থুম্না ভরা ঐগী ইচিঞ্জাকপু ওইনতৌনে। খোইরম নোংদম মপুরেনগী চীংঙ্‌ চৈরৈ থন নমনত্নু থুমরবগা তাঙজা কোক্কা কৎনা থুমরবগা চৈরে ঐগী ইকি-শেৎপু ওইনতৌনে।

মতৌ অসুম তৌনা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী ছায়া মমিরেনবু থুগা পাঞ-রিবা মীদো নমু মীমাংসকগী পণ্ডিত মকোই পাউনিংশিংব-ও তৌনা কৌরে। হয়েং অমনা থমলৈ কুমখিরবসুং সংসার রাংমা লামা হরি লাইগী

খুয়াবু লেপ্পা তানকংজরুইয়ে। থবক ঐগী ইশিনশু করম্ববু শুক্রুকবসুং তঙ্গা ইচিঙ্গাক চৈরৈ ইকিপেৎ থন ইরল ইচাক ময়ম অসি খৈৱিকপু খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী সেবা থৌগল ওইদুনা পুক্নিং তাইথম হৈনা উনবি থোইনা লেংবু হরি লাইগী খুৱাদা কৎচবিরবা মীদো বিষয়া য়িয়াইখৌগী থন ময়ল মচাক অয়াম্বা মালেম তাইবং পানবগী তানথি-রবগা শ্রীহরি ইবুংঙোগী খুয়া উকম অচিকপদা থরাই পোত্থানখিযে। অদুম পোত্থানখিবা তাইবং নমু পোংবচাদো হরিভক্ত অথোইব-ও তৌনা কৌয়ে। থবক শিনশু অয়াম্ববু হরি লাইগী খুয়াদা কৎনা থরাই অয়ানববু তানকংজখিরবা অঙুশিংগী কোলোই মমিংথোংবু দেব তপস্বী ও তৌনা কৌয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী। কুন্তি পায়মা উনকোইম্নুংগী পাথৌ অর্জ্জুন তেলবৈব-ও। নঙবু উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাউ-ও। চৌদ্দ ভুবন ময়োল তয়ামরিমানচিংনা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটি মশীঙ থিঙম-দববু চীংঙু শম্না ভুখোং খুদিংগী লখা লথা য়োইওই হৌনরকপা থরাই অপকমা পুম্নমাগী লমহৌকম খোইরা লিনফু মপুরেন মচি লনমরুবু ওইনরিবা দেব দেবং লাই মরু চঙখোনবা শ্রীহরি মপুরেম্না বিষয় পুম্নমাগী মায়া কর্ম্ম থৌরম্ব পুকনিং ৼৎন-ঙমদরিয়ে হায়না হরি ঈশ্বর মপুরেম্না কোরৌ কদৌনোংদা থৌরম লৎনবিঙমদে। থন লনবু তাল্লিবা বিষয়া মায়া খৈৱিকসুং থন লন তান্দরবা ভিক্কারী তরা চাকলিবা যোগী বৈরাগ্য খৈৱিকপু ওইরবসু' জৎ শাগৈ অচঙনবু ওইরবসুং চীংঙু মাগী খুয়াবু য়াইবী লিয়েৎ শুংজিম্না নিঙজখিবব। মীদো মতম মাগী য়াথেম্না শুজিল্লক্রেবগা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি অথোইবনা করুণা সিন্ধু অথোইবা থৌজাল সমক্রু ঈরেলপুংশুম্ববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা পিনখিয়ে। তাৎ শাগৈ অশেংবদা পোক্লরবসুং চেংলৌ শককোই হেন্না কীর্ত্তি কোল্লোই মিংলেন চৎপবু ওইরবসুং থন ময়ল লোইনা পাঙল মপা তাম্ববু ওইরবসুং বিদ্যাবন্ত লাইরিক লাইও হৈববু খোইয়ম বিশারদপু ঙমজরবসুং যোগী বৈরাগ্য অথোইববু

ওইখিরবসুং মন মখোয়গী পুকনিংনা ইন্দ্রি তয়ামখোইধাগা সঙ্গ-পঙ্ক মরূপ ওইখিরবা মীদো কমল লোচন অহেনবা হরি নোংবম মপুরেনবু মাইকৈ থোইনা মন্না থাগ্নখিরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা থরাই লৈবা খৈবিক্কো সংসার সাগর তমখিবা মায়া সমক্র ইরেনপুংদা লাইজা ঈরোইনবা মাইকৈ মখোও থণ্ডনা তাওখিরে। হরি ভক্ত জ্ঞানগী মতিক অকুবা অসিবু দ্বারিকা-নাথ মপুরেন থরাই লিক্লাং সুমেরু যত্ন বংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা চীঙ্‌ কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবনা পাণ্ডু নিংথৌ মপারী কুন্তি পাম্মা উনকোইগী লমলোই মাগী চায়বা অর্জুন তেলহৈবদা অনৌবা য়াথং পাউমেনবিরকয়ে।

হে ধনঞ্জয় বীর পানগনব-ও! নঙবু উনখি পুক্লিং তপ্না নাতাউ-ও। তাইবং নোংশাপানগী সকাম ধর্ম্ম কৌথা অতোনবা অমবু লৈরিয়ে। ধর্ম্ম অতোনবা কৌবদি ধন ইরল লোইগে, চেংলৌ ইশক হেনগে, পুত্র ইচা পোকে, পুনশি চেঙজেল কুইগে, কীর্ত্তি মিংলেন চৎকে. নমু মীকোক থোংনা তোংনা কার্ত্তা য়াবেনগে, অন্য দেবতা খোইয়ম লাই অমবু কংগে হায়না ধন মরল তিংনা থৌরাংনরিবা মরম অসি খৈবিকপু সকাম ধর্ম্ম অতোনব-ও হৌনা কৌয়ে। সকাম ধর্ম্ম কৌরিবা মরম অসি খৈবিকপু অমরক তালহৌরুদ্রনা তানফংববু নত্তে। লহান লাংওন অমঙকী তৌজ লনওন মহৈনা মদোম মদোম তানফংলবা মশেয়ে। সকাম ধর্ম্ম কৌবদো চোয়নৌ সনা রুপাবু শিংলেন অয়েম্বদা ভজ্ঞ ময়েং তানখিয়ে। ফল মহৈ করিমতবু পালগোদে। থৌরম অরাবতুম লৌজরোয়ে। সমান পান্দম হায়রবদি তনবা মীপা অনিনা সন্তোষ য়িনদিয়তুনা কোয়ৌ কদৌনোংদা পুত্র মচা পোকখিদে। অসি লৈয়াং মতম মানগুম্বনে। খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনগী পাদ-পঙ্কজ নিঙখিবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনৌবা অনিমাদা ভক্তি পুক্লিং অনেনবনা য়াইবি তোননৌ লিয়েৎননা শুংজিয়খিরবা তাইবং নমু পোংবচাদো সাধু ভক্ত অখোইবা-ও হৌনা কৌয়ে। অতুগুম্বা ভক্ত লেংনা তিনবদো বৈরী

য়েক্কবা খৈনিকী তাংজা লুয়েনতোন্দা শমু খোংনা নেৎনা বৈকুণ্ঠ কোয়ৌ নোংলৈখাকপু তানকজখিয়ে হায়না অজুম রাহমখিবা খোইয়ম, চিনস্না যথাথবু শাত্তা-রাগী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা শমু মথুৎ নোয়া অনৌবা পাউহংজয়করে।

হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা-ও। নমু মীয়াম পুন্নমাগ্র' বেদ লাইরিক হৈবা পণ্ডিত লেংনা তিনবনচিংনা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনবু হল্লালবগা দেব লাই অমবু করিগী নিঙনরিবনো হায়না অস্থম পাউহংজববু নাতারবগী চৌংঙ্ কৃষ্ণ শিদবনা হে অর্জ্জুন তেল-হৈব-ও! বেদ পুরাণ কৌবা পুরাণ লাইরিক অতুদা রাহমলিববু শাত্তা-রুবগী তাইবং নমু মীওইবা পুন্নমানা উনবি পুক্লিং ওক্লরে। স্বর্গলোক কৌবা নোংথৌ লাইরৈবাকপু তানকংজরুরবগা জন্ম মপোক মহৈ পাললে হায়না থয়াই মখোয়গী অয়োম্ববু ওইনরিয়ে। স্বর্গ লাইরৈপাক অতুদা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর খোইয়ম অহুমমানা মরু লুচিংলিবনি। মচি মাখোয়গী লম মরুবু ওইনরিবা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর চৌংঙ্ অহুম্মাবু য়োক্টবু দুর্গা লাইরৈমানা শানশেম্বিরিবনে। খোইয়ম অহুম্মানসুং দুর্গা দেবী লাইরৈমাবু অহিং নোংখিল নাইদনা খোরম অতৎপবু লৈতনা নিঙ-জরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! নঙবু উনবী পুক্লিং তপ্না নাতাউ-ও! মতৌ অস্থম তৌনা তাইবং নমু মীওইবনা মাধুর্য্য চিন্তামনি অখোই-ববুদি মাইকৈ মথোঙ মপ্না লাপ্না হল্লাম্মোকখিরে। ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিকী মরু লুচিংলিবা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর খোইয়ম অহুমমাবুদি রতন মখোয়গী লন মরুবু ওইদুনা থম্মোই থম্বাল ময়াইদা উনবী পরৈ চেৎনা লৈজখিরে। মতম করিগুম্বা অমদা নমু কনাগুম্বা অমনা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর চৌংঙ্ অহুম্মাগী মতিক গুণ অহুম্মানা ফংঙমদরবা নিগুণ চিন্তামনিগী মতিক অরুববু ধর্ম্ম রায়ম মচিল হৌরক্লিঙৈনা বেদ ধর্ম্ম চৎলিবা তাইবং নমু পোংবচাশিংদো থংনং চৌম্নিয়োংবনা থম্মোই অখিবদা চিমেন চৈথারবগুম মাইবি মমুঙহৌ শিংজি পাকল

তিংনা চেংলো মথিৎ তোঃথৎলকয়ে। ধর্ম্ম অথোইববুদি নাপ্প শেন্দান খিয়ে। নামুং হুবু পিন্নুনা অমৌয়েন চাহনবগুম পুক্লিং থেঙ্গোই-নীকখিরে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী পার্থ বায়রা তেঙ্গহৈব-ও। বেদ পুরান হৈরিবা পণ্ডিত লেংনা তিনবশিংনা ধর্ম্ম অথোইববুদি উজ্জগুমদবগী য়াথং ঐনা য়াহন্নিবা বেদ পুরাণ অসিনা থৌরম অওকপনে হায়না নিংঙায় শাংদানবদা পুক্নি মতোল লোম্নখিয়ে।

মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবঙ মমু মীওইবা অতুশিংদো বালক নারা অপিশা লৌশিং লৈতরিবা মুর্খ অপণ্ডব ও তৌনা কৌরে। দেব লাইনচিংনা রাক্ষস হিংচাবা তাইবঙ নর পোংবচা মরম অসি থৈবিকপু মন মাথোয়গী পুক্লিংনা য়াংলৌ লমখা-মাদা রাকয়ৈ হিনম তনগুম তন্নখিরবগী কমল লোচন অহেনবা মিৎকয়েং সনা য়োইথম্বালগুম্বা হরি ঈশ্বর মপুরেনবু মাইকৈ থোইনা মন্না থাপ্নখিরে। পায়মা মাথোয়গী উনকোইমুংবু মায়া তগথিবনা থুমহৎখিরবগী ধর্ম্ম লম্বী নতুবদা চৎখিরব-ও তৌনা কৌয়ে। বিষ লতা কৌবা তুরেন অমৌবগী লতা উরি মপানবু চেংলৌ মিতারুবদা উনবি থোইনা পুক্লিং হুখিরে। পত্র মনা চোংবনুং চেংলৌ থোইনা মিৎচুইয়ে। য়াবেন থোংচিংমুংদা পুক্লিং খঙগুমদনা চাশিল্লরবদি তুরেন অমৌবগী ময়াই তমথিববু কানা নেং-মন্নখিরে।

মতৌ অসি খঙনা হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। বেদ ধর্ম্ম অয়াম্ববু নোংপোক হাউশম সুরাবি শগবন-মা তুং-ওই হুলান-থাকৈঙনে। মোমমু চেংলৌ শকহনবী বেশা শিংলেন তাইচাবি পুম্মানা চৈরৈ লৈতেং ফিবু শেৎনা শিংলেন লৈগেম চিন হকশাং চন্দন তৈনা চেংলৌ মশক শেন্নবগা তনবা পুকনিং কায়হল্লে। মীপা কনাগুম্বা অমনা বেশা শিংলেন তাইচাবিবু পুকনিং থেকতাম তানা সম্ভোগ য়িমদিন্নবদা তনবা রাথল লৈতবদো মাঙগী থৌরম তৌজরকপা ধর্ম্ম অয়াম্ববু চেংলৌ মিকুপ মরমদদা ঙম্না মাঙনখিয়ে। থৌরম মাগী মতোল লোমলবদা

মহা পাত্তাপ লৈখা তানা নরক চাক-চানরুরে। অসি লৈরাং মতম ময়ামগুম্বু স্বর্গ নোংথৌ লৈবাক্তা থৌরম অবেপ্পবু নত্তবনে পুণ্য মাগী মচিঞ্জাকপু চাকচা মতোল লোমখিরবদা তাইবত্ত নোংশাপান্দা অমরক মরোম্বরকরে। মতো অমুম ওইনা গর্ভ মথীং য়াম্না কোয়-রমলুরবগা থৌরম অকোনবদা মালেম লৈখা তা-নখিয়ে। শমু ঐগী ইহকশাংবু মুংতাই পুক্লিং থুংগে হায়না লন-তান্নবা অদু থৈবিক্তা থৌরম অরেপ্পবু নত্তবনে। শিংলেন উংতাং-লৈগুম কেত্রাইবনে। বেদ পুরাস্নুংদগী থৌরম অথোইবনে হায়না লৌজখিরবা নমু মীওইবা অদু-শিংদো রতন সনা মৈখাংকোনবু তুংওই হুল্লায়ম্নুনা শিথ্রাই মমল লৈতববু লৌজখিবা লৈরাং পান্দম অদুনে। ধর্ম অথোইববুদি পুক্লিং লন তাম্নোদনা আয়ু পুম্নি লোম্নখিয়ে। বেদ ধর্ম কোবা অসিবু মতো ওইনা চৎলিবা মীদো ব্যবসা অতিং কোবা উনবি পুক্লিং অদু ওইননবু পুম্না লৈতরবনে। জ্ঞান ধর্ম কোবা ধ্যান ধর্ম কোবনমুং বেদ ধর্ম চৎলিবা অদুশিংদা থৌরম কায়রুদরে।

হে পার্থ লৈশূ হৈব-ও। অমুম হায়না য়াহম্বু নাতায়াগী অর্জ্জুন মপাতাইনা অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে। হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচম অহেনবা! স্বর্গ কোয়ৌ নোংলৈপাক্পু গৌরব অথোইববু নত্তু হায়রবদি বেদ পুরান-মুংদা করি য়ায়েল্লম্বনো? যজ্ঞ মহৈ মাওফদববু থৌদোক্তবে। দান অথোইনমুং তৌজতবে। কর্ম থৌরম অকবমুং তৌজতবে হায়না পুরাণ লাইরিকমুংদা হন্না হন্না কৃরিগী য়াংম্লিবদো হায়না অমুম পাউহংজরবদা থোইরম চৌংভু কৃষ্ণ শিদবনা হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! বেদ পুরাণমুং অদুদা তাইবত্ত নমু পোংবচাবু পায়মা মাথোয়গী উনকোইমুংদা পুক্লিং অশাম্বু পোক্নবা য়াথং য়াহম্নবনে। বালক নায়া অশিশাশিংবু লমওক খুরা শূনা য়াথং য়াহমখিয়ে।

হে ন'রা অখুবশিংও। মোনফুরা তমলেন কোক্তার অমদি নমু কনা অমদা দান লনকুজরু ও। পুন্য নতগী মহৈ মাওফাবনা মোনফুরা

মচেৎমাদগী তনলেন হাউপোইববু মপাক তয়া শুনা তানকংজখৈনে হায়না য়াথং য়াহয়ুবা অদু লৈয়াং মতম মানগুম্ববু হে অর্জ্জুন তেল-হৈব-ও! বেদ পুরাম্নুং অত্তদা তাইবঙ নমু পোংবচাবু নমু কনা অমনা ধন লখোয়গী নয়ল অয়াম্ববু লনশিং কোঙাই অমনা আয় নপুন্সিবু লোমদরিবমখৈবু তয়া নচিঙ্গাকপু ওইনৌও। লনশিং কোঙ্গাই অমনা দান লনকুজয়য়বদি পুণ্য নঙগী মহৈ মাঙকদবা অদুনা স্বর্গ নোংখৌ লৈবাক্তী দেবভোগ চাকচা হুংঙাইবা অমৃত থুম-খোইববু চানা য়াঙ্গোইরুখৈনে হায়না বেদ পুরানসুংদা য়েক্লমন্নিবা অদুবু স্বর্গ নোংখৌ লেবাক্তা থয়াই কয়ামরুমনা নোংদোন লাইরৈ-বাকপু তানা কাথৎনরকয়ে। থয়াই কয়া অমনা পুণ্য চিঞ্জাক লোম-খিরবগী মরম্মা কুমথরকয়ে। অদুগুম্বা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমক্রু ঈরেনপুংদা তাউথরিবা মশেননে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। বেদ পুরাম্নুংদা হায়রিবা অদুবু থৌয়ম পোৎশক অতোপ্পবু নত্তে। যজ্ঞ দান ধর্ম্ম ভৌয়গা স্বর্গ নোংখৌ লাইরৈ-বাকপু তানকংখিবা খৈবিকপু বৈদ্য মাইবা হিদাক হৈবনা নাত্রা অঙাং মরুপ্তা ঔষধ হিদাক শিদববু চিনি অথুম্বনে হায়না পিজবা অদু লৈয়াং মতম মানগুম্বনে। অমর শিদয়াই ঔষধ হিদাক শিদবা কৌবদি হরি ঈশ্বর মপুরেননে। মূর্খ পায়মা তাম্নিবা অঙাং নাত্রা মরুম্মা ঔষধ হিদাক শিদববু কোয়ৌ কদোনোংদা পুকনিং লন পামবিদয়ে। চেংলৌ মিকুপমাদগী চিনি অথুম্ববুদি নাত্রা পুক্নিং হয়াউ খোইনা অঙাং মচিঞ্জাক ওইনখিয়ে। অসি লৈয়াং মতম মানগুম্ববু বেদ ধর্ম্ম চৎলিবা খৈবিক্তা চেংলৌ মিৎকুপমাদগী চিনি অথুম্ববু পামখিয়ে। কোয়ৌ কদোনোংদা প্রাণ মাখোয়গী থয়াইনা কম্বি অয়ানববু পুম্না তানকং-জরোইয়ে।

হে কুন্তি মপান্নী অর্জ্জুন য়ায়য়া তেলহৈব-ও। লহাল লাংঙন অমরক্তা যজ্ঞ দান ধর্ম্ম পুম্নমাক্সুং ভৌজয়রুবা তাইবং নমু পোংবচাদো

অদুগিংনা হৌজিক লাংওন অসিদা খোইরম ঈশ্বর মপুরেনগী গুণামৃত থুমখোইববু ঊন্‌বি পরে চেৎনা নিঙ্‌জ শোঙ্গরবগা গতি পান্‌গন্‌ ওইনা সংসার রাংমা লানখিৎনে। হে ধনঞ্জয় পাণ্ডব ও। হরিনাম মিংলেন শিদববু হেন্দুনা সংসার রাংমা লান্নবা উপায় পাঙ্গল অমা লৈতরে। অদুগুম্বা চিন্তামনি মপুরেন হরি তাইবং মপুরেন শিদববু থম্মোই থম্মাল ময়ান্নদা য়াইবি লিয়েৎনঙ্গনা শরা চুমি নমগুম্না শামন্‌ লৈগুম চুহললো। মতম ঐগী রায়েল শুজিল্লক্লবগা সংসার সাগর ভমথিবা মায়া সমক্রু ঈরেনপুং অসিবু কাউরেল বণ খোঙ্গুল মকমবু ফংদনা লানখিৎনে। বেদগী ভমথৈ ফংনা অর্থ অকববু কনানা হায়ভমগবনো? বেদ পুরান অমত্তুনা সৎগুণ অক্কববুসুং নিগুণ অথোইববুসু গুণ ২ মাবু হায়রিয়ে। নিগুণ-ও কৌবদি সত, রজ, তম গুণ অহুমমাদা চঙ্‌না লৈরিববু কৌয়ে। গুণ অহুমমা কৌবদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর চাংঙ্‌ অহুম মাবু ওইগে তাল্লিবা ধন ইরল লোইগে, চেংলৌ ইশক হেনগে, ইহৈ ইশিং চাউগে হায়না তাল্লিবা গুণ ইতিক চাউনা নমু মীথক থোংগে, কীর্ত্তি কোলোই ইমিং চৎনা শান্ত্য ইমায় পাককে হায়না দাণ যজ্ঞ কর্ম্ম তৌরিবা অদুগিংগী কোলোই মমিংথোংবু সকাম-ও তৌনা কৌয়ে। সকাম ধর্ম্ম কৌবা অদুবু গুণ অহুমমা অসিদা চঙ্‌লিববু কৌয়ে। মতৌ অসুম ওইনা গুণ অহুমমাদা চঙ্‌না তৌরিবা থৌরম লৈবিবা থৈবিক্তো অমান্ত মায়-থিবা দুঃখ অরাবা মরম অনিমা তৌজখিয়ে।

থৌরম মতৌ অদুম ওইরিবা অদুনা হুন্না কোঙ্গোই লাংবু ওইনা কাখিরবগী লৈরোন নোংলোন অহুমমাগী মবুংঙো হরি নোং-দম নপুরেনবু মাইকৈ থোইনা মন্না লাপ্নখিরে। মতৌ অসুম ওইরিবা শমু ইহক্কশাংবু সুংঙাইগে হায়না তান্নরিবা সকাম ধর্ম্ম কৌবদো প্রাণ মথোয়গী থরাইদা কোয়রেং থোইদিং মরম্নু থৌরম কান্নকদবে। জন্ম মপোক খুদিংদা পাপ লম্বী ফত্তবদা লেপ্পা তাখিরে। য়াংলৌ

লন্বী থুংঙম-য়োঙমদরবা হরিচক্র তমথিবা ইরৈ ঙমকদবদা মাইকৈ মথোঙ খঙদনা পুথিরে। থৌরম অসি খঙনা মর্ত্তলোকতা তাইবং নোংশাপান্দা মণুষ্য জনম কৌবা নমু মীপোক ফংঙমদববু তাঙনা-ফংজরিঙৈদা প্রাণ থরাই ইমিরেনগীদমকপু থৌরম মহে পান্নবা শংলৌ থৌরাংজঙেনে।

হে অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব-ও! থৌরম অসি খঙনা পায়মা নঙগী উনকোইগুংবু নির্গুণ চিন্তামনিদা ফন্মী মফম ওইনা তিনখিরো। নির্গুণ-ও কৌবদি সত-রজ-তম গুণ অহুম্মাদা চঙলুদরববু কৌয়ে। গুণ অহুম্মাদা চঙদবা কৌবদি কায়াৎ শমু ইহকশাংগীনে হায়না লিং-খত্তরববু কৌয়ে। শমু ইহকশাংগীদমক লিংখত্তরবা কৌবদি তনবা ঙকশম কনবা মীপা তরামাথোইমাবু কৌয়ে। মীপা তরামাথোইমা হায়বদি কাম পুক্লিং অপাম্বা ক্রোধ কনজাউবা, লোভ লৌনিংবা, মোহ পুক্লিং তুথিবা, মদ পুক্লিং ময়াই কানা অহঙ্কার নাপল রাংবা, মৎসর্য্য পুক্লিং সুংঙরুবা মথোয় তরুকমা অসিসুং থৌরম পোৎশক নিঙথিবা খৈবিকপু য়েংনিংলিবা চেংলৌ চিনকোইথোং অনিমাসুং সুংঙাহমখৈ লৈতবা খৈবিকপু নাতানিংবা কর্ণ নাকোংথোংসুং তাইবং চিপ্পাক অহাউ অথুম্বা খৈবিকপু চানিং থকনিংলিবা তাংজা মরৈতোনসুং, গন্ধ মনম সুংশিরিবা খৈবিকসু নমনিংলিবা নাসিকা মালং নোংশিৎ থোঙসুং চক্রে হিরা থাঙগুম্না পান্‌গন্ থোইনা লমকেৎপা পুরুষ পুলিঙ্গ ঙম-ফদবসুং মথোয় মঙামা অসিগা অসাইঙৈগী তনবা মথোয় তরুক মাগা মথোয় তরামাথোইনে। মতৌ অসুম ওইরিবা মীপা লমথোই তানবা তন্‌বা ঙকশম কনবা মথোয় তরামাথোইমা অসিবু তাংজা মশম-লাং শমু তুংবুম্না ফারুরগা মন্ ঐগী পূকনিংগা লিঙুং অমত্তবু ওইনা শুংজিনমম্নঙৈনে। অসুম শুংজন্‌মম্নখিরবা নমু মীওইবশিংদি পায়মা মাগী উনকোই-সুংদা লাইজা খাপং থোকুম নৈরম্ববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা গঙ্গা লাইজা ঈরিক্লাইগুম শুদ্ধ পুম্না শেংখিরে।

অসুম লেংখিরবগা গুরু য়াথং লুক-থোংনা উনবি লীখুন চুম্না হোনজিনখিরবগা চিত্ত ব্রহ্ম শিদবগা কন্নি য়িমদিন্নকৈগনে। থৌরম অসিগী মতুংদা জীব থরাই শিদবু তানকংজরগনে। গুরু আজ্ঞা পানগনববু খুম্মু নৌরাং হোৎনা তানশিনখিরবগা জীবাত্মা শিদববু কন্নি য়িমদিন্নরগেনে। জীবাত্মা শিদবগা য়াইবি পান্দম ওইনা অমরক তানশিনখিরবগা পরংব্রহ্ম পরমাত্মা কোবা য়াইবিরেন, য়াইমরু শিদববু লেপ্পা তানকংলুগনে। য়াইবি পাকল য়াইমরুবু অসুম তানকংলবগা পরমহংস দেব অনিমাবুসুং মথং মথং তানকংলুগনে। দেব মথৌ-জান্দগী লৈরোন নোংলোন অহুমমাগী মবুংঙো দেবং লাইমরু লাইগী-লাই চণ্ডখোনবা শ্রীহরি মপুরেন মতিক পান্দম লৈতবা রত্ন সনা লৈখাংকোন লখারকপু গুনা ফুথোংথোক্লবা খোয়নৌ সনা কোনফুম্নুংদা রত্ন মহি চেনগুবা দিব্যঅঙ্গ মকুবা চাংঙু সনা হকচাংলেন তরঙ্গ রাংঙাগী হায়কদবা মশক্তো মতিক কন্নি হায়সিনো। লুমিৎ কোটি লথা তরাগী তেজ মণ্ডল নাইথবু মতিক পান্দম লৈতরে। কমল লোচন অহেনবা মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানববু উনবি থোইনা পুক্নিং হুইরে। মৃগেন্দ্র নোংশা খা দানবদা মনিরত্ন রাংঙাগী অভরণ নিঙথিবা কিয়োই লৈসেং থোনবগী তেজ মণ্ডল অরাববু মতিক পান্দম লৈতে। হে ধনঞ্জয় পানগনব ও। ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্লা পুম্না কংঙমদরবা নির্গুণ চিন্তামণিগী দিব্যঅঙ্গ মকুবা মতিক পান্দম লৈতববু তাইবঙ পোৎশক পিনা পাক্সবীননববু পুম্না লৈতে। অচুগুম্বা শ্রীহরি মপুরেনগী মশক মণ্ডল-তুমদববু ভক্ত লেংনা তিনবা থম্মোয় থম্বাল মরায়দা কিশি লিয়োন চেৎনা থরম য়াকানরিয়ে। অদুগুম্বা ভক্তজনগী মরুপ্তো মায়া অপাম্বনা থম্না ল কোংথক্লা লাইজ-ঈপকবগুম গুম্না হুম্নাম্মোক্লবগা সত্ত রজ তম গুণ অহুমমানা কংঙমদরবা নির্গুণ চিন্তামণিগী মশক শিদবদুদা অহিং সুংখিল নাইদনা পুক্নিং হরাওনরিয়ে।

হে পাণ্ড নিংথৌ মপারী। কুন্তি পায়মা উনকোইগী লমলোই ঞ্জৈগী চারক-ও। ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্লা পুম্না কংঙমদরবা নির্গুণ চিন্তামনিগী

মশক মাওদ তুমদববু অর্জ্জুন নঙগীদমক চীংঙু ঐনা য়াথং য়াহমখিরবনে। পায়মা নঙগী উনগোইনুংদা তরঙ্গ চিন্তামনিগী দিব্যঅঙ্গ মক্তববু কোয়ৌ কদৌনোংদা পূক্নিং থৌকাউরগনো। হে পার্থ য়ায়রা তেলহৈব-ও। ব্রহ্মজ্ঞান অরূবা হরি ভক্ত অণোইবশিংনা থোইরম ঈশ্বর মপুয়েন্দা তিনখিবা হরি কথামৃত থুমখোইবা অসিবু পূক্নিং থাজদবগী নাপ্প-শেন-দাননা অন্যকথা তোংঙানবা য়ারম করি অমবু ঙাঙনখিরবা মীদো মাঙগী পূণ্য লৈজঙমববু ঙম্মা মাঙখিরবগা নরক লৈথা তানখিয়ে। পূক্নিং থরাই হকশাংবু তুমহল্লবগা উনবি পরৈ চেংনা নাত্তাজখিরবা মীশিংদো মাঙগী পাপ অয়াম্ববু মাঙহল্লবম্সুং চেংলৌ মিৎকূপমরমণা ঙম্মা নোক্নখিরবগা বৈকুণ্ঠ কোয়ৌ নোংথৌ লাইরৈবাকপু লেপ্পা তানকং-জরুইয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। চীংঙু ঐগী রূপ চেংলৌ শকপানখোং চিন্তামনি য়াংঙাগী ইশক মাঙদ তুমদববু তাবঙ নমু পোংবচানা ধর্ম্ম যত্নি য়িমনুংদা পূক্নিং থৌকাউ নাইদনা লৌজরিব মীদো পাপ ফজবা থৈবিকপু ঙম্মা কিম্নরবগা হরি চক্র তমখিবা মায়া সমদ্র ঈবেনপুংদগী সংসার য়াংমা লানখিরবগা চীংঙু ঐগী নিগুর্ণ ইশক মক্তবা উরুম থোইনা চীকপদা থরাই পোথাংরুইয়ে।

মতৌ অম্সুম ওইরিবা ভক্ত লেংনা তিনবনা ঐশ্বর্য্য লৈবা থৈবিক্তা কোইরেং থোইদিংমরমদবু পূক্নিং লনপাম্বিরুদরে। হে পাণ্ডু নিথৌ মপারী-ও হাথনা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবা চিন সনা নিবাস্থেংদগী শিন্থু-রকপা গীতা পুরাণ সুংঙাইবা ব্রহ্মজ্ঞান অরূবা অসিবু পূক্নিং লনপা-জরুবগী পরশুরাম বৃন্দারাণী শানৌ মতৈ মনাউ অনিমাকী শংলৌ মথৌয়াং য়েনলাং মঙমদমদগী প্রজ্ঞানন্দ মূর্খ অপঙবা লৌশিং তয়া চগেমতোনগুম্বনা পোইরৈ ইপনপোন্দা তেংথা মীয়োল ওইনা লেংজ-রমদে। গীতা পুরাণ অরূবা ব্রহ্মজ্ঞান চঙথোনবা ভক্তি-গ্রন্থ অথোইবগী য়াহৈ অরূববু লৌশিং লীবৌ উঙমদবগী হেপলি চিন্দাই শমদবা অশে পরেং খাউবা লীলা হাইশোন নাইববু পণ্ডিত লেংনা তিনবনা পূক্নিং

ঙাইনোরব্রিগুনো। তাইবং নোংশাপানগী অহল গুরুচা খোইয়ম লাই-ওইরবা পণ্ডিত লেংনা তিনবা পুম্নমাগী হৈনা মতুং ইনগুমদা সনা মমৈ রাইগুমদনা কাউরেন তুংনাউ শোনগুম্ববু মুর্খ পায়মা তাম্বদি থরাই তীনগী পান্দম্নে। ত্রিস্তো্ক য়াংদোরোয়শিংনা পায়মা লৌশিং লৈতবগী মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু গুমখিরগনি হায়বগী তুলা চাংতম্বনা তরা মচিঞ্জাকপু ওইনৈনে। অদু লৈরাং মতম মানগুম্বা থরাই তীনগী পান্দম-গুম উনবি খে,ইনা পগুলিবা প্রজানন্দ মুর্খনা তাইবঙ লৈরোল নোং-লোন অহুম্মাগী মবুংঙো খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি শিদবগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা মমল মতিক লৈতবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনৌবা অনি-মাবু তয়ম তাঙজা কোক্তা থোংনা হম্না হম্না পুরুমজরময়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো। কমল লোচন অহেনবা। মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মান্ ব-ও। চীংঙু নঙগী মায়াদা থরাই লৈবা খৈবিকপু লাইজা ঈরোইননা কোটি কোটি তাউথরিয়ে। চীংঙু নঙগী মায়া কুম্ভির তমথিবা ঙা-কিয়োং ঙমফদবনা থরাই থময়োংনদুনা মাইকৈ মথোং খঙদনা পুখিরে। মশৌ অসুম ওইরিবা মায়া সমদ্রু ঈরেনপুংদা তাইবঙ নমু পোংওইবা ঐখোয়বু চেংলৌ মিৎকুপমরমদবু তম্নরিবা মশেম্নে। কাশ্যপ মুনিরেনগী মপারী য়োইময়াই অঙানবা মৈনা মুমিৎ ময়িম চঙনা থাংঙা মম্না শিজিল্লক্রবদা তলা উ-রা অপুম্বদা পোনবি য়োমলোই-হৌ চেক্লা য়োমদম পৈনা কায়দোংয়ে। ইমুং মতম হেনখিরবগ তাউহুইরেং অহনবনা নোংপোক মরাইতাগী মুমিৎ খেনচোংলক্রবগা অসাইগৈগী তলা উতোম্বক্তা চেক্লা য়োমদম পৈনা কায়দোংলিবা পোনবী উচেক পুম্নমাদি মাইকৈ অপাম-য়েং পোনবি মনিংতম্না পাইনখিয়ে।

অসি লৈরাং মতম মানগুম্ববু তাইবঙ নমু পোংওইবা ঐখোয়মুং চেংলৌ মিৎকুপমরমদা তম্নরিবা মশেমনে। থরাই পোনবি পান্দমনে। পোম্নচেংমুংগী তেনবোইনা পোনবী পাইখিরবগা চেক্লা হজিল্লক্রে। থরাই কনাগুম্বা অমনা পুকনিং থৌখামঙম্নুদবগী তাইবঙ পোংশক

অরেপ্পবু নত্তে। চেংলৌ মিৎকুপমরমতগী শিংলেন লৈগুম কেখলেয়ে। পায়মা অখোইবস্থুং খঙলদে। লাংওল্লকপস্থু উরক্তে। য়াঙোইরিবা ফম্বিস্থুং ফম্বি মকম অরেপ্পবু নত্তে।

থৌরম অসি খঙনা সাধু সঙ্গ তৌদুনা গুরু য়াথং লুদ-থোং অকুশলং কত্তবা বুশলং অকবা পাপ পুণ্য অনিমানা পুম্না কংগুম-দরবা তরঙ্গ বাংঙগী হায়কদবা পোৎশক্তো থম্মোই থম্বাল ময়াইদা য়াইবি তোম্নৌ লিংঙেননা শামন লৈগুম চুদুনা পুক্লিং থৌকাউদববু লেপ্পা লনকুবিও হায়বগী নাথ-নাথ ইবুংঙো। জগন্নাথ মপুরেন। যদু বংশ শাগৈগী চন্দন কৈবু ওইনবা চৌংঙু নঙগী খুয়াদা নদাইরেম মুর্খ পায়মা তামবনা হন্না হন্না পুরুমজবনে। হে প্রভু ইবুংঙো কমললোচন অহেনবা চৌঙু নত্তিক অরুববু কনানা হায়ঙমগবনো?

থাইনা লহাননোং আদি অহানবদা চৌঙু নঙনা মৎস্য ওঙাগী মশক ওইনা ফাউবিররবগা তরং লাইজা ঈরোম্নুংদগী বেদ মরি পুখৎ-পিরকপস্থুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে।

হে খোইয়ম শিদবা নঙগী নপোক অহানবদা লাইজ ঈরোম্নুংগী লেমলৈ ঙাশক তানবস্থুং চৌংঙু শিদবা নহাকনে।

চৌংঙু নঙনা কুর্ম্ম থেঙ্গু লাইয়িপিচাবু ওইনা ফাউবিরবগা লাইজা ঈরোম্নুংদগী মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু থেঙ্গু নমদা পোনা পুখৎপিরকপস্থুং হে খোইয়ম শিদবা দ্বারিকা নাথ মপুরেন চৌংঙু কৃষ্ণ শিদবা নঙনে।

খোইয়ম নপোক অহুমলকপু শুরকপদা বরাহ ওকলাববু ওইনা ফাউবিররবগা চৌংঙু নঙনা মালেম পৃথিবী লৈময়োনবু য়ারেন খোং-চিত্তোন্দা থোংনা পুখিরবস্থুং হে উপেন্দ্র লাইমরু শিদবা নঙনে।

হে নোংদম মপুরেন-ও। নঙনা নরসিংহ নারায়ণ কৌনা নপোক অখোইববু ওইনা ফাওবিররবগা ভক্ত প্রহ্লাদ অখোইববু চৌংঙু নঙগী ছায়া উরুম অচৌকপবু পিনরবগা হিরণ্যকৌশিক হিংচাবগী থরাই

তায়রবু শুনখৎপিরম্বসুং হে ইবুংঙো বসুদেবগী মপারী খোইয়ম বাসুদেব শিদবা নঙনে।

চৗংঙু শিদবা নঙগী নপোক অবতার মঙারক শুরকপদা বামন খোঙনেম অনেম্ববু ওইনা কাউবিররবগা পানগল খোইনা লমকেৎপা বলি রাজা নিংথৌরেনবু মালেম লৈখারোন্দা তাম্বুরম্বসুং হে যজ্ঞেশ্বর লুচিংবা খোইয়ম মাধব শিদবা নঙনে।

চৗংঙু নঙনা নপোক তরুক্ক্কা মহা পরশুরাম পানগনববু ওইনা কাউবিররবগা ক্ষত্রিয় শাগৈ পুম্নমাবু লানবিরম্বসুং হে চক্রপানি শিদবা নঙনে।

হে খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও। নঙনা চৗংঙু মপোক তরেৎ লক শুরকপদা দশরথ নিংথৌ মপারী কৌশল্যা সতি অচুম্বি পারমা উনকোইগী চৗংঙু শ্রীরামচন্দ্র অহেনববু ওইনা কাউবিররবগা চৗংঙু-চু শংবারনা মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মাল্লিবা সূর্য্য বংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা হে খোইয়ম নোংদম্বা নঙনা চক্র কিরা থাডগুম্না পানগল থোইনা লমকেৎপা সনা লঙ্কা লৈমাবা পাপী লিন-চেন কত্তবা রাবণ নিংথৌ হিংচাববু চৗংঙু নথৌজান্দগী থরাই লান-বিরম্নবগা জগৎ মাতা লাইরৈমা স্বয়ং লক্ষ্মী মশানওন পলেম সীতা লাইরৈমাগী অরা মথৈ তাববু কোকপিরবসুং হে নীলমাধব কৌবা চৗংঙু জনার্দ্দন শিদবা নঙনে। খোইয়ম নোংদম্বা নঙনা চৗংঙু নপোক নিপালক শুবদা বসুন্ধরা কৌবি মালেম লৈবাক লৈনগী অক্রম মথৈ লৈতথবু কোকপিরুগৈ হায়বগী বসুদেবগী মপারী দৈবকী পারমা উন-কোইসুংগী কাউবিররবগা খোইয়ম কোলোয় নমিংথোংবু চৗংঙু কৃষ্ণ কৌহনা নপাবি বলরাম কৌবগা যদু সেনা পুম্নমাগা সনা দ্বারকা লৈময়োন্দা সুংঙাই মরাং কায়না মহা উদ্যোগ অচৌবা কুম্মৈ সুংঙাই থোইববু শাম্নরবসুং হে দামোদর ইবুংঙো খোইয়ম বিশম্ভর শিদবা নঙনে।

খোইয়ম নোংদম মপূরেন নঙনা চীংঙু নপোক মাপল্লক ওয়রদা যৌক্ক য়ারা খোয়াইদববু ওটনা কাউবিররবগা মর্ত্তলোক তাইবং মোং-শাপান অসিদা চীংঙু নঙগী গুণ নত্তিক অখোইববু পিনরম্বসুং নঙনে ।

হে খোইয়ম নোংদম মপূরেন-ও নঙনা দশ অবতার নপোক তরা-য়কপু ওয়রকপদা ব্রহ্মাণ্ড মালেম তাইবং পানবগী মনুষ্য জনম কৌবা নমু মীপোক লৌমা পোক্লরিবা তাইবং নমু পোংবচা খৈবিকপু দুরা-চার লিংজেল ফত্তবা কলি তমথিবনা শমু থুৎথুম চনখিরবগী ধর্ম্ম লৈবা খৈবিকপু ওন্না মাঙখিরবগা পাপী লমচৎ অমাঙববু পুন্না চৎলরগেনে । নমু মীরেপ নেমখিববু শমূ থুদুপ অমত্তবু নেম্লরগেনে । কলি লমচৎ অমাংবদা চৎলরবগী মমোম মচল মচা নাইনদনা গৃহ থিন্নাইববু হৌন-রক্লগেনে । পোনবি ওানু থুনুগুম লমচৎ খোইনা মাঙশিল্লক্লগেনে । মোমনু নুজা ওইবিনা লাংহৈ কুমশিং অহুমগুবদা পুত্র মচা পোক্লরগেনে । বেদ পুরাণ খৈবিকস্সুং ওন্না মাঙখিরবগা গুরু হরি কৌবসুং কোয়ৌ কদৌনোংদবু পুন্না না-তারক্লরোইয়ে ।

মতৌ অসুম ওইশিল্লক্লবদা হে খোইয়ম শিদবা নঙনা মহা কল্কি অখোইবা হায়না চীংঙু অবতার নপোক কাউবিরক্লবগা খোইয়ম বাহন নখুৎনেৎ য়াঙ্গোই শগোল অঙৌবা থুদুপ মরিফূ রাংববু শমু খোঙওই-নডুনা চীংঙু শমু নখুৎশূ নোংচুপ নোংপোক অনিমাবু মাইকৈ মখোঙ থিংনা শৌরিবা হিরা থাঙশাং নখুৎশূ ধূম্রবর্ণ কৌবা থাঙশাং য়াই-ওইববু চীংঙু শমু থুত্তা শূনা সুমেরু চোয়নৌ সনা চীঙ্গী মাইকৈ কংকাল মরিমাদা কোয়না কাচেং থাঙহাই অমরকপু হাইরুরবগা কলি চণ্ডাল কণ্ডবা পাপকী মূর্ত্তি খৈবিক্তো হিরা থাঙশাং য়াইওইবগী ময়াই তমথিবদা ভস্ম উৎকুপ নোংলৈ ওইনা মদোম মদোম তুম্বথিগেনে । নমু মী মরু সাধু মী অফবশিংবু ব্রহ্মাণ্ড পূম্বমাদা হিরা থাঙনা চং-ঙমদববু লাঙ্গোই থরা লৈম্নৌরে । খোইয়ম ঈশ্বর মপূরেন মহা কল্কি অখোইবা নঙনা ইন্দু রবি মুমিৎ থা অনিমাগী মচেংপাচাদা নাউম্রিবা নিংথৌ অনিদংবু শানশেন্থিরম্লবগা অসাইগী হিরা থাঙগী ময়াই তমথিবদা

গুম্না নোংময়খিবা জীব থরাই মৈবিকপু গুম্না অমরক পোকহল্লৈঙনে। মতৌ অসুম ওইনা তাইবং পুম্নমাবু সত্যযুগ অহানবগুম্না নমু মীগী মরেপপু খুত্নপ নিপাল বাংনা সুংঙাই মথোই-তোং হরাউ পুক্নিং মরাং কায়না য়াঙ্গোইহল্লগদবনুং চৌংঙ্, সনাতন শিদবা হে খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও নঙনে।

হে খোইয়ম শিদব-ও! চৌংঙ্, লীলা নশানওন খেলা নপাউ তোই গী গুণ নতিক অয়াম্ববু নদাইরেম মূর্থ পায়মা তাম্বনা য়াকনা তেরান ঙমলুরোইয়ে।

হে প্রভূ ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা-ও। খোইয়ম নোংদম মপুরেন চৌংঙ্, নঙগী নিগু'ণ চিন্তামনিদা পুক্নিং থোকাউদববু গম্না হন্না নিজবনে। হে প্রাণনাথ মপুরেন যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা কৃষ্ণশ্যাম অহেনব-ও! চৌংঙ্, নঙগী মায়া কপট মিনম্বনা নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোইনুংদা মূল মক ফংনা শুম্নাংলিবা অসিবু চৌংঙ্, কৃপা নথোজালবু লেপ্না কোকহনবিরবগা হে খোইয়ম নোংদম্বা চৌংঙ্, নঙগী ছায়া উকম অচৌকপদা থরাই পোংথানববু লেপ্না লনকুবি-ও হায়বগী চৌংঙ্, নতময়েংনা পুক্নমজবনে। মঙলী মাগুব মনুংগী খোইয়ম লাইফংথোগুম্না পরেং ঙমথং শীল্না কম্ফল্লিবা গুরু বৈষ্ণব পুম্নমাগী চরণ খুয়া লৈথাংলম্নু তয়ম পায়মা লোম্বনা তাংজা কোক্না থেংনা হন্না হন্না পুরুমজরমগে। হরি হয়া হে॥০॥

---

# মরিসুবা অধ্যায় ।

অসাইনৈগী গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা লেংলম্বা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা ব্রহ্মজ্ঞান অরুবা অসিবু থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবগী থোইয়ম লীলা মশানওন খেলা-মপাউ-তোয় সনা মমিংথোং নামামৃত থুমথোইবনা লাইজা তুথুন ওইনা নাম মহি চেম্নরিবা পুরাণ লাই-রিক মুংঙাইবা অসিবু উনবি পুকনিং চেৎনা নাতাজরবা মীদো পাপ অয়াম্ববু কোকখিরবগা ভক্তি মুক্তি অনিমাবু লেপ্না তানকংজরুইয়ে হায়দবরা ?

কুরুবংশ মচেংপাচামাদা নাউয়িবা কৌরবেশ্বর মপুরেন রাজা দুর্য্যোধন নিংথৌরেনগী মপল পম্থো শাৎমাবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন্না শমু মখুৎলোম্না সঞ্জয় মহামুনিরেন্দা অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে। হে গুরু মুনি অথোইব-ও। মুনি চিনকোই নয়াথংদগী পারী চিংখোং য়াইমবা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবদা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবনা নির্গুণ চিন্তামনিগী মতিক অরুববু পাউতাকপিবা রারী মুংঙাইববু নাতাজরে। থৌরম অসি মতুংদা চীংঙু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা থোইয়ম মপাঙাউ অর্জ্জুন তেলহৈবগা মতৌ করম ওইরিবনো রারী পন্দোল লোম্না রাহম্বিয়ো হায়না অসুম পুরুমজরবদা সঞ্জয় মহামুনিরেন্না পুক্লিং হরাউ থোইনা য়াথং রাহম্বিরকয়ে।

হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন-ও। নঙবু উনবি পুকনিং তপ্না নাঙাউ-ও! নশানৌ চীংখোং য়াইমবা পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী কুন্তি সতি অচুম্বী পায়মা উনকোইমুংগী মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবদি অসাই-নৈগী নন্দরাজা মপারী চীংঙু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবদা শমু মখুৎলোম্না অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো। কমল লোচন অহেনবা। মিৎতরেং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বালমানব-ও। চীংঙু চিনসনা চিনবানথোংদগী

য়াথং পাউত্তাকপিরকপা সত-রজ-তম গুণ অহুমমানা চঙঙম-দরবা কৌববু তাইবং নমু পোংবচানা পঙ্না শানথঙ ঙমলোইয়ে। মত্তৌ করম ওইনা লমচৎ করম চৎকবনো। হায়না অসুম পাউহং-জবু নাত্তারাগী খোইয়ম নোংদম মপুরেন কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোনা য়াথং রাহখিরকয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব ও! নওবু উনবি পুক্লিং তপ্পা নাত্তাউ-ও। তাইবং লৈয়োল শত্রুমাগী মবুংঙো থরাই লৈবা খৈবিক্কী মচিলন মরুবু ওইনরিবা দেবদেবং লাইমরু—লাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি মপুরেনবু থমোই থম্বাল মসুংদা উনবি পরৈ চেৎনা নিঙজরবগা খোরম লৈবা খৈবিকপু চীংঙু মাগী সেবা মথৌথননে হায়না লৌতঙখিরবা মীদো ক্ষুধা অরাম্বা, তৃষ্ণা খোরাংবা, শোক সুংশিবা ক্লেশ হকচাং নোংথম্বা হুমাং ইরাং হৌনা শমু হকচাং ওল্লাংবা, দুঃখ অরাবা, সুখ সুংঙাইবা মরম অসি খৈবিবপু খোইয়ম মাগীদমক্লে হায়না ভুংওই হুনাম্বোক্লবা তাইবং পুম্নমানা পঙনা কংঙমগ্রবা বস্তু ঐগী পোৎলোই অচেৎপা রত্ন চিন্তামনি কৌববু শ্রীহরি ইবুংঙোগী পাদ-পঙ্কজ নিঙখিবা খুম্না থম্বাল লৈকা অনৌবা অনিমাবু ইরল ঐগী অচেৎপনে হায়না কোয়ৌ নোংজারেনগী নীতি মরমচৎ ওইত্রনা থমোই লাইয়িম মসুংদা কিশি পরৈ চেৎনা শমু থুৎথুম চন্দুনা চৎনরিবা মীদো পুক্লিং অমরক খোইদোক্লা তৌহোবসুং লৈতরবা উন্বি অমরক রাৎথখিবসুং লৈতরবা তাইবং নোংশাপানগী খোরম পুম্নমাবু হরি লাইগী নোংদমনে হায়না তৌজরিবা মীদো সত রজ তম গুণ অহুমমানা কংদরবা-ও তৌনা কৌয়ে হায়না অসুম রাহমখিবা চীংঙু চিনগোই ময়াথংবু নাত্তারবদা কুন্তি পারমা উনকোইসুংগী পার্থ রায়রা তেলহৈবনা অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও! নির্গুণ চিন্তামনিগী মতিক অরুববু খোইয়ম চিনসনা চিনবাম্বোংদগী নাত্তাজরে। মত্তৌ অসুম ওইরিয়া নির্গুণ মতিক ওইরিববু তাইবং নমু পোংব-চানা

পঙনা চৎচ ওয়রোইরে, তৌইগুম তীর্থ লাইকম চৎপনচিংনা ব্রত তরা চাকহেনবা তপ, জপ, যজ্ঞ, দান, ধর্ম্ম কর্ম্ম মরম অসি থৈবিক্তা পুণ্য মহৈ নিকয়োই শমু ঐগী ইহকশাংবু শুংঙাইগে হায়না শংলৌ খৌরাংলিবা সকাম ধর্ম্ম অতোনব-ও তৌনা কোয়ে। জীব ঐগী থরাই ইমিরেনগীদমক তাংজা শন্নুম মরমদশুং নাউদারোইয়ে হায়না য়াথং য়াহল্লিবা অসিবু নমু কনাগুম্বা অমনা ধন মরল তিংনা দান লন পিনিংলবশিংদো শমু মহকশাংবু থৌরম কয়ামরুম্বু য়ানা তাঙ্গা লনগা তিংনা যজ্ঞ মঙম তৌনিংলরোইয়ে হায়না অন্নুম য়াহমজবনু নাতারাগী দ্বারিকানাথ মপুরেন যদুবর লুচিংবা জগন্নাথ মপুরেন কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোনা অনৌবা য়াথং য়াহমবিরকলে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নঙবু উন্‌বি পুক্লিং তপ্পা নাতাউ-ও। মর্ত্ত্যলোক তাইবং নোংশাপান্দা মনুষ্য জনম নমু মীপোক কংঙমদববু তামকংজরবা অসিদা য়াংলৌ লম্বী চৎপদা কন্নি মকম য়ৌদনা মরাল্ হলরাইরক্লবদি মহৈ করি লৈবনো? ভ্রমরা থোইগী মরুপ্পা শিংলেন লৈবু লোজদে। লৈরাং লৈয়োম্লুংদগী অমৃত অথুম্ববু থোইরাং মচিঞ্জাকপু ওইনৈয়ে। অসি লৈরাং মতম মানগুম্ববু চেংলৌ মিৎলম থন্‌না লৈরিবা তাইবং পোৎশক অয়াম্বনচিংনা কোয়ৌ নোংলান-পান্দগী মুক্তা নোংথাং লাইরৈপাকপুন্নুং শিংলেন লৈগী পান্দমনে। চেংলৌ মিৎকুপমাদগী শিংলেন লৈগুম্বা লৈরাং লৈয়োম্লুংদগী অমৃত অথুম্বা কৌবদি শ্রীহরি মপুরেননে।

থৌরম অসি থঙনা তাইবং নমু মীওইবনা অকুশলং কৎথিদরবা পাপ কত্তবনু ঙম্না ককথৎলম্লবগা কুশলং অকবনু ওইনা যোগ ধ্যান তৌহনা চাহৈ কুমশিং কুইনা অহিং নোংথিল নাইদনা হরি মপুরেনগী খুয়াবু পুক্লিং অতৎপবু লৈতনা নিঙজবেনে। পুণ্য দানবু তৌহনা শ্রীহরি মপুরেনবু নিঙজঙমদরবা মীদো য়াংলৌ লম্বী চৎপবু কন্নি মকম য়ৌদনা মরান ওন্দোখিরব-ও তৌনা কোয়ে। ধর্ম্ম অকয়্ম্ থৈবিকপু থৌদোরবগা হরি চিন্তামনিবু থম্মোই লাইয়িমন্নুংদা কিশি

পরৈ চেৎনা নিঙজরিবা মীহু বর মহৈ নিদনা হরি ঈশ্বর মপুরেম্না জীব-জন্তু থরাই নিংশা পাল্লিবা পুন্নমাগী থমোই লাইরিমনুংদা নিঙ-জরিবা মাগী মাগী পুক্লিংবু ঙম্না শানশঙবিরিবা অন্তর্য্যামি ইবুংঙোনে। অদুগুম্বা চিন্তামনি লুচিংবা অন্তর্য্যামি ইবুংঙোনা মানা মানা রাজরিবা থোরম মতুংইন্না ঙম্না লনথুংবিঙম্বা হরি নোংদম মপুরেননে। থরাই লৈবা খিবিকী মচি লন মরুবু ওইনরিবা হরি ঈশ্বর মপুরেনবু পুক্লিং থোকাউ নাইদরবা তাইবং নমু পোংবচাশিংদো মহামন্ত্র অরুবা হরি-নামগী পাঙলনা সংসার রাংমা লানখিরবগা হরি চিন্তামনিগী উর‍ম থোইনা চীকপদা থরাই পোত্থানরুইয়ে। হে পাণ্ডু নিংথোরেনগী মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈব-ও। রত্তন সনা মৈথাঙকোনবু চীংলেন পনলংলাগুম পৈখৎলবগা দান লনকুজরবসুং হরিনাম মন্ত্র অরুববু মিংলেন অমরক্তা শোঞ্জরবগা দান কোটি লক্ষা অমনবু পুম্না কংঙম্নদরে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। মপল কৈরা তাজিস্থক্তা থিকলেন খোমহুক্লরিবা নারা অপিশানা মপল শাৎমাবা পলেম মমা পোকচ-বীগী অঙাং লোম্থোক্তরিবগী কোয়ৌ কদৌনোংদা আহার মচিঞ্জাকপু নিরদে। মপল পনথৌ নিংথোগা পলেম মমা পোকমাবিগা মপল অনিমানা মপারীগীদমকপু তাইবং চিঞ্জাক অহাউ অথুম খৈবিকপু অঙাং মপারীদা পিজেয়ে। অসি লৈরাং মতম মানগুম্বু চিন্তামণি লুচিংবা হরি ঈশ্বর মপুরেনদো ভক্ত লেংনা তিনবগী পলেম-পম্থৌ অনিমাবু ওইনরিবা হরি লাই অদুনা পুত্র মপারীগুম্না লোক্লৌ শানা কোম্না লাঙোনবিরুইয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী কুন্তি পায়মা উনকোয়গী লমলোই ঐগী চাম্নবা পাথৌ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। নঙবু উনবি পুক্লিং তপ্না নাত্তাউ-ও। মতৌ অসুম ওইরিবা শিরোমণি লুচিংবা রতনমনি য়াইমরু চিন্তামনি য়াইওম্থোক কমললোচন অহেনবা মিতয়েং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মাল্লিবা দিব্যঅঙ্গ রাঙাংগী চন্দ্রবদন

নিংথিবা মাইথোং মঙাল নাইববু ভক্ত লেংনা তিনবনা থোয়মা মায়ওক্লবদা প্রেম লনবু ওইনা থরাই লৈবা থৈবিকপু ভন্না থুনগৎ-পিরিবা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন হরি থৌজাল হৈবনা অজ্ঞান লৌশিং লৈতরিবা তাইবং নমু পোংবচাশিংবু চীংঙু মাগী অক্লবা ব্রহ্মজ্ঞানা শুক্মৎলবগী তালোই মরুম অপাম্বী মপারী সুংচানবা মমোম সুংশনবী মমী মনাই মরল মচাক পুক্ষমানা পায়মা মাগী উনকোইসুংবু প্রাণ মাগী থরাইগা মদোম মাঙগে তৌগুম্লবা তাইবং নমু পোংবচাদো শুরু সনা মরাথংবু রাথং লুদ-খোংনা ব্রহ্মজ্ঞান চঙখোলবা হরিনাম মন্ত্র অরুবগী শক্তি পানগল ভচৌবনা অবিদ্যা কন্তববু থাম্বী মৈবু ওইনা চাকহৎলুরে। মতৌ অসুম ওইনা মায়া সমত্রু ঈরেনপুংদগী হরিনাম মতিক পানগলনা সংসার রাংমা লাম্নখিরে।

হে ধনঞ্জয় পাঙ্গনব-ও। নংবু রারম অসি থঙনা হরিনাম মন্ত্র অরুববু উনবি পরৈ চেৎনা লৌজরো। দান ধর্ম্ম তৌবা তপ-জপ তৌবা ব্রত তরা চাহেনবা তীর্থ লাইকম চৎপা যজ্ঞ ধর্ম্ম থৈবিকস্থং মরম অসি থৈবিক্লা হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমত্রু ঈরেনপুংদা কোঙ্গোই লাংলিৎ ভমজরিরে। নমু পোংগী থরাইদা তিল থোইদিং মরমদবু থৌরম কাম্নরুদরে।

হে পার্থ রায়রা তেলহৈবা নংবু উনবি পুরিং তপ্না নাতাউ-গা নমু কনাগুম্বা মীপা থম্মোই কনবশিংনা তাংজা মাগী লুরেনতোনবু কল্লা দান লনকুজবা চেংলৌ মমিৎ হন্দোক্লবগা থোয়লাং লিনশাং কাৎনা দান লনকুগুম্নবস্থং প্রাণ মাগী থরাই মমিরেন্দা তাংজ শঙুম মরমবু থৌরম কামরুদরে। পুণ্য লম্তাম্লিবা মশেমে। ভক্তি পুক্লিং অনোনবনা আহার চিঙ্গাক অহাউ অথুম্ববু চাবিরো হায়না লেবা থৌগঞ্জবা চৈরৈ নিংথিববু শেৎপিরো। কম্বি অকবদা কম্বিরো। থৌরম কন্তবা থৈবিক্তি শরুক ঐগী লয়্ভম ওইগুনো হায়না ভক্তি মাগী অনোনবনা তিংথৌ নাখোং থাদগী উৎফুল লৈরিক অকুপ্পা মরমু লোম্না ভক্তি লমচৎনবস্থং পুণ্য মহৈ লম্তাম্লিবা মশেমে। মাগী ভক্তি

পুক্নিং অতুনা প্রাণ মাগী থরাইদা উৎফুল লৈরিকমতুম্না থৌরম কাম-রূপদে পুণ্য অচৌবদি থামখিয়ে। পুণ্য মরম অয়াম্বা অসিবু সকাম ধর্ম্ম-ও তৌনা কৌয়ে। মৃগেন্দ্র রাজা পানগনবা মোংশা নিংথৌ অমকেৎপদু পাঙল লক্না হেন্না কনখিনবসুং মালেম লৈথারোন তরেৎ-মাবু চেংলৌ মিৎকুপমরম্দা লিৎতুমবসুং কোয়ৌ নোংলোন তরেৎ-মাবু কাওনা পাইতুরকবসুং সুমেরু চোয়নৌ সনাচীংবু শমু মথুৎপাক্তা থোংনা তৃণ নাপি অকংবা মরমবু ওইনা পারমা মনিংশানা কাম-থোক তুমবসুং রারেন মাগী থোংচিনুংদা থাম্বী মৈপোক থোক্লা তাইবং নোংশংপানগী মহৈ লৈবা খৈবিকপু হৈরুরবসুং প্রাণ মাগী থরাই মমিরেনগীদমকপু কোয়রেং থোইদিং মরমদবু পুম্মা কামরূপদে

হে ধনঞ্জয় বীর পাণ্ডব-ও। চৌংঙ্, ঐগী মাথং পাউহমখিবা তীর্থ লাইকম চৎপা ব্রত ঙরা চাহেনবা দান ধর্ম্ম তৌবা তাংজা মকোক ককপা ভক্তি পুক্নিং অনোনবা মহৈ মশিং পাঙল থুৎকল মরম অসি খৈবিকপু শমু ঐগী ইহকশাংবু সুংতাইগে হায়না লন্তাল্লিব-ও তৌনা কৌয়ে। তরা মাগী মচিঞ্জাকনা মাইকৈ অরাং পাংবরমদা লৈরিববু পুক্নিং শানথং তমদবগী হাউরৈ খানা পাংবরম চিঞ্জাক থোঙ্গল লীনা তাম্থখিববু কোয়ৌ কদোনোংদা তরা মচিঞ্জাকপু তানকং-তম্নরোইয়ে। লৈরাং অসি পান্দমতুম শমু ইহকশ্যাংবু সুংতাইগে হায়না লন্তাল্লিবা খৈবিক্তো সকাম ধর্ম্ম-ও তৌনা কৌয়ে। মতৌ অম্নম ওইরিবা সকাম ধর্ম্ম অদুনা চীংঙ্, ঐগী নির্গুণ চিন্তামণি মক্তববু কোয়ৌ কদোনোংদা পুম্মা তানকং তম্নরোইয়ে।

হে পার্থ রায়রা তেলহৈব-ও। থৌরম অসি থতনা প্রাণ থরাই ইমিরেনগীদমকপু সাধু সঙ্গ তৌহৈনে। গুরু মাথং লুপ থোংনা অবিদ্যা মায়াজ্ঞানবু লাপ্পা হন্নাম্মোক্লবগা দিব্যজ্ঞান মক্তববু লৌশিনহৈনে। অদুগুম্না দিব্যজ্ঞান মক্তববু থম্মোই লাইয়িনসুংদা চকখোম মৈরা থানগুম তালহল্লবগা সাধু মী অকবা গুরু চিনসনা চিনথাম্মোংদগী তানকংজরকপা মতম ললমরু শিদববু উনবি পুকনিং পরৈ চেৎনা লৌজরবগা মন

ঐগী পুকনিংনা লিঙ্গং ইথুংশূবু ওইনরেনে। প্রাণ ঐগী থরাইনা হরি লাইগী থুরাদা উনবি পান্দম চুরা থৌদোকজরবগা জীব ঐগী থরাইনা তেনবী মশক ওইদুনা থরাই তেনকাপ শোয়হন্দনা কাপচররেনে। মতৌ অসুম ওইনা হরি লাইগী থুংাদা প্রাণ থাগী থরাইনা উনবি পান্দম চুমখিরবা মীদো তাইবং মায়া সমক্র ঈরেনপুংদগী অরা-ইশৌ লাংদনা কাউরেন ষণ থোঙ্গুল মরমদবু ওইনা লায়খিয়ে। জীব পরমাত্মা কৌবা থরাই য়াইবিরেন শিদবগী য়াংলৌ লমদাংশাংদা সাধু মী অকববু নত্তনদি চৌংগু মালেম লৈগেংবা চতুর্মুখ মচিল মরি পানবা ব্রহ্মা কোটি অমনা থৌরৈ তেংবাং ওয়দরে। অদুগুম্বা সাধু মী অকবগী গুণ মতিক অরুববু কনানা হায়ওয়গবনো? সাধু মী অকববু নত্তনা থোইরম ঈশ্বর মপুরেনগী চার থোংজাও হাংনা য়াংলৌ লমখুন পিওয়দে। মর্ত্যলোক তাইবং নোংশাপান্দগী মনুষ্য জনম নমু মীপোক লৌনা তানকংজররবগা হরি লাইগী থুরাদা অসংখ্য কোটি কোটি থিওয়দনা লানখিরিবা থৈবিকপু সাধু মী অকবগী থৌজাল মরলকুনা ওয়া লায়খিবা মশেননে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! সাধু মী অকবগী ধর্ম্ম মপাউতাকপু নত্তনা হরি লাই অদুনা নমু কনা অমবু শমু খুৎচেং লাক্রা চিংথৎ-পিরদে। থরাই কনা অমনা পওনা তানকংওমদবা হরি লাই 'অদুবু সাধু মী অকবা ভক্ত মনাই অদুদবু শমু খুৎথুম চয়া তানকংজওয়রে। তাইবং নোংশাপানগী ইষ্ট কাযারেনবু ওইনরুইয়ে। গুরু অথোইবগা সাধু অকবগা হরি লাই অদুগা মরম অহন্মা অসিবু থৌরম তোওানববু নত্তে। এক আত্মা থরাই অমওনে। তামুয়িগুম শুংজিম্ব। মাতৈ চেংলৌ মঙ্গবু নিঙথিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী লমলোই ঐগী চায়বা অর্জুন রায়রা তেলহৈব-ও! গুরু সাধু অনিমাগী মতিক অরুববু কনানা হায়ওম-গবনো? অদুগুম্বা 'গুরু সাধু অনিমাবু চৌংগু ঐগী শমু মহকশাংলে হায়না থৌগল পুক্রমজরিবা মীদো তাইবং নোংশাপালগী মায়া সমক্র

উবেনপুং অনিদগী লাইক্তা বাংলা লানথিরবগা খোইরম ঐগী কমি খোইরম চীকপদা থরাই পোথানরুইদে। পুরাণ লাইরিক খৈবিকপু মাতান্নরুরবস্তুং গুরু মুখ অখোইববু তানকংজরিবা মীদো চামলৌ লাগী মথক্তা শিংলেন লৈদু থম্নবগী লৈরাং লৈনম বিবিক্তবু লৈরোবা অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু পুরাণ লাইরিকশুংদা লৈরিবনে। শিংলেন লৈশক অতাওবা লৈরাং লৈশক অতাওবা লৈরাং লৈনম চাউবগীবু চুনবা অম্রুত অথুবা কৌবদি গুরু সাধু অনিমাগী থম্মোই মপুংদা কমি থিষওইনরিরে। পুরাণ কোটি লক্ষ অমবু হৈরুম্নবস্তুং সাধু সঙ্গ তৌদ্রুনা গুরু মুখ অখোইববু তানকংজদ্রিবদি শিংলেন নাওইতোংনা মপাল তাঙ্না শাহুনা লৈরাং মনম লৈতবা অদু মতম মানগুম্বা মহাক্নে।

হে পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপান্নৌ কুন্তি পায়মা উনকোইগী অর্জুন বায়রা তেপহৈব-ও। নঙবু উনথি পুকনিং তম্না নাতাউ-ও। পুণ্য মহৈ কংবথু থর্ম্ম ঐগী অখোইবনে হায়না চৎচরিবা মীশিংদো তাইবং নোংশাপায়চিংনা স্বর্গ পাতাল পুম্নমাবু কোয়রমশুম্নবগা মহা নরক তম্নথিবদা থৌরম মথোরগী অরোম্ববু ওইনরুইদে। মতৌ অসি থঙ্না তাইবং মীপোক অখোইববু তানকংজরিঙৈদা সাধু সঙ্গ তৌদ্রুনা ব্রহ্ম পরমাত্মা শিদববু মন ঐগী পুকনিংনা থম্মোই থম্বাল মপুংদা উনবি পরৈ চেৎনা লৌজরবগা মতম ঐগী রাযেন শুজিম্নক্রবদা হরি ঈশ্বর মপুরেম্না লেপ্না লৌবিরঙৈনে।

মতৌ অদুম ওইরিবা ব্রহ্মজ্ঞান চঙথোনবা থর্ম্ম অকথবুদি প্রাপ ঐগী থরাই ইমিরেমে হায়না চেংলৌ ফিৎকুপ মরম্বু উনবি নিংশিং লৈরুদে। মোমন্থু মপানৌ, মপাঙৌ শুংচানবা মথোয় শুংওনবী থন-জন মরল মচাক মরম অসি খৈবিক্তা উনবি ফিবম ওইনরবগা হয়েং লাংওন অমরকী শুংঙাই মথোই তোংনবা হায়না দান লনকুজরিবা মীশিংদো গজ মনম লৈতবা তলা পাঙোং মপালনা মপাল তাঙনা শাদগুম পুণ্য মাগী চিঙাকপু চেংলৌ ফিৎকুপ মরমদবু চায়মলুরবগী অমরক ওন্নুরকপবু থরাই কমা অমনা পুমনা থৌথাম তমজুদে।

কাবার লোংবৈ হিদাকপু শান-শেন্নবগা মৈকাপ্নী শেনপাং শীহুনা শূণ্য অভিংঙাদা কোন্নৌ লোংয়ৌননা পাইখংলবসুববগা হিদাক অচন ওমথি-ন্নবগী মালেম নৈমাইথক্তা অমমক হন্থরকপা অত্থ নৈন্নাং পান্দমগুম্বনে। প্রাণ ঐগী থরাইগীদমক্কে হায়না গুরু সাধু অনিমাবু হুলাম্নবগদা কবিগুবা অমম্ন খৌদৌখিন্নবা মীদো কান্নাৎ মহকশাংনগী উৎফুল নৈন্নিক পক্কা নৈন্নিবা মহিব ঈন্নোই কোম, কোমপুৎ ইনমথি অপূম্ববু পান্নমা লৌশিং নৈতবগী লাইজ্জা ঈন্নিক লাইগেং খোইবনে হায়না ইরু শান্দেংলুবা অত্ত নৈন্নাং মতম মানগুম্বনে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব ও! বিষয়া ন্নিস্নাইথৌগা পূণ্য লস্তানবগা থৌন্নম অনিমাগী পোৎশক অন্নেপ্নবু ম্নাথং বাংমথিন্নবনে। লোয়না ঐগী অপাম্বা হে অর্জ্জুন তেলহৈবা নঙবু চীংঙ্ চিনগোই ইন্নাথংবু উনবি পূকনিং তপ্পা নাতাউ-ও! বিষয়া মান্না কর্ম্ম ন্নিস্নাইথৌস্নং পূম্না হুল্লানফন্নোইন্নে। মোমন্নু চেংলৌ শকহেনবি নান্না লাংচেং মখোক্লকপিদো শিংলেন নৈগী পান্দমনে। পাথং যৌবন মখোক্লকপন্থং তাউজিং হৈগী মওংনে। হৈগা নৈগা সম্ভোগ ন্নিমদিমন্নবগা তাইবং নমু পোংবচাবু লিংখৎনন্নিন্নে। মোমন্নু মুজ্জা নত্তনা তাইবং মশক ওইনববু পূম্না নৈত্তে। গৃহ ন্নিস্নাইথৌ অসিস্নং তাইবং হৌন-লমচৎনে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! মতৌ অস্নুম ওইন্নিবা তাইবং নমু পো বচানা সাধু সঙ্গ তৌহুনা ব্রহ্ম পরমাত্মা অনিমাবু গুরু মপাউতাক্তগী উনবি পন্নৈ চেৎনা পূকনিং লাইচি থোংনা নিংশিংজ্জরুবদা লাইজ্জা পজ্জা ঈথিক্লাইদা ইরু শান্দেংলুন্নবগা হকশাং থুনাম্ববু কোক্না ওম্না শেংদোকখিবা অত্থ নৈন্নাং মতম মানগুম্ববু পাপ অমাম্ববু চেংলৌ মিৎকুপমন্নবদা ওম্না কোন্নখিন্নে। গুরু মথৌজান্দগী পাপ পূম্নমাবু ওম্না শেংখিন্নবগা প্রাণ মাগী থরাইনা অমৃত অথূবা তাইবং পোক্ত শিদববু লেপ্পা তানকংজরুইন্নে। হে সাধুজন অকথশিংও! থৌন্নম অসি থঙনা মর্ত্ত্যলোক তাইবং লোংশাপান্দা মনুষ্য জনম নমু মীপোক ফংঙমদবা অসিবু তানকংজন্নিঙৌদা মন ঐগী পূকনিংনা ধর্ম্ম পূকনিং

লম্ভানববু থীরগনো। মরল পুৃকৈ থম্না তাদোই লুমলেন মহোং য়াম্বা তম্না করম্ভাং শাংনা লাঙ্গোই শঙ্শাং কিবা তম্রম নাইদি শোনবা লিক্লাং কোনগাবা চৈরৈ কিমাপা মরম অসি খৈবিক্তা মন্ন মাগী পুক্লিংনা থৌরম অগোম্ববু ওইনা নিঙথিরিবা মীদো জগৎ মালেম থোইবি গঙ্গাদেবী লাইরেমাবু হল্লাদম্নবগা পাম্থি কোমপুং ইনমথিদা ইরু শান্দেংলুবদা মহৈ করি লৈবনো ? বৃন্দাদেবী লাইরেমা শিংলেন তুলসী লৈস্থংশিবু হল্লাম্থোক্ত্না তেরা কাঙ্লাং মচুম থকপদি পুণ্য করি লৈবনো ? চেংলৌ মিৎকুপমাদগী শমু ঐগী ইহকশাংবু ওইরিয়ে হায়না য়ারংলিবা মীদো লৈয়াং অসি পান্দমনে। প্রাণ মাগী থরাইদা তাংজা শম্বুমমাবু পুম্নরুদরে। থৌরম অসি থঙনা সাধু সঙ্গ তৌতুনা ধর্ম্ম পুক্লিং লমপাম্ববু থিজ্ঞনে। কাম, মায়া, মৃত্যু অহুম্মানা শমু থুৎথুম চম্না ক্ষাখিবনা হানগনে। তাইবং নোংশাপান্দা চেংলৌ মিৎকুপমরমদা তম্নরিবা অসিবু অহিং থোম্লেন মঙলানচানগুম্বনে। স্বপন থোম্লেন মঙলানচাম্বা স্পর্শমণি য়াইমরু শিদববু তানকংজরুরবগী পায়মা মাগী উনকোইনু দা। পুক্লিং হরাও থোইববু মতিক পান্দম লৈতরে। অতুগুম্বা স্পর্শমণি য়াইমরু শিদববু তনবা শমু থুত্তা থুম্না থোম্লেন মিকপ থোক্লকপবু থুৎপাক লৈয়াং অতিংঙাবু ওইঙমলে। অতু লৈয়াং মতম মানগুম্ববু পস্থৌ পলেম অনিমানাচিংনা মোমনু মশানৌ মপারী মমোমলোন মরল মচাক মরম অসি খৈবিকপু মতম মাগী রায়েল গুজিল্লক্লবগা পাঙথং কাংচাই তম্না ঙম্না চাইথাইরবৈজ্ঞনে। পলেম পস্থৌ থওজঙমদা মপারী মমোম খিনা-ঙমদা মচাই মচাই ঙম্না কিম্থনখিজ্ঞনে।

মতৌ অম্নুম ওইরিববু শংশং মিৎনা উতুনা তাইবং নমু পোংবচানা অমর শিদনা প্রানগদবগুম পুকনিং থৌরাং শাজেল চাউনা মদোম লিংখৎলরিয়ে। হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া থৌরি ঙমফদবনা হুম-কোংঙ্গোই থুনা তনবা ওংদা হুক্লবগা পানগল অরাক তমনা চিংশিল্লিববু থরাই মাগী নমিয়েক্লা পুক্লিং হঙ্থোক ঙমদরে। বর লমিরিবা পুণ্য মহৈ অথোইববু লনতাল্লিবম্নুং পাপ কত্তবা খৈবিকপু থৌদৌরিবম্নুং

চীংঙু ঐগী মায়া মমত্র ঈয়েনপুং অথুর থোইনা মন্নিবা মহাচক্র ঈয়ে ঙমকদবদা মায়কৈ মথোঙ শঙদনা ঙম্মা ভাউথনরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-এ। নমু করি থোয়নো পাম্মুইয়ে। সাধু মথৌজাল গুরু মপাউত্তাক্তগী ব্রহ্মজ্ঞান অরূবা ধর্ম্ম অথোইববু তান-ফংজখিরবা মীশিংদো ধর্ম্ম মপোক মহৈ পানখিয়ে। থৌরম পুন্নমা থৈবিক্তা পায়মা মাগী উনকোইগুংবু শুদ্ধ পুন্না শেংহল্লবগা থোইয়ম ঈশ্বর মপুয়েনগীদমকনে হায়না চীংঙু মাগী থুয়াদা উনবি পুকনিং লেপ্না থৌদোকখিয়ে। শমু মহকশাংগীদমকনে হায়না কোঁয়রেং থোইদিং মথাইময়ম্বু পুকনিং লৌশিঙ্গয়োইয়ে। মতৌ অসুম ওইনা চৎচরিবা মীদো জ্ঞান ভক্তি ধর্ম্ম অথোইববু ওইরবসুং মাইকৈ মরিমাদসুং ধর্ম্ম লম্বী থৈবিক্তা ঙম্মা চঙজঙমখিয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা নমু পোংবচাবুদি য়ামচেং নম্মুরক্নুনা তুংওই হুল্লাম্বোকলে। নমু রাখল রাৎনা লৈরবা তাইবং পোংবচাবুদি পুক্লিং লনপাম্বিদরে। নমু করি থোয়নো? লৌশিং রাখল রাৎনা থোইনা থন্দবা চীংঙু মাগী মায়া তমথিবনা লৈরাং হেকমায় কানা হরাওনখিয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা নমু মীপোক ফংঙমদবা ধর্ম্ম লনতানকম অসিবু মায়কৈ পুন্না মাঙহল্লে। মীবু ওইনা পোক্কনা লৌশিং রাখল লৈতবা লাইগুরু অনিমাগী খুয়া থম্বাল লৈথোংথাবু চেংলৌ মিৎকূপ ময়মদা উনবি নিংশিং লৈতয়বা পাপি লিনচেন ফত্তবা থৈবিক্না নরক কুণ্ড থমরিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচাশিংদো লৌশিং রাখল রাৎমা মানা থাকপা লাংদা মদোম লাংথুরবগা কোমপুৎ ইনমথিদা থরাই য়াম্না পুথনরিয়ে। থৌরম অসি থৈবিকপু মন মথোক্তগী পুকনিংনা থোকহল্লিবা মশেননে। অসিগুম্বা মন পুকনিং অচুবু শুদ্ধ পুন্না শেংহল্লবগা লাইগুরু খুয়াদা উনবি লিথুন চুন্না থরাই য়াকা-নরঙেনে। থৌরম অসুম ওইরবগা মায়া লাংমিৎ করম্বনসুং থরাই লাংথুঙমদে।

মতৌ অদুম ওইরিবনু রায়ম পোৎশক থঙমা নমু লিনচেল কওবদো কোয়ৌ বদোনোংদমুং পুকনিং-লনপাম্বিরুদয়ে। মীনু ওইনা পোক্ত্না খাউরৌ শাহিনচেনগুবা নমু রাথল লৈতবদো দুখ অরামথৈ লৈতবদা হয়া হয়া লাম্নকরুইয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবা নগুনু উনবি পুকনিং তগ্না নাতাউ-ও! তাইবং লোংশাপালগী মায়া কর্ম্ম অয়াব্দা থৌরম মাগী অয়োখনু ওই-রিবা মীদো হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমক্রু ঈরেনপুংদা রাকয়ৈ হিনম অনঙখনু লাইজা রাংমা লানঙমদয়বগী বড়দুঃখ অচৌবা অরাবদা হয়া হয়া লামংলৈয়ে। থৌরম অসি খঙনা ব্রহ্মজ্ঞান অরুবা ধর্ম্ম লম্বি অকবনু উনবি পুকনিং চেৎনা লৌজহৈনে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! হায়না অসুম রাহম্বিবনু নাতারাগী অর্জ্জুন রায়রা তৈলহৈবনা অনৌবা রাথং পাউহংজয়কয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনব-ও! মালেম তাইবং-পানবগী থরাই লৈবা খৈবিরা মাগী মাগী আহার মচিজাকপু চারুরবগা পঞ্চভূত মগামানু উনবি পুকনিং পেয়রিয়ে। কারাৎ মাগী মহকশাংদুং শকলেন ঈগাং কানা কুচু মশক থোকনৈয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা অসিনু তাইবং পুম্নমনা পুকনিং শানখঙনরিয়ে। আহার চিজাক চাদনা তাইবং অচা অশেৎ পুম্নমনু ছল্লারমবগা হে থোইবম শিদব-ও! চৌংগু নংগী খুয়াদা থরাই কনাগুম্বনা পঙনা নিঙজরুইয়ে। থৌরম মতৌ অমমুং বর মহৈ নিদনা রাইক মহৈ অথোইবনু করম তানকাংজগবনো। থৌরম অসি খৈবিকপু নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোইমুংদা পুকনিং চিংনরিবনু চৌংগু শিদবা নঙনা কোকহনবি-ও হায়না পুরুমজয়বদা থোইবম লোংদম মপুরেন চৌংগু কৃষ্ণ অহেনবনা রাথং রাহম্বিরকয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী। কুন্তি পায়মা উনকোইগী লমলোই ঐগী চাম্বা অর্জ্জুন রায়রা হেলহৈবা, নগুনু উনবি পুকনিং তপনা নাতাউ-ও! কৈরোল লোংলোন অহম্মাগী মবুংঙো! থোইবম লোংদম

মপুরেন শিংববু তাইবং নমু, পোংবাদা পুকনিং মাইক্তি-থোরনা নিংশিংলুবিরক্লা। য়াইজা। ইত্রোমনা লুপথম্বিবু, মরোই নমশনথক্তণী তুমিৎ কাণ্ডনী মরুপা শূন্য অতিংওনদা শুনা, পাইখৎকখিবা অদু লৈবাং মক্তম মানগুম্ববু চৌংও, মাগী খুয়বু নিঙজরবা মীশিংদো পাপ পুম্না শেংখিরে। অদুগুম্বা খোইরম ঈশ্বর মপুরেনবু থম্মোই থবানা মরংদা উনবি পরে চেৎনা লৌজরবগা থৌরম ঐনা তৌকরিবা খেবিকপু, চৌংঙ্ক মাগী খুয়াদা, কৎনা, থোদোকরবা মীদো কর্ম মাগী থবক মশিনশু পুম্নমবু, হরি ঈশ্বর মপুরেনগী সেবা মথৌথলবু শংখং ওইখিরে। মতৌ অসুম ওইনা পাযমা মাগী উনকোইদুংদা অহিং নোংথল নাইদনা নিংজরবা মীদো দরিদ্র লায়রবা অমঙ্গল য়াইখিবা-দুঃখ অরাবা শোক সুংশিবা অপমান মায়থিবা ক্ষুধা অরাম্বা তৃষ্ণা খোরাংবা মরম অসি খৈবিকপু কাশ্যপ মুনি মপারী সুর্য্য মুমিৎ য়াইরংচানবু লৈচিন শীকাম্নাংনা খুমহৎলরদা মাগং নোংশিৎ অকলবনা হুমথোকখিরবগী মুমিৎ তেজ মণ্ডল নাইহোরকপা অদু লৈবাং মতৌ মানগুম্ববু হরি লাইগী খুয়াদা, নিংজরিবা মীদো থৌরম করুবা খৈবিক্না শমু মহকশাংবা পুম্বা শোক্রুশমদরে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! রতন সনা মায়থাঙকোনবু দান লনকুজরবসুং গুরু, সাধু, হরি লাই অহুম্মাদা উনবি পাদম চুম্না সেবা ঐগী ইথোখনগা পুজিত ঐনা ইরাৎচবনে হায়না রতন সনা মায়থাঙ-কোনবু কৎচখিরবা মীদো খোঙয়ম মাগী মথৌজাম্না মপাল নাইরবা সমক্র লাইজ ঈরেনপুংগুম্ববু তানকংয়ে। থৌরম অসি নত্তনা অতৈ করি অমদা উনবি পুক্রিং থম্না ধর লননিরিবা খৈবিক্কো লাইজা-গঙ্গা ঈতিল্লাইবু হুন্নানথোক্লমরগা, কোমপুৎ ইনমথি, শমু থুৎচোক মরমঙাইববু তানকংজরুবগী লৈবাং মক্তম মানগুমনে। চৌদ্দ ভুবন মখোল ভরামরিমাং মবুংদো মচি লন মকবু ওইরিবা হরি লাই মরু গুরুগী চৌংঙ [illegible] মুথোঙখাদা পুক্রিং থরাই হকচাংবু ডম্না কৎচখিরবা মীশিংদো থৌরম [illegible] পুকনিং মাগী চিংনবু পুম্না লৈতরে।

শ্রীহরি ইবুংঙো অতুনা পম্মৌ মাগী শাৎনাবা পলেম মাগী পোকমাবীবু
শুইনা লাংগোনথিররে। নমু মীপোক মাইকবা অচুম্বথিংদো থৌরম
মাগী অরাৎপবু পুম্না লৈতরে। তাইবং নমু পোংবচাগী থনপতি
লমোইবা পম্মৌ পলেম অনিমাকী মপারীশিংনা দরিদ্র লায়রবরে।
চৈরে অরিন-তাম তন্না অচা রাৎনা লাম্নংগে হায়ববু কোরৌ কদৌ-
নোংদা নাত্তাথিররবনো ?

হে থনঞ্জয় পানগনব-ও। নণবু শিংলেন অরেম্বদা পুক্নিং চিংনক্ল-
শুনো। থর নম্নিররবগা মহৈ লন্তান্নিবা মৈথিক্তো চাংঙ ঐগী নির্গুণ
চিন্তামনিগী উরুম থোইনা চাকপবু কোরৌ কদৌনোংদা পুম্না তানকং-
শুমদরে। অদুম তানকংশুমদরবসুং থৌরম কদৌকাৎপু নত্তে। লম যোন
নোংলোন পুন্নমাবু কায়রমলুররগা থৌরম অকোনবদি মহানরক কুণ্ডদা
কথী মকম ওইরগে।

থৌরম অদি থঙনা থর মহৈ নিন্নিবা পুণ্য লন্তানরাসুং পাপ
কন্তবসুং থৌরম অনিমা অসিবু লাপ্পা হন্নাম্বোকচেনে। লাইগুরু
থুম্নাদা উনবি পন্নে চেৎনা থোইরম ঈশ্বর মপুরেনগীদমক্কে হায়না
থৌদোক্তররবা মীদো যুগ যুগান্তর কোবা থোইরম লাইনিং অথোইবদা
তিনথিররবা-ও তোনা কৌয়ে। অদুগুম্বা সাধু মী অকবশিংদো চাংঙ
ঐগী নির্গুণ চিন্তামনি মক্তবু চেংদৌ মাগী মিৎলম থন্না মরেরে
হায়ববু লেপ্পা থঙও!

মতৌ অদুম ওইরিবা সাধু মীপোক অকবশিংদো য়ারম লৈবা
থিবিক্তা থৌরম অরাববু পুম্না লৈতরে। পাপ পুণ্য অনিমাবু লাপ্পা
হন্নাম্বোক্রবগা মশক মাঙদা-তুমদবা চাংঙ ঐগী নির্গুণ ইশক মক্তবু
থম্মোই লৈকাম্নুংদা য়াইবি তোম্মৌ লিয়েৎননা লৌজরিবা মীদো হৌজিক
তাইবং লোংশাপান অসিদা য়াক্লোইরিবৈনা প্রাণ মাগী থরাই মথি-
ন্নেনবু মদোম লানজথিরে।

থৌরম অদুম তোনা লাইগুরু থুম্নাদা উনবি পুকনিং লেপ্পা রতন
ঐগী নলমক্লনে হায়না লৌজরিবা অদুবু মধর্মরত্নাণ অরুব-ও তোনা

কৌরে। অদুগুম্বা সর্ব্বজ্ঞান মকশা অদুনা থম্মোই মাগী লাইরিক্‌-লুংদগী কয়াযোত মায়া কত্তবনা খুমা লৈরিববু হীরা মাগী মখুৎশু থাড়শাং য়াইওইবনা গুমা ভুপথৎলুরবগা খোইরম নোংদম মপুরেন হরি চিন্তামণিবু দর্শন চেংলো শকউনবা সংসার য়াংমা লানখিরে।

হে পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী, অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবা নঙবু উনবি পুকনিং ভগ্না নাত্তাউ-ও। ভাগ্যবত্ত চৌংঙ, লাইবক কবা কোববু মনুষ্য জনম কৌবা নমু তাইবং মীগী মপোক অসিবু হেন্দুনা অমা তৈনা লৈত্তরে। অসিগুম্বা নমু মীপোক কংগমদববু তানকংজরিঙৈদা ব্রহ্ম পরমাত্মা শিদববু গুরু মথৌজান্দগী জীব মাগী থরাইনা তানকং-জখিরবা মীদো চৌংঙ, ঐগী নির্গুণ রুপি অচিকপদা থরাই পোথানখিরে। পাপ পুণ্য অনিমানাচিংনা চত্তদরে। মতৌ অমুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচাপিংনা চৌংঙ, ঐবু তানকংজরবমুং উনবি পুকনিং-তপ লুংঙাই পুকনিং খুনা থ্‌পচঙৈনে।

মতৌ অমুম ওইরবগা স্বতন্ত্র মনিংতম্না চৎচত্তরবা উনবি অমুম মনিঙ তম্নবা অদুবু অন্তর্য্যামি অথোইবা হায়না কোলোয় অমুম মিং-থোনখিরে। হে ধনঞ্জয় পানগনব ও। হায়না অমুম য়াহবু নাত্তারাগী কুন্তি সতি মপারী অর্জ্জুন রায়রা তেনহৈবনা শমু মখুৎ লোন ভক্তি চৌগ লুক্ক অনৌবা য়াথং পাউহংজখিরে।

হে প্রভু ইবুংঙো। দ্বারিকানাথ মপুরেন সনা থান লাই পাথং যদুবংশ শাগেগী চন্দন লৈবু ওইনবা চৌংঙ, চিনসনা চিনথাম্বোংবগী শিঙ্খবিরকপা খোইরম নত্তিক অরুব। নির্গুণ চিন্তামণি শিদবনা লাইজা ভুখুন ওইনা চেন্নিবা ব্রহ্মজ্ঞান অরুবগী ধর্ম্মকথামৃত খুমথোইববু নাত্তায়বদা নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোইলুংবু উনবি মেরিং চোংহৌরে। চৌংঙ, নঙগী নির্গুণ নত্তিক অরুববু মতৌ কয়ম ওইনা মতম কয়থদা তানকংজগথনো? হায়না অমুম পুক্কমজরবদা তাইবং পুয়মাগী মবুংঙো মচি লনমরুবু ওইনরিবা দৈবকী পায়মা উনকোইলুংগী শিরোমণি লুচিংবা

মায়া মীনথনে হায়না কথথোক্লিয়বগা আম্মা থরাই য়াইবিরেন শিংদয়বু মন মাগী পুক্লিংনা য়াইবি পান্দম চুম্বা পাঁয়জখিরবগা উনবি পুক্লিং পেম্মা হয়াউনখিরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা অহবু ধৃষ্টপ্রজ্ঞান-ও তৌনা কৌয়ে। চুপ্থ অয়াবা মথৈ লৈতববু লাম্যংনবস্থুং উনবি পুক্লিং অমরক থোইনা য়াখৈকুলবরবা, খুংঙাই মরাং কায়ববু জানকংঙরবস্থুং উনবি পুকনিং থোইনা অমরক ফুংঙাইহোৎরবা মমু মী ওইরিবা থৈবিকপু পুকনিং থোইনা চায়হৌবা উনবি অমরক চায়বদস্থুং পুম্মা লৈতরবা মতৌ অসুম ওইরিববু ধৃতবুদ্ধি উনবি পুকনিং তপলবা-ও তৌনা কৌয়ে। পুক্ক মপাক্লীবু ওইরবস্থুং নমু মীচাপোক কনা অমা ওইরবস্থুং অরাই অচান লাইদরবা নমু কনা অমবু থাগৎনুরবগা মীরুপ কনা অমবু চিংথরুবস্থুং লৈতরবা শমু মাগী মনাক্তা মীচং তুঙান লাইমা থৎম য়ারোংনরবস্থুং থৌরম মানা লালে। মতৌ কনানা চুপ্পে হাম্না কোলোয় য়াথং হায়রুদয়বস্থুং পুকনিং মাগী অশেংবনা বাক্য সিদ্ধ পায়বা অতুগুম্বা নমু মী অকবদো উনবি পুকনিং কয়বা সিদ্ধপুরুষ অথোইব-ও তৌনা কৌয়ে নমু মী ওইরিবা থৈবিক্তা ইন্দ্রি তয়ামাথোইমাবু পালিবা য়ুশেয়ে। অতুগুম্বা ইন্দ্রি তয়ামাথোইমাগী হয়াউ ফুংঙাইনরিবা থৈবিক্তা মন মাগী পুকনি-না কোয়ৌ কদৌনোংদা পুম্মা য়াউবিরুদরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচাদো বৈরী য়েক্লবা মরম তরুকমাবু থুৎথুম চলব-ও তৌনা কৌয়ে। কূর্ম থেম্বু লাইঙ্কি পিচানা মালেম লৈকংলাংদা শমু মথোঙ পান্দবগুম পানগল মথৌ কৌনা চৎচ-হুমদে। লাইজা ঊরোম্-দা থাদোক্লরবদি পানগল মথৌ হোনা য়াঙনা থুনা চৎঙমখিরে। অসি লৈরাং মতম মানগুথবু থোক্লী লাইবু নিঙবশিংদো ইন্দ্রি তয়ামথোইমাদা পুম্মা চৎচহৈদরে। লাইজা ঊরোম্-দা থেম্বু পাঁজল হাপ্পা য়াঙনা চৎখিবা অতু মতম মানগুথবু ওইনা ইন্দ্রি তয়ামাথোইমানা চৌংঙ্ খোইরম থরাই শিদবদা পুক্লিং হয়াউ থোইনা তিনজখিরে।

মতৌ অসুম ওইনা লাইবু নিঙবশিংনা তাইবং অচা-অথক লিংখি-সুংঙাই পুম্নমাবু ওম্না থৌকাউনরুবদি থমোই মাগী লাইরিমসুংদা লৈরিবা জ্ঞান লৌশিং মতুংবু শালহল্লবগা চিত্তব্রহ্ম শিল্লবগা আত্মা মাগী থরাইগা লিণ্ডং অমত্তবু ওইনা শুংজিল্লবগা কথি য়িমদিমরুরে।

থৌরম অসি মতুংদা গুরু যাথং লুদ-থোংনা অমমক হোজিন-থিল্লবদা হুয় খতু চিংজিন কামবি অয়াম থৌরাং অকি-অথং পুম্নমাদা কংঙমবরবা য়াইবি পাকল য়াইমরু পরমাত্মা শিদবু তানকংজরুরবদো মতিক কথি হায়লিবা। সুংঙাই মথৈ লৈতবু মপান লাইদরে। ঐশ্বর্য্য লৈবা থৈবিককী সুংঙাই মথৈ লৈতবা অসংখ্য কোটি বিশ্বমদবদা পূম্না তানকং ওয়ুদরে। মতৌ অসুম ওইরিবা ব্রহ্ম পরমাত্মা শিদবদা থরাই যাকাননা পুক্নিং হরাউনখিরবা অহুণ্ডবা সাধু মী অকথনিংদো অদুদা ঐশ্বর্য্য লৈবা থৈবিকপু পায়বা মথোয়গী উনকোইসুংদা কোয়রেং থোইদিং মমবু পূম্না লনপাখনুদরে। প্রাণ থরাই মথিরেনগী কথি থোইনা সুংঙাইবা য়াইবি লমদাংশাংজ্রদা অহিং লোংথিল নাইদনা থরাই যাকানদুনা পুক্নিং হরাউনখিরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা ভক্ত লৈবা থৈবিক্তো তাইবংপোক্তা শিদবা চাংঙ ঐগী কথি থোইনা চীকপদা থরাই পোথানরুইরে। হে কুন্তি মপারী-ও! উনখি পুক্নিং ওপ্না নাতাউ-ও। ব্রহ্মজ্ঞান অরূবা অসিবু অর্জুন নঙগীদমকপু চাংঙ ঐনা হয়া হয়া পাউমেনবিখিরবনে। থম্মোই নঙগী লাইরিমসুংদা উনখি পরে চেংনা লৌজরো। প্রাণ থরাই ইথিরেনগীদমকপু নঙনা অন্যকথা য়ারম তোঙানবা অমবু নাতারুরবদি মহৈ কথি লৈতবনে। থৌরম অসি থঙনা কোয়ৌ কদৌনোংদবু পুকনিং থৌকাউরুরগবনো।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! মর্ত্যলোক তাইবং নোংশাপাম্না মমু মীবু ওইনা পোক্লবদা সধর্ম্মজ্ঞানবু লৌজরৈনে। গুরু মপাউতাকগী সধর্ম্মজ্ঞান অরূথবু আদি অহানবদা শমু থুংথুম চম্না থৌদৌজরৈনে।

থৌরম অসি মতুংদা জীব ঐগী থরাইনা জীবাত্মা থরাইদা য়াইবি পাদম চুম্না মদোম তুংজিন্নবগা মুংঙাই মথৈ লৈতবা অচুদা সাধু অকবা ভক্ত লেংনা তিনবা থৈবিক্না থরাই য়াইবিরেনগী অমৃত থোইনা থুমখোইববু থক্না কোয়ৌ নোংজারেনগী লৈয়াং হেকমাক কানা পুক্লিং য়াম্না হয়াউনরিয়ে।

মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবং পোংবচা থৈবিক্তো তাইবং নোংশা-পানগী মুংঙাই মথৈ লৈতবা থৈবিকস্তুং কোয়ৌ নোংলাংপান্দগী থোইনা মুংঙাইরিবা থৈবিকস্তুং মরম অসি থৈবিক্না য়াইবি তোয়োনরিবা শিদবগী মুংঙাই মথৈ লৈতববু পুম্না চঙ্ঙমদরবগীদমক ঐশর্য্য লৈবা থৈবিকপু পনপান লাপ্না হুন্নাহোকখিরে। অচুগুবা সাধু মী অকব-শিংদো অচুশিংদুনা বিষ হূগী পান্দমগুম বৈরী লেরুরিবা ইন্দ্রি ১১মাবু মন মাগী পুক্লিংনা অমৃত অথুববু গুম্না শানওলহন্নবগা য়াইবি পাকল শিদবগী য়াংলৌ লমদাংশাংত্তুদা গুম্না পুশিনবিখিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা ভক্ত লেংনা তিনবদা থৌরম কত্তবা থৈবিক্না পুম্না চঙ্ঙ্-ঙমদরে। অমঙ্গল য়াইখিববু মদোম লাপ্না চেম্নখিরবগা থৌরম লৈবা থৈবিক্তা অমৃত অথুববু গুম্না শানওনখিরে। অমঙ্গল-মঙ্গল, য়াইখি-য়াইক মরম অনিমানা পুম্না কংঙমদরবা চীংঙ্ ঐগী নিগুণ চিন্তামণিদা কোয়ৌ নোংজারেনবু থরাই য়াকানরিবা মীশিংদো ভক্ত মাগী মতিকপু কনানা হায়ঙমপবনো? নমু কনা অমনা ভক্ত অচুগুবশিংবু মতম করি অমদা দর্শন চেংলৌ শকউনরুরবদি পাপ অয়াববু গুম্না কিহু-খিরবগা মহৈ অচৌববু তানকংজবা সাধু অকবা অচুগুবশিংগী খুয়া থম্বাল লৈখোংথাদা পকলিবা পদধূলি নিঙথিবা উৎফুল মনা হৈয়াই কূপকুপবু তাংজা কোকহাম্নবু তানকংজববদি মপোক কয়ারকী পাপ লথা তরামাবু চেংলৌ মিৎকূপ মরমদা গুম্না কোয়খিয়ে। চরণামৃত অথোইববু তানকংজরুরবা মীদো মতিক পান্দম লৈতনা য়াইকখিয়ে। থমলাং মাগী পাপলোন অমনবা, ইরেং পুপালোন অকেবা মরম অসি থৈবিকপু গুম্না কাওনা য়াইকখিয়ে। অচুগুবা সাধু ভক্ত অথোইববু

চীংঙ্ ঐগী শম্ব ইহকশাংনে হায়না থৌগল পুকমজরুবা মীদো মপাল নাইদবা সংসার সাগর তম্‌থিবা মায়া সমত্রু ঙৈরেনপুংবু চেংদৌ মিংকূপ ময়মদা লাম্‌থিরে। ভক্ত সাধু অথোইবগী মতিক অরুববু কনানা হায়ঙমগবনো ?

হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও। জীবাত্মা অথোইবা থরাই য়াইবিরেল অতুগী য়াংলো লমখুন ইন্দুনা চীংঙ্ ঐগী নির্গুণ ইশক মক্তবদা থরাই পোথানবগী ব্রহ্মজ্ঞান ধর্ম্ম অরুববু য়াথং য়াহমবিথিরবনে। থৌরম অসি মতুংদা কর্ম্মযোগ কৌবা ধর্ম্ম লম্বী অকবা অমস্তুং য়াথং য়াহল্লককে।

---

## তরুকশুবা অধ্যায়

হে পার্থ বায়রা তেলহৈবা নত্তবু উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাউ-ও। কর্ম্ম-ও কৌথগি অমু মীওইবনা চান-থক্ক শেংন-পায়রিবা থবক মশিনশূ অয়াম্বা মরম অসি খৈবিকপু কর্ম্ম-ও তৌনা কৌয়ে। যোগ-ও কৌবগি থবক ঐগী ইশিনশূ অয়াম্বা মরম লৈবা খৈবিকপু. খোইয়ম ঈশ্বর মপুয়েন্দা সেবা ঐগী ইথৌখয়ে হায়না উনবি চোইথম চুম্না থমজ-হৈখিরবা অন্তবু যোগ-ও তৌনা কৌয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা নমু মহকশাংগী তরা মচিক্লাক চৈরে মফিশেংকৌদমকপু কর্ম্মযোগ কৌখিরবা অসিবু চোয়নৌ সনা রুপা ধন লন গচেৎমাওবু তিংদনা শমু মহকশাংদবু অমরক শাহৌরুদরবা ধর্ম্ম লম্বি অন্তবু য়াথং রাহমখিরককে হায়না অসুম রাহম্বিবা খোইয়ম চিনকোই ময়াথংবু নাতারাগী পাণ্ড নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন বায়রা তেলহৈবনা অনৌবা য়াথং রাহমজরবয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো। কমল লোচন অহেনবা-ও। চীংঙু নথৌজান্দগী খোইয়ম চিনসনা চিনবাম্থোংনা হায়বিখ্রিবা আদি অহানবদা ব্রহ্মজ্ঞান অরূববু হেক্না ধর্ম্ম অমা লৈহয়ে হায়না রাহমবিখিরে। অন্তকাল থৌরম মতোল লোয়াইদমগী প্রাণ থরাই লালাইদমদা ব্রহ্ম পরমাত্মা শিদমবু জীব ঐগী থয়াইনা য়াইবি লিখুন চুম্না লাঙখিরবদি চীংঙু নকম অচৌকপদা খোইয়ম নশক মত্তমবু তানফংজরুইয়ে হায়না য়াথং পাউতাকপিখিরে। হে খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও। থৌরম অসি মতুংদা কর্ম্মযোগ কৌমবু লৈম্নিয়ে, কর্ম্মযোগবু নত্তনা ধর্ম্ম লৈক-খিবিক্তা। থৌরম মহৈ পানওমলোইয়ে হায়না য়াথং. রাহমলিবা অসিবু লদাইয়েম ঐগী পায়মা উনকোইদুংদা উনবি পুক্নিং ওক্রে। কর্ম্মযোগনা হেনবরা জ্ঞান-দবু থোইবরা? থৌরম অমত্তগী ধর্ম্ম অথোইববু নথৌ-জায়া লেপ্পা পাউতাকপিও হায়না অসুম পুরুমজরবদা দ্বারিকানাথ

মপুরেন যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা চীংঙ, কৃষ্ণশ্যাম অহেনবদি লমলোই মাগী চায়বা অর্জুন রায়বা তেলহৈববু মিৎকোই চিংন য়েং মোমোন খোইরুম নোক্লা য়াথং য়াহমবিয়কয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব ও। নত্তবু শায়মা নঙগী উনকোইসুংদা কাঁয়রী চিংনরিবনো? থৌরম অহানবদা জ্ঞানধর্ম্ম অরূববু পাঙিত্তাক-থিরে। থৌরম অহু মতুংদা কর্ম্মযোগকী য়ারম্বু মাতাউ-ও হায়না চীংঙ, ঐনা য়াহমলিবা অসিদা শায়মা নঙগী উনকোইসুংদা য়াংলৌ লমখুম অনি ওইনা নাতারে। সৎবুদ্ধি কৌবা পুকনিং লৌশিং অনিমাবু শেংথোক্তনদি ধর্ম্ম লৈবা থৈবিক্তা পঙনা চঙলু ঙম্রোইদে। য়েনকম ঐগী পুকনিংবু গঙ্গা লাইজা ঈশিক্লাইগুম শেংথোক্লবগা অমৃত অথুম্ববু ত্তানক'থৈনে। য়েনকম পুকনিং নৈরিবা পোনশ্রং অরনবনা লাইজা ঈশোকলুবদি ঈশিং খুৎচোকমাবু থাঙলোদে। লাইজা গঙ্গা ঈরিক লাইথেং থোইববু পুলাং লুরোইসুংদা হৈজিল্লুরবদি লাইজা লিক্লামাবু থাঙবিদে। অসি লৈয়াং মতম মানগুম্ববু য়েনকম ঐগী পুকনিং ওইনরিবা সৎবুদ্ধি ওইনরিবা অনিমাবু শেংদোক্তনা থৌরম লৈবা থৈবিক্তা কল মতৌ শান্দরে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। থৌরম অসি শঙনা জ্ঞানকর্ম্ম অনিমাগী মখোয় মশুং অয়াম্ববু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাউ-ও। থৌরম অহানবদা কর্ম্ম লৈবা থৈবিকপু উনবি পুকনিং কক্লা থোদৌ ঙমখি-রবদি মক্তিক মাগী নিঙথিবা কর্ম্মযোগ-ও তৌনা কৌয়ে। থৌরম অহানবদা কর্ম্মগী থৌরমবু শমু খুংথুম চঙরবা মীদো জ্ঞানকর্ম্ম লাইনিংদা চঙলুঙমদরে। ইন্দ্রি মতামানচিংনা থৈরি য়েক্লবা তরুক-আগা মিপা জলামাথোইমানা থিদ্রি মৈথাইরকবগা ধর্ম্ম লৈবা থৈবিক্তা পুন্না চঙলু ঙমদরে। মমু মীওইবগী শুক-চৎচরিবা কর্ম্ম থৌরম থৈবিক্তা উনবি পুকনিং শোংনিরবা মীদো জ্ঞান ধর্ম্ম খঙলব-ও তৌনা কৌয়ে হায়না অমুখ য়াহম্ববু মাতাওরবগী মায়বা তেলহৈবনা হে প্রভু মীবুংগো কমলু-লোচন-অহেনবা থোইরম য়োংদম মপুরেন-ও। নুদাইরেম

ঐবু চৌংথ, মথৌতান্না কর্ম্মযোগ কৌববু থৌরম অহানবদা কাইগী পাউতাকপিদবনো হায়না অঙ্গম য়াবথা অর্জ্জুন চিনগোই মরাথংবু মাতারাগী যদুপতি লুচিংবা চৌংথ, কৃষ্ণনা অহেনবনা য়াথমক্রয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপাগী পার্থ য়াবরা তেলহৈব-ও। অর্জ্জুন নঙগী পারমা উনকোইশুংবু থুনা লরশিল্লকখনো হায়বগী চিংথ, ঐনা সাংখ্য-জ্ঞান অরূববু হান্না পাউতাকখিবনে। মালেম তাইবং পানবনা তাঙনা খঙনরিবা কর্ম্মযোগ অনিমাবু শম্ন্ থুংথুম চম্মবা সৎ-চিৎ অনিমাবু শেংদোক্তনদি থৌরম লৈবা খিবিক্তা ফল মহৈ পান্দরে। প্রকৃতি মায়াদগী থোকখিবা সত্ব রজ তম গুণ অহুমমানা মালেম তাইবং পানবা পুম্নমাবু শম্ন্ থুংথুম চম্না থুমহৎলিয়ে। গুণ অহুমমাদা উনবি কিতন্ন ওইনা থৌদোরিবা থৈবিক্তো অফ-কত্ত অনিমাবু য়ামনা লৈরিবনে। লহান লাংওন অমরক্তা পুণ্য ধর্ম্ম তৌরকপা নম্ন্ পোংবচাদো থৌরম পুম্নমাবু থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি শিদবগীদমকনে হায়না কর্ম্ম থৌরম পুম্নমাবু থৌদোঙময়ে। থৌরম লৈরিবা থৈবিকপু হরি নোংদম মপুরেনগী সেবা মথৌগননে হায়না সৎ-চিৎ অনিমানা উনবি পুকনিং তুম্না থৌদোজরিবা মীদো কর্ম্ম থুংথুম চম্নব-ও তৌনা কৌয়ে। কর্ম্ম থুংথুম চম্নবা অতনা জ্ঞান ধর্ম্ম অরূবগী পোৎশক অয়েপ্পনে।

মতৌ অন্নম ওইরিবা নম্ন্ পোংবচাদো কর্ম্ম ইন্দ্রি কৌবশুং জ্ঞান ইন্দ্রি অনিমাগী পুকনিং হবাউরিবা থৈবিকশুং শম্ন্ থুংথুম চননা জন্না কক্‌থৎহনখিয়ে। কর্ম্ম-ইন্দ্রি-ও কৌবদি শম্ন্ থোঙনা চৎলিবা থবক মশিনশু শম্ন্ থুংনা শূরিবা থবক মশিনশুশুং জিহবা মরৈতোননা চিজাক অহাউববু চানিংবা চেংলৌ মিৎকোইথোংনা থৌরম পোৎশক অকথা থৈবিকপু য়েংনিংবা কর্ণ নাকোংথোংনা মতৌ শুংভাইবা থৈবিকপু তানিংবা মরম মঙামা অসিবু কর্ম্ম ইন্দ্রি মঙামা-ও তৌনা কৌয়ে। জ্ঞান ইন্দ্রি কাম পুকনিং অপাম্বগী কজাউবা, লোভ কায়াম্বা, মোহ পুকনিং হুবা, মোদ চৈরে মকিথেৎকৌদমক থবক মশিনশু অয়াম্ববু থোইয়ম নোংদম মপুরেন্দা কৎনা শুজরবগা তর। মচিজাকশুং ওইনখিয়ে। প্রাণ থয়াই মমিয়েমগী য়াংলো

লমদংশাংবু ওইনখিরে। কর্ম্ম থৌরম খৈবিকপু শম্ু ইহকশাংগীনে হায়না থৌথৌরিবা মীদো পাপ থোইনা মথবু ওইখিরে। থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন্দা কৎনা তৌজরবদি পাপ অরুম্বু কোরৈরে। থবক ইশিনশূগী মতম শেংননবু থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন্দা কৎনা তৌজরিবা অসিনা থৌরম অওইবা অরেপ্পনা থৌরম লৈবা খৈবিকপু হরিলাইগী খুয়াদা কৎচবদু নত্তনা থৌরম ল্লামবদু পুম্না লৈতরে। কর্ম্মযোগপু নত্তনা সংসার সাগর তমথিবা মায়া সমুদ্র ঈরেনপুগী মাইকৈ থোইনা মথদা য়াকৈরে হিনম ভনগুম্বদু কোরৌ কদৌনোংদদি ধর্ম্ম য়াংলৌ লমদাশাংবু পুম্না ওক্রুদরে। কর্ম্ম থৌরম খৈবিকপু ঙম্না শেংদোক্রবগা ধর্ম্ম অয়াম্বদা চঙজ ঙমখিরে। শম্ু মহকশাংনচিংনা সৎ চিৎ অনিমাবু শেংদোক্রবা মীদো ধর্ম্ম অম্বী কোটি অমনা প্রাণ মাগী থরাইদা কোয়রেং থোইদিং মরমদবু চঙলু ঙমদরে হায়বদু য়ায়ম লাইনা খঙজরো।

হে পার্থ য়ায়না তেলহৈব-ও। পুকনিং সুংওক্রবা অসিবু জ্ঞান ইন্দ্রি অসিনা শম্ু খুৎথুম চন্না তুংওই হুল্লান ঙমদরিবা মীদো ধর্ম্ম মানা তৌজরিবা খৈবিকপু কপট মায়া মিনম্বদু ওইখিরে। দান মীবু পিনরবসুং ধ্যান লাইনিং খৈবিকপু নিংজরুরবসুং থৌরম পূম্নমাদা মিথ্যা অরেম্বদু ওইখিরে। মন পুকনিং অদুবু ইন্দ্রি ১১ মানা শম্ু খুৎথুম চননা পুখিরবা মীদো ধর্ম্ম লৈবা খৈবিক্কা পুম্না চঙঙমলুদরবগী দুঃখ অরাবা খৈবিক্কা শরুক মাগী লৈঙম ওইনা তাখিরবনে।

মতৌ অসি খঙনা কর্ম্ম থৌরম খৈবিকপু থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন্দা কৎনা য়র মহৈ নিঙ্কররোইদে। সৎ-চিৎ অনিমাবু উনবি পুকনিং তুম্না হরি লাইগী খুয়াদা কৎনা থৌদৌজরিবা তাইবং নম্ু পোংবচাদো থোইয়ম লাইয় নিঙব-ও তৌনা কোয়ে। অদুগুম্বা কমল লোচন ইবুংঙো মিংথরেংু সনা মোইথম্বাল হরি নোংদম মপুরেনগী পাদ পঙ্কজ নিংথিনা খুয়া, প্রয়াব, অনৌবা অনিমাদু পুকনিং থরাই হকচাং য়াথং অহুম্মুবু তুম্না নিঙজরিবা মীদো চৌংঙ মথৌরান্দগী করুনা সিন্ধু অথোইবা থৌজাল সমুদ্র ঈরেনপুংঙম্বদু চেংলৌ মিৎকূপমরমদা ত্রানফংজখিরে।

হে ধনঞ্জয় বীর পানগনব-ও। মতৌ অসুম ওইনা তাইবং মমু মীওইবনা তরা মচিঙ্গাক অথুম অদাউ থৈবিকপু পুণ্য মাঙ্গী মহৈ মাঙকদবনা তানফংলিবা মশেননে। বর-লননিরবগা লৌশিং লিরৌ রাংনা বর লননিরিরে। পুণ্য মখোয়না মহৈ কংজরিবা অদুবু শিংলেন লৈগী মমম থিজিল্লগী লৈরাং পান্দম অদুনে। হৈরাং রস অথুপ্পা মমল মতিক লৈতবা তাউজিং হৈশক অরেপ্পদি কে'রৌ কদৌনোংদমুং তানফং ঙমদরে। ধন মরল তিংনবগী মরমু রানা দান লনকুজরিবা মশেননে। পুণ্য মখোয়গী মহৈবু খোইয়ম নোংশিন নোংদমবিদুনা তানফংজরলে। অসুম তানফংলবগা ধন লনমরু চৈরৈ-কি মশেংকা তরা মচিঙ্গাক মরম অসি থৈবিকপু খোইয়ম অমনা লাক্‌না চাররবা নত্তে। এৈনা থম্বা লনবু ইদোম থাউরী খোঙ্গা চারৌরেরে। খৌরম অসি খঙনা তীর্থ লাইকম চৎপা ব্রত তরা চাহেনবা তপ্‌ জপ্‌ যজ্ঞ দান ধর্ম্ম মরম অসি থৈবিকপু বর লননিরুদনা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন্দা সৎ চিৎ অনিমাবু উন্‌বি পুকনিং তুম্বা হে খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও। খৌরম অসি থৈবিকপু চীংঙ্‌ নোংদমনে। খোইয়ম সনা নখোঙখাদা নদাইরেম এৈগী সেবা ইথৌগম্মা শ্রীহরি ইবুংঙো খোইয়ম লাই নহাক্কী সেবানে হায়না থৌগজ্জরবগা বর লননিরবগী তানফংজরকপা তাউজিং হেগী মনম্ম অহেনববু ওইরিবনে হায়না য়াথং রাহমথিরবনে। পায়মা নংগী উন-কোইমুংদা চিত্ত খোয়রাংজরো।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী পাথৌ অর্জ্জুন তেলহৈবা নঙবু উনবি পুকনিং তপ্পা নাতাউ-ও। থাইনা লহাননোং চতুর্ম্মুখ মচিন মরি পানবা বিরিঞ্চি ব্রহ্মা লাইয়িংথৌনা চীংঙ্‌ এৈগী ইকমদা উনবি পুকনিং লেপ্পা যজ্ঞ কর্ম্ম অচৌববু লিংখৎরে। কর্ম্ম যজ্ঞ অদুবু ব্রহ্মা পায়মা উনকোইমুংদা হে খোইয়ম নোংদম মপুরেন-ও। খৌরম লৈবা থৈবিকপু চীংঙ্‌ নঙগী নোংদম খোথা শিননে। নদাইরেম এৈগী যজ্ঞ ধর্ম্ম অসিবু খোইয়মু সনা নখোঙ খাদা কৎচখিরবা অসিনে হায়না অসুম বিরিঞ্চি ব্রহ্মা লাইয়িংথৌনা অমরক্কবু কৎচরম্মগী মহৈ মাঙকদবা অদুনা ক্ষুদ্রবীপ্র

মালেম তাইবং পানব-মচিংনা ত্রিভুবন মরোল অহুমমাবু খোইরম ঙাঁনা শানওন ওমখিয়ে।

মতৌ অসি খঙনা খোইরম লৈবা খৈবিক্তা হরি লাইগী খুরাবু উনবি পরৈ চেৎলোও। চীংঙ্গু মাগী খুরাবু অহিং খোংথিল নাইদনা নিঙজরিবা মীদো খোইরম লেপ্না মাওঙরবনে। মতম মাগী রায়েল ভক্তিক্রেবগা চীংঙ্গু রূপা মখোইজানবু লেপ্না তানকংজৈনে। মতৌ অদুম তাইবং মমু পোংবচানা তপ খোইরম লাইবু নিঙবা জপ খোইরম লাইগী মমিংবু শকচ-শোঙ্কবা ব্রত তরা চাহেনবা দান লনকুজবা তীর্থ লাইকম চৎপা যজ্ঞ খোইরম লাইবু ঊড়াৎ পুরুমজরবা মীদো হে পার্থ রায়রা তেলহৈখ-ও। নঙবু উনবি পুকনিং ঙপ্না নাত্তাউ-ও। তাইবং লৈরোন অহুমমা অসিদা মিংলেন চাউনা চৎলিবা দেবর্ষি অখোইবা নারদ মহামুনিয়েন্দো। তমম ব্রহ্মা মচিন মরি পানবগী মপারী অধম অতোনবনে। শৃঙ্গ মহামুনিয়েনসুং রাউরো শাগী মচানে। মরম অদুম ওইরিবা অসি খৈথিক্তো তাইবং লৈরোন অহুমমাগী মবুংঙো। খোইরম ঈশ্বর মপুরেন হরি লাইগী খুরাদা ভক্তি পুকনিং অশেংবনা উনবি লিখুন চুম্না নিঙজখিবগী মহৈ অরেপ্পনা তাইবং নোংশাপানগী থরাই পুম্নমনা মুনি খোইরম লাইগী হকচাংনে হায়না থরাই কয়া মরমনা মখোয়বু ঊড়াৎনরিয়ে। পম্লো মাখোয়গী শাৎমাবা পলেম মমা পোক-রাবিশিংনা কর্ণ মনাকোং চেংলো মিংকোইখোং তাংজা মরেতোন শমু মখোঙ মখুৎ মরম অসি খৈবিকপু খোইখোক্না পোক্লকপবু নত্তে। তাইবং মমু মীহকশাংনে। কারাৎ হকচাং পুম্নমাবু তাংজা শমুমঙমু পুম্না খোটখিদে। মন মাখোয়গী পুক্লিংনা গুরু, সাধু, হরি হায়বা খোইরম অহুমমাবু উনবি পুকনিং তুম্না নিঙজখিরবগী হরি লাইনা হরাউখিয়ে। মমু পোংখচাশিংগী খোইরম অসি খঙনা পুকনিং রাকম রাওনা তৌজবু খোইরম অবা লৈজয়ে।

মতৌ অদুম ওইনা লৈরবা খোইরম মাগী অমৃতরস পুমখোইবা মমল ভক্তিক লৈজবু লেপ্না তানকংজরবা মীদো ত্রিভুবন মরোল ওয়ারিয়িমাগী

অক্ষয়'ব অচিংবু মচি লমমক্ক কৌবদি হরি লাই অংলে। অদুগুম্বা দেবদেবং লাইগী লাই চঞ্চখোনবা শ্রীহরি মপুন্থেন দিব্যঅঙ্গ মক্তবা মুদিং কোটি লখা তরা গী মঙ্গাল অরাববু ভমজবা হরি নোংদম মপুন্থেন্দো চৌংও মাগী মহকশাংদগী ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটি শিঙমদববু শরা তুপোং খুদিংগী লখা লখা য়োইওইনরিবসুং খোইরম শিদবা মহাকনে। হত্যা অমরক মাঙহল্লবগা কার্ত্তা অমরক রায়েনবিবা অদুসুং চৌংও শিদবা মহাকনে। মতৌ অসুম ওইরিবা তরঙ্গরাংঙগী হায়কদবা মশক্তো ভক্ত লেংনা তিনবনা থমোই থম্বাল মন্নাইদা শায়ন লৈ-গুম চুহনা য়াইরি ভোমৌ লিয়েৎননা অহিং নোংথিল নাইদনা থরাই য়াকানরিয়ে। অদুগুম্বা ভক্ত লেংনা তিনববু খোইয়ম নোংদম মপুন্থেননা তাংজা শম্বুম মন্নবু লাম্নদনা পুত্র মপায়ীগুম লোক্লৌ শানা কোম্না যোকপিরিয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনব ও! খোইয়ম নোংদম মপুন্থেন হরি লাইগী থুম্নাদা উনবি পুকনিং চংজখিন্নবা মীশিংদো খোরম লৈবা থৈবিক্কা পুকনিং মাগী অপনববু পুম্না লৈতরে। হে পার্থ রায়ম্না ভেলহৈবও। নওবু উনবি পুকনিং তপ্না নাতাউ-ও।

খোরম অসি মতুংদা পঞ্চ-সুমেরুগী মরম মওামাবু রাহম্লককে। তাইবং নম্ন মীওইবনা কোকৌ নাংজারেনগী অয়ুক নোংথিল নাইদনা চান থরুরিবদা খোরম তণ্ডাইকদনা গুন-চৎনরিবনে। মতৌ অসুম ওইরিবা পাপ মরম মওামাবু কোক্লবা কোয়ৌ নোংজা থুদিংবু যজ্ঞ মওম তৌগৈনে। বেদ লাইরিক থঙলবা অতিথি খোইয়ম লাইবু নিঙববু পুজা ঈরাৎচগৈনে। গঙ্গা লাইজা ইরিক্লাই লাইজা ঈশেং খোইবনা ঈরু শান্দেংলবগা তর্পণ মওম তৌনা খোইয়ম লাইবু পুজা ঈরাৎচগৈনে। স্তুতি-ও কৌবদি স্তুতি মন্ত্র অকুববু কৌয়ে। পাঠ-ও কৌবদি লাইরিক মাঙমা থানা পীববু পাঠ-ও তৌনা কৌয়ে। অতিথি খোইয়ম লাইবু নিঙ্গবগী রৈনা মতুংইন্না রাজপথ নিংথৌ লম-য়েনচাউদা চৎলুগৈনে। সভা পুন্নমাদা কৎলবা অৎশেৎ লুখাক অয়েম্নবু কংজগৈনে। তরা মচিজাকপু শুক্র লাইগী থুমাম্না রুপনা তরা চাৎংলিবা

মীদো তরা মাগী মচিঞ্জাক য়েনলম মথেল থৈবিকশুং পাপকী মতম ওইখিরে।

থৌরম অসি খঙবদি থোইরম ঈশ্বর মপুরেনগী মত্তিকপু খঙলবা-ও তৌনা কৌয়ে। রায়ম অসি পুম্নগী নোংশি নোংখাই নোংরম তৌজ মহৈবু পুম্না হেনকরোইরে। শরুক ঐগী দৈঙম থোকপবু হেম্না মীগী শকক কারামলুবদা কৌরো কদৌগুংনবু পুম্না তানকংজরোইরে। ঐগী ঐগী লমওন তানকংজববু থমজরম্লবশুং পাপ কত্তবমু থম্লবমু ঐনা থম্বা ইরলবু নত্তনা হেন্দোক্লা মরৌ-জরেয়ে। পোৎশক করি অমবু নমু কনা অমগী পুম্না রায়নরুকদে। থৌরম অসি খঙনা মীবু ওইনা পোক্লীডে ইহাক ইথমগী থৌরম মহৈ পাম্নবা সাধু সজ তৌদুনা উনবি পাদম চুমথেঙনে। নমু মীবু ওইদুনা গুরু লাইবু হুল্লাল্লগা নমু মীতম থিনরবশিংদো রাউরো শারিংজেলগুম্বা লৌশিং রাখল রাৎনা থরাই লেম্না মাঙহল্লে।

থৌরম অসি খঙনা হে পার্থ রায়রা তেলহৈব-ও। নমু মী-ওইবনা গুরু য়াথং লুদ-থোং উনবি পরৈ চেৎ লৌশিং পাদম চুম্না চৎ-চরিবা মীশিংদো ভাগ্যবন্ত চীংঙু লাইবক কবা বুদ্ধিবন্ত পাম্না লৌশিং চাউরব-ও তৌনা কৌএ।

হে পাণ্ডু নিংথৌরে-গী মপারী কুন্তি পাম্না উনবোয়শুংগী হে পার্থ লোয়ন ঐগী অগাম্বা-ও! মতৌ অমুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচানা তরা অচা-অথক পুম্নমাবু থোইরম লাইদা কৎত-কৎনা লৈরিবা মীশিংদো কর্ম্ম থুৎথুম চল্লব-ও তৌনা কৌয়ে। কর্ম্ম মথৌজান্দগী ধর্ম্ম অকথবু পোক্লকয়ে। ধর্ম্ম মথৌজান্দগী প্রাণ মাগী থরাইনা কম্বি অয়ানববু লেপ্পা তানকংজরেয়ে কর্ম্ম থৌরম তৌব-নদি শমু ইহকপাংগী ওইজনবনে হায়না থবক ইশিনশূবু শুরি-নোক্লিবা থৈবিজো থোইরম ঈশ্বর মপুরেন ভগবন্ত শিংবগী থোইরম নোংবমু কারথিরব-ও তৌনা কৌয়ে। থৌরম মানা তৌরিবা পুম্নমাবু পাপকী মীওই ওইদুনা নমু মীবু ওইদুনা পোক্লবগী মহৈ কন্নি অমমুং দৈঙরে।

মতৌ অসি খঙনা থবক ইশিন-শূন'চংনা থৌরম লৈবখিবিকপু হরি লাইগী খুন্নাদা কৎচরবগা খোইরম ম'গী সেবা মথৌথগনে হায়না আয়ু মজিবু লোমদন্নিবমথৈ উনবি পুক্লিং পীনা লেপ্না তৌজখিরবা অচুম্নিংদো হৌজিক তাইবং নোংশাপান্দা য়াজোইরিবৈদ্সুং অরা মচিঞ্জাক চৈরৈ মকি-শেৎ পুন্নমাবু য়াৎ'দে। হয়েং অমম থমৈলে কুমখিরবম্মুং প্রাণ থন্নায় অন্নানববু লেপ্না তানকংজখিয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপান্নী। পাথৌ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। নঙবু উনবি পুক্লিং পীনা নাত্তাউ-ও। তাইবং নমু পোংবচাশিংগী মচাক মরল-ও কৌবদি জীবগী থবায়না ব্রহ্ম পরমাত্মা অনিমাবু চেংলৌ মশক খঙজেয়ে। মতৌ অমুম ওইকববু পূণ্য য়াংপৌ লমদাংশাং-ও তৌন' কৌয়ে। পাপী য়াংলৌ লমদাংশাং-ও কৌবদি জীব জন্তু য়াউরৌ শা পোনবি উচেক লেমলৈ তা, তিন কাঙ্ রাহি মুন্নু ককচেং খোইয়া নয়োক কোমপুৎ তমথীবা মরম অসি থৈবিকপু য়াংলৌ লমদাংশাং-ও তৌনা কৌয়ে।

মতৌ অমুম ওইরিবা পাপ পুণ্য অনিমাগী য়াংলৌ লমদাংশাংবু ভক্ত লেংনা তিনবনা খোমলেন মঙলানচান্দম্নুং চেংলৌ মাখোয়গী মিৎ-কোয়থোংনা মিৎমৈ হাইনা য়েংবিরুদরে। পাপ পূণ্য অনিম্নানচিংনা তাইবং নোংশাপানগী মপান্নী মমোমলোন পলেম পম্থৌ অনিমানচিংনা শাখি শানৌ থন মরল মচাক মরম অসি থৈবিকপু হরি ঈশ্বর মপুন্নেনগী মায়া খৌরি তমথীবা-ও তৌনা কৌয়ে। অচুম্নশিংজুবু চীংঙ্ বিখি শিদবগী হিরি ওমকদবনা হুন্ন কোঙোই-খু, শমু তুংবুম্নমা চিংলবগী চীংঙ্ ঐগী মায়া সমত্রু ঈয়েনপুং অঘুর থোকনা মথদা থন্নায় লৈবা থৈবিকমাবু কাউবি ওমলোই তাউগুম্না কোটি কোটি তাউথনরিয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপান্নী। কুন্তি পায়মা উনকোইমুংগী পাথৌ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। নঙবু উনবি পুক্লীং ভপ্না তাউ-ও হায়না অমুম পাউতাকপিয়ম্বা কর্ম্মযোগ ধর্ম্ম অকবনা চেংলৌ তোয়রান মুংতাইবা সধর্ম্ম জ্ঞান অরুবা অসিবু পুকনিং লেপ্না থাজরবগী হরি ঈশ্বর মপুন্নেনগী ছায়া উরুম অচৌকপদা থন্নায় পোথানখিবনা মচি লন মরু কৌববু পান্দম অতৈ লৈতরে। মরম অসি খঙনা দিব্যজ্ঞ মরুবা দেবদেবং য়াইমরু ম্নাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি

মপুরেনবু থমোই লাইথিঙ্গদা শন্না চুমপুন ওইনা পান্নজরিবা মীদো তন্নসায় অচিবা মচি লনমরুবু তানকংজবব-ও তৌনা কৌয়ে। যোগ সাধন খোইরম লাইবু নিঙববু ওইরবসুং গৃহবাস য়িন্নাইবা সাধু মী অকববু ওইরবসুং চৌংঙ্, ঐগী থুয়াবু নিঙজরিবা মীদো অকুশলং কত্তবা কুশলং অকবা পাপ পুণ্য মরম অনিমাবু তুংওই হুন্নাম্নমন্থনা ওন্না ককথৎ-লন্নবগা তরঙ্গ চিন্তামনি মক্তবা অহিং নোংথিল লাইদনা থরায় য়াকানরিয়ে।

হে অর্জ্জুন পানগনব-ও। পাপ পুণ্য অনিমানা পকলিবা শন্নু ইহকশাং অসিগীদমকনে হায়না তান্নিবা সকাম ধর্ম্ম কৌবদো চৌংঙ্, ঐগী নির্গুণ চিন্তামনি অখোইবা, মশক মাঙদ-তুমদববু কোয়ো কদো-নোংদা পুন্না তানকং ওন্নরোইয়ে। খোরম অসি খঙনা পাপ পুণ্য কৌবা য়াংলৌ লপ্পা অনিমাবু লাপ্না হুন্নাম্নোকওেনে। পুণ্য য়াংলৌ লমদাংশাং কৌবদি অমরনাথ মপুরেন চৌংঙ্, ইন্দ্র সরারেন শিদবা থমসুং য়োইরেনবা নোংথাই মপু নিংথৌগী সুংনাং মথুনেৎ মুক্তিপদ থুকম সুংঙাইবা অদুদা তিঙ্গরবগা অবতার মপোক লৌনা শচিমাতা অখোইবীগী পিবুকসুংদা থুংবিরে হায়বগী কলি পাপী কত্তবা অসিবু ধন্যকোটি য়াইকবা হায়না কোলোয় অনুম মিংথোনখিয়ে।

হে খোইরম শিদবা চিন্তামনি লুচিংবা পুত্র ইবুংঙো মপুত্র অখোইব-ও। চৌংঙ্, সনা নখোঙথাবু নদাইরেম মূর্থ পায়মা লিন্না তাপ্পনা হন্না হন্না পুরুমজরময়ে। শ্রীনিত্যানন্দ অহেনবা উপইন্দু চৌংঙ্, নখোয় অনিমাসুং পুরুমজরময়ে। শ্রীজীব গোপাল অখোইবা, ভক্তদাস, রঘুপতি অহুম-মাবুসুং পুরুমজরময়ে। চৌংঙ্, ভক্ত মদাইরেম স্বরূপানন্দ সদাজিৎ শ্রীনিবাস, হরিদাস বৈষ্ণব অসি খৈবিকপু উন্‌বি লয়নিঙশিংনা হন্না হন্না পুরুমজরময়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো। কমল লোচন অহেনব-ও। চৌংঙ্, নঙগী শন্নু ওইরম থান্নিবা নৈরোন নোংলোন অহুমমাগী মবেন্মা জগৎ মান্না লাইরেমা কুমশিং তরামঙাগী বিষ্ণুপ্রিয়া নান্না লাংচেং মখোক্লকপিয়ো

মতিক করি হায়রিবা। দিব্যনারী মক্তবী নোংদোল লাইমুরাবু ঙম-জেদ্রে। চন্দ্রবদন নিঙথিবী চেংলৌ মায়থোং মঙাল নাইবিবু লোই-দাম পূর্ণিমা থাজা থোকপগুম শকথোং মঙাল নাইববু উন্‌বি পুকনিং পুকহূন্না হিরা সনা থবাকলিক মনি য়াইরং লিয়েৎনবি ভক্ত চেংলৌ লিয়েৎননা মণি ভনিক য়াংঙাগী শমু মহকশাংগী শঙ্‌লৌ মথৌয়াং য়েনলাং মঙম্‌দম্‌গী প্রজ্ঞানন্দ মূর্খ পায়মা লিম্না ভাম্বা পুকনিং তুম্নুং লংলা পুনগুম্বনা শ্রীহরি কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী চীংঙ্‌, লীলা মশান্‌ওন খেলা মপাউ-তোয়্‌ সনা মমিংথোং নামামৃত থুমথোইবনা লাইজা তুখুন ওইবনা মহি চেয়রিবা গীতা পুরাণ মুংঙাইবা ভক্তিগ্রন্থ অথোই-বগী য়াহৈ অরুবা লৌশিং লিয়ৌ উজঙমদবগী য়াথং হেন্দোক হেন-জিনববু হে প্রভু ইবুংঙো কমললোচন অহেনবা দ্বারকানাথ মপূরেন থরায় লিক্লাং সুমেরু যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা চীংঙ নঙনা ঙাকপিয়ো হায়বগী হে খোইয়ম শিদবা চীংঙ্‌ সনা নখোঙ-খা মমল মতিক লৈতবা অনিমাবু তয়ম্‌ পায়মা লোম্বনা উনবি লৈনিঙশিংনা হন্না হন্না পুরুমজরময়ে॥

সনা নবদ্বীপ লৈময়োনগী শিরোমনি লুচিংবা রতনমনি য়াইমরু চিন্তামনি য়াইওম্বোক থরায় লিক্লাং সুমেরু কৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙোগী মতিক অরূববু কনানা হায়ঙমগবনো? ধর্ম্ম চুম্ফু্মরিমানচিংনা প্রাণ থরায় লাম্নরিবা মরু লুচিং খৈবিকপু চাংঙ্‌ নঙাল অরাবা খাম্বী মৈরিক-মাদগী পোকথিরিবা মশেয়ে। অদুগুম্না চীংঙ্‌, কৃষ্ণ ইবুংঙো নঙনা হৌজিক কলিযুগ অকোনবা পাপ লৈবা খৈবিকমাবু কোকপিগে হায়বগী শংশং অবতার শান ওনথোক্লবগা থরায় লৈবা খৈবিক্লা উনবি শুক্লিং ঙমনখিয়ে। জগৎ মাতা লাইরৈমা পলেম বিষ্ণুপ্রিয়া লাংচেং মথোক্লকপিদো কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙোনা তুংওই হল্লাম্বোক্লম্লবগী চীংঙ মুংশি মৈচাক্লা থম্বাল মিত্তা অহেনবীদা পিরেন চাইজি জৈরমচেল্ল য়িলাপ থেংথাননা মিকপয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনব-ও। চীংঙু করি য়ানো নশানৌ মোমহু চীংঙু লাইবক থীবী সুজা পান্দম অশোনবী ঐবু ভুরেল য়াইখুবিচা মথা ককুম্বু শিংলেল করম শেংনরবনো? লৈয়াংচুঙুম্বু করম থাইনখিরবনো? শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙো! চীংঙু করি য়ানো ওম্মোকয়ে। সুংশি নঙগী মৈচাক অচৌবগী সুংওন তুথুন ভুরেন্দা মোমপু থীকলেন থাবু কায়না ইদোম লেপ্পা নোংময়ৈঙেনে কায়না জগৎ মাতা লাইরেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়া নাবা লাংচেং মথোকলকপিদি য়োইবু শিংলেল মচু থাউ, লৈয়াং থাউবি ময়াকচাপ্পা পিরেন মায়থাননা মিকপয়ে। অসিমুং মদোমদে।

চীংঙু মাগী পলেম মমা পোকমাবী শচি বিলাপ তেংথাশৈ সুংওন বিতাচৈবু য়াকমনা তেংথাবয়োইয়ে। অধ্যায় য়ায়ী চাউরৈঙেনে।

মতৌ অসুম ওইনা পলেম শচী মাতা পোকমাবিগা জগৎ মাতা লাইরৈমা বিষ্ণুপ্রিয়া লাংচেং মথোক্লকপিগা পলেম অনিমাবু চৌদ্দ ভুবণ ময়োল তয়ামরিমাগী মবুংঙো কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙোনা চীংঙু মশক অয়েপ্পা বিশ্বরূপ মশক মক্তবু সুমিৎ কোটি লক্ষা তয়াগী মঙাল অয়াববু হেন্না ওঙ্গোইবা মতিক পান্দম লৈতববু খোইয়ম খোজাল পুকনিং অথুম্বু পিনরম্লবগা কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙোনা মিক মায়কৈ কোয়রকয়ে।

হে খোঙয়ম শিনবা শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙো কমল লচন অহেনবা মিৎতয়েং সনা য়োইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব-ও। চীংঙু নঙনা অবতার নপোক কাউবিরবগী হাকথক অকোনবা কলি পাপি কজবা অসিবু থন্য কলি যুগ য়াইকয়েন য়াইকথোইবা হায়না কোলোয় অসুম মিজৌনহনবসুং খোইয়ম শিনবা নঙনে। চীংঙু শিনবা নতাকী গৌর অবতার নপোক অথোইববু পোক্লরবগা ধর্ম লৈবা খৈবিকী মরু লূচিংলিবা গৌর ধর্ম পিনরম্বসুং সনা নবদ্বীপ লৈময়োনগী চন্দন লৈবু ওইনবা মরু লূচিংলিবা নহনে। শ্রীগৌরাঙ্গ অহেনবা মচু ঙৌরুনবগী মায়থোং মঙাল নাইবগী মঙাল অয়াবনা পাপী লিনচেন কজবা খৈবিকপু ওম্মা থুনগৎপিহৈবা চীংঙু নাক্তিক থঁচৌবা

হে ভকত বৎসল চীংঙু অহেনবা নঙনা, নদাইরেম পাপী থবায় অতোনবা মূর্খ পায়মা ভাম্নথবুস্তং লৌথৎপিরো। হে খোইরম চীংঙু শিদবা নহাক্না য়োইবু নশানৌ পলেম বিষ্ণুপ্রিয়া নাম্না লাংচেং মথোক্লক-পিগী থাইনা মৈশা-লাং প্রেম চাইজি মক্তবু উরবগা থোরম চেৎনা লৌথৎপিখিরে।

মতৌ অসি থঙনা সাধু সঙ্গ তৌহুনা খোইরম লাই ভুংভানবা অমবু পূজা ঊরাৎচরবদি শমু ইহকশাংবু শুংভাইহল্লিববু সকাম ধর্ম্ম-ও কৌরে। দ্বারকানাথ মপুরেন চীংঙু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা লমলোয় মাগী চামবা অর্জ্জুন তেলহৈবদা য়াথং পাউতাকপিরমলে থায়ম অসি থঙনা পঞ্চভুত মঙানা প্রাণ থম্বায় মঙাম্না ইন্দ্রি তরুকমানা চীংঙু খোইযম শিদবা শ্রীহরি কৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙোগী থুম্না মরুম অচিকপদা পূক্লিং থৌকাউদববু লেপ্না তানকংজববু পিনৌও হায়না হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা-ও! চীংঙু নঙগী লিলা নশান-ওনবু নদাইরেম মূর্খ পায়মা লোম্বনা নত্তিক শংশংববু হায়ঙম্লোইয়ে॥

বৈরাগ্য খণ্ড মথংদা আদি লীলা অহানবা মধ্যম লীলা য়াই-মবা শিংলেল লৈনা কোনবা লীলা অহুমবাবু থয়ম্নবগা থবায় অয়াম্ববু লৌথৎপিরম্বস্তং খোইরম শিদবা নঙনে। মরু লুচিংলিবা গৌরধর্ম্ম অথোইববু পুথোকপিরম্বস্তং ইবুংঙো নঙনে। থবায় অয়াম্ববু লৌথৎ-পিরম্বস্তং শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙো নঙনে। থোরম লৈবা থৈবিকমাবু চীংঙু নথৌজান্দগী তানকংজরিবা মথেননে

থোরম অসি থঙনা সাধু সঙ্গ তৌহুনা খোইরম ঈশ্বর মপুরেন নত্তনা প্রাণ ঐগী থবায়না পূম্ন লানঙমলুবোইয়ে অন্যদেব খোইরম লাই ভুংভানবা অমবু পূজা ঊরাৎচবদি শমু, ইহকশাংবু শুংভাইগে তৌথবু সকাম ধর্ম্ম কৌবনে।

মতৌ অদুম ওইরিবা তাইবং নমু পোংবচা ওইবা ঐথোয়না কৌজিক আংওন অসিস্তং হয়েং লাংওন থূদিংস্ত্র নাথ মথোই তোংববু তানকংনবা হায়না থোরম য়াম্না লিংথৎনরিয়ে। অক য়াংদৌ লমদাংশাংদো ইন্দ্রি

তরামাথোইমাগা মন ঐগী পুকনিংগা মুংঙাই মরাং কায়নবনে হায়না চীংঙু কৃষ্ণ শিদবগী থোইরম য়াথং লৈরমলে। য়োইবু গঙ্গা লৈমবু হুল্লাল-লল্লবগা পাখি কোমপুৎ নমথিবদা ইক্ষু শাক্ষেংলুবদি মহয় কহি লৈবনো? শিংল্লেন চন্দন লৈসুংশিবু হুল্লালমহুনা শিংশকু থাঙমৈ তকপদি কোয়ৌ কদৌনোংদসুং চন্দন লৈগী মনম নখিরোইরে। বৃন্দাদেবী অথোইবী শিংলেল তুলশি লৈসুংশিবু হুল্লাল্লবগা তেরা কাঙলংমৈগী তলা উচেৎপু তকপদি পুন্য কহি লৈবনো? রত্ন সনা মায়খাংকোনবু হুল্লাল্লবগা পিথ্রাই মত্তিক লৈঙববু লৈজরবদি থোরম কহি কায়দে।

মতৌ অসুম ওইরিবা পিথ্রাই মমল্ল লৈতরিবা তলা তেরা ক্রায়দবা শিংঙেল মতম মায়া থবক শিনঙ্ ওয়ফরোইয়ে। চীংঙু মাগী মতিকপু তাইবং নমু পোংবচা কনানা মত্তিক ঙমখৈ পুম্বু হায়-ঙমদবা থোইরম মঙল মপাল নাইদবনা উনবি থোইনা পৃকহূইরে। লোইদাম থাবুম তরানিথোইমাগী মঙাল অরাবসুং য়োইময়াই লাই-রেল অঙানবা সুমিৎ চয়োল তরেৎমাগী তেজ মঙাল অরাবসূং মঙাল অসি থৈবিকপু ঙম্না তিনশিল্লবসুং মুক্তাবলি লাইশঙ নীংথিবগী তেজ মঙাল অরাববু পুন্না কংলু ঙমদরে। অতুগুম্বা মহা মন্দির চঙখোনবা মুক্তাবলি লাইশঙ নীংথিবগী তেজ মঙাল অথোইবা গুণ মাগী মতিক অচৌববু কোটি কোটি থিঙমদনা হুল্লাল্লবগা মনম মনিল খিজিঙবু পুথোক্লকুনা তাইবং পোৎশক পিনা য়াথং রাহমলককে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। হরি মন্দির চঙখোনবা মুক্তাবলি লাইশঙ নীংথিবদো থাতু মচু তরেৎ গুনা নীঙথি পুক্লিং হুববু পান্দম মতিক লৈজে। লোয়না ঐগী ইপাতাউ। হে পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও। নঙবু উনবি পুক্লিং তপ্পা নাতাউ-ও। লোইদাম কুমওইনরকপদা নোংলেন ঙনৌ তাবগী লাইজা তরং মথক্তা হুপশং লেংলেং হৌরিয়ে। হুপনৌ লেংলেং মতোন্দা তরং চেংলৌ মিৎপু লংনা নীংথিবা লিকলা বিন্দু মতুম্মাসুং য়াল্লিয়ে। লিক্লা বিন্দু মতুম্মাগী য়েৎওইনবা মায়কৈরোম পঁশোং ফিশাং তিংশিন-ও। ওই ওইনবা মাইকৈরোম * মকোং ফিশাং তিংশিন-ও হাউরে নোংচুপ থংবরম কোয়ৌ মোংলাংপান্দসুং

* মকোং—মৈরি মচু মানবা অঙাঙবা মচু।

নোংথি চৌংলুম হৌহললো। মায়কৈ নোংপোক পাংবরম মুমিৎ খেনকারকহললো।

মতৌ অসুম ওইরিবা লিক্লা মতুম অদুদা য়োইময়াইগী মচু অয়ংবদুসুং লিক্লা পিবুকমুংদা রাইথুংলরবগী মচু শংনা হেনবসুং লিক্লা তরং মমুংদা তিনশিল্লো। য়েৎ-ওই মায়কৈয়োমগী পোৎশক ফিশাং মচুসুং লিক্লা পিবুকমুংদা রাইথুংলে। শমু ওইরম থংবরমগী মকোং ফিশাং মচুসুং তরং চেংলৌ মিৎপু লংলিবা বিন্দু লিক্লা মতুমমুংদা চঙহল্লো। মায়কৈ নোংচুপথংবরমগী কোয়ৌ নোংহৌ মচুসুং বিন্দু লিক্লা মতুমমুংদা রাইথুংঙৈনে। নোংপোক মায়কৈয়োমদসুং য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা মুমিৎ খেনজোংলকপগী তেজ মঙাল অরাবনসুং লিক্লা তরং-মুংদা রাইথুংলরে। মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা থাতু মচু তয়েৎ তিয়া চঙলিবা বিন্দু লিক্লা মতুমমুংদা তাইবংপানগী পোৎশক্তা উনবি থোইনা পুকছইয়ে।

লোয়না ঐগী অপাম্বা। কুন্তি সতি মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও! মতৌ অসুম্না নিঙথিরিবা অসিবু মনম মনিল থিজিক্তবু পুথোক্লক্লবগা তাইবংপানগী পোৎশক্তা পান্দম মপা য়ৈনা চৌংঙ ঐনা য়াথং রাহমথিথিবনে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। দেব মন্দির চঙথোনবা চিন্তামনি রাংঙাগী মুক্তাবলি লাইশঙমুংদা মুমিৎ কোটি মশীং থিঙমদবগী মঙাল অরাবনা মপৈ লক্ষা অমা তিল্লিয়ে।

মতৌ অসুম মতম লৈবা থৈবিক্তা অনি শুনা লৈতরিবা খোইরম ঈশ্বর মপুরেনগী খুভম থোইনা মুংঙাইবা অতুদা অসাইঙৈগী খোইরম তেজ মঙাল নাইবা হায়ঙমদবা অতুবু শমু ইথুৎ লোমা পুকমজরময়ে। মদাইরেম মুর্খ পায়মা তাম্বনা পোইরৈ সনা পুঙময়োনগী ইরমদমদ্রা রাংঙম তানবনা শৈরেংজবু পণ্ডিত লেংনা তিনবনা পুক্লিং ঙাইনোক্লবিগুনো। মোমমু শূনা হাঙদৈ লংলা পুনগুম তাইবং নোংশাপানগী ইষ্ট কাথারেনবু ওইদরিবা গুরু গোসাই ইবুংঙো বৈষ্ণব গোসাই অথোইবা কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙো চৌংঙ অহুদমাগী পাদ-পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনৌবা অনিমাবু তয়ম কোক্তা থোংনা হল্লা হল্ল পুরুমজরম্বনে॥

---

হয়িচা হয়াহে। অসাইচৈগী গোবিন্দমিশ্র পণ্ডিত অকৈবনা লেংলম্বা গীতা পূরাণ মুংঙাইবা সধর্ম্ম জ্ঞান অরূবা মহাজ্ঞান অথোইবা ধর্ম্ম মাথোর অয়াম্বগী য়াংলো লমদাংশাং থৈবিকনুং পুরাণ পিবুক-মুংদা কাউবি শুমলোই তাউওম্না তাউথরিবা অসিবু মহা সৎ উনবি পূক্লিং লেপ্না নাশাজরবদি খোইরম ঈশ্বর মপুরেনগী মতিক অরূবনা পাপ অয়াম্ববু শুম্না ককথৎখিরবা রাযম্বু চংলো মিৎকূপমরমদা ভক্তি মুক্তি অনিমাবু লেপ্না তানকংজখিযে হায়না পূরাণ লাইরিকমুংদা য়াথং অস্থম রাহমখিরময়ে। অওশুম্বা হরি রামকৃষ্ণ শিদবগী নামামৃত থুম-খোইবা লাইজা তুথুন ওইনা নাম মহি চেম্নরিবা অসিবু অসাইচৈগী দৃষ্ট মাযকৈ মমবা মহাজন কৌরব চামা মাগী পম্বৌ মপা পোকমাবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেম্না সঞ্জয় মহা মুণিরেন্দা অনৌবা য়াথং পাউ-হমজরকয়ে।

হে টবুংঙো। শুরু মুণি অথোইব-ও। শানৌ চিংখোং য়াইমবা পাণ্ডু নিংথৌ মপারী কুন্তি পায়মা উনকোইদুংগী অর্জ্জুন রাযরা তেলহৈবগা চাংঙ, কৃষ্ণশ্যাম অহেনবগা কুরুক্ষেত্র লাইকমলেন চক্রব্যূহ তেঙ্গোনগী রণমধ্যে ভমথীবা লানকম তেঙ্গোন মনুংদা থৌরম অসিগী রাকমবু মতৌ করম তৌরিবা। রারম পম্দোল লোম্না পাউমেনবি-ও হায়না অস্থম পুরমজয়বদা সঞ্জয় মহামুণিরেম্না অনৌবা য়াথং রাহম-খিরকয়ে। তাউ-ও। হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন-ও। নওবু উনবি পূক্লিং তপ্না নাতাউ-ও। মতৌ অস্থম ওইনা অসাইচৈগী মপারী চিংখোং য়াইমবা পাণ্ডু নিংথৌ মপারী অর্জ্জুন রাযরা তেলহৈবদি শমু মথুং লোম্না চাংঙ, কৃষ্ণশ্যাম অহেনবদা অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে।

হে খোইরম নোংদম মপুরেন শিদবা। চৌদ্দ ভুবন মরোল তরামঙ্কি মাগী মবুংঙো। নাথ নাথ মপুরেন জগন্নাথ ইবুংঙো। চাংঙ, শনা মথোংবা মমল মতিক লৈতববু নদাইরেম অর্জ্জুন থবায় অতোনবনা

হয়া হয়া পুকমজবনে। হে প্রভূ ইবুংঙো। যদুরাই অহেনবা, যদু-বংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা থরায় লৈবা খৈবিক্কী শিরোমনি লমজিংবা রতনমনি রাইমরু চিন্তামনি রাইশ্লোক মিৎতরেং সনা য়োইথবাল মিংলোং থবাল মালব-ও। চীংঙ, চিনসনা চিনবাম্লোং-দগী শিস্থরকপা ধর্ম্ম কথামৃত থুমখোইবা মমল মতিক লৈতবা অমুত্ত শিদহৌবু নদাইরেম অর্জ্জুন পায়মা তাম্বনা উন্‌বি পুকনিং পেন্না থকচগে। খোরম অসি মতুংগী ধর্ম অখোইববু শাউতাকপিয়ো। তাইবঙ নমু মীওইবা ঐখোয়না পাপ মতুববু পুন্না তৌরুনিঙদবা মশেয়ে। হে ইবুংঙো মদন গোপাল অহেনব-ও। মতৌ অমুম তৌনিঙলুদববু রা-গোদ্দেশ অনিমাবু নমু পায়মা উনকোইম্নুংদা শমু খুৎথুম চন্না কা-জিনঙম্‌দবগী নমু মীওইবা খৈবিক্কী থরায় অয়াম্বনা পাতাল লৈখা-মুংগী মহা নরক বুঙদা হন্না তানখিরিয়ে। অদুগুম্বা রাগোদ্দেশ অনিমাবু তাইবঙ নমু পোংব-চা ঐখোয়না শমু খুৎথুম চন্নবগা হে নোংদম মপুরেন চীংঙ, নঙগী ছায়া উরুম অচৌকপদা মতৌ করম ওইনা থরায় পোৎথানগবা? মরম অসি খৈবিকপু চীংঙ, নথৌ-জান্দগী প্রাণ ঐগী থরায়না উনবি পুকনিং পেন্না নাতাজগে হায়না অমুম পাউহোমজরবদা সনা দ্বরিকানাথ মপুরেন। থরায় লৈবা খৈবিক্কী মচি লন মরুবু ওইনরিবা শ্রীহরি ইবুংঙো চীংঙ, কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা খোইয়ম মপাউতাক লমলোই মাগী চান্নবা অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবগী ভক্তি কোলোয় মপাউঙংবু নাতান্নবদা ভগবন্ত কৃষ্ণ ইবুং-ঙোদি পুকনিং হরাউ রাথং অথুম্বনা রাহমখিরবয়ে।

লমলোই ঐগী চান্নবা হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারীও! নঙবু উনবি পুকনিং তপ্না নাতাউ-ও। রাগোদ্দেশ অনিমাদা তাইবঙ নমু পোং-ব-চানচিংনা দেব লাইগী মরুপম্নুং রাক্ষস হিংচাবা মাউয়ো-শা পোনবি উচেক ককচেং খোইয়া রাহি মুমু প্রাণ থরায় পান্না লৈরিবা অসি খৈবিকপু রাগোদ্দেশ অনিমানা কানা লৈরিবা মশেনবে।

হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও। রাগ-ও কৌবদি যুবতি যুবা অনিমানা পুকনিং লিন্থিন্না লৈরিবা অদুবু রাগ-ও হৌনা কৌয়ে। দেশ্য-ও কৌবদি অদা য়েন্নিং চোংশুন্না পুকনিং থোইনা নৌরিবা যুবতী যুবা অনিমানা পাহন্না ঐগী উনকোইন্নুংদা নিঙজরিবা অসিবু কোন্নৌ ফদৌনোংদা শমু খুৎথুম চন্না তানবংলজিবনো হায়না রাত্রি অহিং লৈচিক্পদা দিবা নোংথিল হাঙদনা খমোয় মাথোয়গী লাইরিমসুংদা ময়না ভমথিববু চেংলৌ মিৎকুপ মরম্ভ পুকনিং অতৎপবু নাইদনা নিঙ-জরিবা অদুবু দেশ্য-ও হৌনা কৌয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা রাগোদ্দেশ অনিমাদগী মহা ক্রোধ পাঙ্গল থোইনা লমকেৎপা কাম পুকনিং ভমকদববু চোংথোক্লকয়ে। অদুগুম্বা কামমদন পানগনবদো রারম লৈবা লৈবিক্তা চানিঙ থকনিঙ লৌনিঙবা অপেন অথন নাইদববু মতিক থৌরম মহৈ পাম্নবা ধর্ম্ম অক্কববুদি বিষ হুগী পান্দমগুম লাপ্না হল্লাস্তোকখিয়ে। হে ধনঞ্জয় পাজনব-ও! মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবঙ নমু পোংবচাদো বিষ্ণু মায়া তমথিবগী হীরী ভমথদবনা হনবা হক্তা হক্লা চিংথিরবগা ঘুর থোইনা ময়বা মহা সংক্র ঈরেনপুংদা মায়কৈ মথোঙ থঙদনা তাউথরে। অসুম তাউথরম্লবগা মহা নরক কুণ্ডদা থরায় মমিরেনগী থৌরম অয়োম্বু ওইনখিরে।

হে পাণ্ডুনিংথৌ মপারী পাথৌ অর্জ্জুন হেক্লহৈবা! নঙবু উনবি পুকনিং ভগ্না নাতাউ-ও হায়না অসুম রাহমবিবা চীংঙ্ চীনগোর মপাউভাকপু নাতাজরবদা চন্দ্রবংশ মচেং পাচামাদা নাউয়িবা থাজা শাগৈরেন্দা নাউনৌবা কুন্তিসতি মপারী অর্জ্জুন চীংথোং য়াইমবনা শমু মথুৎ লোম্না চীংঙ্ কেশব কৃষ্ণচন্দ্র শিদবদা অনৌবা য়াৎং পাউ-হংজক্করে। হে প্রভু ইবুংঙো! দামোদর অরেনবা! যদুবর লুচিংবা অম্লাই ইবুংঙো! চীংঙ্ সনা নথোং-খা মমল মতিক লৈতববু পুক্রম-অমনে। হে প্রভু ইবুংঙো। মমল লোচন অরেনব-ও। কাম, ক্রোধ অনিমাবু থরায় লৈবা থৈবিরী মহা যোগী কাংবজনে হায়ববু নাহাজরে। অদুগুম্বা বিষ হুগী মশবপু উম্নবদি নরক লৈখা তানখিয়ে হায়মুং

খোইরম চিন সনা চিনবানখোংবগী নাতাজরে। বিস্তু মায়া ভমখিবা কাম-ক্রোধ অনিমাবু মতৌ করম তৌনা ত্যাগ কৌবৎলরবগা চৌংঙ, গুণাগুণ নতিক অরুবগী অমৃত শিন্দ-হৌবু নদাইরেম অর্জ্জুন থরায় অতোনবা ঐনা করম থকচনিবনো ?

হে চক্রপানি লাই মক। উপেন্দ্র শিবরা! নঙবু পুকনজবনে। খোইরম নখোঙজান্দগী মরম মরাই থৈবিকপু য়াথং থাংথৈ শেংনা পাউ-তাকপি-ও হায়না অদুম পুরমজরবদা দ্বারকানাথ মপুরেন চৌংঙ, নারায়ণ কৃষ্ণ শিদবনা অনৌবা য়াথং য়াংদ্বোয়কয়ে। লোয়না ঐগী অপাম্বা হে ধনঞ্জয় পানগনবা নঙবু উনবি পুন্নিং ভপ্পা না-তাউও। তাইবঙ নোংশাপান অসিদা মহা বৈরি য়েক্সবা কৌবদি কাম-ক্রোধ অনিমাবু হেন্না বৈরি য়েক্সবদু অমা লৈতরে। হে সখি। ইপা তাউ পাখৌ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও। মন ঐগী পুন্নিংগা বুদ্ধি লৌশিং অনি-মাসুং ইন্দ্রি পুম্নমাক্তগা মরম অহুমমা অসিনা কাম ক্রোধ অনিমাবু পনবাল লাপ্না তুংওই হল্লান্থোকচৈনে। তাইবঙ নমু পোংওইবা পুন্নমানা গুরু উপদেশ মপাউতাকগী পান্দম মাখোয়গী মপা খোকপবু খিজিক থয়া জ্ঞান-কংজরুরবসুং য়োইময়াই লাইরেন অঙানবা মৈনা নোংপোক মরাইতাদগী মুমিৎ খেনগারক্লবগা লৈচিনশিকা লাংনা মুমিৎ পুম্না থুমহৎলুরবগী জম্বুদ্বীপ পুম্নমাবু মায়কৈ মথোঙ মমখিরে। অদু লৈরাং মরম মানগুখবু নমু পোং-ওইবগী থমোয় লাইম্নিমসুংদা কাম-ক্রোধ অনিগানা ফুমহৎলরবগী গুরু উপদেশ মপাউতাকপু থৌরম লেপ্পা মাঙহল্লবগা চৌংঙ, ঐগী ইশক অরেপ্পবু নমু পোংওইবশিংনা পঙনা জ্ঞানকং ভমদরে। থৌরম অসি থঙবা হে ধনঞ্জয় পানগনবও। নমু পোংওইবগী কায়াৎ হকচাংসুংদা ইন্দ্রি ভরামাখোইমানা লৈরিবনে। তনবা ভরামাখোইমাবু মরু লুচিংলিবা মন নঙী পুন্নিংননে। মন পুন্নিং অদুবু অমরক ভকচিনখিরবগা বুদ্ধি নঙী লৌশিংনে। অদুগুম্বা বুদ্ধি লৌশিং অদুনা মন নঙগী পুন্নিংবু শুদ্ধ পুম-শেংনা চায়খোক্লবগা গুরু চিনসনা চিনবাম্বোংবগী জ্ঞানকং-জয়কপা হৌয়া নঙী নথুংশু থর্গ থাঙপাং য়াইওইব' অদুনা অঙ্গাইবৈগী

মৈরী থোইনা য়েরুবা কাম ক্রোধ অনিমাবু চেংলো মিৎকুপ নরমদা ভন্না য়াম্থৎলুহৌনে। মতৌ অসুম ওইখিরবা তাইবঙ নমু পোংব-চাদো কাম-ক্রোধ অনিমাবু কোয়ো কদোনোংদা মিত্র লমলোই ওইরুদরে। হে প'ণ্ডু নিংথৌ মপারী ও। হীরা থাঙশাং য়াইওইববু শমু খুৎশুনরিবা ভক্ত লৈবা থৈবিক্তা কাম ক্রোধ অনিমাগী কোটি মপৈ লক্তা তরানা থৌরম কদোঙমদরে। মন বুদ্ধি কোবা পুক্নিং লোশিং অনিমানা আত্মা থরার অদুদা কম্বী মকম থোইনা তিনখিরবদা অসাইহৈগী বিষ হুগী পান্দমগুম মৈরী থোইনা য়েরুবা মিপা অমা ইন্দ্রি পুন্নমাদসুং অমৃত অথুব্বু ভন্না ওইখিরে।

কুন্তি সতি মপারী লমলোই ঐগী চান্নবা। হে পার্থো অর্জ্জুন তেল-হৈব-ও! থৌরম অসি মতু'দা মমল মতিক লৈতবা গুরু য়াথং লুদা থোংনা আত্মা কম্বিরেন্দ। মন-বুদ্ধি অনিমানা অমরক চোনজিনখিরবগা তাইবঙ পুন্নমাগী মচি লন মরুবু ওইনরিবা দেবদেবং লাই মরু, লাইগী লাই চঙথোনবা শ্রীহরি ইবুংঙোগী পাদ-পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈথোং-খা অনৌবা অনিমাদা চী'ঙ্ সেবা মথৌথনবু তানকংজকরবা মন-বুদ্ধি অনিমাদো গুণ মাগী মতিকপু পান্দম মতিক লৈতনা চাউখিয়ে। সংসার মালেম তাইবঙপানবা পুন্নমাদা লৈরিবা তীর্থ লাইকম থৈবিকসুং শ্রীহরি ইবুংঙোগী পাদ-পঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈথোং খাদগী ভন্না থোকখিরিবা মশেমনে।

অদুগুম্বা চৌদ্দ ভুবণ ময়োল তরামরিমাগী মবু'ঙো মমূৎ তোগ্নি থৌ মচি লন মরুবু ওইরিবা শ্রীহরি ইবুংঙোবু দর্শন চে'লো শকউনদুনা দিবানিশি অহিং নোংথল নাইদনা সেবা থোগল কংজখিরবা মীদো কোলোয় মাগী মমিংথোংবু ভক্ত সন্তসাধু নমু মী অকবা-ও ভোনা কৌখিরে। নিগু'ণ চিন্তামনিবু শমু খুৎথুম চন্না তানকংজরবা মীদো অকুশলং কত্তবা কুশলং অকবা পাপ পূন্য অনিমানা শমু মহকচাংদা পুন্না চঙলুঙমদরে। অদুগুম্বা ভক্ত সন্তসাধু অকবগী চরণ খুয়া লৈথোং খাদা পন্নিবা উৎফুল সনা হৈয়াইগুব্বু তানকংলসে হায়না ব্রহ্মা

সোয়ারেন অনিমানাচিংনা থোইযম লাইয়াম খৈবিক্লসুং কোয়ৌ নোংদ্রু দামদনা শোয়রিয়ে। সাধু মী অকবা অতুনা মালেম ভাইবঙপানবা অসিদা স্বতন্ত্র মনিঙতম পুনসি মতোয়োয়া পাল্লগবা জীব মাগী থরায়না দেব শ্রীহরি শিদবদা তিনখিয়ে

হে ধনঞ্জয় পানগনবা-ও! ভাইবঙ নমু পোংব-চা, হরি ভক্ত অথোইবা সাধু অকবশিংনা হরি লাইগী খুয়াদা তিনখিবগী রায়ম সুংভাইববু সৎ উনবি পুক্লিং লেপ্পা নাভাজরবা মীদো পাপ কত্তববু কোকখিরবগা পুণ্য মহৈ অথোয়ববু চাউখৎনখিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী। কুন্তি পায়মা উনকোয়মুংগী লোয়ন ঐগী অপাম্ব! পার্থো অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবা। নঙবু উনবি পুক্লিং ভপ্পা নাতাউ-ও! হায়না অসুম রাহখিবা চৌংঙ কৃষ্ণশ্যাম অহেনবগী ধর্ম্ম মপাউতাকপু অর্জ্জুন তেলহৈবনা প্রাণ থরায় পিনা নাতাহৌরে। থৌরম অহ্ মতুংদা পার্থ রায়রা তেলহৈবনা হে প্রভু ইবুঙো! কমল লোচম অহেনবা-ও! ভাইবঙ নমু মীওইবা ঐথোয়না থৌরম অকববু সৎ উনবি পুক্লিং লেপ্পা থৌদোক্তরিঙৈ থোইযম লাই খিবিক্লা বিপ্রি য়ৈখাইবৈয়ে হায়ববু ব্রহ্মজ্ঞান অসিদদি থৌরম খৈখাইঙমদরববা? হে নোংদম মপুরেন-ও! নদাইরেম অর্জ্জুন পায়মা তাম্বা ঐগী পুক্লিং চি নরিববু চৌংঙ নঙনা কোকপিয়ো হায়না অসুম পুকমজরবদা বসুদেবগী মপারী দৈবকী পায়মা উনকোয়মুংগী থোইযম বাসুদেব শিদবনা লমলোই মাগী চায়বা অর্জ্জুন শকথোং চিংনা য়েংনা শ্রীমুখ নিঙখিবা চৌংঙ চিনসনা চিনব'ম্থোং মোইকাই ভাঙনা হেনবনা মোমোন খিরুম নোক্লা য়াথং রাহয়করে।

হে ধনঞ্জয় পাঙ্গনবা! নঙবু শিংলেন অরেম্বদা থৌরম অসি মরম্ব কবিগী চিংনরিবনো? নমু পোংওইবগী বৈরী য়েক্লবা তনবা লিনচেন কত্তবা মিপা তরামাথোইমাবু শম্লাং তয়েননা শমু খুৎথুম চনঙলবা ভক্ত লৈবা খৈবিক্লা মন মাগী পুক্লিংবু জীব আত্মা থরায় মমিরেন্দা তামুল লংভুং থৌরিঙম নাতৈ চেংলৌ মম্না শুংজিল ঙমখিরবা মীদো

মমু মী লাই অথোইব-ও তৌনা কৌয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবৈনা থমোয় মাগী লাইমিৎ অরাবনা দিব্যচক্ষু জ্ঞান মক্তবু ভাইবর মরোল কাওনা উখিরে। থৌরম অসি মতুংদা গুরু য়াথং লুদা থোংনা অমরক হোনজিনখিরবগা পরংব্রহ্ম চঙথোনবা থোইয়ম নোংদম মপুরেনবু প্রাণ মাগী থরায়না থরায় য়াকা-নখিরিবা অদুগুম্বা ব্রহ্মজ্ঞান সাধু অকবা অদুশিংদা চতুর্মুখ মচিন মরি পানবা বিরিঞ্চি ব্রহ্মা কোটি অমনা ভক্ত সাধু অদুদা বিম্নি য়েখাইববু পুম্না ভমলুদরে।

মতৌ অসুম ওইরিবা চাংঙ্‌ ঐগী ইনাই নাইসুংচঙ ভক্ত লৈবা থৈবিক্কো চাংঙ্‌ ঐনা থোইয়ম মহেশ্বর অথোইববু ওইনা শানওন-লবগা থৌরম চেৎনা ভাক্লিরে।

হে ধনঞ্জয় শানগনবও। ভক্ত লৈবা থৈবিক্কো চাংঙ, ঐগী পুত্র ইপাৱৌবু শক্রক তন্না হেম্না মালং নোংছুম্ববু লাংহন্দনা লোকপৌ শানা কোম্না লাগোল্লিরে। হে পার্থৌ অর্জ্জুন তেলহৈবও। পায়মা নংগী উনকোইসুংদা লৈচিল মতম মানগুম্বা মায়া মীনম্বনা খনজিললিবগী পুক্লিং চিংনরিবনে। মায়া অপনবা থৈবিকপু শমু তুংওইননা পনবাল লাপ্না হুল্লাম্ভোকলো।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও হায়না অসুম য়াহন্বিরবদা পাণ্ডু নিংথৌ মপান্নী অর্জ্জুন য়ায়না তেলহৈবনা অনৌবা য়াথং পাউহংজরকয়ে।

হে প্রভু। ইবুংঙো থোইয়ম নোংদম মপুরেন ও। চাংঙ্‌ নথৌ-জান্দগী নদাইরেম অর্জ্জুন থরায় অতোনবা ঐঙোন্দা জ্ঞান ধর্ম্ম কৌবসুং স্বধর্ম্ম জ্ঞান কৌবসুং সাংখ্যজ্ঞান অরাবসুং কর্ম্মজ্ঞান কৌবসুং ব্রহ্মজ্ঞান অথোইবসুং জ্ঞান মরম অসি থৈবিকপু চাংঙ্‌ নথৌজান্দগী নাতাজখিরে। অসুম নাতাজখিবা মরম অসি থৈবিকপু জ্ঞান করম্বনা হেনথোইবনো হায়না অসুম য়াথং পাউহংজববু নাতায়বগী ভগবন্ত কৃষ্ণ শিদবনা য়াথং য়াহন্বিখিরে।

হে পার্থ য়ায়না তেলহৈব-ও। নঙনা নাতাখিরবা জ্ঞান ধর্ম্ম মরম থৈবিকপু হেনখিরিবা মহাজ্ঞান অথোইববু লৈরিয়ে। জ্ঞান লৈবা

থৈবিকী মরু লুচিংলিবা কৌরবদি মহাজ্ঞান অহুনে হায়না অসুম রাহব্বিবা চীংঙু চীনগোয় ময়াম্বংবু নাতাবাগী পাণ্ডু নিংথৌ মপানী ধনঞ্জয় অর্জুন রায়রা তেলবৈবনা শঙ্খ মথুৎ লোয়া অনৌবা য়াথং পাউজক্রমকয়ে।
হে প্রভু! ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনবা থবার লৈবা থৈবিকী মচি শনমরুবু ওইনবিবা-ও। চীংঙু নথোৌজান্দগী জ্ঞান ধর্ম অরুবা মরম মখোয় অয়াম্ববু ওয়া নাতাজখিরে। থৌরম অদি মতুংদা জ্ঞান ধর্ম পুন্নমাগী মরু লুচিংলিরা মহাজ্ঞান অথোইববু লৈরিয়ে হায়না খোইয়ম নথোৌজালদগী নাতাজরবা অসিদা নদাইরেম অর্জুন থবার অতোনবা ঐবু উনবি য়েম্নিং চোংনা অনৌবা পুক্নিং থৌরাং তামখিরে।

হে নোংদম মপুরেন-ও! চীংঙু কৃপা নথোৌজায়া মমল মতিক লৈতবা নির্গুণ মতিক মক্তবগী ধর্ম অথোইববু পিনবিরো। হে ইবুংঙো যদুবর লুচিংবা! যদুরাই অহেনবা! যদুবংশ শাগেগী চন্দন লৈবু ওইনব-ও। চীংঙ সনা নথোঙখাব পুরুমক্তবনে হায়না অশুম কুপ্তি লৈমা মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচাগী ভক্তি কোলোয় মপাউহংবু না-তারাগী খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙু কৃষ্ণশ্যাম অহেনবনা পুক্নিং হরাউ খোইনা য়াথং রাহব্বিরকয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। অসি নঙগী কোলোয় নপাউহং অসিবু চীংঙু ঐনা উনবি পুকনিং পেললে। শিংলেল নঙগী নতিকনে। মহাজ্ঞান অথোইববু উনবি পুকনিং পিনা নাতজো-ও। তাইবঙ নমু পোংওইবগী কায়াৎ হকচাংনুংদা ত্রিভুবন মরোল অহুমমানচিংনা চৌদ্দ ভুবন মরোল তয়ামরিমাসুং সত্ব, রজ, তম, গুণ অহুমমাসুং খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেম্নচিংনা মরম অসি থৈবিকপু নমু পোংওইবগী কায়াৎ হকচাংনুংদা ওয়া চঙনা লৈরিয়ে। মতৌ অশুম ওইনা লৈরিবা হরি নোংদম মপুরেনবু মায়কৈ মথোংময়া ধনতঙমলুদরবগী প্রাণ মাগী থবারগীদমকনে হায়না তীর্থ লাইকম চংনরিয়ে। থৌরম কয়ামবু যজ্ঞ মণ্ডম লিংখৎয়ে। সন্ধ্যা মণ্ডম তৌনরিয়ে। ব্রত তরা চাহেম্নরিয়ে। মরম কয়ামসুং তপ, জপ তৌনরিয়ে। থবায় কয়ামরমনা দান ধর্ম তৌদুনা থর দান নিনরিয়ে।

মরম অসি খৈবিক্না প্রাণ মাগী থরায়দা তিলমাত্র থোইদিং-মরমদগুং পুম্না কায়রুদরে। তৌজ-লনওন মহৈগী পূন্য মহৈ মাঙ-খদবনু ইন্দ্রি তরামাথোইমাগা মন মাগী পুক্নিংগা চাশিনলুরবগা চেংলৌ মিকুপময়মদা ওম্না কিপ্পনশিয়ে। হম্না হম্না লিংথৎপা হম্না হম্না কিম্ফুখিয়ে। হরিচক্র তমথিবা মায়া সমুদ্র, ঈয়েনপুংদগী থরায় ময়িরেম্না কোয়ৌ কদৌমুংদবু পুম্না থোকখিঙমদয়ে। মরম অসি খঙনা সকাম ধর্ম্ম কৌবনু তৌজরুরবগুং থরায় ইমিয়েনগী ধর্ম্ম অথোইবা থৌরম লাম্নবনে হায়না কোয়ৌ কদৌমুংদবু থৌরম পুম্না নিংলুরুঙনো। নমু মীবু ওইনা পোক্লয়বদি থৌরম অকবা খৈবিকীবু চচ্চৈঙনে। প্রাণ থরায় ইমিয়েনগীদমকপু সাধু সঙ্গ তৌদুনা ধর্ম্ম অথোইবদা উনবি কক্ষম ওইনা গুরু চিনসনা চিনবাস্থোংদগী তান-কংজবা গুরুমুখ অথোইবনু মচি ঐগী লন মরুনে হায়না নিঙজৈঙনে। অচুগুম্বা রতন লনমরু শিদবনু মহাসৎ উনবি পুর্কানিং লেপ্পা থৌরম মওং অথোইবনু ওম্না চচ্চৈঙনে।

মতৌ অসুম ওইনা ধর্ম্ম অথোইবদা চচ্চরিবা অদুবু নমু মী অতাঙবা কৌয়ে। মতৌ অসি নত্তবা সাধু মী অকবশিংবু হল্লালশিরবা মীদো পশু য়াউরৌ শাগী মচংনে। নমু মীবু ওইদুনা তু-পান শাগুম পোক্লয়ে। মীপোক কংঙমদবনু জীব ওইয়েম্না থরায় লেম্না মাঙ-হললে। থৌরম অসি খঙনা নমু মীপোক কংজরিঙৈ অসিদা সাধু সঙ্গ তৌদুনা মহাজ্ঞান অথোইবনু তানকংজখিরবা মীদো নমু মীওই চঙথোনবা মপোক্না য়াইকখিরবা অদুবু কৌয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নঙবু উনবি পুক্নিং তপ্না নাতাউ-ও নমু পোংওইবগী হকশাংদো হকশাং কিথুপ অহুমনে কাপুম মাপল গুরবিয়ে। ইন্দ্রি তরামাথোইনে থোইয়ম লাইথোং মাপলনে তাংবুম চাম্মনিপালনে মীহুন হুম্ফু মাথোইনে শিংলি মশীং থিঙমদে।

মতৌ অমুম ওইরিবা নমুপোংগী কায়াৎ হকশাংগুং অচুদা মধ্যম চক্র কৌবনু নাভি থোয়গী মমুংদা লৈরিয়ে। নাভি থোয়গী মথা

খুৎতোন অহুম্মাদা কুণ্ডলিনী চক্র কৌধবু লৈরিয়ে। অদুগুম্বা তীর্থ লাইকম মুংঙাইবা অদুদা গুরুমুখ অখোইববু তাওজা লুদা-খোঙ সৎ উনবি পূক্লিং লেপ্পা কর্ম ইন্দ্রি মঙামা জ্ঞান ইন্দ্রি তরুকমা মন বুদ্ধি অনিমা মরম তরাহুমদোই অসিবু কুণ্ডলিনী চক্র কৌবা, খোইয়ম লাইকম-লেন মুংঙাইবা অদুদা তিন্নরুঙৈনে। কুণ্ডলিনী চক্র লাইকমলেন অদুদা চোয়নৌ সনা অহিংবগী মচুগুম উনবি খোইনা পুবহুবা সনাগী থম্বাল, থম্বাল লৈকা মরিগুববু শাৎনা লৈরিয়ে। কাঞ্চন সনা অহিংবগী থম্বাল লৈওনমুং অদুদা চকযোম মৈরি নিঙখিবা অমবু লৈরিয়ে। মৈরি চেংলৌ মিৎপু লংনা উমবি খোইনা পুকহুবা চকযোম মৈরী মুংঙুদা উত্তম বেদ কৌবনা কল্পি মকম ওইনা লৈরিয়ে। উত্তম বেদ কৌবদি সাম বেদ কৌবা অখোইবনে। নমু পোংওইবগী দেহি হকচাং মনুংদা নাড়ী শিংলি অয়াম্ববু লৈরিয়ে, নাড়ী শিংলি পুন্নমাবু হেনখোইরিবদি নবনাড়ী শিংলি মাপলনা হেনখিয়ে।

অদুগুম্বা শিংলি মাপলমানা খোইয়ম লাইথোং মাপলমাবু ফাওনা লৈরিয়ে। নব নাড়ী শিংলি মাপলমাবু অমরক তিনশিনখিরবগা মরূ লুচিংলিবা, তিন নাড়ী শিংলি অহুম নঙাইরে। নাড়ী শিংলি অহুম্মাগী কোলোয় মমিংখোংবু ঈড়না, পিঙ্গলা, সুষুম্না-ও কৌনা কৌয়ে। অদুগুম্বা শিংলি অহুমমানা অসাইৈগী কুণ্ডলিনী চক্র লাইকমলেন্দা হৌরিবা চোয়নৌ সনা য়োইথম্বাল নিঙথিবা উনবি খোইন পূকহুববু থম্বাল লৈখোংখাদা মরূ লুচিংলিবা শিংলি অহুমমানা অহুমলক হম্না য়েংখৎখিরিয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা তীর্থ লাইকমলেন মুংঙাইবা অদুদা ইন্দ্রি তরামাখোইমা মন বুদ্ধি অনিমা মরম তরাহুমদোইমা অসিনা চোয়নৌ সনা অহিংবগী থম্বাল লৈয়োমুংদা কল্পি য়িমথুং ওইনা লৈ-মন্নরুবা তাইবঙ নমু পোংওইবদো মপোক খোইনা চাউখিরে। শমু মাগী মবকশাংহুদি তাইবঙ নোংশাপান্দা থন্নরবগা ইন্দ্রি তরামাখোইমা মন বুদ্ধি অনিমানা হাউশি ভমগাচিংনা থরায় লৈবা খৈবিরা

পঙনা চহমুঙমদয়বা মায়কৈ মথোং পুম্না থিংচিল্লমবু গুরু মথৌজান্দগী খোইয়ম লাইথোঙ হাংনা চহশিনখিরবগা কুণ্ডলীনী চক্র লাইকনলেন্দা হৌরিবা চোয়নৌ সনা থম্বাল, থম্বাল কৈয়োম্নুংদা যাইথুংলুয়বগা মপান নাইদবা থম্বাল লৈনম সুংশিবগী অমৃত অথুম্ববু উনবি মপুক থম্না থকচক্লবা মীদো থমলাং মাগী পাপনলোন অমনবা, ইরেং পূবানলোন অকেম্বা ময়ম অসি খৈবিকপু ঙম্না ফাওনা য়াইকথিরে। খোইয়ম মচিন মরি পানবা প্রজাপতি ব্রহ্মা, মালেম কৈশেম্বনচিংবা চৌংঙু ইন্দ্র সোয়ারেন নোংথোং মপু নিংথৌসুং দেবতা লাইকণ অয়াম্বা ময়ম অসি খৈবিক্লা কুণ্ডলীনী চক্র খোইয়ম লাইকম ময়ায়দা শাৎলিবা চোয়নৌ সনা য়োইথম্বাল, থম্বাল লৈয়োম্নুংদগী অমৃত অথুম্ববু কোয়ৌ কদোনোংদা তানকংঙমদয়ে। মর্ত্যলোক তাইবঙ নোংশাপান অসিদা মনুষ্য জনম মীপোক কংঙমদববু তানকংজরুয়বগী সাধু মুথ অথোইবা থৌজাল ময়লবুদগী কুণ্ডলিনী চক্র ময়ায়দা লৈরিবা অমৃত অথুম্ববু পায়মা পুকথম্না থকচববু তানকংজরুয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। সাধু মী অকববু নত্তনা চৌংঙু ঐগী মায়া সমত্রু ঈয়েনপুংদগী থয়ায় কনাগুম্বা অমনবু পুম্না লানঙমদরে। অচুগুম্বা ভক্ত ঐগী নাইহুংচং, সাধু মী অকবা নত্তনা খোইয়ম ঐগী নির্গুণ চিন্তামণিবু কোয়ৌ কদোনোংদা পুম্না তানকংঙমজয়োইয়ে।



# ত্রিপালগুন্না অধ্যায়

হে লোয়না ঐগী অপাম্বা! কুন্তি সতি মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা, হে অর্জ্জুন তেলহৈবা! নঙবু মহাজ্ঞান অথোইবগী ধর্ম্ম লাইকমলেন অরুবা অশিবু উনবি পুক্নিং তপ্পা নাতাউ-ও। অসাইঙৈগী মন বুদ্ধি অনিমানা গুরুমুখ অথোইববু থম্মোই নৈয়োম্মুংদা পুক্নিং থৌকাউ নাইদনা মোইমিৎ অরাবা থাম্বী মৈবুল থানগুম্বনা কুণ্ডলিনী চক্র লাইকমলেন্দগী অমৃত অথুম্ববু উনবি মপুক থম্মা থকখিরবগা বক্ষ্যরীণী চক্র লাইকম অথোইববু তাম্মা অমরক হোনচিনখিঙৈনে। ত্রিলোক মরোল অহুম্মাগী থরাম নৈবা থৈবিকমানা পঙনা চঙমলুদরবা চার থোঙলেন অথৈববু গুরু মথৌজান্দগী শাবা শোজৈ শৎনা হাংদোক্লবগা খোইরম লাইকম চঙহনবা বক্ষ্যরিণী চক্র মনুংদা রায়থুংলুরে। মহা তীর্থ চঙখোনবা খোইরম লাইকমলেন নুংঙাইবা অতুদা নৈরিবা কমণ্ডল থবল কৌবা শিংলেন থম্বাল অঙৌববু শাৎলিয়ে। তরং চেংলৌ মিৎপু লংনা হেনমোইবা শিংলেন থম্বাল অঙৌবদো, নৈনা তরাতরুক শুনা শাৎলিয়ে। গন্ধ মনম নুংশিববু মতিক পান্দম নৈতবা থম্বাল নৈশেক চায়াইগী শিংলেন নৈয়োম্মুংদা চন্দ্রমণ্ডল কৌবা চন্দ্র থাগী মকোয় মানববু পৈরিয়ে। মায়া তীর্থ চঙখোনবা কম্বি থোইনা চৌক্লিবা থম্বাল নৈয়োম্মুংগী লোইদাম থাকোইনুংদুদা অমৃত শিদব হৌনা অহিং নোংথিল নাইদনা লাইজা ঈচেম্থরিয়ে।

মতৌ অসুম ওইনা নৈরিবা তীর্থ লাইকম চঙখোনবা খোইরম লাইকমলেন নুংঙাইবা অতুদা পরমাত্মা পরমহংস অনিমানা মঙ্গল কম্বি ওইদুনা খোরম অচৌংববু নাইদনা পৈরিয়ে। মতৌ অসুম ওইনা নৈরিবা খোইরম লাইকমলেন নুংঙাইবা অতুদা অসাইঙৈগী ইন্দ্রি তরাখাথোইমা মন বুদ্ধি অনিমা মরম তরাহুমদোইমানা গুরু মথৌ-জান্দগী খোইরম লাইথোক চংনা ধর্ম্ম লম্বী মতুংইনদুনা চঙশিনখিববু

বুদ্ধি লৌশিংলেন্দগী শানওনখিবা মোইমিৎ মাগী অয়াবা থম্মোই লাই-
মিৎ লেংখোইবা থাক্কী মৈবুল থানগুম্বনা বক্ষ্যরীনী চক্র লাইকমলেন
মহাতীর্থ চঙখোনবা খুকম খোইনা সুংঙাইবদা ময়ম তরাহুমদোইমাবু
মথং মথং গুম্না বায়থুংনরুরে।

মতৌ অসুম ওইনা মন বুদ্ধি অনিমানা বক্ষ্যরিনী চক্র মনুংগী
লোইদাম থাগোইনুংদা চেল্লিবা অমৃত শিদ-হীবু পায়মা পুকথম্না
থকচক্রবগা পরমাত্মা পরমহংস অনিমাবু অহিং নোংথিল নাইদনা
দর্শণ চেংলৌ শকউনদুনা শমু খুৎথুম চম্না তানকংজখিরবা মীদো মহাজ্ঞান
অথোইববু শমু খুৎখুম চম্নব ও তৌনা কৌয়ে। হে থনঞ্জয় পানগনব-ও।
ঐশ্বর্য্য লৈবা থৈবিব্রা পুম্না তানকংওমদরবা অদুগুম্বা পরমহংস
পরমাত্মা অনিমাবু তাংজা শম্বুমময়মবু তৎনদনা চেংলৌ মমিৎ
মিৎকম ময়ায়দা তানা লৈখিরবা মীদো নমু মীয়ামলক্তগী মনি ময়াইগী
মতুমগুম থরায় খোইনা চাউরবা সাধু মী অকব-ও তৌনা কৌয়ে।

মতৌ অসুম ওইরিবা চীংঙ্ ঐগী ভক্ত ইদাইরেম সাধু মী
অকবা অচুশিংদা পাপ পূণ্য অনিমানা পুম্না চঙ্ঙমলুদরে। গুণ
মাগী মতিকপু থৌরম খোইনা চাউখিরে। লোয়ন-ঐগী ইপাতাউ
হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী। পার্থ য়ায়ম্না তেলহৈব-ও। নংবু মহাজ্ঞান
অথোইবগী ধর্ম্ম কথামৃত থুমখোইবা অসিবু উনবি পুক্লিং পিনা
লাতাউ-ও। থৌরম অসি মতুংদঃ অসাইতৈগী কর্ম্ম ইন্দ্রি মঙামা জ্ঞান
ইন্দ্রি তরুকমা তনবা তরামাথোইমাবু মন বুদ্ধি অনিমানা হাউশি
ঙমগাচিংনা গুরুমুখ মথৌজান্দগী ধর্ম্ম লমথুন ইম্না খোইরম লাইকম
ময়মলেন্দা অমরক হোনজিনখিরববু ত্রিবেনী তীর্থ কৌবা মহাতীর্থ
চঙখোনবা খোইরম লাইরমলেন মক্তবা অমবু লৈঙমরে। অদুগুম্বা
খোইরম লাইকমলেন সুংঙাইবা অদুদা সনা নমানোং মচুগুম উনবি
খোইনা পুকহুবা অমৃত শিদ-হীনা ত্রিবেনী তীর্থ জরোঙ অহুম কাংবগী
লাবেন য়েৎলম ওইরমদা আত্মা কৌবা থরায় অনিনা লৈরিয়ে।
থাবা উনলেন হীগুম চীকখোইবা অপ্রাণ প্রাণ কৌবা ভোংলেংশিদবা

অনিয়ামাচিংনা মাঙ্গং নোংশিং ভয়ামাঙ্গুং থোরম অতংপা লৈতনা অহিং লোংথিল তত্তনা লৈরিয়ে।

মতৌ অসুম লৈরিবা মহাতীর্থ চঙখোনবা ত্রিবেণী তীর্থ ঈরোঙ অহুম কাংবগী ময়ামদা মতিক পান্দম লৈতরবা মুক্তাবলি লাইশঙ নিঙ্ থিবা অমবু লৈরিয়ে। অদুগুম্বা মহামন্দির চঙখোনবা মুক্তাবলি লাইশঙ পিবুকনুং অদুদা নিরাকার মশক মাইদরবা যেকার অকার চৈতপ পোতপ লাইদরবা মশকপু কঙমদরবা সনাতন অয়েম্বা জ্যোতির্ময় মঙালগী মশক ওইরিবা পর-ব্রহ্ম চঙখোনবা অপোক-অশি অমাঙ অতা পুম্নামাবু লৈত-রবা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শিদবনা লাইশঙ পিবুকনুং অদুগা কন্থি মকম ওইরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনবও। মতৌ অসুম ওইরিবা তাইবঙ পোক্কা শিদবা পরেং ব্রহ্ম চঙখোনবা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন অদুদা অসাইদৈগী ইন্দ্রি তরা-মাথোইমা মন বুদ্ধি অনিমাগা য়াইবি পাকল লুচিংবা পরমাত্মা শিদবগা জীব মাগী থর য়গা শমু পাল্লোইননা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শিদববু চৌংঙ চেংলৌ শকউননা তানকংজথিরবা মীদো গুণ মাগী মর্তক লৈতনা চাউথিরে। অদুগুম্বা সাধু মী অকবগী থম্মোয় লৈকাম্নুংদা শ্রীহরি মপু-রেমা খোইয়ম কম্বিরেনবু ওইনা লৈরিয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা ঐকান্তিক উনবি প্লুক্লিং লেপ্লবা, ভক্ত লৈবা শিবিক্লা চৌংঙ ঐগী নির্গুণ চিন্তামনিগী ইশক মাঙদা তুমদববু চেংলৌ মথোয়গী মিৎলম থম্না থরায় য়াকারিয়ে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারিও। মতৌ অসুম ওইরিবা ভক্ত লৈবা খিবিক্তো প্রাণ মাগী থরায় হিংলিদৈনা থরায় চঙনা লাল্লব-ও তৌনা কৌয়ে। হয়েং মাগী আয়ু মপুনশিনা চেংজেল মতোল লোমথিরবসুং খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চৌংঙ নিরঞ্জন শিদবা শ্রীহরি শিদবদা জীব মাগী থরায়না লেপ্না শংশঙ তিনথিরে। মপান মাইদবা ভক্ত মতিক অচৌববু কনানা হায়ঙমগবনো ?

হে কুন্তি মপারোও। মতৌ অসুম ওইরিবা মহা পরংব্রহ্মজ্ঞান অশিবু যোগধর্ম চৎলিবা খিবিক্লগী মুনি ঋষি পুম্নমা ময়ম অশি খিবিক্লা মহার্ষি

মতিক থোইনা চাউরিবা মহাজ্ঞান অরুবগী ধর্ম অথোইবা অসিবু থৌরম চেৎনা চৎনরিয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনবু-ও। তাইবং নোংশাপান্দা নমু মীপোক কাংওমদববু তানকংজরিতৈদা ধর্ম অথোইববু উনবি পরৈ চেৎনা লৈজতেনে। তাইবত্ত নমু পোংব-চানা চৌংঙ্ ঐগী চিন্তামণিগী ইশক মাঙল-তুমদবা দিব্য অমকপা লৈতববু পুক্লিং লাইচি থোংনা নিঙশিংজরুরিতৈনা পাপ অয়াম্ববু ওমা কিন্নখিরে। পুক্লিং, থরায়, হকচাং অছুমশাবু তুম্না চৎচখিরবা মীদো তাইবত্ত নোংশাপান্দগী প্রাণ থরায় মমিরেম্না থৌরম অয়ানবত্থু লেপ্পা তানকংজখিয়ে। অসুম তানকংজখিবা থরায় লৈবা খিবিকপু হরি লাই অত্থুনা নমু কনামবু শমু খুৎচেং লাক্লা চিংখৎপিরদে। ভক্ত ঐগী নাইমুংচং নমু মীওই চত্তথোনবা মণি য়াইগী মতুমগুম থরায় থোইনা চাউরবা নমু মী অকববু সাধু সঙ্গ তৌরবগা গুরু মুখ অথোইববু গুরু মথৌজান্দগী চৌংঙ্ ইশক মক্তবা নিগুর্ণ চিন্তামণিবু লেপ্পা তানকংজখিয়ে। অদুগুম্বা ভক্ত ঐগী নাইমুংচং সাধু মী অকববু নত্তনা কোয়ৌ কদৌনোংদবু থরায় চত্তনা লানত্তমলুদয়ে। মনুষ্য জনম কৌবা নমু মীপোক কাংওমদববু তানকংজরুবত্থুং ভক্ত সাধু অথোইববু তানকংজদরিবা মীদো মীপোক কাংওমদববু তাইবং শিংলেন অয়েম্বা নমু লৈয়াং অতিংঙাবু ওইনা মাঙহনখিরে।

সাধু ভক্ত অফবা নমু মীপোক অথোইবনা লৈরবগা থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন হরি নোংদম মপুরেনত্থুং মইংয়ে। মীপোকলেনগী অতাঙবা ভক্ত সাধু অথোইবনা লৈতরবদি থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনত্থুং মায়কৈ থোইনা মম্না লৈতরে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মচা ও! কোয়ৌ নোংলাবপানগী থোইয়ম ঐগী লৈনফম নোংথৌ লাইরৈবাক থুনিংত্থু কম্বি অয়েম্লবু নত্তে। চৌংঙ্, ঐগী লৈকম কম্বি অয়েম্বা কৌবদি সত্ত সাধু অথোইবা ভক্ত লেংবা তিনবগী থম্মোয় থম্বালময়াইদা। চৌংঙ্ ঐগী ইকম অয়েম্লনে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারা। পাথৌ অর্জ্জুন তৌলহৈবা। নত্তবু উনবি পুক্লিং তপ্পা নাতাউ-ও! উত্তম অথোইবা মধ্যম য়াইমবা কনিষ্ঠ অত্তোনবা ধর্ম লম্বি অহুম্বাদে। কনিষ্ঠ অত্তোনবা কৌবদি থরায় কনাগুম্বা

অমনা দারিদ্র লায়রবগী চৈরৈ অরিনতাম্না তরা অচা রাৎপা অরা-মখে লৈতনা লাননংলিবা মীশিং-বু ধন লনরাম পিনা নুংঙাই মরাং কায়না য়াঙ্গোইহনবা তাইবঙ নোংশা পানবগী দান ধর্ম অরাব্বু থৌ-দোক্তরবগা পুণ্য মরম মাঙকদববু লেপ্না তানফংজৈনে হায়না পুণ্য লম্বান-রাগী মখেদা উজরিবা মীদো কনিষ্ঠ অতোনব-ও ভৌনা কৌয়ে। মধ্যম য়াইমবা কৌবদি দান ল-কুবগী মহয়মুং থঙজরম্নবগী থৌরম অদু মতুংদা লৈয়োন নোংলোন অহুম্মাগী মবুংঙো থোইয়ম ঈশ্বর মপুয়েনবু লৈরিয়ে হায়না পুক্লিং শানখঙজরিবা মীদো মধ্যম য়াইমবা-ও ভৌনা কৌয়ে। উত্তম অথোইব-ও কৌবদি সাধু মী অকবগী গুণ মতিক অচৌববু খঙনা উজরুরবা অদুগুম্বা মীশিংবু উত্তম, মধ্যম, কনিষ্ঠ কৌবা ধর্ম্ম লম্বী অহুমমাদি অসিনে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও! মতৌ অহুম ওইরিবা সাধু মী অকবা অদুনা আদি গুরু অহানবা, পম্মৌ পলেম অনিমাগী গুণ মতিক অরুবা সাধু মথৌজান্দগী নমু থরায় অয়াম্বু ওম্না শানখঙহলয়ে। থৌরম অসি মতুংদা ইষ্টকাষারেনবু ওইনরিবা গুরু কোয়ৌ মনোংথোগী গুণ মতিক অরুবমুং থরায় মীয়াম খৈবিকপু ওম্না শানখঙহল্লে। থৌরম অসি মতুংদা মুকমৈ মারীন শোম্না অজ্ঞি লাইয়িমথা ক-খ ময়েক পিনা লাইরিক শিন্দম্বীরকপা উম্মা মতিক অথোইববুমুং সাধু মপাউ-তাকগী ওম্না শানখঙহলয়ে। থৌরম অসি মতুংদা থোইয়ম ঈশ্বর মপুয়েন হরি লাইগী মতিকমুং ওম্না শীম্না পাউতাকপিয়ে।

মতৌ অসি মতুংদা ধর্ম অথোইবগী য়াইবি লমদাং পিনা থরায় খৈবিকপু হরি লাই অদুদা শংশং লেপ্না তিলহল্লে। মরম অসি খৈবিকপু ভক্ত ঐগী লাইমুংচঙ সাধু মথৌজান্দগী ওম্না তানকংজরিয়ে। হে কুন্তি মপামী! পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও। গুরু মপাউতাকগী মমল মতিক লৈতবা মনি য়াইগী মতুমগুম মরু লুচিংলিবদি ভক্ত সাধু অথোই-ব-ও কৌয়ে। অদুগুম্বা সাধু মী অকববু কোয়ৌ নোংলানপানগী অম্মা কয়ামরুমনা মর্ত্তলোক অথোইবা তাইবঙ নোংশাপান লমদা

খোরমা মথায় অন্দুনা কোয়ৌ নোংমাঈদনা পুক্রমজরিয়ে। সাধু মতিক অচৌববু কনানা হায়জমগবনো ?

হে-পাথৌ অর্জুন তেলহৈব-ও। নঙবু ঊনবি পুক্নিং পিনা নাত্তাজৌ-ও। মহাজ্ঞান অরুবগী রারম সুংঙাইবা সাধু ভক্ত অথোইবগী মতিক অরাববু ঊনবি পুক্নিং পিনা নাত্তাজরবা মীদো পাপ মশীং অয়াম্বু চেংলৌ মিংকুপমরমদা ঊৎফুল নোংলৈ ওইনা শম্না মাঙখিয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নঙবু মহাজ্ঞান অথোইবগী ধর্ম রারম সুংঙাইবা অসিবু অর্জুন নঙনা নাত্তাজখিয়ে। অসুম নাত্তাখিরবা মহাজ্ঞান অরুবা অসিগী মমুৎ তোম্নিংথোবু ওইরিবা মহা উত্তমজ্ঞান-ও কৌববু লৈরিয়ে, হে পার্থ রায়রা তেলহৈব-ও। হায়না অসুম রাহমরিবা চীংঙ, চিনসনা চিনবাম্ফোংদগী গীতা পুরাণ সুংঙাইবা অসিবু গোবিন্দমিশ্র পণ্ডিতনা সংস্কৃত অরুবা দেববলি থোইরম লাইগী লোন্দগী ভাষা রাহার ওইনা লেংথোক্লম্বা রারম সুংঙাইবা অসিবু পুক্নিং ললপামজবগী পরশু-রাম বৃন্দারাণী শানৌ মতে মনাঙগী শংলৌ মথৌয়াং য়েনলাং মঙম-দমদগী প্রজানন্দ মুর্ত পায়মা শিল্লেয়োম্বা লৌশিং তুমুং লংলা পুনশুরনা ইপল পোইয়ে মৈতৈলোন্দা রাংজম তেংথানা য়াথং শৈরেংজবু লৌশিং কিয়ৌ উত্তমদবগী য়াথং চিন্নাই শমজমদনা তেংথা পাংশোয় নীকপগী অয়োন মখৈ লৈত্তবু হে ইবুংঙো ভক্ত সাধু লেংনা ত্রিয়া সভা পরেং তমথং শীয়া কমকমলিবা নংথোয়না হয়া হয়া তাকপিয়ো। তাইবঙ নোংশাপান্দা নমু মীবু ওইনা পাল্লিবা অসিবু বিষ্ণু মায়া তমথিবা কাল তমকদবনা চেংলৌ মিংকুপমরমদা শমু খুৎথুন চমা কাখিহৈনে। নমু মীবু ওইনা পোক্লবা অসিবু হরায় কম্বি তপা পানজমদে। শুণ মতিক লৈজরিবা থৈবিকপু কোয়রেং থোইদিং মথায়মরমদবু ওইনা মাঙখিহৈনে। মরম অসিগীদমকপু চীংঙ, কৃষ্ণ শিদবগী সনা মথৌঙ-থামহুম প্রাণ থয়ার মমিয়েনগী মরল অচেৎপনে। হরি কৃপা মথৌ-তামজুম প্রাণ থয়ার পায়বগী মিত্র চমচোয় অচেৎপনে হায়বু থঙনা চীংঙ, মিংথৈরেনবু পুক্নিং হল্লাক্কজো। তাইবঙ নোংশাপান্দগী সুংঙাই

মরাক্ত কায়বা চীঞ্জাক চঙখোনবা মপারী মমোম ময়ন মচাক ময়ম অসি থৈবিকপু কুয়াউগুম মচি কাদবা পামেল মণ্ডং মানগুম্বনে হায়-রময়ে। ত্রয়ম মুর্খ পায়মা ঈরৈ চনগুম্বনা তাইবঙ নোংশাপানগী ইষ্ট কাষারেনবু ওইনরিবা গুরু গুসাই ইবুংঙো বৈষ্ণব গোযাই অথোইবা কৃষ্ণ চৈতন্য ইবুংঙো চৌংবু অস্তমাগী পাদপঙ্কজ নিঙথিবা খুয়া থম্বাল লৈকা অনোবা। অনিমাবু ত্রয়ম তাঙজা কোক্কা থোংনা হয়া হয়া পুরুমজরম্বনে।

---

# মাপলশুবা অধ্যায়

অসাইবৈগী গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা লেংলম্বা গীতা পুরান লুংঙাইবা অসিবু ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেম্না সঞ্জয় মহামুনিরেন্দা অনৌবা য়াথং পাউজংজখয়ে।

হে মহামুনি অথোইব-ও। চৌংডু কৃষ্ণ শিদবনা লমলোই মাগী চায়বা পার্থ অর্জুন তেলহৈবদা জ্ঞান ময়ম পুম্নমাদগী মহাজ্ঞান অরুববু পাউত্তাকপিরে হায়বনু মুনি চিংগোয় থম্বাল্লেদগী নাত্তাজখিরবা খৌরম অসি মতুগী খেইয়ম কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবনা পায়ী চৌংখোং য়াইমবা পার্থ লাশু হৈবদা জ্ঞান ধর্ম্ম অথোইবা করম্ববু পাউত্তাক-পিবনো? মুনি চিনগোয় নয়াখংদগী উনবি পুক্রিং পেম্না নাত্তাজখিগে হায়না অসুম পাউজংজরবদা সঞ্জয় মহামুনিরেম্না য়াথং য়াংহল্লিরকয়ে।

তাউ-ও, তাউ-ও! হে ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন-ও! অসাইবৈগী নপারী চৌংখোং য়াইমবা কুন্তি সতি মপারী যিংলেন চাউনা চৎলিবা চক্র হিরা থাঙগুম্না পানগন থোইনা লমকেৎপা পাঙ্গু নিংথৌ মচাদি ভক্তি চীগ-লুক অর্জ্জুন শমু মখুৎ লোম্না অনৌবা পুরুমজখিয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো। কমল লোচন অহেনবা মিং তরেং সনা য়াইথম্বাল মিংলোং থম্বাল মানব ও। খোইয়ম সনা নখোঙ খা মমল মতিক লৈতববু নদাইরেম অর্জ্জুন থরায় অতোনবা ঐনা পুরুমজবনে। আদি অহানবস্তুং হে খোইয়ম শিদবা নঙনে, মধ্যম ময়াইথংবা য়াইমবা শ্রেষ্ঠ পন্দোল লোমখিবা মরম অদুমমাবু ওইরিবস্তুং হে চক্রপানী শিদবা নঙনে। তাইবঙ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাবু হত্যা মাঙহল-লবগা কার্ত্তা অমরক য়াংেনবিবস্তুং হে নোংদম মপুরেন শিদবা নঙনে। মচু শংবানবা কলপ তরু উপাল শিদববু ওইনা কাউবিরবস্তু হে উপেন্দ্র লাই মরু শিদবা নঙনে। চলা-চলং থরায় অচৎ চত্ত পুম্ন মাগী মবুংঙোবু ওইবিরিবস্তুং হে নোংদম মপুরেনও নঙনে। হে যোগীরাই অহেনব ও! চৌংঙু সনা নখোঙখাবু পুরুমজবনে।

হে খোইয়ম নোংদম মপূরেমও। নঙনা নপল বসুদেব নন্দরাজ অনিমাগা পলেম নমা দেবকী যশোদা নপল মরিমাগী উনবী পুক্লিং পেম্না থুংবিক্লরবগা সনা দ্বারিকা পুংময়োম্দা য়াঙোইবিরিবস্তুং হে যদুপতি লুচিংবা নঙনে। মহা মহা অথোই অথোইবা পুম্নমাগী মমুৎ তোননিংথৌ মচি লন মরু শিদবা নঙবু পুরুমজবনে। হে প্রভু ইবুংঙো খোইয়ম নোংদম মপূরেন ও। চৌংঙু চিন সনা চিনবাম্থোংদগী শিম্থুং রকপা মহাজ্ঞান অরূবগী ধর্ম্ম মথোয় অয়াম্ববু নাত্তাজরুবদা নদাইরেম ঐগী থরায় য়েনিং চোংনা উনবি পুরিং পেনাখরে। হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা! খোইয়ম নপাউত্তাক মহাজ্ঞান অরূবা অসিগী মমুৎ তোননিংথৌবু ওইরিবা মহা উত্তমজ্ঞান অথোইববু লৈরিয়ে হায়ববু নাত্তাজরবদা নদাইরেন অর্জ্জুন ঐগী থরায়না চাতক পোথি নোংঙৌবী থৌরে রাকমপোংদুনা নোংলেন ঈঙাইজবগুম, নোংয়িন চেকনিংথোদুনা কোয়ৌ নোংলাংপান্দুদগী সুংনাং লাঈজা ঈছনবা থবি য়াইমরুগী থাজা লৈরিক তানগুম্না নদাইরেম ঐগী জীব থরায় ইমিরেম্না মহা উত্তমজ্ঞান কৌববু নাত্তাজবদা থরায় থৌরাং তামখিরে।

হে নোংদম মপুরেন। নঙনা পতিত তায়ববু খুনথংপিরিবসুং নঙনে। কোরৌ অসি নোংদা নদাইরেম অর্জুন থরায় অতোনবা ঐবু করুনাসিন্ধু অথোইবা থৌজাল সমুদ্র ঈরেলপুংগুম্ববু পিনবিরো হায়না অগুম পুরুম-জরবদা সনা দ্বারিকানাথ মপুরেন যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা চৌংঙ, কৃষ্ণশ্যাম অহেনবা লোয়না মাগী অপাম্বা অর্জুন রাময়া তেল-হৈবগী ভক্তি কোলোয় মপাউহংবু নাতায়বদা থোইয়ম উনবি পুক্লিং পেম্না হয়াডবিখিরে।

হে পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপান্নৌ পার্থ রায়রা তেলহৈব-ও। নঙবু উনবি পুক্লিং পিনা নাতাউ-ও। জ্ঞান লৈবা থৈবিক্নৌ মরু লুচিং-লিবদি মহাজ্ঞান অথোইবনে। অদুগুম্বা মহাজ্ঞান অথোইবগী মমুৎ তোননিংথৌ কৌবদি উত্তম জ্ঞান অথোইব-ও তৌনা কৌয়ে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নঙবু সৎ- উনবি পুক্লিং লেপ্পা নাতাউ-ও। তাইবঙ নমু পোংওইবগী কায়'ৎ হকচাং অসিবু স-ও তৌনা কৌয়ে। স, মশক অয়েপ্পদি স, র নিংশা অদুনে। দে'হ হকচাং মমুংদা স, র নিংশা অদুনা লৈতরবদি কায়াৎ শমু হকচাং পুম্নমাবু পুমুং লকু মতুপকুম লৈহৌরে। চেংগৌ মিকুপ মরমদা শিংলেন লৈগুম কেম্না অমাঙ অতা অপৎ অচাম পুম্নমাবু লৈতবা স মশক অয়েপ্পা কৌবদি স, র নিংশা অদুনা অদুগুম্বা স র নিংশা অদুবু থৌরম অহানবদদি শ্রীগুরু অথোইবা শ্রীমুখ মপাউতাক্নগী শমু খুৎথুম লনখিহৌনে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নমু পোংওইবগী হকচাংদা হ হায়বা মযেকনা পুগোকনরিয়ে। র মযেক অদুনা হজিন্নরিয়ে। হগী রগী মরক্তা স মযেক অথোইবনা সহদ চৈরোয়ননা চার-থোঙজাউ থিংনা লৈরিয়ে। স র মতাং অনিনে। মমুংথংবা স র দি কাঞ্চন সনা অহিংবগী মচুনে। মপান্থংবা স র না শিনৌ লশিং মচুগুম মচু তৌনা হেনববু উনবি থোইনা পুকছুইয়ে। মতৌ অসুম ওইরিবা স র মাইথি শিদববু মন ঐগী পুকনিংগা লিঙুং অমত্তবু ওইনা শুংজিল্লবগা স র মতাং অনিমাগী ধাতু মচু উঔনে। থৌরম অসি মতুংদা তাইবঙ

পোৎশক নত্তবা খোইরম লাইগী মালাবু তাইবঙ খুৎশু নত্তবা খোইরম লাইগী খুৎনা করমালা খুৎওইনদ্রনা খোইরম লাইগী মালাবু মালা লিকওন তৌথৈনে। হে কুন্তি মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও। উত্তম-জ্ঞান অথোইবগী ধর্ম্ম লাইরমলেন অরুবা অসিবু উনবি পুকনিং শিনা লৌজরো হায়না অসুম রাহস্বিববু নাতারাগী পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী অর্জ্জুন বায়রা তেলহৈবনা অনৌবা শমু মখুৎলোয়া য়াথং পাউহংজরকয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো! খোইরম নোংদম মপুরেন ও। জ্ঞান ধর্ম্ম লম্বি অদুগী মরু লুচিংলিবা কৌবদি মহাজন অথোইবনে হায়না পাউতাকখিয়ে। অদুগুম্বা মহাজন অথোইবগী মমূৎ তোম্লিংথোবু ওইনরিবা উত্তম জ্ঞান অরুবগী ধর্ম্ম লাইরমলেনবু নাপাজরুবদা খোইরম নথৌজান্দগা নপাইবেম অর্জ্জুন থরম অতোনবা ঐবু উনবি অনৌবদুম পুক্লিং য়েম্লিং চোংথোরে। তৌইগুম হে খোইরম নোংদম মপুরেন ও! তাইবঙ পোৎশক নত্তবা খোইরম লাইগী মালাবু তাইবং খুৎশু নত্তবা খোইরম লাইগী খুৎনা কর্ম খুৎপায়নরবগা খোই-রমলাইগী মালাবু মালা লিকচৎনথৈনে হায়না অসুম য়াথং রাহম-বিখিববু মালা পোৎপু কবন্ধনো তাইবঙ খুৎশু নত্তবা খোইরম লাইগী খুৎ কৌবসুং মতৌ করম্বনো? খোইরম চিনসনা চিনবাম্থোংদগী শিন্থরকপা উত্তম জ্ঞান অথোইবা য়াইবি থরায় লান্নরাক ধর্ম্ম সনা লমদাংশাং মকৃতবা মমল মতিক লৈববু হে প্রভু ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনব-ও! চৌংঙু নঙনা পিনরো হায়না অসুম পুকম-জরবদা সনা দ্বারিকানাথ মপুরেন যদুবর লুচিংবা যদুরাই অহেনবা যদুবংশ শাগেগী চন্দন লৈবু ওইনবা চৌংঙু কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবনা লোয়না মাগী অপাম্বা অর্জ্জুন কোলোয় মপ উহংবু নাতারুবদা খোইরম পুক্লিং হরাউ থোইনা য়াথং রাহমবিরময়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। ভক্তি কোল্লোয় নপাউহং অসিবু অর্জ্জুন নঙগী নতিকনে। মরা উত্তম জ্ঞান অথোইবগী ধর্ম্ম লাইরমল্লেন

অরুবা অসিবু উনবী নঙগী পুক্কিং পিনা নাক্তাউ-ও। অসাইদগী গুরু মহৈথোজান মুখ মপাউত্তাক্তগী স র মসুং মপা অনিমাবু খাক্তু মচু উরগা খৌরম অদু মতুংদা নাভি খোয়গী মসুংদা মধ্যম চক্র লাইকগলেনবু সুষুম্না কৌবা শিংলিনা অহুমলক চন্না যেংলম্লবগা উপর মথক থংবরমদা কাথংখিয়ে অদুগুম্বা খোইরম লাইকমলেন সুংত্তাইবা অত্তদা থম্মো মশিং মরমদবু পিক্লিবা সুষুম্না মারী শিংপি অত্তনা চক্র অহুমক হন্না যেংলম্লবগা মধ্যম ময়াই থংবরম চারি অঙ্গুর খুৎত্তোল মরিগী মত্তমদা ফম্বি মফম ওইনা লৈরিবা জীব মাগী থরায়বু সাধু মথোজান্দগী মন বুদ্ধি-অনিমানা চেংলো শকউননা শমু-খুৎথুম চন্না ত্তানকংজরুরে।

হে ধনঞ্জয় পানগনবা-ও। মত্তো অসূম ওইনা স র মত্তাং অনিমাগা জীব মাগী থরায়গা শমু খুংথুম চন্না ত্তানজংজখিরবা মাদো মোইনিৎ মাগী অরাবা থমোয় লাইয়িম শেংনা ত্তানখিববু লহান লাংওন মরক্তী থৌরম মানা পাল্লম শারমলিবা খৈনিকসুং হৌঞ্জিক লাংওন অসিগী থৌরম অয়াম্বা খৈবিকসুং হয়েং লাংওন মপোক অমরক পোক্তগদবসুং ধর্ম্ম মপোক অহুম্লকপু ফাওনা থমোয়ম লাইযিং ত্তান্না উখিরে। থৌরম অসি মতুংদা অপ্রাণ প্রাণ ও কৌবা শোর হোন্দোক হোঞ্জিল্লবা অনিমাবু জুরা পাবোৎ চাংমান্নবা চৎহল্লবগা খোইয়ম লাইগী মালাবু কর্ম্ম খুং-পায়নদুনা মালা লিকওন্না মন্ত্র মশিং লাক্লা ভজন লাইনিঙ তৌৈগনে। খোইয়ম লাইগী খুৎ কৌবদি নাসিকা মালং নোংশংথোংদা শোর হোন্দাক হোঞ্জিল্লিববু খোইয়ম লাইগী খুং-ও তৌনা কৌয়ে। খোইয়ম লাইগী খুৎনা মালা লিকপায়নৈঙনে হায়বদি মন বুদ্ধি অনিমাবু খোইয়ম লাইগী খুং-ও তৌনা কৌয়ে। অদুগুম্বা বুদ্ধি অনিমানা শোর হোন্দোক-হোঞ্জিনবগী মত্তাং অনিমাবু মালা লিকওন তৌত্রনা শ্রীগুরু অথোইবা থৌজাল মরনকুদগী নামামৃত পুমথোইববু মশীং লাক্লা ভজন লাইনিঙ তৌৈঙনে।

হে অর্জ্জুণ তেলহৈব-ও। মমু পোংওইবগী ক্রু যুমধ্যে ত্তমখিবা পিত্তুম পাগোই মমক, অমম অত্তাল অনিমাগী লাকলেন কিথুপ

মতমদা মহাপাপ চণ্ডখোনবা খুভম থোইনা মুংঙাইবা তীর্থ লাইকল্লেন মক্কবা অমবু লৈরিয়ে। কল্পি মকম অতুদা ধাতু মচু অহুমনা য়োম্না লৈরিবা মহস্থান মুংঙাইবদা থরায় লৈবা খৈবিক্কৌ য়াইবি পাকল লুচিংবা পরমাত্মা পরমহংস অনিমক্তো পাপ কত্তবনসুং পুন্য অকবনসুং ময়ম অনিমানা পূম্না কংওয়্রদগে।

হে ধনঞ্জয় পানগনবও। মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা য়াইবি পাকল লুচিংবা পরমাত্মা শিনবা পরমহংস অথোইবা থোইয়ম অনি-মাবু অসাইক্তৈগী মিপা থম্মোই কনবদো। গুরু য়াথং লুদ-থোং থোইয়ম লাইগী মালাগা মন্ত্র মশীং লাক্‌না ভজন লাইনিঙলিবদো। মোইয়েং তরং থোক্না পিনা উনবি থোইনা চুমলিবা মন মাগী পূক্নিংনা লিরুং খুংশূ ওইথিরে। বুদ্ধি মাগী লৌশিংনা লিকুং ওইদুনা জীব মাগী থরায়না তেনা য়াইওইরবু থইরকলে। কর্ম্মেন্দ্রি মঙামা জ্ঞান ইন্দ্রি তরুকমা ইন্দ্রি তরামাথোইমাক। জীব তেনবি শিদবী সনা লকা তোইতূপ-চন তেনগা তমনা পান্দম্বু চুম্না শানওম্নথিরে। থরায় পাকল লুচিংবা পরমাত্মা অথোইবা পরম-হংস অকবা থোইয়ম অনিমাবু জীব তেনবি অথোইবা গুরু য়াথং লুদ-থোং ধর্ম্ম লমদাংশাং অদুবু মিৎয়েং পান্দম চুম্না সন্ধান পানগা তমদুনা য়াইবি তেনক্কাপ শিনখিরে। ধাতু মচু অহুমমা পনলোন কোয়না লৈববু জীব তেনবি অথোবা ধর্ম্ম লমগুন-ইম্না পাইমরক্না পাইচিনখিরে, য়োমরক্না য়োথিবা চেংলৌ মিংকপ ময়মদ পনলোনা অহুম শুববু মদোম হোনজিনখিরবগা পরমাত্মা অথোইবা পরমহংস অকবা য়াইবি পাকল লুচিংলিবা অনিবু গুরু আজ্ঞা বলবান চক্র হিরা থাওগুম্না পানগন থোক্না লমকেংপা জীব হনক্‌ববনা তেনবি তুনা পাল্লুরে।

হে কুন্তি সতি মপারী। পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও। লোয়ন-ঐগী অপাম্বা পাথৌ অর্জ্জুন তেলহৈবা নঙবু উত্তম জ্ঞান অথোইবগী ধর্ম্ম য়াংলৌ লমদাংশাং মমল মতিক লৈতববু উনবি পূকনিং তপ্পা নাতাউ-ও। মতৌ অসুম ওইনা ভক্ত সাধু লেংনা তিনবগী জীব থরায়

অতুনা য়াইবি পাকল লুচিংবা পরমহংস অনিমাবু শংশং চেংলৌ শকউননা প্রাণ থরায় লাপ্পখিরবা মীদো হরি চক্র ওমখিবগী মায়া ঈরৈ অচৌববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা কোকখিরবগা চৌংগু, ঐগী নির্গুণ চিন্তামনিগী কম্বি অথোইববু লেপ্পা তানকংজরুইয়ে। অদুগুম্বা য়াইবি থরায় খৈবিক্কী মরু লুচিংলিবা পরমাত্মা মতিক অরুববু কনানা হায়রগমগবনো অরা মুংশি, নিঙথি মুংঙাই অরাম খোরাং অকি-অথং চিংজিন কাম্বি ছয় ঋতু ঐশ্বর্য্য লৈবা খৈবিক্লা পূন্না কংঙমলুদরে। থৌরম অমরক চাউ-থোক্লকপস্তং লৈতরবা মরম অমরক রাংথখিবস্তং নাইদরবা চৌংগু, ঐগী নির্গুণ চিন্তামনিগী পোৎশক অরেপ্পবু ওইরিবা থরায় লৈবা খৈবিক্কী মরু লুচিংলিবা পরমাত্মা পরমহংস কোবা খোইরম লাই শিদিবনে।

হে ধনঞ্জয় পানগনবও। মতৌ অসুম ওইবিবা পরমাত্মা শিদববু শমু খুৎখুম চন্না জীব মাগী থরায়না তানকংজখিরবা মীদো মায়া লৈব খৈবিকপু ওম্না ককপা ওমখিরব মহা বৈরাগী অথোইব-ও তৌনা কৌয়ে। অদুগুম্বা মপাল নাইদবা পরমাত্মা অথোইববু তান-কংজদরিবা বৈরাগী লৈবা খৈবিক্কো বৈরাগী শাঙদা চনকদরে অকুশলং কগুবা, কুশলং অফবা পাপ পূন্য অনিমানা পূম্না কংঙমদরবা পরমাত্মা অথোইববু গৃহবাসী য়ুম্নাহবা ভক্ত কনাগুম্বনা থরায় হজিন্নাইতমদা দর্শন চেংলৌ শকউননা তানকংজখিরবা মীদো থরায় মমিরেম্না সংসার সাগর ওমথিবা মায়া সমুদ্র ঈরেনপুংবু কাউরেন ষণ খোঙ্‌নমরমদবু ওইনা লানখিরে। মতৌ অসুম ওইখিবা গৃহবাসী অথোইবদো ভক্ত মাগী মপারী মযোমলোন শাগৈ মচেংপা-চামা মরম অসি খৈবিক্লা বেদ সুত্র পুরাণগী পুরাণ রায়েল ইন্না তাইবঙ হৌনা লমচৎপু দাহেন মৈগা কোয়না পিরা ব্রত তরা চাহেনবা পিণ্ড দান য়াওনা দান অশীং অয়াম্বা চোয়নৌ সনা রূপা রতণ লন মরূবু গীরি চৌংজাউ খিনগুম দান লনগুম্নবস্তং চৌংগু শমু ইহাকশাংদগী থোকখিবা পরমাত্মা শিদববু জীব মাগী থরায়না য়াইবি ভোননৌ লিয়েংননা তানকং-জখিরবা মীদো তাইবঙ পোক্তা শিদবা নিরাময় চঙখোনবা জ্যোতির্ময়

কাঙমনরবা খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চাংঙ্, নিরঞ্জণ শংশং লেপ্লা তিন্নখিরবগী হে ধনঞ্জয় তেলহৈব-ও অসাইতৈগী রতণ লনশিং অয়ামবা পীরি চাংজাউ খিনগুম্ববু পুন্য মহম মাঙদববু কোয়রেং খোইদিং মরমবু পূম্না কান্নরুদরে। সুত্র পুরাণ রায়েননা ফংদরে হায়বগী সুত্রীহত্যা সুত্রি মাঙ্লব-ও তৌনা কৌয়ে। থৌরম অসি নত্তনা গুণ কোটি লক্ষা তরানা শমু মহাকশাংদা পক্লা লৈঙমবম্লং ভক্ত হৈমা মতুং ইনখিদে। চেংগৌ মিৎকুপ মরমতা ওমনা কিন থনরোযে।

হে ধনঞ্জয় পান্গনবা নঙবু উনবি পুকনিং চঙ্না তাউ-ও। অসাইতৈগী থৌরম অজ্ঞানবদা সরমত্তাং অনিমাগী থাতু মচু উরবগা জীব গাগী থরায়গা থৌরম অনিমাবু শমু খুৎথুম চননা তানফংজরবদী থম্মোয় মাগী লাইমিং অরাবনা জন্ম মপোক অহুম্লক কী থৌরম অয়াম্বব, ওন্না ফাওনা উরু'র। মতৌ অসি মতুংদা পরমাত্মা পরমহংস অনিমাবু তানফংজখরবা ভক্ত লৈবখৈবিকতো মোইমিং মাগী অরাবা দিব্য চক্ষু, জ্ঞান মক্তবা থমোয় লাইমিং অরাববু ত্রিভুনব মরোল অহুম ফাওনা পানখিরনগা থরায় অপিক অচাউ নাইনা চংলিবা তাইবঙ মনুং মপাল পুম্নমাবু ওমনা ফাওনা উখিরে। কুরু মচেং পাচামা থাজা শাগৈরেন্দা নাউখিবা কুন্তি লৈমা মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা ও! নঙবু উনবি পুকনিং তপ্পা না তাউ-ও! উত্তমজ্ঞান অরূবা অসিবু মহাজ্ঞান অথোইবগী মমুৎ তাননিংথৌনে।

থৌরম অসি মতুংদা মানসিক জ্ঞান কৌববু লৈরিয়ে। অদুগুম্বা মানসিক জ্ঞান অরূবগী মতিক অথোইববু মপাল নাইদনা চাউখিরে। হে ধনঞ্জয় পান্গন্ব ও! সাধু সঙ্গ তৌতুনা মানসিক সেবা অথোইববু তানফংজদরিবা মীশিংদা গুরু থোগল লোমদরিব ও তৌনা কৌয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও! মহা জ্ঞানগী মথক্তা উত্তম জ্ঞাম অথোইবনে। উত্তম জ্ঞানগী মথক্তা মানসিক জ্ঞান কৌববু লৈরিয়ে হায়না অসুম রাহম্ববু কৃষ্ণ অহেনবগী খোইয়ম পৌজাল অথুম্বন

য়াথং পাউত্তাকপিববু নাত্তা-য়াগী য়াজা পাণ্ডু নিংথৌরেনগী মপারী কুন্তি সতী অচুম্বী পায়মা উনকোয়গী অর্জ্জুন য়ায়য়া তেংহৈবনা শমু মথুৎ লোয়া অনৌবা পুরুমজখিরে

হে প্রভু! ইবুংঙো! কমল লোচন অহেনব-ও! চীংঙু চিন সনা চিনবানখো গী শিম্বরকপা অমৃত শিদ-হীনা লাইজা তুখুল ওইনা চেল্লবা মমল মশিক লৈতববু নদাইরেম অর্জ্জুন পায়মা ভাম্বনা খোইয়ম নথোজান্দগী অমৃত শিদ-হীবু লাইজা ইথকচরবনে। মহা-জ্ঞান অথোইবা উত্তম জ্ঞান লমকেৎপা জ্ঞান লম্বী অনিমাসুং চীংঙু কৃপা নথোজান্দগী খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন চীংঙু নিরঞ্জণ শিদববু তানফংজহনবসুং হে খোইয়ম শিদবা নগনে। উত্তম জ্ঞানগী মথক্তা ধর্ম্ম থোইনা লমকেৎপা মানসিক জ্ঞান কৌববু লৈরিয়ে হায়না চীংঙু নথোজাল অগুমব লাইজা ঈনোং কাগুনা অমরক পাউত্তাক-পিবসুং সনা দ্বারকা লৈমাবা হে ইবুংঙো যোগীরাজ শিদবা নঙনে। চৌদ্দ ভূবণ মরোল তরামরিমাগী মবুংঙো মচি লন মরুবু ওইনরিবা হে খোইয়ম শিদবা নঙনা মানসিক সেবা অরূবগী ধর্ম্ম অথোইববু তানফংজদরিবা মাদো গুরু থৌগল লোমদরিয়ে হায়না য়াথং পাউত্তাক-পিবসুং নাথ নাথ ইবুংঙো হে জগৎনাথ শিদবা নঙনে। দেবকী পায়মা উনকোইসুংগী বসুদেবগী মপারী হে খোইয়ম বাসুদেব শিদবা নঙনা মানসিক জ্ঞান অরূববু লৈরিয়ে হায়না য়াথং পাউত্তাকপিববু না-তাজরবদা নোংলেন য়িনৌ তাবগী লাইজা ঈনোং কাগুমনা নদাইরেম ঐগী পায়মা উনকোয়সুংবু উনবি অনৌবক্তম পুক্নিং থৌরাং তামখিয়ে হে খোইয়ম শিদবা। চীংঙু মুকুন্দ মুরারী মরকত কৌব-ও! নদাইরেম অর্জ্জুন থরায় অতোনবা ঐনা চীংঙু সনা নখোংখা মমল মতিক লৈতবা অনিমাবু হননা পুরুমজবনে।

হে প্রাণনাথ ইবুংঙো। চীংঙু নথোজান্দগী মানসিক সেবা অথোইবগী জ্ঞান মতিক অরূবা য়াইবি সনা লমদাংশাং ধর্ম্ম অথোই-ববু হে প্রভু ইবুংঙো কমললোচন অহেনবা মিৎতরেং সনা য়োই-থম্বাল

মিৎ লোং থম্বাস মানব-ও। চৌংঙ্ নঙনা পিনরো হায়না হসুম অর্জ্জুন রায়রা তেলহৈবনা পুরুষজয়বদা চৌংঙ্ কৃষ্ণ শ্যা'ম অহেনবনা লোংনা মাগী অপাম্বা পার্থ রাংবা তেলহৈবগী ভক্তি কোলোয় মপ উহংবু নাতাবাগী থোইযুম মাধব শিদবনা য়াথং ব'হমবিয়কযে।

হে পাণ্ডু নিংথৌ মপাগী ও। বচন চিনকোয় নত্তিনমেন ভক্তি পুক্লিং অনোনবনা থোইয়ম ঐগী খুয়াদা বন্দনা শিংলেন লৈথোঙ্গববু চৌংঙ্ ঐনা উন্'বি পুক্লিং পেন্‌লে। হে ধনঞ্জয় পানগনব ও। নঙবু সৎ-উনবি পুক্লিং লেপ্পা নাতাউ ও! মানসিক জ্ঞান অথোইবগী মতিক অরূববু কনানা হায়ঙমবনো? ধর্ম্ম অথোইবগী য়াইবি সনা লমদাংশাংদা মানসিক জ্ঞানবু নত্তনা কোয়ৌ বদোনোংদবু ধর্ম্ম পনদোল লোয়রোইয়ে। ভ্রূর মধ্যে তমবিবা পিশুম পাকোইলম অমম্বা অজ্ঞান মরকনী লাকলেন কিথূপ মতমদা লৈরিবা তীর্থ লাইকম সুংঙাইবা কম্বি থোইনা চঙথোনবা অদুদা ঐশ্বর্য্য পুম্নমানা ফংঙমদবা য়াইবি পাকল য়াই মরু পরমাত্মা চঙথোনবা পরমহংস অরূবা অনিমাদো থরায় পাকল লুচিংবা থোইয়ম শিদবনে। অদু-গুম্বা পরম ত্মা পরহংস অনিমাবু হে ধনঞ্জয় তেলহৈব ও। নিৎকুপ-মাবু কায়নদে। চেংলৌমাবু তাম্নদে। পুমা পাবোৎ কায়নদে। নামা পাংশোইং নৌরুদে। অনি শুইয়ে ময়াইয়ে। অমনে হ'মবম্ব মওইয়ে। থোয়ম তুঙ্গান নত্তে। বিন্দু মতুম্মতনে। মতৌ অসুম ওইরিবা পরমাত্মা শিদবদো কোয়ৌ নোংলা পান্দগী ইন্দু আইতে প থংমৈ সুংনাং লাইজা ঐহুনবা থাজা পাথংবহুনা পুর্ণিমা মপুংফাগুম্বা দেব মঙাল নাইববু উনবি থোইনা পুক্লিং হুইয়ে। হে পার্থ রায়রা তেল-হৈব-ও। অদুগুম্বা পরমাত্মা শিদবগী তেজ মঙাল অরাববু লৈপেক ১০৮ গুনা লৈলিয়ে। ১০৮ মাদগী মধ্যম ময়াইথংবরমগী জোতির্ময় মঙাল অরাববু খানবী মৈবুল থানগুম মদোম চোংথোক্লকয়ে। হংস-রাজা নিঙথিবা কাংডা নিংথৌ পুকহুবা পরমহংস পান্দম মতিক লৈতববু মতৌ অসুম ওইনা শানকোংলকয়ে।

অসিগুম্বা পরমাত্মা অথোইবা থরায় লৈবা খিবিকী পাকন মক ওইনা পুচিংলিবদো চৌংও শমু ইহাকশা দগী থোকখিবা চন্দ্রমানিক্য মশকনে। হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। নত্তবু উনবি পুক্লিং তপ্পা মাতাউ-ও। অসাইগৈগী জীব ভোনবি অরুবা মন বুদ্ধি অনিমাদি ইন্দ্রি অমনে। মরম অসি খৈবিকপু পরম অমত্তা ওইবা অথোইবা থোইমম শিন্নবনা চেংলো মিংল্লেং অথুম্ববু য়েংনা নিঙথনঙময়ে। জীব থরায় অসিন্থং সং মিংয়েং মন বুদ্ধি ইন্দ্রি তরামাথোইমানচিংনা মরম অসি খৈবিকপু থোইমম ঐগী ইঙাল খিজিক্কদগী পোংকখিরিবা মশোননে। হে মন বুদ্ধি নবিঙাবু তনবা ঙকশম কনবা মিপা লমথোই ভাগিবা ইন্দ্রি তরামাথোইমানা হুম কোঙ্গোই থুনা কাখিরবগী মমু গর্ভ মশীং থিঙমদা মাউরো শাপুক পাঙমদা লেমলৈ ভাপুক থিঙমদনা পাতাল লৈথা ভাবদা তামম্না, নোংদোল কাবনা কামম্রনা সর্গ পাতাল কোয়ববু কোটি কোটি মশীং থিঙমদনা চাংহিরে। হুনথক লাংগুন অসিদা গুমিং শীঙশূরবগী সংধু সঙ্গ তৌদ্রনা মুখ মথোজাল গুরু মপাউতাক্কগী ধর্ম্ম লন মরু অথোইবা মাইবি সনা লমলেনগী থোইমম ঐগী কখিরেন বজ্র কোটি অমনা চংঙমদরবা চিন্তামনি রাককী ফখি থাইনা সুংঙাইবা অসিদা জীব লাইবক ফবনা কোরৌ অসি নোংদা সু মৎ শীঙশূরবগী লেপ্পা রাম্মুংশরে হ য়না পরমাত্মা শিদবা পরমহংস অথোইবা থোইমম অনিমানা চেংলো মিংয়েং অনেম্বু শিবা য়েংবিঙময়ে মতম অদুমক্তদা মন বুদ্ধি অনিমক্তো পরমাত্মা অথোইবা পরমহংস অথোইবা থোইমম অনিনাবু শংশঙ চেংনো মিংনা উনা ভানকংজকবদা অদ্রগুম্ব চিন্তামনি ওইবগী মশক অয়েপ্পবু ওইরিবা থোইমম অনিমাগী তেজ মঙাল অরাবা উনবি থোইনা পুকহূবা পুণ্য মপুং কাববু য়েংনা মন বুদ্ধি অনিমাদি মোইনিং মাগী অরাবা খামবী মৈবুল থানগুম্না ইষ্ট মাগী কাখারেন গুরু কোরৌ মনোংথোগী মুখ মপাউতাকপু মোইমিং পান্দম চুম্না মানসিক সেবা থৌগনবু লিংখৎলে।

লোয়না ঐগী অপাম্বা হে ধনঞ্জয় শাগনব-ও। চিন্তামনি ওইবগী মশক অরেপ্পবু ওইরিবা স্থান্ ( অস্থান ) মফম অদুদা ময়েক মশোল থৈবিকনা পুম্না ফংঙদরে। গুরু মথোজান্দগী মৃত্যুদণ্ড অয়াম্বা মরম অদু থৈবিকপু তলা শীংকং পৈগুম্না ঙম্না হুললানথোকখিরে।

হে পার্থ রাময়া তেলহৈব-ও। থোরম অহু মতুংদা মন বুদ্ধি অনিমক্না মানসিক থোগল মরমচৎ গুরু মুখ মথোজান্দগী তানফংজ-রূকপবু মোইমিৎ পান্দম চুম্না পরমাত্মা অরূবা পরমহংস অথোইবা খোইয়ম অনিমাবু নপ্পরে। দেব লাইবু তাইনরে। হরি ঈশ্বর মপুরেনবু তিন্নরে। নপ্পা তাইনা তিন্নবা মানসিক সেবা অথোইবগী ধর্ম্ম মরমচৎ য়াইবি সনা লমদাংশাং থোখল লৈরোই অহুমমাবু ঙনা ধনজরবদা চিন্তামনি ওইবগী মশক অরেপ্পবু ওইররে। পরমাত্মা পরমহংস খোইয়ম অনিমাগী মরক্তা জীব থরাম অহুগা মন বুদ্ধি অনিমা ইন্দ্রি তরামাথোইমা মরম অসি থৈবিক্না পবমহংস মাঙদথা পরমাত্মা তুংওইনা মধ্যম ময়াই থংবরম সমাচাররূপ ওইনা ঙম্না নপ্পখিরে। নপ্পা তাইনা তিন্নবা মানসিক সেবা অথোইববু তানফংখিরবা মীদো নমু মীয়ামলক্তগী মনি য়াইগী মতাগুম থর য় থোইনা চউখিরে।

হে কুন্তি লৈমা মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা ও। মানসিক জ্ঞান অথোইবগী তত্ত্ব সার অচিবা নপ্প-তাইনা তিম্নবা ধর্ম্মকথামৃত থুম-খোইবা ময়াই মতিক লৈতবা অসিবু সৎ উনবি পুকনিং লেপ্পা নাতাউ-ও। মতৌ অসি মতুংদা ভ্রুর মধ্যে তমখিবা অমম-অঙান মরক্তী লাকলেন কিথৃপ মতমদা লৈরিবা অদুগুম্বা তীর্থ লাইকম মুংঙাইববু হেনথৎখিরবগা শির তাঙক্না লুরেনতোন লুবাই লিনফু মথক্তা মহাস্থান চঙখোনবা থুভম থোইনা মুংঙাইবা তীর্থ লাইকমলেন মক্তবু লৈরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনবা। জ্ঞান ধর্ম্ম পিবুকমুংদা চায়খিবা খোইয়ম লাইরম পুম্নমাগী মরু লুচিংলিবা মহাতীর্থ চঙখোনবা খোইয়ম লাই-ফমলেন অথোইবনে। মতৌ অম্বুম ওইরিবা তীর্থ লাইকমলেন অথোইবা অতবু তাইবঙ লময়োন নোংলোন অহুমাদা অনিগুনা লৈতবা মহা মন্দির অথোইবা মতিক পান্দম লৈতরবা মুক্তাবলি লাইশঙ মক্তরববু লৈরিয়ে।

হে পার্থ! বায়রা তেলহৈব-ও। অদুগুম্বা মুক্তাবলি লাইশঙ মক্তর-বদা খোইয়ম মানা লৈরৈগী থম্মোয় ইন্দ্রি অনিমা জ্ঞান ইন্দ্রি তরুকমা মন বুদ্ধি অনিমা থরায় অদুগা মথোয় অসি খৈবিক্রা সাধু পূক অথোইবা গুরু মথোজান্দগী পরমহংস মাঙদা-থা পরমাত্মা তুংওইননা মালং মাবু লাংহন্দা থমকোন মাবু চঙহন্দন খোরম কর্ম্ম লমবু চেংনা। লৈরোল নোংলোন অহুমমাগী মবুংঙো দেবদেবং লাইমক চঙখোনবা শ্রীহরি মপুরেনগী চাংঙ কাম্বরেল অচিকপদা বিরিক্রস্রং কোটি থিঙমদবনা পুম্না চঙঙমদরবা মুক্তাবলি লাইশঙ নিঙথিবগী শা মক য়ে ইকে.নম্নুংবু তাননা পরমহংস পরমাত্মা অনিম না খোরম চেংনা পুরকলে চন্দ্র-বংশ মচে'পাচামদা নাউয়িবা থাজা শাগৈরেন্দা নাউনৌবা হে কুন্তি লৈমা মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও! মতৌ অসুম ওহরিবা মানসিক জ্ঞান অকুবগী তত্ত্ব সার অচিবা ধর্ম্ম তত্ত্ব থুমখোইবা অসিবু সং উনবি পূকনিং তপ্পা নাতাউ-ও। চৌদ্দ ভুবন মরোল তরামরিমাগী মবুংঙো মচি লন মক কৌবাদ দেব শ্রীহরি শিদবনে। অদুগুম্বা খোইয়ম নোংদম মপুরেন শ্রীহরি শিদবগী দিব্য-অঙ্গ মক্তবা চাংঙ শমু মচকশাংদগী খোইয়ম মচকশাংগুম্বা চাংঙ শিদবা অমবু খোক্লকয়ে অসুম পুংথ ক্লক্লিব খোইয়ম শিদবা। অদুগী কোলোয় মমিংথে নবু দেব-ও তৌনা কৌয়ে। অদুগুম্বা খোইয়ম দেব শিদবগী মতিক অকুববু কনানা হায়ভমগবনো? লৈরোন নোংলোন অহুমমাগী মবুংঙো শ্রীহরি খোইয়ম মাগী চেংলো মিৎয়েং মতারমদা খোইয়ন দেব শিদবা অদুনা খোয়মা মায়মোক্লা কমকমলিখ', খোইয়ম ঈশ্বর মপুরেন কমল লোচন অহেনবা হরি নোংদম মপুরেনবু শমু হকথংননা লৈরিবা খোইয়ম দেব শিদবা অদুগা হরি ঈশ্বর মপুরেনগা চেংলো মিৎকুপমাবু তৎনদনা পুমা পাবোৎ কায়নদনা নামা পাংশোয় নীরদনা লৈরিয়ে। হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী পাথৌ অর্জ্জুন তেলহৈব-ও! হরি ঈশ্বর মপুরেনবু চাংঙ শমু হকথংননা লৈরিবা খোইয়ম দেব শিদবগী গুণ মতিক অথোইবগীবু মতিক খোইনা চাউরয়ে। মালেম তাইবঙপানবগী ভক্ত লেংনা তিল্লিবা হরি ভক্ত

থৈবিক্লা খে ইয়ম ঈশ্বর মপুরেন শ্রীহরি শিদববু দর্শন চেংলৌ শকউননা থরায় পেথানবিবা থৈবিকপু চাংঙ, শমু মহকশাংদগী শানকোংরকপা খোইয়ম দেব শিদববু নত্তনা হরি লাই অদুবু কে'রৌ কদৌনোংদা চেংলৌ শকউনগমদে। অদুগুম্বা চাংঙ হকথংনরিবা দেব লাই শিদবা অদুনা অসাইতৈগী মুক্তাবলি লাইশঙ নিঙথিবা হি মরু য়াইকোয়মুংগী দ্বার থোংথৈরেন্দা কৈদা নানবা পান্দমগুম দেব লাই অদুগী কপি মকম ওইনা লৈরিয়ে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব-ও। মতৌ অসুম ওইরিবা কম্বী মকম অদুদা অসাইতৈগী গুরু চিন সন। চিনবাম্ব্রো'দগী শিন্দ্রকপা অমৃত শিদ-য়াই অথুম্ববু তাঙজা লুদা থোংনা ধর্ম অথোইবগী য়াইবি লমদাং ইন্না ইন্দাম্লক্লিবা কর্ম ইন্দ্রি মঙামা জ্ঞান ইন্দ্রি তরুকমা মন বুদ্ধি অনিমা জীব থরায় য়াওনা মরম অসি থৈবিপু লৈরোন নোংলোন অহুমমাদা কম্বী অনিগুনা লৈতরবা মুক্তাবলি লাইশঙ নিঙথিবা হি মরু য়াইকোনমুংগী দ্বার থোংথৈ-মাঙদা পরমহংস মাঙ ওইনা পরমাত্মা তুংওইনা। ভম্না রাইথুং-নরয়ে। অসুম রাইথুংলুববু থোইয়ম ঈশ্বর মপুরেনবু চাংঙ হকথংনন। লৈ-রিবা খোইয়ম লাই মরু শিদবা দেব লাই অথোইবনা চেংলৌ মিংথিং ভম্রবগী দেব পুক্লিং হয়াউ থোইন। নিঙথন বিঙমগে। হে জীব থরায় ও! মন-বুদ্ধি অনিমা ইন্দ্রি তরামাথোইমা নখোয় অসি থৈবকপু সাধু মথৌজান্দ॥ য়াইবি লমদাংশাং শিদবদা কৈয়াক পন্দোল লোয়া কারক্লবগা ব্রহ্মা কোটি লক্ষা হেয়. তানকংঙমদবা মুক্তাবলি লাইশঙ মক্তবা হি মরু য়াইকে নমু গী দ্বার থাঙথৈনাক্তা রাইথুংলরবরা হায়না। অসুম খোইয়ম দেব অথোইবদি চেংলৌ মিংথেং অথুম্ববু য়েংনা লমওকপিঙমগে। মতম অহুমক্তদা অসাইতৈগী মন-বুদ্ধি অনিমাদি ইষ্ট কোয়ৌ মনোংথৌ গুরু মপাক্ত-তাক্তগী রতণ চিন্তামণিবু পুক্লিং থোকাউ নাইদনা মানসিক সেবা অথোইববু থোথল মরম গুনা তৌজরগা অসাইতৈ থৌরম অংানবদা পরমাত্মা পরমহংস খোইয়ম শিদবা অনিমাবু মানসিক অদুনা নপ্লা থৌথল থলকলো।

থৌরম অসি মতুংদা থোইবদ দেব অথোইববু চেংলৌ শকউ-নরবগা তম্বনা থৌখল খল্লুরে। থৌরম অহু মতুংদা হরি শিনবা থুবারেন্দা তায়না থৌখললুরে। মতৌ অসুম ওইনা মন বুদ্ধি অনিমাদা তপ্পা তাইনা তিমবা থৌরম মংগালনোম্না থৌখনজরবদা চৌংত, শিদ-ববু থোইরম হকথ-নরিবা দেব লাই অহুনা জীব মন বুদ্ধি ইন্দ্রি মরম অয়াম্বা মাথোয় অসি থৈবিকপু লোক্লৌ শানা কোম্না মুক্তাবলি লাইশঙ অরূবগী হি মরু য়াইকোনস্থবু তাম্না তম্না পুনশিনবিখিরবগা থোইরম ঈশ্বর মপুরেন চৌদ্দ ভুবোন মরোল তরামরিমাগী মবুংতো মাগী লন মরুবু ওইনরিবা দেব দেবং লাইমরু, লাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি ইবুংঙোবু দর্শন চেংলৌ শকউননা ভক্ত মদাইরেম্না শংশং চেংলৌ শকউনরুরে। থোইরম ঈশ্বর মপুরেনগী দিব্যঅঙ্গ মঙ্গবা চিন্তামনি রাংঙাগী মশক মাঙল-তুমদববু পান্দম মতিক লৈতরে। সুমিৎ কোটি লক্ষা তরাগী তেজ মঙাল অয়াবনা পুন্না ফংলুত্তমদরে। চন্দ্রবদন নিঙথিবা মায়থোং মঙাল নাইববু মতিক পান্দম লৈতরে। কিরিটি কুণ্ডল নিঙথিবা চুরপ্পয়ান অনিমাগী তেজ মঙান নাইববু উনবি থোইনা পুকহুরে। থোইরম চেংলৌ মিৎকোইথোং কমল লোচন অহেনবা মিৎতরে' সনা য়েংঙম্বা মিৎথোং থম্মাল মানববু থবায় লৈবা থৈবিকী উনবি পুক্লিং শুমথিরে। শ্রীঅঙ্গ মঙ্গবা অহুনা চিন্তামনিরাংঙাগী চৌংত, সনা হকচাংলেন উনবি পুক্লিং হুবদা আভরন নিঙথিবা কিজেৎ লৈতেং থৈবিকী তেজ মঙাল নাইববু মতিক পান্দম নাইদনা উনবি থোইনা পুকহুইরে। মতৌ অসুম ওইরিবা লৈরোন নোংলোন মরোল তরামরিমাগী মবুঙো দেবদেবং লাই মরু লাইগী লাই চঙখোনবা শ্রীহরি মপুরেনগী মতিক অরূববু কনানা হায়রমগবনো?

হে কুন্তি লৈমা মপারী পাণ্ডু নিংথৌ মচা-ও। অহুগুম্বা হরি-ভক্ত অথোইবা নমু মীয়ামজগী থ্যানি মানিক মতুমগুম থবায় থোইনা চাউরবা সাধু মী অকবা হরিভক্ত অথোইবশিংনা জীবমাগী থবায়গা মন-বুদ্ধি অনিমা ইন্দ্রি তরামাথোইবা মরম অসি থৈবিক্না কোমৌ

নোংদামদনা শ্রীহরি মপুরেনবু দর্শন চেংলো শকতুমনা তানক-অখিরবা মা'দা ঠৌ'রক তাইবঙ নোংশাপানদা য়াঙ্গোইরিবৈনা থরায় চঙনা লাক্লব-ও ভৌনা কৌয়ে।

অদুগুম্বা স'ধু মী অকৱশিংনা শমু মাংওই তু ওইননা চেংলো মাগী মিৎয়েংনা ত'রুরিবা খুদিংদা শ্রীহরি মপুরেনগী দিব্যঅঙ্গ মঙ্গববু চেংলো মিংলম থন্নরে। কোরৌ কদোনো'দবু চেংলো চিৎকুপ মরমদা শিঙলেন শেংনা ঙমদরে। মশৌ অস্তুম ওইরিবা 'চক্ষু লৈবা খৈবিক্কী থম্মোয় লাইমিং অমাববু থাম্বী ?মবুল থানগুম্না চৌদ্দ ভুবণ গরোল তরামনিমানচিংনা। অসি অগানবদগী খণ্ড প্রলয় ওইরগদবস্নং বেহ্মাণ্ড কাটি কে'টি ওম্না কুমথখিরমস্ত' অনৌবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটি মশীং শিঙমদনা লমথাকইরকঙৈস্তং মরম অসি খৈবিকপু ওম্না ফাওন' উখিরে।

লোয়না ঐগী অপাম্বা হকচাং সুংচানবা অর্জ্জুন র'য়রা তেলহৈব-ও। নঙবু উনবি পুক্কি' তপ্পা নাত্তাউ-ও। য়োইময়াই লাইরেল অঙানবা মৈনা নোংপোক মরাইত্তাদগী সুমিৎ খেনকরেব্রবগা নোংশ্যা মঙাল অরাবনা মো'বা ই'মংহুম্না লৈচিনখিরবগা য়িমলেন কারেনয়াইদা সুমিৎ মঙাল তারুরে। নমু পোংগী হকচাংস্ত' গৃহ যুমগী মশক্রে। হরি ঈশ্বর মপুরেনগী জ্যোতির্ময় মঙাল খিবিক্তনা চঙনা লৈবিদিয়ে।

হে কুন্তি লৈমা মপারী-ও। পাণ্ডু নিংথৌমচা-ও। অসাইঙৈগী চীংঙ, ঐনা মহাজ্ঞান অথোইবগী য়াথং হায়া রাহমখিবদা নমু পোং-ওইবগী হকচাং য়ুংলেন্‌'দা বৈজয়ন্ত চক্র মসুংদা থম্বাল লৈচু অঙৌবা লৈনা তরানিপাল শুবগী শিঙলেন লৈয়োকন্‌ংদা চন্দ্রমণ্ডল থবা লোইদাম থাগী মকোয় নিঙথিবা অমবু লৈরিয়ে। লোইদাম থাগোয়ক্লংদা ফম্বি য়ুমওইনরিবা পরমাত্মা পরমহংস অনিমাদো ফম্বি মফম অয়েপ্প নও-রিয়ে। মহাজ্ঞানগী মসুংদা উত্তম জ্ঞান অথোইবদা চীংঙ ঐনা য়াথং রাহমবিখিবা ভ্রুর মধ্যে তমথীবা পিশুম পাগোয় মরক্কী অমম্বগী মরক্তা লৈরিবা তীর্থ লাইকম অদুদা পরমাত্মা পরমহংস অনিমাগী ফম্বি

মকুম অয়োইবনে। খোইরম মাগী মঙাল খিজিক্না হকচাং য়িম-লেম্নদা চঙ্না লৈরিবনে।

হে ধনঞ্জয় পান্নবা মতৌ অসি মতুংদা ত্রিবেনী তীর্থ ঈরোং অহুম কাংবগী মধ্যম মরাই থংবদা লৈরিবা মুক্তাবলি লাইশঙ্পুংদগী নিরাকার মশক নাইদবা নিরঞ্জন কাবা ওমদরবা সনাতন অরেপ্পা জ্যোতির্ময় মঙালগী মশক ওইরিবা পরব্রহ্ম কৌবা অপোক অসি অমাঙ অতা পুরমাবু লৈতরবা খোইরম ঈশ্বর মপুরেননে হায়না চীংঙ্গ, থ্রেনা য়াথং পাউতাকচবদো হে পাণ্ডু নিংথৌ মপারী পার্থৌ অর্জুন তেললৈবও। উত্তম জ্ঞান মতুংদা মানসিক জ্ঞান অরূবদা তানকং-জখিবা খোইরম লাইশক মঙ্গবা মুক্তাবলি পোংশক অরেপ্পা হি মুরু য়াইকেনমুংদগী শ্রীহরি মপুরেন শিনবগী খোইরম মঙাল অথোইবনা নমু পোংওইবগী হকচাং য়িমলেনমুংদা চঙ্না লৈরিবনে অদুগুম্না দেব শ্রীহরি শিদববু শমু খুৎথুম চন্না তানকংজখিরবা ভক্ত সাধু খৈবিক্না হরি ঈশ্বর মপুরেনগী মায়া সমক্ত ঈরেনপুঙবু কাউরেন শন খোজুন্নরমদবু ওইনা লানখিরে হায়না য়াথং পাউমেপ্পরিবদো নমু পোংওইবগী য়াথাংনে। সাধু হরি অনিমাগী মরক্তা কাউরেন শণ খেজুন করম্বনবু মরক থম্না লৈরগবনো? পাথেল উমুং চুকমা মযু'না কোনথাবা লাইবেন অংঙোবনা খোঙথিংব থিনজাগী মশারী চেংকোই নাহা তরেংবা চেংশৌমবু থম্লৌদে। থিৎকুপমাবু য়েংগৌদে। হরি মাগী মখোঙদা কথি মকম য়োবনা হানখিযে।

হে ধনঞ্জয় পানগনব ও! অদুগুম্না সাধু মতিক অচৌবমু কনানা কায়ঙমগবনো? খোইরম ঈশ্বর মপুরেন চিন্তামনি রা ওগী নিবাপ্ন মতুম্বু ভক্ত থর য় মমিরেনসা নিন্দু মতুমতবু ওইনা তংজিনম্নখিরবা সাধু মী অকবা অদুগী য়ারা মতু ভুবুম্নগা ব্রহ্মাণ্ড পুরমাগা শিঙ্লেন মতিক ওইরুদরে। চৌদ্দ ভুবণ মরোল তংামরিমাগী থরায় অপিক অচৌ নাইনা চৎলিব মরম অসি খৈদ্বিকমুং জাইবঙ মপাল নাইদনা লৈরিবা পুরমাবু গুন্না কাওনা উখিরে। মতম কবি অমদা স্বর্গ পাতাল পুরমাবু য়োরুনিঙলবমুং পুক্রিং নঙোল লোমদরিদৈনা কথি মকম

যৌবিবনা হানখিরে। থৌরম লৈবা থৈবিক্তা পূক্নিং মাগী অপনববু পুম্বা লৈতনা স্বতন্ত্র মনিংতম্বা পাম্লিয়ে হায়বগী সাধু কোলোর মখিং-থোক্বু পাকা বৈকব অথোইব-ও হায়না কোপোর অসুম মীক্সৌনখিরে।

হে লোয়না ঐগী অপাম্বা পাগৌ অর্জ্জুন তেলহৈব ও! গুরু সাধু হরি অহুমবাবু তাযুম্নিগুম তুংশিনবা নাটে চেংলৌ মম্বা নিঙখিরে। জতে-কর্ত্তা থরায় অমত্তবে।

হে ধনঞ্জয় পান্দনব-ও। মতৌ অসুম ওইরিবা ভক্ত ঐগী নাইমুংচং সাধু মী অকবগী থবাগ লাইখিবমু দা চিন্তামনি মাংঙাগী মশক অরেম্বা চোয়নৌ শনা মৈথাংকোনবু মকৌ লথারক ভুনা ফুদো'থোক্রগা কোনফু মশকমু দগী রতন মগী চেনগুম মতিক পান্দম লৈতববু সাধু মী অকবগী থম্মোয় লাইরিমমুংদা লৈরিবা অচুগুম্বা চিন্তামনিগাংঙাগী চীংঙ ইশক মক্তববু হে ধনঞ্জয় পানগনব ও! তাইবঙ পেংশক পিনা মাহমখিরবনে। মশক মাঙদ তুংদবু হে সখে মুংগানবা। লমলোই ঐগী অপামব ও! পায়মা নঙগী উনকোয়মুং থম্মোয় থম্মাল ময়ায়দা ভরগ চিন্তামনি কায়কদবা পোংশক্তো মাইবি তোমৌ লিরেংননা শায়ন লৈজুম চুহনা অকিং নেংথিল নাইদনা থরায় মাকানরিয়ে

হে পাণ্ডু নিংথৌ মশায়ী কুন্তি পায়মা উনকোয়মুংগী অর্জ্জুন মায়রা তেলহৈব-ও! নঙবু চীংঙু চিনকোয় ইয়াথংদগী ধর্ম্ম মাইবি লমদাংশাং মমল মতিক লৈতবা কথামৃত থুমথোইবা অসিবু পায়মা নঙগী উনকোইমুংদা কো রা কদৌনোংদবু পুক্নিং থৌকাউরগনো হায়না অসুম দ্বারকানাথ মপুয়ে। থরায় লৈবা লৈশিক্তী মচি লনমরুবু ওইরিবা শিরোমনি লম'জংবা রতনমনি মাইমরু চিন্তমনি মাইস্থেক চীংঙ কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবনা লোয়না মাগী অপাম্বা অর্জ্জুন মায়রা তেলহৈববু মমু পালোয়মম্বা ভারত হরন অচৌবা কুরুক্ষেত্র লানকমলেন্দা চক্রব্যূহ তেঙ্গোয়ুংগী রণ মধ্যে তমথিবা লানকম তেঙ্গোল ময়ায়দা কর্ম্মযোগগী মহাজ্ঞান ল্পুচিংবা উত্তমজ্ঞান অথোইবা মানসিকজ্ঞান অথৈবা জ্ঞান ইস্ত্রি থৈবিকপু ধর্ম্ম কিথৈ ফংনা পাউতাকপিরম্বা গীতা পুরান মুংঙাইবা কর্ম্ম যোগগী মায়ীবু সম'পু মতোন লোয়খিরে।

## তরাশুবা অধ্যায়

গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিতনা চৈংথু কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবগী পাম্পাক্লে বিশখিবা থুম্না থবাল লৈখোংখা অনৌবামাবু তাঙজা কোক্না থোংনা পুরুমশুরমদে। অদুগুম্বা কৃষ্ণচন্দ্র ইবুংঙোগী নামামৃত থুমখোইববু সং-উনবি পুক্নিং লেপ্পা মিংলেন অমরক্তা শে গুরবগা তীর্থ লখা অমগা শিঙলেন মন্ডিক ওইরুদে। ঘোর থোইনা মমবা কলিঘোর তমখিবা অসিদা হরিনাম্বু হেন্দুনা কলিদমন তৌনবা অমা লেম্না লৈতদে। হরি নামামৃত অরুবা অসিবু শোগ্রবসি ধর্ম্ম লৈবা থৈবিকী মহৈ মাঙকদবগুং লেপ্পা তানকংজৈঙেনে। থৌরম অসি থভনা হে সাধুজন থোইরম লাইওইনবগিং-ও। হরি রাম কৃষ্ণ ইবুংঙোগী নামামৃত থুমখোইবা অসিবু মুখ চিনবান থোংদা শোনজরবস চৈংথু মথোকান্দগী নোংদম ঈথাইগী রায়েন শুক্লিক্রবগা চৈংথু শিদবা শ্যাম মক্তবদা থরাই পোত্থানবনু লেপ্পা তানকংজৈঙেনে। থোইরম ঈশ্বর মপুরেন চৈংথু কৃষ্ণ শিদবগী গুনামৃত থুমখোইবনা লাইজ তুখুন ওইনা চেম্নবা গীতা পুরান সুংঙাইবা অসিবু হরি রামকৃষ্ণ চিন্দা শোম্না নাইজোং-ও হায়না অসুম গোবিন্দ মিশ্র পণ্ডিত অহৈবনা লেংলমদে হায়দবরা?

অসিগুম্বা গীতা পুরান সুংঙাইবা অসিবু পুক্নিং লনপামজবগুম মযু নিংথৌ থাংরি থোংদোবা কাপুই মানশারিক লমলোই তানবা, কাপুই মরোংশুমগী মপারী মোইকামু, কামু অতোনবা চোয়নৌ সনা ঈদা চিরিকবা মপল পলেম মমা রাঙমলোন মৈদিংঙু চম্নু পায়মা উনকোইপুংগী পরশুরাম লোনিং তুমুং লংলা পুনশুমগা মশানৌ রাঙম-লোন মৈদিংঙু কাকপা থরাম্বাবগী চোয়নৌ সনা ঈদগী শমথরকপা চম্নু রাংঙমলোন বৃন্দাবনী পায়মা লিম্না তায়না উনবি মচাক কৌবি শানৌ মতৌ মনাউ অনিমাবু লহানবোং পল্লৌ মখোয়গী পারোমরিবা অতোন নোংয়াই থুমন নিংথৌথোং পুন্সি লাইথোক থঙ চৌংথোং থোক-লাইরেম পুনসিবগী মনোংয়াই অনিরাম অদোন নোংয়াই ওইসাম-চানা মনাকী গুরুরাম পুক্নিং তুমুং লংলা পুনশুম্বা য়াথং রাকখিবিদে।

তাইবঙ নোংখাপানগী ধর্ম্ম নৈবা মৈথিকপু গীতা পুরাণ্দা কাউবি তমদোই, তাউরুর তাউথবিয়ে। পোইরৈ খঙ্গাংবা য়াম্না সম্পূর্ণ জ্ঞান অরুবনচিংবা জ্ঞান লৈবা মৈথিকসুং লিনফু মরু কংনা লৈরিয়ে অদুগুম্বা গীতা পুরান মুংতাইবা অনিবু পোইরৈ ইপন্দোন থুরিংদা য়াম্বারনবা লাইরিক পেরো· জরম্রবদি পুণ্য অথোইবগী মহৈ মাঙকুনবু লেপ্না কংজৈঙনে হায়না অস্থম য়াথং পাউমেজরবয়ে।

ঈশ্বর মাগী কাযারেনবু ওইনবা গুরুগী মমাথংমুং নোংদম মতুং ইম্না নিত্যবৃন্দাবন অথোইবগী ছায়া শিয়েন থুপ্না থনজিনখিবগী থোরম অদু মতুংদা পরশুরাম বৃন্দাবাগী শানৌ মতৈ মনাউদা গুরু কোংরো মনোংপোগী থোজাল কোলোয় মপাউতাকপু পুক্নিং থোকাউ নাইদনা তাওজা লুদা থোংনা অগ্রপানন্দ সিনামচাবু মখিম বাংলা লোন্দৈবদগী গীতা পুরাণ মুংতাইববু তাযা অর্থ ওম্না হন্থ'কহল্লবগা পরশুরাম পায়মা লিননা তাখন গুরু কোরো মনো·থোগী মশানৌ লৈরাং অতোনবা প্রজ্ঞানন্দ পায়মা ঈরৈ চনগুম্বদা য়াথং থোনেকরাগী লৌশিং তুমুং লংনা পুনগুম্বা প্রজ্ঞানন্দ মুর্থনা য়াথং চিন্দাইগী লিক্লাং পরেং শীল-গুমদনা তেংথা নীরোল ওইনা লেংজরমহে। গোবিন্দানন্দ ঠাকুর মপায়ী হেমচন্দ্র লাংচেং মথোক্লকপনা থুরা মগী পম্হো অথুবা প্রজ্ঞানন্দ মুর্থ অপাঙবগী য়াথং চিন্দুংইন মুকমৈ নাবিন শোম্না ইরৌশৈনে। অদুগুম্বা গীতা পুরাণ মুংতাইবা অনিবু দ্বারকানাথ মপুরেন যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবগী থোইরম ঈশ্বর মশান্‌ওন থেনা মপাউতোঈ সনা মখিংথোং নামামৃত থুমথোইবনা লাইজ তুথুন ওইনা নাম মহি চেমরিবা ভক্তি জ্ঞান অথোইবগী য়াহায় অরুববু য়াথং লিরৌনজঙমদবগী হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা। চৌংঙ নতিক অরুববু মরৈক হেন্দোক হেজিনবগী লঙজ মথৈ লৈতববু তাকপিয়ো হায়বগী হে থোইরম শিনবা চৌংঙ সনা নথোঙথা মমল মতিক লৈতবা অনিমাবু তথম তাউজা কোক্তা থোংনা হমা! হমা পুরুমজরমহে।

হে থে ইরম নোংমদ মপুরেন-ও। নঙদি তাইবঙ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমাক্কী রূপ চেংলো শকপ্পাদো বু ওইবিরিবস্নুং নঙনে। হে থোইরম শিদবা নঙনা নীলমাধব কৌনা নিংথৌ চাকচা অয়াবদু চাদুনা ঈশ্বর নগোক লোনা কাউবিরম্রবগা যুগ ধর্ম্ম শথোইববু পুগোকপিরবস্নুং হে চক্রপাণি শিদবা নঙনে। হে থোইরম শিন্ন্য দামোদর অহেনবা নঙবা ভক্ত নদাইরেম উজ্জ্বল লৌরিংবদা সাধ্যতজোন লাইনিঙ অথোইববু পাউ-তাক পিরম্নগা বিশ্বরূপ নপক মক্তবদু পিনরবস্নুং হে উপেন্দ্র লাই-মরু শিদবা নঙনে

বৈকুণ্ঠ নোংথৌ লাইরৈবাকুমনা কন্দী থোইনা সুংঙাইবা সনা দ্বারকা লয়মরোন সুংঙাইবদা সংত্র মপীং থিঙমদবী পুম্নমাকা সুংঙাই মরাংকারনা পাল্লম্নবগা মালেম লৈবাক লৈমগী অক্লম মথৈ লৈতবদু কোককন্দুনা সনাতন ধর্ম্ম ওথোইববু পিনরবস্নুং হে মদনগোপাল অহেনবা নঙনে। হে নোংদম মপুরেন নঙনা ভক্ত নদাইরেম পুম্নমাকী হৈনা মতুং ইন্না পুত্র নপারীগুম লোয়্রৌ শানা কোয়্না লাঙোনবিরবগা চৌংঙ, নিগু'ণ নতিক অকৃবদু পিনবিরম্বস্নুং দেবকী পায়ম উংকোয়স্নুংগী হে যদুরাই অহেনবা নঙনে।

হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনব-ও। মিৎ ফরেং সনা মাইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মানব ও। চৌংঙ নতিক অরূববু কনানা হায়রঙমগবনো? পাতাল লৈথাস্নুংদগী ককরগুপুর লৈমরোন সুংঙাইবদা মাঙোইরিবা তাঙজা লিলা নিংথৌ অনন্ত তোকলেন লিশিং পানবগী লিলা লৈতোন লিশিংমস্নুং চৌংঙ মালেম লৈশেম্বা চতুর্মুখ মচিন মরি পানবা ব্রহ্মা লাইয়িথৌনস্নুং ব্যাস শুক শিব নারদনচিংবা মরম অসি থৈংক্লস্নুং হে মোংদম মপুরেন-ও। নঙগী চৌংঙ নতিক অরূববু সীমা ঙমথৈ কংনা শিংলেন লৈশি লৈথোনজঙমদে। রেণু তেণু পরমাণু মরম অহম্মাবু হেননা পিকলিবা থরাইপানগী পান্দমগুম নদাইরেম মূর্খ পায়মা তাম্বনা পান্দম নিপা থোকপা থৈদিতবু বন্দনা শিংলেন লৈশি লৈথোনজদুনা হে প্রানমাথ ইবুংঙো। চৌংঙ ননাই রাইথকী লেফক.

মায়াইরোম ওইববু দৌ'কক লাংওন অসিন্দুং হবেং লাংওন থুকিংদুং মুর্খ পায়বা তাবনা পুকনি' থরাই চকচা'বু শিংলেন তোংবম পুনশুম লৈরাং থয়োম শনিং চীংঙ্‌ সনা মথোংথাদা কচ্ছরবগা হন্‌না হয়া পুক্কয়মথে।

চৌদ্দ ভুবণ মথোল অয়াম্বিমাগী মচি লন মরুবু ওইনরিবা হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনথ-ও। চীংঙ্‌ নওগী কালমায়া তমশিবা রাগোদ্দেশ অনিমানচিংবা কর্ম ইন্দ্রি মঙামা জ্ঞান ইন্দ্রি তরুকমাগা ইন্দ্রি তরামাথোইমানা মন বুদ্ধি অনিমাবু হুম-কোলোয় থুনা কায়রবগী হে নোংদম মপুয়েন-ও! চীংঙ্‌ নওগী মায়া সমুদ্র ঈয়েনপুংদা লাইজ ঈরোয়নবা তাউথরমলুরবগা থবায় অয়াম্ববু কোংপুৎ ইনমখিদা থরাই য়াম্না পুথনখিয়ে। য়াইবি সনা লমদাংশাংগী থৌরম অয়োকপা ধর্ম্ম অথোইববুদ্ধি পুম্না শানথঙজমদবগী পুন্য লন্তন য়া। সকাম ধর্ম্ম কৌববু থরাই ঐথোয়গী ইমিয়েন অভাঙবনে চায়না চৎচরম্নবগী ছুখ অয়াববু থৌরম কর্ম্ম ময়মবু লাননংনংয়ে। ধুম্রবর্ন কৌবা কেতু ওমকনবদো সিংহিকাগী মচানে। উপথলবো কৌবা রাহু থোইনা পান্‌শনবমুং ময়'হদেবগী মচানে। কোয়ৌ নোংলা'পানগী জুনিংথা অনিমাবু রাহু শা-না কংনা কেতু য়াগা উমনখিরবা মঙৌ অসি পান্দমগুম তাইবং নমু মীওইবা ঐথে য়গী মপায়ৌ মমোয়ে নশিংদো রাহু কেতু অনিমাগী পান্দম মওং মহাক্নে।

পঙ্গৌ পলেম অনিমাবু মায়া ঈয়েন তমখিবনা হুয়া কোঙোয় থুনা কারুরবগা মপল অনিমাগী থয়ায় মখিয়েনবু মপায়ৌ মমোম অনিমানা চাংৎলে। মতৌ অসুম ওইনা লৈরিবা তাইবং নোংশা-পানগী পঙ্গেম পঙ্গৌ অনিমানচিংবা তালোয় তুমুংসি থংলেন য়ায়ংচান শাবি শানৌ লেনলৈ পাইরৈ মপায়ৌ মমোমলোন থন জন ময়ল মচাক মপু মনাই পুম্নমা ময়ম অসি লৈথিকপু চীংঙ্‌ কৃষ্ণ শ্যাম অহেনবগী মায়া ঈরৈ তমখিবা নরক থোকনা কুংলথ-ও তোনা কোয়ে। মায়া অসি লৈথিক্রা হুয় কোঙোয় থুনা কাখিবগী কোয়ৌ কদোঙ্কুংথমুং পুক্রিং হঙ্গোক্‌ ওমবয়ে।

হে প্রভু ইবুংঙো কমল লুচন অহেনব-ও। চীংঙু মঙগী নিঙ্গন চিন্তামনি মক্তববু মাহৈক থোইনা লম্না লাপ্পবে। নমু কদি থোরনো? মীপোক কংঙমদববু ভানকংজরবদা লৌশিং মাখল ম্বাৎপগী ভিবিজয় থেমনা থরাই লেপ্পা মাঙহন্নে। পঙ্কজু মতাখানা কদি ইবদিন্নরিবা মেঘ হকচাং অসিবু লাইজা কোমোন পান্দমনে। চেংদৌ মিৎকুপ মরমদা কোমোন লাইজ ঊমাই ওনখিববু থর ম কনাগুমনা পুক্রিং থোথাম ঙমলৌদ। চেংদৌ মিৎকুপ মরমদা শিংলেন লৈগুব কেম্নৈদে। পালথা থোইবা থঙনুবে লা'ওনলকপগুং ঊরক্তে। মাদোইংবা কখিগুং কদি মকম অরেপ্পবু নত্তে। চেংদৌ মিৎকুপ মরমদা ভমবিবা মশেননে।

থোরম অসি থঙনা মর্ত্যলোক অ.থাইবা তাইবঙ নোংশাপ লম্না মনুষ্য জনম কৌবা মীপোক কংঙমদববু ভানকংজরিঙৈদা সাধু সঙ্গ তৌদুনা ধর্ম্ম অথোইবগী মাইবি সনা লমদাংশাং মক্তবু মপা ইপা থোকপবু থম্মোয় লাইদিম শেংনা চৎচৈঙনে। চিন্তামনি রাংজাগী হারওনবা পোৎলকপু কে মন পুক্রিং কঙবা নঙনা ভুংঙই চুন্নান-থোকঙম্নবগা মায়া কর্ম্ম অয়াম্বদা লৈরাং কেঙমাই কানা করিগী করাউনরিবনো?

হে প্রানমাথ ইবুংঙো! মঙরাই অংঙনব-ও চীংঙু নঙগী কাল মায়া তমখিবনা চিত্ত ঊনবি থোয়বৈম্নুংদা মুপ মক্ত কংনা খুমহৎখিরবগী কে নোংদম মপুরেন-ও। চীংঙু নঙগী চন্দ্রবদন নিঙথিবা মায়থোং মঙাল নাইনা থম্বাল মিঙ্গা কেনববু মাইকৈ লমদম লাপ্পা মরখিরে। নাথ নাথ মপুরেন হে জগন্নাথ ইবুংঙো যদুবংশ শাগৈগী চন্দন কৈবু ওইনবা চীংঙু কৃপা নথৌজান্দগী থোইরম নঙগী মায়া কঙববু নদাইরেম শ্রেগী মন পুক্রিং কঙবগা ভম্না ভৎনরমদুনা থোইরম নপক মক্তবা তরজরাংঙাগী হারকদবা নশকপু চিত্ত ঊনবি থোয়বৈম্নুংদা মাইবি তোমৌ লিয়েৎননা পুক্রিং থৌকাউদববু লেপ্পা ওইখিরঙনো। নমু 'মীওইবা ঐথোয়বু তাইবঙ কোমৌ লেম্মবা মালেম লৈমেমথকলিদা

মতংদো মিংচুপ মরমনা ,তমম্বিবা মথেনবে। তাইবং নমু লোংবাচা ঐখোয়বু খোইরম বিথি নোংদমখোনবু লমকাইকদনা চেংজেল মখোল লোয়াইকদবা নমু মীহকচাংলসিবু থাং নোংচেংলাউ নোংথি লাইয়ম হৌ চুপা চেক্তা থেক থমু মমুংলং সুংবাং মনাপেকনা আয়ু পুনশি মতোল লোকপে তোপুমক্রবদা থয়াই মাইথিবেল শিদবনা কথি থিম হোংলাইদমদা লোক্লো থুকোই চৌক থুখা নমতুম চিং থৌথি লৈথাং-চিং থখাল সনা খোংদুমগা লমহৌরে। হকথাং কিথুপ অহুমমা কাপুম মাপলমা ইন্দ্রি অয়ামাখোইমা তাংবুম চাম্মনিপালমা মীহুন হুম্ফু মরিদ: শিংলি পাকন অয়াম্বা মরম অসি থৈথিকপু কখি থিমহোংলাইদমদা খোইরম লাইগী নোংদমনা মালং খোইনা পানগনবা নোংতৈ তমকদবা নোংশিৎ ৮৪ মানা মালং মথিনাই থমকোল মরাও হৌ কোয়ৌ নোংবু-খোন মালেম থৈথু হুপা শিখৎলক্রবগা কাবাং হকচাংসুংদগী নাড়ী শিংলি অয়াম্বা পাকন মরী নোপ্পা পাম্মুংলে। বায়ু নোংশিৎ পানগনবগী চৈথা তমশিববু থাঙতমদয়বগী নাড়ী মরী নোপ্পা লেংচাউ মরী তৎলকলে। থগু প্রলয় মতমগী প্রতাপ তমথিবা মৈচাক ৩ মাগী পঙ্থং তমথিববু থাঙতমদরবগী হকচাং কায়তোই চন্নিববু মতম মাগী রথেল তুজিল-লক্রবগী তেংথল কোমলাং চাকথেকলে।

হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা। চাংঙ নতগী নোংদম্মা মতম ঐখোয়গী রাথেল তুজিলক্রবগা চেংলো মিংকুপ মরমদা খৌরম ওম্মা তৈনরুকপবু থয়াই কনামনা পুম্মা থৌথাম তমদরে। থিথি নোংদম তুজিলক্রবগী চকখোম মৈতরেং লাইজা ঈকিক্লাউ মালং নোংশিৎ পাঙনবা মরম ৩ মাগী মৈচাক তমথিববু থাঙতমদরবগী তনবা মতৌ কমবু লৈতরে। হকচাং কাপুম মাপলমা তাংবুম চাম্মনিপালমা মরম অসি থৈথিকপু মৈচাক অহুমমাগী পঙ্থং তমথিববু থাঙতমদরবগী তম্মা কিহুনখিরে। মাতৈ মচেং পাচামা মীরূপ মাগী চান্নবা নমু মোমলোই হৌনা থৌরম মাগী অকনবু ওইনবা তম্মা থৌদৌথিখিরে। মতম অদুদা লোমন্থু মথানৌ মপারী মমোম পালেম মমা মচা অহুম মানা হে খোইরম

নোংদম মপুয়েন-ও। চীংগু নগী নোংদম নরায়েন মহা-শোক তমথিবা মুংশি, মখৈ লৈতবদা যোমগু থিকলেন থাবু কায়রে। শাবি ইবুংঙো! করি রানো? যোমনু তাঙজা কোকথকী শাবি কোরৌ ইনোংখৌ নঙবু তাইবং কোরৌ নোংমথা, মালেম লৈনেমথকতা খোম-হুক্রিবী অনিমাগা পলেম ইমা ইচা অহুমমাবু কোরৌ অসি নোংগীমখৈ লাংলেন কোংরাং রাপুক থায়গুম্ববু করম থাইনরুমগবনো? নশানৌ যোমগু চীংগু লাইবক থিবী ঐদি নপারী সুংচানবা নমোম শাংগু লেপ্তান্দরিবীগা পলেম ইমা ইচা ঐখোয় অহুমমাবু মাইকৈ করি য়েংনা নোংখোইগুম্লগবনো? যোমনু নশানৌ ঐবু মুজা থিকলেন থাবু কায়রে। কোরৌ নোংবু-য়েং মালেম লৈবু হোৎনা মুংশি লৈখোঙ কায়না মিকপলিবা অসিবু শাবী ইবুংঙো নঙনা করম চেংলো মিৎথিৎতরবনো?

হা হা, হে পারী সুংচানবা! ইমোম সুংওনবি নবিঙাবু লাউ-ও! লাউ-ও! নপল অসি গুরু অচানবা সনা মখেওখাদা শিঙলেন খুৎচোক হুননা পূরুমজররো হায়না যোমগু থিকলেন থাবু কায়না হোগৎলবগা মপারী মমোম অনিমাবু খুৎশম পালোইননা থংলেন মপু মনাই, স্বামী কোরৌ মনোংথৌগী খুম্না মালেম লৈখাঙলম শিংলেন খুৎচোক-হুন্ মালেম ফুবাক লৈতাইহুনা পলেম মমা মচা অহুমথাগী তাঙজা লুয়েনতোম্না শাবি মমান মচাগী খুম্না মালেম লৈখাঙলম্বু শোক্না পূরুমজখিয়ে।

শাবি কোরৌ ইনোংখৌ, স্বামী ঐবু লোইব-ও। লহাননোং ইপল কৈরা তানচিন্থকী লমওক্লরকপা শাবি ইবুংঙো নঙবু পুমা পাবোৎ কায়দা নাম্মা পাংশোই নীক্তনা য়াঙ্গোইমম্নরকপনে। শাবি ইবুংঙো নঙগী সনা নখোঙখাদা মুজা ননাই ওইবি ঐনা লঙজথিবা খৈবিবপু পুক্রিং রারোবিদনা কোরৌ অসি নোংদা লেপ্না কোকহুন-বিরমও। মোম্নু থরায় ইমিয়েনবু ওইনরিবা শাবি ইমান মচা-ও। খোইয়ম বিধি নোংদম্বগী খোথা রায়েনবু কনানা খেৎলুঙম্নরোইদে।

শাবি পায়মা উনকোইন্নুংবু থম্মোয় লাইয়িব শেংনা হরি লাইগী খুয়াদা উনবি পাদম চুম্না পাইজখিরো। যোমন্নু নশানৌ ঐনা বিদায় খাইনবগী কোলোয় ইপাউতাক্লা শাবি সনা নখোঙখাদা কচ্ছখিরবনে হায়না অন্নম যোমন্নু থিকলেন থাবু কায়না মদোম মিকপলৌরে।

মতম অদু মতুংদা থংলেন মনেম্মচাদি ত্রিতাপ যোগাযোগ অহুমমাগী পন্থেং অকন্নবু খাঙজঙমদনা অয়ামখৈ লৈতববু লাম্নংলিঙৈদা যোমন্নু মশানৌগী চিনকোয় মতিনমেন মুংশিবী, কোঙ্গোয় ময়ারেপ মুদোনবিনা শাবি পায়মা উনকোয়নুংদা থম্মোয় লাইয়িম পেংনা হরি লাইগী খুয়াদা উন্‌বি পাদম চুমখিয়ো হায়না অন্নমতে'থা মিকপচববু মথংলেনগী কর্ণ মনাকোংদা মালং নোংছুম পাউগুম হাইরপ নাত্তারুরবগী থংলেন মনেম্মচাদি থংলেন মমামচা অহুমমাবু উনবি লৈনিঙশিংলুরবগী মুংশি পুক্রিং কাউনা চেংলৌ মিৎকোইথোং অনিমাদা পিরেম চাইজি ঈরম চেললে। কোলোয় য়াথং থোকঙমদরবগী পায়মা উনকোয়নুংদা মদোম মিকপচখিরে।

হা হা পাগী মুংচানবা ইমোম লৈয়াং অতোনবি! অঙাং নচিন নপুম্নাবু মপল ঐগী থয়ায় ইমিরেনবু ওইনরিবনে। হে শানৌ মুংচানবি। পলেম মমা নচা অহুমমাবু নথংলেন ঐগা অসিনোংগীমথৈ শিংলেনতুগুম্নবু শেৎনরা লৈয়াংতুগুম্নবু লেপ্না খাইনরঙৈনে হায়না অন্নম মুংশি পুকনিং কায়না পায়মা উনকোইনুংদা মিকপলময়ে। মতম অদুতদা মৈচাক অহুমমাগী পন্থেং অকন্নবু মদোম খাঙজঙমদরকলে বায়ু নোংশিৎ পানগনবু মতিক পান্দম লৈতনা শিংখৎলক্লবগী কায়াৎ হকচাংমুংদগী শিংলি মশীং থিঙমদবা খৈবিকম্নং মরু লুচিংলিবা ঈঙ্গনা পিঙ্গনা সুসুম্না কৌবা শিংলি পাকন লুচিংলিবা অহুমমাবু নাড়ী পাংকল মরীল নোপ্না পন্থেংলে। মৈচাক তমখিববু তৌয়াং ফকচা কোনগুম্না চাকশিল্লক্লবগী কুণ্ডলিনী চক্র লাইফম মুংঙাইববু তংমা ঙম্না চেনশিনরকলে। হকচাং কাপুম খুদিংগী শয়া চাজুম নপলিববু ঙম্না কিহ্নখিরে। কায়াৎ হকচাংমুংদগী তীর্থ লাইফম খৈবিকম্নং তেজ মঙাল

মকখিরে। বিধি নোংদম করিনো? নমু পোংগী হকচাংদো চেংলৌ মিৎকুপমরমদা ওন্না কিন্থনরকলে। নমু করি র নো পান্মুইরে। পলেম ইনু শিনয়োমনুংদগী পুন্নুং ওাখা মমিৎ মরমদবু ওইনা খোয়জি মিহুনলে। থৌরম অহু মতুংদা পলেম পায়মা উনকোইনুংগী গর্ভ পিবুকনুংদা লোইদাব থাবুম ভরা শুনা লৈরম্নবগা হকচাং মূর্ত্তি মপুং কানা মালেম লৈদা ভারকলে।

থৌরম অহু মতুংদা নমু চাহি কুমপুম ভরামতা শুরবগা নমু মীখোই চঙখোললে। মতৌ অমুম ওইনা থৌরম কর্ম্ম লনবু ভানশিল্লকলে। অমুম লিংখৎলক্লিবা নমু পোং ওইবা ঐখোয়গী দেহ হকচাং অসিবু ত্রিতাপ মৈচাক অহুমমানা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা উফূল চেংলৈ ওইনা নোইহৎলে। ভাইবঙ পোংশিং অয়াম্বদি শিংলেন অরম্বা লৈরাং অতিংঙানে। থৌরম অসি খঙনা ইহাক ইথমগী থরায় মহি পায়বা সাধু সঙ্গ তৌদুনা য়াইবি লমদাংশাং অথোইববু উনবি পরৈ চেৎনা লোজখিঙেনে। হে প্রভু ইবুংঙো কমল লোচন অৱেনবা। থৌরম লৈবা খৈবিকপু চীংঙু নঙগী নোংমন্নে। অসাইঙৈগী ত্রিতাপ মৈচাক অহুমমাদো নোংদম শাফু কনবগী য়িমজঙ নাকতোন অনিমা থবাক থেনবুং বাংনা ফিরাল লমহাই নাইরকলে। খোইয়ম নোংদম করিনো? নাকোং পোংপাউ রাতারম কর্ণ নাকোং থোংজাওরেন মালং নোংশিৎথোঙম্নুং নাকোং থোঙলেন ফুনখিরে। পোনবি কাক অনিনা চেক্লা মাইরোক কায়দোংফম কাউরেব অনি চীথম্না মানবি অনি লাইথেংরাই লাংবন উযুং চকমাচেংনা কোনথাবা লাইরেল অঙৌবনা কোনথিংনা বিনতাগী মপারী চেংকোই নাহা ভরেংবা কোরৌ রাংনা লাংথুরে। ভমথ-লাংনা লাংশেম্বা শিকালাংনা লাংথুবম্নুং থঙলোদে। অমম অঙান মরকী লাকলেন কিথুপ মতাইদা মিৎয়েং পান্দম চুমথিরে। ধ্যান মিৎকোয় লেপ্লা ঙাইথমলে। কালগী শাথৌ কনবগী চকমোম মৈচাক অচৌববু থামঙমদরবগী জীব মতৌ কমবু লৈতরে। বায়ু নোংশিৎ কনববু মতিক পান্দম লৈতরে। নোংশিৎ চৈথা

তমথিবনা বক্ষ্যস্থিনী চক্রগী খোইয়ম লাইকম লৈরিবগী সনা থম্বাল লৈকা হেক্রা হুমখোকলে। ত্রিবেণী তীর্থ কৌবা ঈরোং অহুম কাংবগী খোইয়ম লাইকমলেন সুংঙাইবা অদুসুং তেজ মঙাল মক্ককলে। কালগ্নি তাইবঙ নোংশাপান্না মতম মাঙলাইদমগী মালেম লৈয়োল তরেৎ মা কোয়ৌ নোংলোন তরেৎমাবু মায়কৈ মথোঙ থিংহৌবিববু সনা থম্বাল নিঙথিববু থম্বাল লৈকা তেক্লা হুমদোকলে। ত্রিবেণী তীর্থ কৌবা ঈরেন অহুম কাংবগী খোইয়ম লাইকমলেন সুংঙাইবা অসুং তেজ মঙাল মক্ককলে। কালগ্নি তাইবঙ নোংশাপান্না মতম মাঙলাইদমগী মালেম লৈয়োন তরেৎমা কোয়ৌ নোংলোন তরেৎমাবু মায়কৈ মথোঙ-থিং মৈরা লমচাক্লনা চাকশিন্নক্রগী থমোয় লাইয়িম্নংদগী মহাপদ চঙখোনবা খুকম থোইনা সুংঙাইবগী খোইয়ম লাইকমলেন্দা লৈরিবা ভান্দনা ঙানবা থাউমৈসুং মৈচাক তমথিববু থাঙতমদরবগী জ্যোতি থাউমৈ মুংখিরে। খিঙদনা হৌবা শেনহুসুং, য়েদনা হৌবা পুদুগা, পুঙগা শেনগা লিয়েৎনবগী উনবি পুকনিং হুবসুং মতৌ চাকনেম নেম্না মহাশূন্য ওইখিরে। মহাপ্রলয় মতমগী মৈচাক অচৌববু পাতাল লৈখাসুংদগী হৌনা মৈরী লামচাক্লনা চাকথংলকপবু কোয়ৌ নোংলোন তয়েৎলাবু কাওখিরে। লাইজা ঈথিন চাউৎগী ঈথক অচৌববু গিরী চীংজাউ খিনগুম্বগা বায়ু নো শিৎ পানগনবগা থমকোন মরাঙ হৌবগী তৌয়াং ককচা কোনগুম্না সনা চীংদোল লোমগে তৌগুম্লক্লে। রূপ চেংলৌ শকপাম্নোং ঙৌথক ঙৌখা অনিমা মরম অহুমমাসিদা তীর্থ লাইকম অহুম গুনা লৈরিয়ে। অদুগুম্বা লাইকম চক্র অহুমমা সুমিৎ কিরণ মঙানগুম থবি য়িমকোয়লাইগুম উনবি থোইনা মতিক পান্দরহৈদে। লাইজা তরং অচৌববু চকখোন মৈগী তেমথেং তমথিবা, বায়ু নোংশিৎ পানগনবা ত্রিতাপ অহুমমাগী পম্বেং অরুম্বনা চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা উৎফুল নোংলৈ ওইহল্লে। হে প্রভু! ইবুংঙো কমল লোচন অহেনবা! মিৎ তরেং সনা য়াইথম্বাল মিৎলোং থম্বাল মান্বও। মতৌ অসি খৈবিকপু চীংঙু নঙগী নোংদমলে। নমু

পোংগী হকচাংদো পঙনা কংঙথদ্রববু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা ওয়া কিহ্নখিরে। মতৌ অস্থম ওইরিবা অসিবু তাইবঙ নমু মীওইবা ঐখোয়না অমম শিদবগুম কোয়ৌ কদৌনোংদবু পুকনিং হয়া য়েংলুদে। কর্ম্ম থৌরম অয়াম্বনা শমু খুৎথুম চয়া কাখিরবগী লনপাম ইখৌলাংবদা কোয়ৌ নোংলেম্নখিরে। নমু করি খোয়নো পাম্মুইয়ে। হরি নঙগী খুয়াদা চেংলৌ মিৎকুপ মরমবু পুক্লিং নিঙশিং লৈতয়ে। মায়া লৈবা থৈবিক্লা হয়া কোঙোয় থুনা কাখিরবগা ব্রহ্মাণ্ড পুম্ন-মাবু শমু খুৎথুম চনগদবা মরমবু পুক্লিং থৌরাং চাউখিরে। প্রাণ থরায় ইমিরেন। তৌরিবা পুম্ববু নঙগীদমকনে হায়না থৌরম লেম্না মাঙকদববু কোকহনবিয়ো! হে প্রভু ইবুংঙো যদুরাই অহেনব-ও। চীঙু নঙ্গী মায়া তমথিবা ত্রিতাপ মৈচাক অহমমাগী কোকথোং অরুম্ববু নমু পোংওইবা ঐখোয়গী হকচাং ম্নিমলেনমুংগী তীর্থ লাইফম থৈবিকম্নু ওয়া লানওম্নবা একিনিস্থান কৌবা খোইয়ম লাইফমলেন মুংঙাইবগী মধ্যম ময়াইগী চক্র লাইফমলেনবু হে নোংদম মপুরেন চীংঙু নঙ্গী নতিকনা থৌজাল লনকুবিয়ো হায়না পুরুমজরবনে। থৌরম অসি মতুংদা চীংঙু কৃষ্ণ শিদবা খোইয়ম তাইবঙ থায়বিবা শ্রীহরি মপুরেনগী নামামৃত থুমখোইববু মুখ চিনবান থম্না শোঞ্জববু তানকংজরবগা উনবি ঐগী পুক্লিং লনপামজবগী পরশুরাম বৃন্দারাণী অনিমাগী শঙলো মথৌরাং য়েল্লাং মঙমদমদগী মোমনু শূনা হাউদৈ লংলা পুনশুম্বা মুর্খ পায়মা তাম্বনা সাধু পুকনিং চঙখোনবা ভক্তজনগী মরুপ্ন হম্না হম্না পুরুমজরময়ে।

হে প্রাননাথ ইবুংঙো! যদুবর লুচিংবা যদুরাই অহেনবা! যদুবংশ শাগৈগী চন্দন লৈবু ওইনবা কৃষ্ণ সনা খুয়াখা মমল মতিক লৈতবা চিন্তামনি য়াংঙাগী হায়কদবা পোৎশক্তো নদাইয়েম মুর্খ পায়মা তাম্নিবা তয়ম পায়মা লোম্বনা তাঙজা কোক্তা থোংনা হম্না হম্না পুরুমজরময়ে। তাইবং কোয়ৌ লাইয়িংথৌ ইষ্ট কাযারেনবু ওইনরিবা গর্ভ লোইদাম নাউপুদনা নমু মীয়াম পোকপা মহয় চানা ঈথাং থৌগুম্বনা থরায়

মীয়াম পোকপিরিবা গুরু গোসাই ইবুংঙোগী পাদ পঙ্কজ নিঙথিবা মমল মতিক লৈতবা অনিমাবু ভরম তাঙজা কোক্তা থোংনা হন্না হন্না পুরুমজরময়ে ॥ হরি হরি হরি-ও। রাম কৃষ্ণ হরি-ও। হরি হরি হরাহে। হে হরিচা ॥ × ॥ × ॥

লোইরবা।

## অ

অচু-খাও = নোংচুরকপা খাওচুনা লাঃ ১৫
অশা-লাং = নোংশা লাংবা লাঃ ১৫
অপিশা = অপিকপা লাঃ ৩৯
অচেন খংলৈ য়াওনা = থুনা য়াওনা চেন্দুনা লাঃ ৫০
অয়োম্বা = লোইরবা লাঃ ১৪৪

## ই

ইপম্লোন্দবু = ইপা ইপনশিংগী ম্যোন্দবু লাঃ ৬
ইন্দ্র লুবসুং = চৎলুবসু লঃ ৭
ইয়োংদনা = য়োত্তনা, ঈশিং থক্তনা লাঃ ১৬

## উ

উনবি = পুক্লিং লাঃ ৩
উনকোইগী = গর্ভগী লাঃ ৫
উনবি মচাক কৌবগী = লৌশিং রাৎপগী লাঃ ১০৬

## ক

কুবি-ও = পৌজানবিয়ো লাঃ ৪
কোয়্রৌথকী = অবাংবা অতিয়া অসিগী লাঃ ৮
কনখো নীক্লা = কহিথোক্লা লাঃ ২৬
কোয়্রৌ নোংলুপান অঙৌবা = লুপা লাঃ ৩৪
কাওরেন খোইগাপাক = ইরোই মচী অপাকপা লাঃ ৪৭
কোয়্রেং = খোইদিং লাঃ ৪৯
কোমপুং ইনমথি = নরকী কোম লাঃ ৫৫
কামথি = ঋতু লাঃ ১৭৪

খ

খোইরম=লাই লাঃ ২

খেনলাইখোংবা=লাইবক অস্তোঙবদা লাঃ ৪

খাবং খোক্লা=খাবক লাক্লা, কাৱন-কাৱম্না লাঃ ১৩

খাংদাননা=খ্বাংদা মানবনা লাঃ ১৪

খ্বা=য়োং, লাঃ ৬৩

খুনপোইরুবা=লৈকাই কোয়রুবা লাঃ ১১৩

খাম্বী=রৈ লাঃ ১৩৬

ঙ

ঙাইরি অচেৎপা=ঙাই-শেনগী ময়ী হকচিম্বা লৈবা লাঃ ৫

ঙাইরোইননা=লোয়ননা লাঃ ১৫

ঙংদা=ঙক্তা লাঃ ১৬৬

চ

চীয়োকবা=চাথাং শূথাং ওইকবা লাঃ ৪

চেক্লা=লমদা লৈবা উচেক লাঃ ৬

চাহময়ে=মচিঞ্জাক ইনবিয়ে লা ২০

চৈরেপ্তা=লেপ্পা লৈতনা লাঃ ৪৬

চৈরৈ=ফি লাঃ ১৩৫

চকযোম=রৈ লাঃ ১৭৬

চিনকোয়=চিনবাল (য়াপং) লাঃ ৬

ত

তয়ম=মনাই লাঃ ১

তলা=উ লাঃ ৯

তোক্লেন=মকোক ওইবা মতোক লাঃ ২

তোকমু=য়োৎপাক লাঃ ২৪

তেনবোই=তেনৱা লাঃ ৩৯
তাইবেন নাইদনা=তাবা হেনবা লৈতনা লাঃ ৫৫
তোয়নৱিয়ে=রেংনৱিয়ে লাঃ ৫৭
তোরৈপাঙ্গী=তোর্বাঙ্গী লাঃ ৬৮
তমবা=লিপা লাঃ ৯১
তাঙ্গে=থাওশাবা লাঃ ১৩৮
তুংনাউ শোনগুম্বু=তুংদা শোয়া ইনবগুম্বু লাঃ ১৫২
তাউহুইরেং=মুমিৎ লাঃ ১৫২

থ

থোথামথোলবু=তোগনু ছায়না খাম্বা ৱাহৈবু লাঃ ৮
থেঙ্গু লমকেৎপা=মতিক ময়াই লৈরবা গদা লাঃ ৪৩
থাংগ্রি=কৌ লাঃ ৭২
থিকলেন থোমহুৱরবু=থোয়াং অমৃত ইনববু লাঃ ১০৪
থৌকাউ নাইদনা=কাউবা লৈতনা লাঃ ১২৪

ন

নুংচানবী=থম্মোয় মনুং শোক্না নুংশিজবী লাঃ ৫
নমদা হুয়া=তুংদা হুন্দোক্লমদুনা লাঃ ৭
নাচূদনা=থৌওইদনা লাঃ ৮
নোংশারিয়ে=ভান্দুনা লৈরিয়ে লাঃ ১০
নোংখাইমপু=নোংগী মপু লাঃ ১৩
নায়োয়ক=উনানা যোম্বা মরক্তা লাঃ ২২
নপাতাউ=নঙগী নরুপ লাঃ ২২
নীকফেৎমাদনুং=থজিক্তং নীকপা কাওবা লাঃ ২৫
নোংমলহল্লে=শিচল্লে ( হাৎলে ) লাঃ ২৭
নোংশাংখিরবদা=মতম কুইপ্রবদা লাঃ ৪১
নুংনৌ=পুন্নিং নৌবা লাঃ ৭৫

প

পাউশীরবগী=পাউখোল শীরবগী লাঃ ৭

পাম্বা ভাবনা = লৌশিং লৈকদবনা লাঃ ১
পাল্লি-বোং = পানবা মুথিং লাঃ ৮
পানা মোইথোন = ভাগা থোন নাইবদা হাপ্পা কা লাঃ ৪০
পিন-হনবেং লৈতরবগী = পিথোকপ্রবদা (দান তৌপ্রবদা মাচগী
অমুক থল্লুবা লৈত্রবদা) লাঃ ৫৪
পাউনাই ওমদনা = বাহৈ অওক-অথোং থুখা ওমদনা লাঃ ৫৪
পাম্বা নিংশা থম্বা = নিংশা শোর লোইরক্লবা লাঃ ৫৯
পিবুকমুংদগী = পুরুংদগী লাঃ ৪
পাওইনা = ইপাশক্লা লাঃ ৫
পি-ওইনা = মমা শক্লা লাঃ ৫
পুঙমরোল = অতোওবা পুথগী মম্বাই ওইবা লাঃ ১০
পলংলা = অরাংবা চীং লাঃ ২১
পাউকাজরবগা = লাইমিং মিংথৈ শোজ্জরগা লাঃ ১২৭

ফ

ফম্বি = লাইনিঙকম লাঃ ২৩
ফম্বিরেন্দা = লাইকম থোইবদা লাঃ ৫০

ভ

ভক্তি চীগ লুক্লা = ভক্তিগা লোয়ননা কোক নোঞ্জদুনা লাঃ ৮

ম

মনোংম্বাই = মশূ লাঃ ৫
মপা ভাম্বা = মপা লৈতবা (লাম্বা লৈতবা) লাঃ ২৩
মালেম লৈম্বা অঙাংবা = সনা লাঃ ৩৪
মীচৈ তমথিবা = অকনবা শাপ হোবা লাঃ ৬৬
মিৎলম থম্বা = মিৎনা চুবা লমচীমথৈ লাঃ ৮৬
মরুম মাক্তা থাবি = মনাক্তা লৈবী মুপী লাঃ ৯৫
মোমশু = মুপী লাঃ ১২৪
মতংথাক = লুথাক লাঃ ১৪১

ল

লাংচেং মথোক্লকপদা = পাশং মশা ঊৎথৎলকপদা লাঃ ৯

লুমকোমে = মক্লম কোমে লাঃ ২০

লমলোই = মরুপ লাঃ ২০

লুরেম্বক্তা = লম্লাই লিনক্ মথক্তা লাঃ ৭

লাংথৈ = চহি লাঃ ১৩

লায়রোল = লৈপাক্কী মরোল লাঃ ১৩

লাক্লেন কিল্প = যুগ অমম্ম লাঃ ১৪

লংকেৎপা = লমহেনবা, মগুক কনবা লাঃ ১৮

ৱ

ৱাঙমলোম = মৈতৈ নিংথৌগী মচা ঊবেম্বা লাঃ ৪

ৱাহম্নরিয়ে = ৱা হায়নরিয়ে লাঃ ৫

ৱাইথুংলুরগা = থুংলুবগা, যৌরুরগা লাঃ ১০

ৱাকয়ৈ = হি লাঃ ১১

ৱাহমথয়্রকয়ে = ৱা হায়থয়্রকয়ে লা ১১

ৱায়োংননা = অগুক-অথোং ৱা ঙাঙনা লাঃ ৩৭

ৱায়রা — তেল লাঃ ৮০

ৱাংলেন = পুং লাঃ ৮৩

ৱাংলৈ = যু লাঃ ১১৬

ৱাইখুবিচা = ৱাইখু মচা অপিকপা লাঃ ১৮৮

ৱাকমপোংন্থনা = নোঙ্গৌবিদুনা লাঃ ২১০

শ

শানথৈ গুমহন্দবী = মেংবা গুমহন্দবী লাঃ ৩

শৈদোল লোম্বু = শৈরেংজবগী অংরোইবু লাঃ ৭

শিঙলেন = লৈরাং লাঃ ৭

শমু — হকচাং লাঃ ৭

শেপচংননা = শেপ্তক চংনা লাঃ ৩৩

শোঙকি লৈরুদে = মতু চুংনা কিব। লৈরুদে লাঃ ৩৬

লিনৌ = লশিং লাঃ ৪৫
শেনলৈ পাইবৈ = ইশেন ইবাই লাঃ ৬২
শীকারাংগুম্বা = পা-না শম্বা লৈবা লৈচিনগুম্বা লাঃ ১২
শাৎথাবা = অপোকপা লাঃ ১০৫
শেনলোং [illegible]না = অনি লোঙদনা লাঃ ১১
শান্দোংলুবা = ইরুজরুবা লাঃ ১৬৫
শাম্বিনচেনগুবা = শাগী লিংজেন চেনগুম্বা লাঃ ১৬৮

স

সৎ-উনবী = অশেংবা পুক্নিং লাঃ ১৬

হ

হুয়েল = লাল লাঃ ১৩
হুন্নাদ্রম্নগা = তুংঙইননা হুন্দোক্লম্নগা লাঃ ১৩
হুমশারে = মহুম শারে লাঃ ২০
হেকমায় কানা = মথে লাংনা লাঃ ৫৮
হাপলৈ = থক্তি লুং ( তংথায় ) লাঃ ১৭৪
হুরেন = হু পুম্নমক্কী মকোক লাঃ ১৪৫
হাউরৈ = মায়কৈ লাঃ ১৬২

য়

য়াথোক্লবগী = থোক্লক্লবগী লাঃ ৩
য়াইবী = থর'য় লাঃ ১২
য়াঙ্গাইরুরে = লৈকরে লাঃ ১০
য়িম্নাইথোবু = য়ুম্নানবগী থবকপু লাঃ ৬৩
য়িমদিম্নরুঙনে = য়ুম অমত্তা লৈমিম্নকথা অঙমগুবনে লাঃ ১৫০

